# লাইয়িংথৌ সনামহী

## অমসুং

# সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ



সাইরেম নীলবীর

ꯂꯥꯢꯌꯤꯡꯊꯧ ꯁꯅꯥꯃꯍꯤ ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯁꯅꯥꯃꯍꯤ ꯂꯥꯢꯅꯤꯡ ꯍꯤꯡꯒꯠ ꯏꯍꯧ

# লাইয়িংথৌ সনামহী
# অমসুং
# সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ

**সাইরেম নীলবীর**

মতমগী খোঙথাং চেফোঙগী অরেংব (ইদিতর) ওইরম্ব

লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিংগী বারী শীংবুলগী অয়ীব

দি.এম. কলেজ (কম্মর্স) কী পোৎথারব প্রিন্সিপাল

M U LIBRARY
Data Entered
BY

**LAIYINGTHOU SANAMAHI AMASUNG SANAMAHI LAINING HINGGAT EEHOU**

– *a book on God Laiyingthou Sanamahi (King of gods and goddesses) and Revivalist Movement of Sanamahism*

by **SAIREM NILABIR**, Khurai Nandeibam Leikai, Imphal.

**No. of Pages : 225**

**Price : Rs. 95/-**

MANIPUR UNIVERSITY LIBRARY IMPHAL

**ꯂꯥꯏꯌꯤꯡꯊꯧ ꯁꯅꯥꯃꯍꯤ ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯁꯅꯥꯃꯍꯤ ꯂꯥꯏꯅꯤꯡ ꯍꯤꯡꯒꯠ ꯏꯍꯧ**

**লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ**

অহানব খুৎনম : *থৃক্তকুম ২০০২, মে (কালেন)*

অকোঙবী : *থীংবাইজম চনু সাইরেম ওঙবী ইবেমহল*

লাইরিক মশীং : *১০০০ (লীশীং অম)*

ফংফমথোকপ পুন্নমক কল্লিবী : *অকোঙবী*

নম্ফম : *পুথিবা প্রেস কম্পুতরাইজ, খুরায় লমলোঙ কৈথেল, ইম্ফাল*

লামায় মশীং : ২২৫

মমল : *লুপা ৯৫/-*

অথিংব : *অয়ীবগী অয়াব য়াওদনা লাইরিক অসী মপুম ওইনা নত্রগা মচেং ওইনা মরোঙ অম নত্রগা অমদা নম অমসুং কোঙব সুকয়া য়াদে ॥*

লাইরিক ফংফম : ১। *রাজেস বুক স্তোর*, গবর্নর কম্পাউন্দগী মথা থংব লম্পী, ২। *পুথিবা প্রেস*, খুরায় লমলোঙ কৈথেল, ৩। *অয়ীব মশাগী য়ুম* ॥

# ইমাদ (সাইরেম ওঙবী লৈবাকলৈ)

ইমা,

নোংদোল লাইরিপাক্ত লৈখ্রবী ইমা !
নচান অহানবা ইজাখিব লাইরিক —
'লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিংগী বারী শীংবুল' কৌবদু
নোংদোল লাইরিপাক্ত লৈখ্রব ইপাগী মফমদ
কংচখিবদু ইমাসু উরমগনি ।।
'ঐগীদি কৈদৌঙে কংলক্কনি'—
খল্লমগনি ইমান মালেমদ য়েংথদুনা,
'সীদ খন্দুনা লৈজরবনি নচান ।।
অদুন ইমা, ইদুন কংচরবনি
নচাগী অনীশুব লাইরিকসী
ইমা নঙগী মফমদ ।।
শিংগুল্লরোইদব খোল্লাং লমন
শিংগে খঙ্জদুন কংচবদি নঙোকো ইমা ।।০।।

পাওজদ্রব নচা
[illegible]
১৭-৭-২০০৪

# য়াওখক

## [illegible]

মীতৈশিং অসী ঙসীদগী চহী ৪০০০ (লীশীং মরি) গী মমাঙদগী লৈরক্লব, (১) চহী ২০০০গী পুৱারী, (২) লৈবাকমচা তারব মনাং, (৩) মশাগী ময়েক্ক কোন্নব মপুঙ ফারব মরোল অমসুং (৪) অৱাঙব থাক্কী ৱাঙউরোল য়াওরব মশাগী লাইনীং লৈজরকপ ফুরূপ অমনি ॥ খৃস্তকুম ১৭২০/৩০ অদুৱাইদ ফুরূপ অসীগী নাং অমসুং লাইনীংদ লাইবক থীব থৌদোক অম থোকখিব অদুন মরম ওইরদুন ফুরূপ অসীগী মীওইশিংন মখোয় (১) মশাগী মরোলবু লোনমাং ওইন লৌনরকখি, (২) মশাগী চংনবী মনাংপু হংগোইন খন্নরকখি, (৩) মশাগী লাইনীং লাইশোনবু মীমাঙ থোকপ য়াদব ওইন লৌনরকখি ॥ চহী ২০০ গী মতুং, খৃস্তকুম ১৯৩০/৪০ অদুৱাই য়ৌশিল্লকপদদি লমদম অসীগী খুন্নাইগী মকোক থোংব অখণ্ড-অহে খরন মীতৈশিং অসী (১) আর্য্যগী চাদা নাউদানি, (২) সংস্কৃত লোন্ন মীতৈশিংগী মমালোন্নি, (৩) হিন্দু লাইনীং হায়বসী ফুরূপ অসীগী পারম পুরমচংকী ওইব শাগোন্নরকপ লাইনীংনি, (৪) কংলৈপাক মনিপুর অসী মহাভারতকী মনিপুর অদুনি হায়ব ৱাহন্দোক পীনবগীদমক্ত য়াম্ন ৱান কন্ন হোংনখি। [মসীমক্তি নত্তে খণ্ডন খণ্ডন, মপানগী মীওইশিংন মীতৈ হিন্দুশিংবু হন্থব থাক্কী হিন্দু ওইন খনখিদনবগীদমক্ত হোংনব ওইরম্মসু য়াই ॥] মদুন মরম ওইরদুন ফুরূপ অসীগী শক্তম অসী য়াম্ন কা হেঞ্জিন্ন মাঙশিল্লকখি। মখোয় মশাগী মনাং, মরোল অমসুং লাইনীং চাওখৎনবা হোংনবগী মহন্ত মীতোপকী মনাং, মরোল অমসুং লাইনীংদ তাংজবন লেমজনকমনি খন্ন থবক চংথরকখি ॥ অদুবু লেমজব ফংবগী মহন্ত ইকাইব নংলব কাসারদ লৈব লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোন খৃস্তকুম ১৯৩০ অসীমক্তদ মীতৈ ফুরূপকী নাং অমসুং লাইনীংগী শক্তম কন্নবগীদমক্ত অপোকপা মরূপ লিংখত্তুন মীতৈ ফুরূপকী লাইনীং হিংগৎ ইহৌ অম শাগৎলকখি ॥ মহাক্ক চেংন থাজখি মদুদি— নাংন ফুরূপ অমগী থবায়নি; লাইনীংন নাংকী থবায়নি; লাইনীং মাঙলবদি নাং মাঙশিল্লকই, নাং মাঙলবদি ফুরূপ অমগী শক্তম মাঙশিল্লকই ॥ মহাক্ক হৌদোক্লব লাইনীং হিংগৎ ইহৌগী মহে ওইন হৌজিক্তি ফুরূপ (নেসন) অসীগী

মীওই অয়াম্ব মীৎকপ থোক্লে।। [করিগুম্বা কীভম খরদগী মীওই খরদি তূমশিন্নব য়াওরম্বসু য়াই।।] মশান মশাবু মশক খঙজরে।। লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ অসীগী য়ুমফমদি ফূরূপ অসীন হিন্দু লাইনীং লৌম্রিঙেগী সনামহী লাইনীং অদুনি।। মরম অসী লৈবন, ইথৌ অম ওইন, পাঙজদ্রব অয়ীবন অরিব লাইরিকশিংদ য়াওরিব অমসুং লৈবাক্কী শক্লাইরব মীওই কয়ান শীংথানরিব লাইয়িংথৌ সনামহীগী মিংথৈরোলশিং অমসুং মতীক ময়াইশিং অদু খোমজীনজদুন পরীং অম শেম্বগ লোয়নন লাইনীং অসী শিথখিবগী অমসুং লাইনীং অসীগী হিংগৎ ঈহৌগী অফংব মচাকশিং খোমজীনজদুন লাইরিক অসী ইজবনি।। অয়ীবন পাঙজদবদগী থিজিনব ব্রাৎহৌবদগী লাইরিক অসীদ অশোয়-অঙাম, অব্রাৎ-অপা য়াওরম্বসু য়াই।। মদুগুম্বশিং অদু অখঙ-অহৈশিংন পাঙজদ্রব অয়ীববু নুংশিবীদুনা তাকপীরক্লবদি মথংগী খুৎনমদ শেমদোক-শেমজীল তৌজগনি।।০।।

অরোইবদ হায়জনীংবদি, লাইরিক অসীবু মতমচান পুথোক্লবগীদমক্ত থব্রায় য়াওন হোৎনবীখিব 'পুথিবা প্রেস (কম্পুতরাইজদ)'গী প্রোপ্রাইতর ইনাউ ইবুংঙো পুথেম মাঘচন্দ্র অমসুং প্রেসকী ইচাশিংগী মফমদ থাগৎচবগ লোয়নন নুংঙাইব ফোঙদোকচরি ।।০।।

[illegible]
[illegible]
[illegible]

১৮–৭–২০০২
([illegible])

# ১

## লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং লৈশেমলোন

লৈশেম নোংশেমলোনগী ৱারী অসী অরিব লাইরিক কয়াদ খর খর খেন্নন ইরম্বসু থেংনৈ ।। অদুবু মপুঙ ওইব ৱারী অদুদি অসূম্ন পীব য়াই — কোরৌ নোংদোল মালেম লৈপাক শেমদ্রিঙৈ তেংবানব অসী ইহাঙ হাঙলিঙৈ মতমদ তেংবানবগী মপু ওইরগদব চীংঙু খোইয়ুম য়াইবীরেল শিদব অথোইব লাই মহাক মতোমতমক লৈরম্মী ।। অসূম্ন মতম কয়া লৈরক্লব মতুংদা চীংঙু খোইয়ুম শিদব মহাক্ল তেংবানব শেম্লগে, কোরৌ মালেম অনীমক লৈহল্লগে, তাইবং মৱোঙ ওইহল্লগে, তাইবং কুম্মৈ শান্নরগে হায়ন মপূক্লীংদ খল্লদুন *হুম* হায়ন মপূক মনুংদগী মনিংসা কামথোকখি ।। *হুম* হায়ন কামথোকখিব মনিংসাগী পরীংদ তেংবানব মপু মান ফম্বাল ওইন ফমদেংদুন লৈখি ।। *উম* হায়ন মপূক্লীংদ খল্লদুন লৈহৌ নোংহৌগী থৌরম পরীং য়াংখি ।।[১] *হুং* গ *নিং* গ অনীগী মৱোঙ মতৌ পূন্ন লৈরব[২] অমসুং *হয়ি হয়া* অনীগী মতীক ময়াই পূন্ন চেল্লব[৩] চীংঙু খোইয়ুম য়াইবীরেল শিদব মহাক্ল মপূক মনুংদ হীরী কোম্দুন তেংবানবগী মমা ওইগদবী লৈমরেল শিদবীবু শাফোঙহনখি ।।[৪] তগুপ তগুপ চেংলৌ মীৎশোক্লখি ।। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা লৈমরেল শিদবীগী মহকচাংদগী (১) অতিংকোক শিদবনে, (২) অতিয়া শিদবনে, (৩) কোনজিল তিংথোকপনে মপারী অহুম্ন মথং মথং শাফোঙহনখি ।।[৫] মপারী অহল অতিংকোক শিদববু য়েংলদুন চীংঙু খোইয়ুম শিদব মপুন অসূম্ন য়াথং থৌসীখি— ইপারী অতিংকোক শিদব নঙবু তাউ—ও ।। অতিয়া শিদব পুথখিদুন কোরৌ নোংলিং—ও ।। মালেম লৈশেম—ও ।। অসুম্ন থৌশীখিবগীদমক অতিংকোক শিদবব অশীব—ও হায়ন মিংগৌনখি ।। [৬] চীংঙু খোইয়ুম অশীবদি করম্ন লৈশেম নোংশেমগদগে খনবদ মপূক্লীং ঈরৈ চনখি ।। পম্থৌ মপাবু মপূক্লীং চেংন নীংজখি ।। পম্থৌ মপান মপূক্লীং পেনবীরদুনা লৈহৌ

নোংহৌ লৈরী নোংলীগী মশক মৱোঙ পুম্নমকপু ময়া লাওন কাথোক্লুন মপারী অহলদ মমীৎথীৎন য়েংহনখি ।।০।।[৭]

চীংঙু খোইয়ুম অশীবন অহানবদ কোরৌ নোংলোন তরেৎ হায়বদি – (১) লৈয়িকোন (২) অৱাংকোন (৩) লংবকোন (৪) নুংনাংকোন (৫) কোরৌকোন (৬) অশিকোন অমসুং (৭) তাম্বকোন কৌব তরেৎ অসীবু শেমখি ।। [৮] নুমিৎ, থা, শজীক, থাবা, থায়ায়, থাদোল, ওকপুরোই, তাউহইরেং অমসুং থৱানমিচাকশিং শেমখি ।। কোরৌ নোংলিং নোংলোই ৱাবু পম্বৌ মপাদ তমখি ।। চীংঙু খোইয়ুম শিদব মপুন–ইপারী কোরৌ নোংলিংব–ও ! মালেম লৈরোল লৈশেম-ও– হায়খি ।। পম্বৌ মপাগী য়াথং থৌশীখোন তারবদ তরং লাইজ ঈপোকপ চীংঙু খোইয়ুম কোরৌ নোংলিংবন শমু মহকচংদগী লাইজ ঈশিং পুথোক্লুন মালেম লৈশেম্ব হৌখি ।।[৯] পরীং লাংশঙ হুনখি ।। (১) করিনে, (২) করানে, (৩) নোংদমখুবনে, (৪) নোংদমহনবনে লাই মরিমকপু মায়কৈ মরি লৈঙাকহনখি ।। তৌইগুম্বসুং মনাউ চীংখোঙ অতোনব কোনজিল তিংথোকপন মালেম লৈপাক হুন্ন হুন্ন থিনগাইখি ।। মরম অসীদগী কোনজিল তিংথোকপবু হরাব লৈথীনগাই হায়ন মিংগৌনখি ।। খোইয়ুম অশীবন মপন পম্বৌদ ৱাকৎখি ।। চীংঙু খোইয়ুম শিদব মপুন – ইপারী অহনব-ও ! লৈপী তোমশোন নপফা হায়ন শোন্দুন মালেম লৈশেম-ও – হায়না য়াথং পীখি ।। থৱা, চেংঙা, য়ুচেং, য়ুহা মরিমকপু মালেম চিথেক মরি লৈঙাকহন্দুনা অশীবন মালেম লৈশেমখি ।। অদুবু, মনাউ কোনজিল তিংথোকপন অমুক হন্ন হন্ন মালেম লৈথীনগায়খি ।। তরং লাইজ ঈপোকপ খোইয়ুম অশীব শাউরে ।। মনাউ কোনজিল তিংথোকপন লৈথীনগাইরিব অদু থিংলগে খল্লদুন মশাগী খোঙবী খোঙলক্তগী নূরা তাথোক্লগ পাইব ঙম্ব মশা পানব শামদোল অয়াঙব হায়ন কৌব শগোল অম পুথোকখি ।। থোক্লগদব থৌদোক অদু মমা লৈমরেল শিদবীন হান্ন খঙলদুন মপারী অতোনববু অংজ লিলজাউ ওল্লো হায়ন শায়োলহনখি ।।[১০] শামদোল অয়াঙবগী মখোঙ খুজীন্ন তান্ন তান্নদুন নেৎপদ তাংজ লিন্দু মতোক লীশীং পাল্লকখি ।। মালেম লৈমায় উফুল তাখি ।। তাংজ লিল মান পাফল তুথুপ তুথেক নাইন নোংপোক-নোংচুপ, খা-লাই, চূপচি-লাইজী লমলেন লমদম থুংন কোয়চৎ কোয়চেল্লে ।।

পাফল লম্বুরে ।। তাংজ লিলগী মকোক অপাকপ অদুবু হৱাই থাঙপাক্ক চাংদম্নদুন পোইরে চাদোল, ৱাংঙম সুদোম্ন–হৱাই থাঙপাক মথঙপাক চেংবী লোয়য়া মরোয়য়া– হায়ন শৈশক্লহৌখি ।।[১১] শামদোল অয়াঙববু ফানব মমা লৈমরেল শিদবীন লাই নৱা তরেং শাফেঙহনখি ।। মখোয় তরেংমক্ল খুজেং হংজি লাক্ল শামদোল অয়াঙববু কোয়শীনখি ।। কোনজিল তিংথোকপন মশাগী চেংলৌ শকফমদ হঞ্জীল্লগ হাওমুক্লা লেংফাইচল তাজীল খুরৌ য়েত্তুন মমৈ মশা পায়রগ শামদোল অয়াঙববু ফাখি ।। থৌদোক অসীদগী কোনজিল তিংথোকপবু কোংলৌতোন লৌথিব হায়না কোলোয়নখি ।।০।। [১২]

মপারী চীংখোঙ অহনব অশীবন পন্থৌ মপাদ থৌদোক অদুবু তম্লবদ চীংঙু খোইয়ুম য়াইবীরেল শিদবন মপারী চীংখোঙ অতোনববু চিংথোক্লগে হায়ন মপূক্লীংদ খল্লদুন মহাক মশাগী খোয়বুংদগী খোয়নৌ নুজা অম চিংথোক্লে ।। মীৎনহাগী মশক লৌদুন মৈরিন ফিজেৎ ওইবী নোংথাংলৈম কৌবী নুজা অম মীৎলুদগী পুথোক্লে ।। খুৎনিংথৌদ তোংহল্লে ।। অদুগ মপারী অহনব অশীবন মালেম লৈশেম্বদ লৈবাক লৈমায় থুগাইরিব মপারী অতোনব লৈথীনগাইবু থেমদোক্লুচো হায়ন য়াথং পীখি ।। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা নোংথাংলৈমন উহল্লগে হায়ন খন্দুন হরাব লৈথীনগাইগী মীৎমাঙদ থেক্ল থেক নৌগ নৌ, মীৎচিন খোইখোই সন্নানু, পুল্লাং নাক্ত থম, হেদো হেরাউ কা, চরৈ মকা ফোং, মাল্লৌ মীৎমাঙ তাক, থৌদু চেংজা নুঙন নূরা নন্দুন ঈরু শাদেংখি ।। শানৌ তথোৎপী মাগী নুংওনবী মতৌ উরুবদ হরাব লৈথীনগাইদু অপাম নুংশি ঈখৌ লাংবন মপূক্লীং লৈতাখিদে ।। লৈতুম হুন্ন পাউশারুবদ লৈম মাগী পুল্লাং কায়খি ।। হরাব লৈথীনগাইগী মপূক্লীং ঈথিল খঙলদুন নোংথাংলৈমান পাউশা ঈশৈ শকখি – হে নহাব অপিশক ! লৈকু মরুম খোইজোপ্প, লৈরাই মরুম খোইহাইব, লৈতুম হুন্ন পাউশাব, ইপলগী পুল্লাং কায়রেদো ।। শিংবিরোইবু হায়বরা ? শিংবীয়ু শিংবীয়ু ।। মশিংবীয়ুদা ।। হো য়া-য়া, হো য়া ।। হরাবন হন্দুন পাউশা ঈশৈ শক্লক্লে – পেম্ম নঙবু হুন্দেদা, লৈপাকশঙদ লৈবীদো, মনম নুংশা য়াইবীদো লৈতুম হুন্ন পাউশাইয়ে ।। নপলগী পুল্লাং কায়বদি কুমশি মপাল শারগ, নোংমৈ মহৈ য়াল্লগ, শিংবীগে শিংবীগে ।। মশীংবীগেদ ।। লৈম মান অমুক পাউওক্লুন

খুমলে— হে ইবুং নহাব ! য়ারৌদগী শজীন মচি কেক্রু থোক্তরি, ললহাম্নুংগী কাকফৈন মনা হুম্মাই শাদরি, তোকপমগী ঙমুন খোইজু তোলোং চিন্দরি, কোংবদগী ঙাখান পোলাং কানক নক্তরি, সূক্ল মহৈ য়ান্দরি য়াংকোক্ল মপাল শাদরি ।। লৌজখিরোই-ও লৌজখিরোই ।।[১৩] অসূম্ন হরাব লৈথীনগাইগ নোংথাং লৈমাগ পাউশা ঈশৈ শক্লরিঙেদ চীংঙু খোইয়ুম অশীবন (১) লৈশাতাউ, (২) নোংশাতাউ, (৩) লৈখোমতাউ (লৈখোঙতাউ ?), (৪) নোংখোমতাউ (নোংখোঙতাউ ?) হায়ন কৌব লাই মরিমকপু খোইয়ুম মহাকচাংদগী শাফোঙ হন্দুন মালেম মায়কৈ মরি লৈঙাকহল্লগ মালেম লৈরোল তরেৎ হায়বদি — (১) মালংকোন, (২) মালৈকোন, (৩) পোংলৈকোন, (৪) লৈনুংকোন, (৫) লৈখাকোন, (৬) খমলৈকোন অমদি (৭) খম্নুংকোন কৌব মালেম লৈরোল তরেৎ অসী শেম্ব লোইখি ।। [১৪] তেংবানব মপু মান কোয়ন কোয়ন চত্তুন মালেম লৈমায় অদু য়েংবদ ঈশিং কংথখিবগী ঈনাং পকপ অকংব লমদম লমলেন অম থেংনখি ।। লমলেন্দুবু কংলৈ নুংনাংপাল হায়ন মিংগৌখি ।। [১৫] অকংব লৈপাক লৈব লমলেন্দুদ লৈরগ তাইবং কুম্মৈ শান্নরগে হায়ন অথোইব লাই তাইবং মপু মান মপূক্লীংদ লেপখি ।।০।। [১৬]

পন্থৌ মপা তেংবানব মপু য়াইবীরেল শিদবন — মালেম লৈশেম্ব লোইরবদি মালেম লৈমায় লৈতেমথোক্লো — হায়ন মপারী অহল অশীবদ য়াথং পীখি ।। অশীবন নোংপোক লৈহৌ চীং কাখি ।। মাগী মহকচাংদগী লাইবুংথৌ মাপল শাফোঙহনখি অদুগ লোইবী চীংজাউ চীংদোল থুগায়রকখি ।। লাইবুংথৌ মাপলগ লোয়নন থেংগৌ শাদুন মালেম লৈমায় তেমখি ।। (১) অকাও থেংগৌ শাদুন কাওন কাওন লৈনেৎখি ।। (২) লৈফন থেংগৌ শাদুন ফন ফন চোংদুন লৈনেৎখি ।। (৩) লৈচাই থেংগৌ শাদুন চোংথোক চোংশিন লৈনেৎখি ।। (৪) নোংফন থেংগৌ শাদুন চোংশিল চোংশিল লৈন লৈন লৈনেৎখি ।। (৫) লৈকক থেংগৌ শাদুন শীক্ল শীক্ল লৈনেৎখি ।। (৬) লৈনেৎ থেংগৌ শাদুন চোংথোক চোংথোক লৈন লৈন লৈনেৎখি ।। (৭) অতান থেংগৌ শাদুন চোংন চোংন নীক্ল নীক্ল লৈনেৎখি ।। (৮) লাংকক থেংগৌ শাদুন চোংশিল চোংশিল নীক্ল নীক্ল লৈনেৎখি অদুগ অরোইবদ (৯) অখম থেংগৌ শাদুন মালেম লৈমায়

লৈতেম্ব লোইখি ॥ [১৭] মালেম লৈমায় লৈতেম্বদ খোইয়ুম লাব অমোম শক্লব লাইয়িংথৌ অশীবগী মহকচাংদগী শাফোঙহনখিব লাইনুরা তরেৎন তেঙবাঙখি ॥ অসূম্ন লাইবুংথৌ মাপল লাইনুরা তরেৎমক্ল লৈতাই নোংদাই জগোই শাদুন লৈরোই নোংলোই ঈশৈ শকখি ॥ মালেম লৈমায় লৈতেম্বদ কংলৈসী মপুঙ ফারে হায়দুন কংলৈপুঙ-ও হায়ন মিংথোনখি ॥[১৮] অসূম্ন মালেম অসি শেম্ব লোইরে হায়বগী (১) অসি কৌখি ॥ মালেম লৈমায় ফত্তব মফম কদাইদ লৈরিবগে হায়ন হৈন য়েংলে হায়বগী (২) হৈয়েং কৌখি ॥ হরাবগী শায়োন ওইরিবা নুংশিৎ মাদি ফন হৈন য়েংলবসু অদুম শীৎলি হায়বগী হৈয়েংশীৎ (৩) হংচীৎ কৌখি ॥ লৈমায় মচি অমদ ফত্তব অকায়ব লৈরম্ববু মশেম-এ হায়বগী (৪) মশেম কৌখি ॥ হন্ন হন্ন নুংশিৎ মান মরৌ তৌন শীৎলি হায়বগী (৫) মরৌ কৌখি ॥ লৈথীনগাই নোংলৈ নুংশিৎ মান হুমদোকপদ ঙমদনব চুক-শেল কাপ্পু থায়-এ হায়বগী (৬) মকাপ কৌখি ॥ মায়কৈ ঙাকপ লাইশিংনা কন্ন লৈঙাক্লবদ লৈথীনগাইবদি ঙমদ্রে শীৎপদি মশীৎলি হায়বগী (৭) মশীৎ কৌখি ॥০॥[১৯]

চীংঙু খোইয়ুম অশীব তরং লাইজ ঈপোকপ কোরৌ নোংলিংব মালেম লৈশেম্বন হুং হায়ন সোন্দুন লাইজ ঈপাক্ত কোংগোল থোকহল্লে ॥ কোংগোলদগী ঈনাং, ঈনাংদগী ঈশং, ঈশংদগী কঙনাউ কঙবী, শীংনাং শীংক্লৎ, ব্রাপাল উপাল মথং মথং শেমখি ॥ [২০] মরম অসীদগী চীংঙু মালেম লৈশেম্ব মাবু কঙবী কঙনাউ কঙপোকপ, পামেল উপাল উরিংব হায়ন মিংথোনখি ॥ মসীগী মতুং তারকপদ, পম্ভৌ মপা তাইবং মপুন লৈরোল নোংলোল চেৎশিন্নবগীদমক্ত মপারী অহনবগী মতীক ময়াই শন্দোকহল্লো হায়খি ॥ পম্ভৌ মপাগী য়াথং মতুং ইন্ন চীংঙু মালেম লৈশেম্বন হুং শেৎ হায়ন শোন্দুন মহাক মশাগী মহকচাংবু পোকখায় চাইখায়হনখি ॥ [২১] থিরেল পোকখায়খি ॥ মনম্ন মালেম ওইখি ॥ মপূক্ল নোংথৌ ওইখি ॥ মমীৎ য়েৎ ওয়ন নুমিৎ থাদ চংখি ॥ কাপথোকখিব তুরীক্ল নোংদোলথক্ত লংলিব থব্রানমিচাকশিংদ চংখি ॥ ঈন লাইজ ঈশিংদ তিনখি ॥ মনুংশান মালং নুংশিত্ত তিনখি ॥ মশিংখান খাম্বী মৈদ চঙখি ॥ মতু তুহাউন নাপী শীংবী

উপাল ব্রাপালদ তিনখি ।। কোরৌ নোলিংব মালেম লৈশেম্ন অতিংকোক মরু শিদব অশীব কৌব লাই মাগী মহী ময়াইন কোরৌ নোংলোল মালেম লৈরোল সন্ন লৈখ্রে ।। [২২] সন্ন লৈব মহী ময়াই সন্নমহী (সনামহী) ওইখি ।। মাগী মহী ময়াইন পুম্নমক্তগী অহেনব লেল মহীরেল ওইখি ।।০।।[২৩]

হয়েং তাইবংমীওইবশিংন খুন্দা লৈতাদুন খুনবাল লৈপাল্লরুব মতমদ মপারী করম্বন তাইবং মীওইবগী লৈঙাক নিংথৌ ওইরগদগে অদুগ করম্ব মপারীন খোইয়ুম লাইগী নিংথৌ লাইনিংথৌ ওইরগদগে হায়বসী খঙহল্লগে হায়দুন পম্থৌ মপান মপারী অহুম্মক য়েংন য়াথং পীখি – হাদ ইপারী নুংচানব অহুম্মক-ও! কোরৌ নোংখোঙদুম কোয়-ও ।। নপল পম্থৌ ঐগী ইফম্লাংদ হান্ন ব্রায়থুংলব ইপারী মাঙোন্দ চোয়নৌ তাংবল ফম্বাল্লাংবু শমু খৃৎশিন্নগে ।। পম্থৌ মপাগী য়াথং মতুংইন্ন মপারী চীংখোঙ অহনব শোইরেল লৈখে হান্ন হুনব চীংঙু খোইয়ুম অশীব সনামহী মহীরেলগ মপারী চীংখোঙ য়াইমব চীংঙু খোইয়ুম অতিয়া শিদবগ অনীমক্তি কোরৌ নোংখোঙ কোয়ব চৎখি ।। তৌইগুম্বসুং মপারী চীংখোঙ অতোনব কোনজিল তিংথোকপ হরাব লৈথীনগাইদি নৌরিবা নহা ওইব মরম্ন নোংখোঙ কোয়ব ঙমলোই হায়ন খনবদগী পলেম মমা লৈমরেল শিদবীগী পাউতাক মতুংইন্ন পম্থৌ মপাগী ফম্বালদু তরেৎলক কোয়রগ পম্থৌ মপাদ খুরুমজখি ।। পম্থৌ মপান মপারী অতোনবদ ফম্বাল পীখি ।। তেংবানব মপু ওইরিব পম্থৌ মপাগী মতীক ময়াই খঙই হায়বগী মপারী অতোনববু পাখংব হায়ন মিংথোনখি ।। কোরৌ নোংখোঙ কোয়রুব মপারী অনী থুংলরে ।। মপারী চীংখোঙ অহনব সনামহীন নোংখোঙ কোয়রুরগ হল্লকপদ মনাউ অতোনবন ফম্বাল কাদুন লৈরম্ব অদু উবদ মপুক্লীংদ ব্রারৌখি ।। পম্থৌ মপাগী য়াথংদি কোরৌ নোংদ কাফদে মালেম লৈদ তাফদে খঞ্জদুন কোরৌ নোংখোঙ কোয়জরুবগী থবকপু থৌশাবীদবগীদমক্ত মখোয়দৌ থীৎন শাউখি ।। মনাউ পাখংববু ফম্বালদগী থাংথরগে হায়ন মপুক্লীংদ চপ য়ুংন খল্লদুন চঙশিল্লকখি ।। তৌইগুম্বসুং লাই নুরা তরেৎন মখৃৎ শম্নরগ– কেক ক্রে কেক ।। মো মো ।। য়াংগেন শম্ব ।। শ্ব্যাও শ্ব্যাও ।। কৈগ য়েনগ ।। তোকপগ কাম্বগ ।। য়েনখোং ফত্তে ।। চাশীল্লো ।। লাইগী য়েন্নি ।। চাফদে ।। – হায়ন কেক ক্রে কেক লীরোল ঈশৈ শক্তুন চীংখোঙ অহনব সনামহীবু থৎখি ।। [২৪]

সনামহীদু পাঙ্গল থোকপ য়াদ্রে ।। মান শেমজব মালেম লৈপাকসী মাঙহল্লগে খল্লদুন শেংগম ফৈরেং লেপ্তুন মালেমসী অৱাংলোমদগী খারোমদ নেৎথখি ।। মালেম শেক্লীং পায়রদুন লংখাইরগে হায়ন তেমশিংখি ।। পষ্থৌ মপা তেংবানব মপুন চোংথোক্লক্তুন মপারী অহনব য়েংন হায়খি — হাদ ইপারী চীংখোঙ অহনব।। কোরৌ নোংবু খোনব ।। মালেম লৈবু লূম্ব ।।ইপারী নঙবু থোইব চীংঙু কনা লৈরিবগে ।। পলেম নমা লৈমরেল শিদবীন মপারী খোম্মৈতোনবু খর হেন্ন নুংশিরুবদগী থৌৱোঙ অসী ওইপ্রে ।। শাউরগনু — হায়ন থেমখি ।। সনামহীদু থেম্ব য়াদ্রে ।। মমায় হাওরৈ খা পাংন খোঙকাপ লাওন খোঙশানপ্রে ।। পষ্থৌ মপা পলেম মমা অনীমক্ত মপারী অহনববু তান্নখি ।। মপারী অতোনবদ করিনুংগী পাউতাক পীরুবগে হায়ন খল্লদুন পলেম মমান মখোয়দৌ থীৎন কপচখি ।। মপারী অহনববু কপ্ল কপ্ল তান্নখি ।। পলেম মমাগী মতৌ উবদ সনামহীদু অশাউ খাম্বী মৈমুৎখি ।। মথম্মোই পেৎলকখি ।। তৌইগুম্বসুং মথম্মোই পেন্দবন ৱারৌ পৃক্লৌন ৱাংন ৱাংন চোংখত্তুন কোয়ন কোয়ন য়েংখি ।। লমলেন্দুবু তুংলমচৎকী তাইবংশিংন ৱাঙ্গোই হায়ন খঙনহৌখি ।। (২১) লমলেন ৱাঙ্গোইদ মমা লৈমরেল শিদবীন মপারী সনামহীবু ফংজখি ।। লৈমরেল শিদবীন চীংঙু খোইয়ুম অশীব সনামহী য়েংন — ইপারী চীংখোঙ অহনব ।। অতিংকোক মরু শিদব ।। য়াইবী য়েলহৌঙৈগী ।। অমমলৈশা হাল্লকপ ।। খেরে নুঙগুম তগুপ্ল ।। ফোইদিং নোংথাং তবংলেন ।। তবং লাইজ ঈপোকপ ।। খোইর লীহৌ নাইদব ।। শেকমোম কাইবী লীগুম ।। পরিং লাংশঙ হুল্লকপ ।। কোরৌ নোংলোন নোংলিংব ।। মালেম লৈরোল লৈশেম্ব ।। ননম্ন মালেম লৈওইব ।। নপুক্ল কোরৌ নোং ওইব ।। সনামহী মহীরেল ।। পায়ম পীবুক শাউরগনু-ও — হায়ন মপারী অশীবগী মতীক ময়াই শৈথাদুন নাউথেমখি ।। পষ্থৌ মপা তেংবানব মপুনসু মপারী চীংখোং অহনবদ — ইপারী শোইবেল লৈখৈ হান্ন হুনব-ও ! ইপারী নংদি হয়েং তাইবং খুল্লিংলবদ খোইয়ুম লাইগী নিংথৌ লাইনিংথৌ ওই-ও ।। লৈরোল নোংলোন অনীমক্কী মপু ওই-ও নোংদম্বনে ।। লাইরূপকী থৌরমদ ৱায়েল তৌ-ও ।। নপন পষ্থৌ ঐসু ইপারী নঙনে ।। ইপারী নঙদি নপন পষ্থৌ ঐনে ।। নঙবু থোইব লাই অম লৈতেয়ে ।। লৈরোল নোংলোন অনীমক্কী মপু ওই-ও ।। হয়েং তাইবং

খুল্লিংলবদ তাইবং য়ুম্বুম খূদীংগী নিংথৌ ওই-ও ।।[২৬] নমু তাইবং পুন্নমকপু অয়ুক ঙন্ন কোনথোকপি নুমিদাং ঙন্ন কোনশিনবী -ও ।। অপোক অসি নোংদম্ব খম্লুং য়াইথোঙ শিনসুব ওই-ও ।। নঙবু নীংজব মহাক্তি নুংঙাই য়াইবী মরাং কায়ন ঐবু ফংঙম্ব ওইসুনু-ও ।। ইপারী অহনব নঙদি নোংদম্ব ঐগী য়াইবীনি ।। নঙ্গী নতীক নয়াইন কোরৌ মালেম শনহলগে নপা ঐন শীনবনি — হায়খি ।। [২৭] অসূম হায়ন পলেম মমা লৈমরেল শিদবী অমসুং মপন পষ্থৌ তেংবান মপুন চীংখোঙ অহনব চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীদ মিংখৈ ১৬৮ পীখি ।।[২৭ক] পলেম নমা লৈমরেল শিদবীসু ইপারী নঙগী লৈফমদ নাউয়োক নাউকোন লৈগনি ।। লাব থীয়াঙ থোক্ল য়াইবী কলহৌ নীক্ল খোয়বুঙ করিগী শাউবগে ।। কংলৈপুঙময়োন্দ নীংন তেন হলব্রাইরসী — হায়ন মখূজেং পায়দুন কংলৈপুঙময়োন্দ পুরকখি ।।[২৮] তেংবানব মপুন মপারী কোনজিল তিংথোকপ পাখংব য়েংন — ইপারী চীংখোঙ অতোনব-ও ! হয়েং নমু তাইবংন খুনবাল লৈপাল্লবদ ইপারী নঙন লাংওল তৌদুন মীনোংথৌ নমু তাইবং পোংনিংথৌ লৈঙাক নিংথৌ ওই-ও — হায়খি ।। [২৯] মপারী চীংখোঙ য়াইমব অতিয়া শিদব মহাক্তি — পষ্থৌ ইপাগ তেথোক তেশীন্ননা লৈগদবনি ।। ইপারী নংদি ইপাগী ইফমদ ফন্ন-ও —হায়ন য়াংথং পীখি ।। মরম অসীন চীংঙু খোইয়ুম অতিয়া শিদবদি পষ্থৌ মপা তেংবানব মপুগ তেথোক তেশীন্নন লৈমিন্নখি ।।০।।[৩০]

তেংবানব মপু চীংঙু খোইয়ুম য়াইবীরেল শিদবন তাইবং কুম্মে শান্নরগে হায়ন মপূক্রীংদ খল্লদুন মপারী অহনব মালেম লৈশেম্বদ মালেম লৈমায়দ তাইবং খুল্লিংনবগীদমক্ত তাইবংমী শেমলো হায়খি ।। মপারী অশীব তরং লাইজ ঈপোকপন লাইজ ঈশিং ঈমায়দ হুং হায়ন শোন্দুন ঈরীক কোংগোল থোকহনখি ।। ঈরীক কোংগোন্দগী নমুপোং মিতমখি ।। পষ্থৌ মপাদ কৎশিনখি ।। কয়াৎ শরূ পান্দব চেংলৌ মশক নাইদব অসীন তাইবংমী ওইব য়ারোই হায়দুন য়াইবী থব্রায় হাপ্পিরগ *তীনবী তীনখ্রোক* কৌদুন মালেম লৈহাউ শেম্বব মালেম লৈয়োন চাদুন হিংলসুনু হায়ন মালেম লৈমায়দা থাদোকখি ।।[৩১] মপারীন মথং অম অমুক শারকখি ।। পষ্থৌ মপান য়াইবী মথব্রায় হাপ্পিরগ হয়েং নমু তাইবং মীগী অব্রা-অনা পুদুন উশিনঙা ওইরসুনু হায়রদুন লেমলৈ ঙমু হায়ন মমিং থোন্দুন

**লাইজ ঈশিংদ থাদোকখি ॥** মথং অম শারকপ অদুসু ওইব য়ারোই হায়দুন হয়েং তাইবংমী **লাক্লবদ ইঙা কুমদম্ব, ইঙেল কুমখাইব** ওইনব অমসুং অশি তুরেল লানবদ মতেং পাংনবগীদমক্ত ***হংঙোই*** হায়ন মিংথোন্দুন লাইজ ঈশিং মপান্দ থাদোকখি ॥ চীংঙু অশেম-অশাবন অম অমুক শারকখি ॥ পম্বৌ মপান য়াইবী মথব্রায় হাপ্পিখি ॥ হয়েং নমু তাইবং লাক্লগ খম্নুং পাউজেন্নব খমলৈ পাউতাক্লবগীদমক্ত চেক্লা ***মকু*** হায়ন মিংথোনবীরগা অহাঙব মালংদ থাদোকখি ॥(৩১ক) মথং অম শেমলকখিব অদুসু হয়েং তাইবং মীগীদমক্ত ঈরাৎ থৌরম লাকপদ শরেল শা ওইনবগীদমক্ত য়াইবী মথব্রায় হাপ্পিরগ ***তেকপী ওক্লেন*** হায়ব মমিং অসী থোন্দুন চোৎলি চোৎলাব লৈমায়থক্ত থাদোকখি ॥ (৩২) চীংঙু খোইয়ুম অশীবন মপূক্লীং চঙন মথং অম শাদুন তাইবংমী ওইব য়ারনি খঞ্জদুন পম্বৌ মপাদ কৎশিনখি ॥ তৌইগুম্বসুং ওইব য়ারোই তাকপিখি ॥ হয়েং নমু তাইবংমীন মাগী মশক উরগ নমু পোংশেমলোনগী ব্রারী নীংশিংলসুনু হায়দুন য়াইবী থব্রায় হাপ্পিরগ মমিং ***য়োং*** হায়ন থোনবীদুন উমং-ব্রামংদ থাদোকখি ॥ অসুম্ন হন্ন হন্ন তরুক্লক শেন্নবসু তাইবংমীগী মশক ওইঙমদ্রবদ চীংঙু অশেম-অশাবন পম্বৌ মপাদ করম্ন তাইবংমী শাগদগে হায়ন হংজখি ॥ মপারীগী পাউহংখোল তারবদ পম্বৌ মপা চীংঙু খোইয়ুম য়াইবীরেল শিদবন — ইপারী অশেম-অশাব ও ! নমু তাইবং মাগী চেংলৌ শকফমদি থোইন হেন্ন ফজনি ॥ মাগী পূক্লীং ব্রাখন্দি মতীক মঙাল লৈগনি ॥ মরম অসী লৈবন পম্বৌ নপা ঐগী ইমিসিবু য়েংদুন নমু পোংশেম ও —হায়খি ॥ (৩৩) চীংঙু খোইয়ুম অশীব সনামহীন পম্বৌ মপাগী মমি য়েংদুন তাইবংমী শেমখি ॥ পম্বৌ মপাদ কৎশিনখি ॥ চীংঙু খোইয়ুম য়াইবীরেল শিদবগী মপূক্লীং পেনজখি ॥ য়াইবী মথব্রায় হাপ্পিখি ॥ তেংবানব মপু মান মাগী তাইবং কুম্মৈ শান্নরগে খল্লদুন নমু তাইবংমী মাবু তাইবং খুল্লিংনবগীদমক্ত মালেম লৈমায়দ থাদোকখি ॥ তাইবংমী শেমখি হায়বগীদমক চীংঙু খোইয়ুম মালেম লৈশেম্ব মাবু নমু পোংশেম্ব-ও হায়ন কোলোয় মমিং থোনখি ॥০॥

তাইবং খুল্লিংলদুন খুনবাল লৈপাল্লবদ অদুঙৈ তেংবানব মপুন হায়খিবগী মতুং ইন্ন মপারী চীংখোঙ অতোনব কোনজিল তিংথোকপ পাখংবন চক খূদীংমক্ত

মথং মথং লাংওন্দুন নমু পোংনিংথৌ লৈঙাক নিংথৌ ওইখি ।। (১) হয়িচক্ত পাখংয়োইরেল তোমপোকপ ওইন, (২) হয়াচক্ত তাংজলিলহা পাখংব ওইন, (৩) খুনুং চক্ত শেন্দ্রেংলোলাং পাখংব ওইন অদুগ (৪) লাংব (কোন্ন) চক্ত তুবী য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাখংব ওইন লাংওনখি ।। (৩৪) মপারী চীংখোঙ অহনব চীংঙু খোইয়ুম অশীব সনামহীন খোইয়ুম লাইগী নিংথৌ লাইনিংথৌ ওইদুন তাইবং য়ুম্বুম খুদীংগী শম্ভোং পাংব কাচিন্দ শম্ভোং নিংথৌ অপানব লাইয়িংথৌ সনামহী হায়ন কোলোয় মিংগৌনদুন তাইবং মীওইববু অয়ক ঙন্ন কোনথোকপি নুমিদাং ঙন্ন কোনশিনবীদুন লাংবল কাওরেল শনশেনবগুম ঙাকপী-শেনবীদুন মচা মনাইশিংবু যাইফ নংঙাই পীবীগে হায়বগীদমক্ত লৈখি ।। মমা লৈমরেল শিদবীসু অদুঙৈগী ব্রাবু কাউথোকপ তৌদন মপারী চীংখোঙ অহনব চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীবু নাউয়োক নাউকোন্দুন তাইবং য়ুম্বুম খুদীংদ লৈখি ।।০।। (৩৫)

হৌজিক্তী ঐখোয়ন কোরৌ নোংলিংলোন, মালেম লৈশেমলোন অমসুং নমু পোংশেমলোন- শমজীন্ন হায়রগ লৈশেমলোনগী ব্রারী অসী খঙলব মতুংদ চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীগ চীংখোঙ অতোনব কোনজিল তিংথোকপ পাখংবগ অনীগী খেন্নব অসি করি করিনো হায়ব ইরায় লায়ন পুথোকপ ঙমলগনি ।। খেন্নবশিং অদু মথংগী পন্দুপ্ত থমজরে ।।০।।

**মচাক তানফম ওইবা লাইরিকশিং**

১) (১)(৫-৭)(১২)(১৩)(১৯-২২)(২২)(২৪)(৩১) (৩৩) – ***লৈথক লৈখারোল (১৯৬৭)*** **: শিন্দোকপ - য়েংখোইবা ভাগ্য**

২) (২) – ***খমওই য়াংওই সেকনিং (১৯৮৮)*** **: পুথোকপ - মালেম য়াইফশঙ**

৩) (৩) – ***থিরেল মৈরমলিবা (১৯৮২)*** **: শিন্দোকপ - এন. ইবোচৌবা**

৪) (৪) (৫) (২০) (২৬) (২৯-৩৩) *(৩৫)*– ***সনামহী লাইকন (১৯৭২)*** **: শিন্দোকপ – ওইনাম ভোগেশ্বর**

৫) (৭) (১২) (১৩) (১৭) (২৪) (৩১) (৩৩)– ***মণিপুরী জগোই সেমিনারগী নৈনখিবা মশক (১৯৭১)*** **: লেংশিনব – এলাংবম নীলকান্ত (মনিপুব স্তেত কলা একাদেমি)**

৬) (৮) (১৪) – ***সকোক লমলেন অহানব (১৯৭৩)*** **: অফোঙব – ইবোহল অমদি রাজেন**

৭) (৯) – ***লৈহৌ নাউফমলোন (১৯৮০)*** **: শিন্দোকপ – ইরোম অমুবী**

৮) (৯) (২৬) – ***কংলা লায়াং (১৯৮৭)*** **: অয়ীব– খুমল্লক্ষ্ম য়াইমা**

৯) (১০) (১১) (১৩) (২৪) – *লাইহরাউবা (১৯৮৯)* ঃ অয়ীব – বাহেংবম লুখোই
১০) (১১) (১২) (৩০) – *অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস (১৯৬৯)ঃ* অয়ীব – নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র
১১) (১৫) (১৬) (১৮) (২০-২২) (২৪) (২৭) (২৯) (৩২)– *নিংথৌরোল শৈরেং (১৯৬৭)* ঃ অয়ীব – ওইনাম ভোগেশ্বর
১২) (১) (২) (৫) (৮) (৯) (১১) (১২) (১৪) (১৬) (১৭) (২০) (২২) (২৩) (২৫-২৭ক) (২৯) (৩১ক) (৩৩) (৩৫) – *লাইয়ীংথৌ লাইরেম্মাশিংগী ৱারী শীংবুল – (১৯৯৯)ঃ* অয়ীব – সাইরেম নীলবীর
১৩) (২৫-২৯)(৩৩)(৩৫) *লাংঙল (১৯৭৭)ঃ* অয়ীব– থোকচোম বাজো (মাইবী)
১৪) (২৯) (৩৫) – *মৈতৈ: মৈথৌরোল, শীচংশাজং, লাইনীং (১৯৯৪)* ঃ অয়ীব – চোংথাম ভুবন
১৫) (৮) (৫) (২০) (২৬) (২৭) (৩১-৩৩)–*সনামহী লাইহুই (১৯৮১)* ঃ শিন্দকপ – ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র
১৬) (৩০) (৩৪) – *খুনুং শীচং শাজং (১৯৭০)* ঃ অয়ীব – মাধব অর্মদি খেলচন্দ্র
১৭) (৩০) – *নোংশাবা খুনগোইরোল (১৯৯৩)ঃ* অয়ীব – অসেম ইবোমচা (অইশবা)
১৮) (২৭ক) – *ইনাংকী হবাউ কুম্মৈ (১৯৯২)ঃ* অয়ীব – খুলেম চন্দ্রশেখর
১৯) (২৭ক) – *সনামহী মিংথৈ ১৬৮(১৯৯৪)ঃ* অয়ীব – ভাবিয়াম্বম কাংজীয়া



# ২

# লাইয়িংথৌ সনামহী

# অমসুং

# কোনজিল তিংথোকপ পাখংব

অতিংকোক মরু শিদব চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীগ কোনজিল তিংথোকপ হরাবা পাখংবগ অনীগী লৈনব মরী অমসুং মতীক ময়াইগী মতাংদ অরিব লাইরিকশিংদ ইরম্ব অমসুং লৈপাক্কী অখঙ অহৈ পন্দিত মায়চৌশিং অমসুং অমাইব অমাইবীশিংন হায়ব ব্রাফম কয়া লৌখৎচদুন শমলপ্ল পনজরি—

(১) অরিব লাইরিক খরদ অমসুং অখঙ অহৈশিংন লীব ব্রারীদ তেংবানব মপুগী মপারী অসী অনীতনি হায়ন ইরম্ব অমসুং হায়নব য়াওই ।। [১] অদুগ অহুমনি হায়ন ইরম্ব অমসুং হায়রম্বসু লৈ ।। অনীবু ওইরবসু মহুমবু ওইরবসু লাইয়িংথৌ সনামহীন ময়াম্ব অদুগ ইবুধৌ পাখংবন মনাউ ওইদুন অদুম লৈ ।। ব্রাফম অসীদদি য়েৎনব লৈতে ।।০।।

(২) ফূরূপ অসীগী লাইনীংগী য়ুমফম ওইরিবা লৈশেমলোন অমসুং নমু পোংশেমলোন্দ লাইয়িংথৌ সনামহীন শেম্ব শাবগী থবক তৌই ।। মরম অসীন মহাকপু চীংঙু অশেম-অশাব কৌই ।। অদুগ কোনজিল তিংথোকপ পাখংবন থুগাইবগী থবক তৌই।। মরম অসীন লাই অসীবু হরাবা লৈথীনগাই হায়ন কৌই ।।০।।

(৩) পম্বৌ মপাগী য়াথং মতুংইন্ন নোংখোঙ কোয়রুরব মতুংদ লাইয়িংথৌ সনামহীন খোইয়ুম লাইগী নিংথৌ লাইনিংথৌ ওইখি ।। লাইয়িংথৌ অসীন তাইবং য়ম্বুম খূদীংবু ঙাকপিশেনবীব, অব্রা অনা কোকপিব অমসুং

য়াইফ নুংঙাই পীওম্ব লাই অম ওইন লৈখি ।। মমা লৈমরেল শিদবীন তাকপিবদগী কোনজিল তিংথোকপ পাখংবন মপন পম্ব্বৌগী ফানখোঙ কোয়দুন নিংথৌ ফম্বাল কাখি ।। তাইবং খুল্লিংলবদ চক চক খৃদীংগী লাংওল তৌবীদুন নমু পোংনিংথৌ তাইবং খুন্নিংথৌ লৈবাক মপু লৈঙাক নিংথৌ ওইখি ।।০।।

(৪) খুন্নাই অসীগী থাজনবীদ লাইয়িংথৌ সনামহীবু কোরৌ নুমিৎকী মশক ওইন লৌনৈ ।। কোরৌ হায়ব মিং অসীমক লাইয়িংথৌ সনামহীগী মমিং অম ওইন অতোম্বাপু শর্ম্মাগী ***মণিপুর ইতিহাস অহানব খন্দ***[১ক], ঙারিয়াম্বম কাংজীয়া মঙাংগী ***সনামহী মিংথৈ ১৬৮***[২] অমসুং কুল্লচন্দ্র শর্ম্মান খোমজিনব ***সনামহী পুয়া***[৩] দ য়াওব সনামহীগী মমিং ১৬৮ অদুগী মনুংদ য়াওই ।। অদুগ পাখংববু লোইদাম থাজ পাখংব হায়দুন ঐখোয়ন থাগী মশক ওইন লৌনৈ ।। নুমিৎকী মঙান্ন থাবু ঙালহল্লি হায়বসীদি পুম্নমক্ক খঙনরব ব্বাফম অমনি ।।০।।

(৫) ***লৈথক লৈখারোল*** কৌব অরিব লাইরিক্ত সনামহীবু 'অ' নি অদুগ পাখংববু 'ক' নি হায়ন য়াম্ন শেংন ইরি ।।[৪] ঐখোয়ন খঙনরে মদুদি 'অ' দি থিংদব (স্বর) ময়েক্লি অদুগ 'ক' দি অথিংব (বেঞ্জোন) ময়েক্লি ।। 'অ' দি 'ক' গী মতেং য়াওদন মতোমত লেপ্প ঙমই অদুগ 'ক' দি 'অ' গী মতেং য়াওদনদি মতোমত লেপ্প ঙমদে ।।০।।

(৬) লৈশেমলোন ব্বারীদগী ঐখোয়ন খঙব ঙমই মদুদি পাখংবগী ফম্বালদি অমত্তনি ।। মাদি লৈঙাক নিংথৌনি। সনামহীগী ফম্বালদি য়ুম্নুম খৃদীংদ লৈ ।। মহাক্তি লৈবাক মীয়াম (প্রজা) নি ।।০।।

(৭) সনামহীদি খোইয়ুম লাইগী নিংথৌ লাইনিংথৌনি ।। লাইনীং নিংথৌনি ।। পুক্কীংগী ওইব নুংগী নিংথৌনি ।। পাখংবদি নমু পোংনিংথৌনি ।। লৈঙাক নিংথৌনি ।। পানগী ওইব নিংথৌনি ।।০।।

(৮) ফুরূপ অসীগী চীম্বাঙ লান্ন লাকপ ব্বারীদ লাইয়িংথৌ সনামহীবু মশা পানব চেক্লাগুম পাইঙম্ব শগোল ওইন উৎলি ।।[৫] ইবুধৌ পাখংববুন কিশি কিদুন মরৈ মরৈ য়োৎশিন্দুন লৈব লিলজাউ অম ওইন উৎলি ।। [৬] মশা পানব শগোলন মনীংতম্ন পাইঙম্ব তাইবং থব্বায়গী মশক্লি অদুগ কিশি কিদুন মমৈবু

ময়াদ চীক্লুন লৈরিব লিলজাউন তাইবং হকচাংগী মশক্লি ।। অহিংব তাইবং হায়বসী চেক্লাগুম পাইঙম্ব য়াইবী থৱায়বু তাইবং হকচাংন লাংগী মশক ওইদুন থৱায় চেক্লা মাবু পোম্বীগুম ফাজিন্দুন লৈরিঙৈগী মতমনি ।। পোম্বীগুম লৈরম্ব তাইবং থৱায়ন তাইবং হকচাং পোলাং থাদোক্লুন চেক্লাগুম পাইশ্রবদ শিব হায়বদু ওইরিবনি ।। থৱায়দি শিনাইদবনি ।। শিনাইরিবদি তাইবং হকচাংনি ।।(৭) চীম্থাঙ লান্ন লাকপ অমাইব অমাইবীশিংগী থাজনবী মতুং ইন্ন তাদি থৱায়নি; তাদি সনামহীনি ।। থাঙদি হকচাংনি; থাঙদি পাখংবনি ।।(৮) হায়রিব থাজনরকপী অসীগী মতুং ইন্ন সনামহীন থৱায়নি অদুগ পাখংবন হকচাংনি ।। লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোন মাগী ***সাকোক থিরেল*** দ লাইয়িংথৌ সনামহীবু 'তাইবংনুংদ লৈবনি ।। থৱায় হায়ন কৌবনি' হায়ন শৈথাই ।।(৯) ***লাইনীংথৌ সনামহী লাইনীং*** হায়ন মিংথোনব সনামহী তেম্পল বোর্দন ফোঙব লাইরিক অমদ লাইয়িংথৌ সনামহীদি পুক্লীং ব্রাখল অনীগী মপ ওইরিব থৱায়নি হায়বসীগী থাজনবী অসী য়াম্ন শেংন উৎলি ।।০।।(১০)

(৯) লৈবাক্লা শকখঙনরব শক্লাইরব পন্দিৎ মাইচৌ খুলেম চন্দ্রশেখরন হায়– "মৈতৈ লৈপাক মণিপুরদ নিংথৌগ মাইবগ হকচাংগ মিগ থানব য়াদবগুম তৎন থানব য়াদব চাউরব মরী কয়ামরুম লৈ ।। লাইচৎ লাইওনগী মতুং ইন্ন য়েংব তারবদি নিংথৌন মনাউনি অদুগ মাইবন ময়াম্বনি ।। নিংথৌ কনানো ? পাখংবনি ।। মাইব করি লাইগী লাইওন্নো ? মাইব মারজীংগী সাওলনি ।। মারজীং কনানো ? মারজীং সনামহী লাইনিংথৌনি ।।"(১১) ব্রারোল অসীগী মতুং ইন্ন পাখংবন লৈপাক্কী লৈঙাক নিংথৌনি অদুগ সনামহীন অমাইবগী মশক্লি ।। লৈপাক মাইব খূরাই তাঙব, নিংথৌ মাইব চিরাই তাঙব হায়বসী সনামহীগী মিংখৈ অমনি হায়বসীদি পুম্নমক্ল খঙনরবনি ।। (১২) নিংথৌন লৈঙাকলোনগ মরী লৈনৈ; মাইবন লাইনীংলোনগ মরী লৈনৈ ।।০।।

(১০) ইবুধৌ পাখংবদি নিংথৌগী লাইনি ।। নিংথৌ মশামক কোনজিল তিংথোকপ পাখংবগী লাংওন্নি হায়বগী থাজনবী হৌজিকসু লৈরি ।। লাইয়িংথৌ সনামহীদি নিংথৌগীসু অদুগ লৈবাক মীয়াম খূদীংগীসু ওইব লাইনি ।।০।।

ব্রাফম তরা অসীদগী ঐখোয়ন য়াম্ন শেংন খঙলে মদুদি — পাখংবন পানগী মশক ওইব, মশা মতোমত হিংঙমদব শিনাইব হকচাংগী মশক ওইব, নিংথৌগী মশক ওইব তাইবং নিংথৌ নমু পোংনিংথৌনি অদুগ সনামহীন নুংগী ওইব, হকচাংগী মতেং য়াওদ্রবসু মদোম হিংঙম্ব শিনাইদব থব্রাইগী মশক্কি ।। খোইয়ুম লাইগী নিংথৌ লাইনিংথৌনি ।। লৈঙাকলোন্দ নিংথৌন হেন্ন মরুওই অদুগ লাইনীংলোন্দন লাইনিংথৌন হেন্ন মরুওই হায়ব ব্রাফম অসীদি মালেমগী ওইন চুম্লব ব্রাফমনি ।। লৈঙাক চুপ্পী ইবুধৌ পাখংবগীনি; নিংথৌন পায়গনি ।। লাইনীং চুপলী লাইনিংথৌগীনি; অমাইবন পায়গনি ।। লৈঙ্রকব্রা নিংথৌগী মশিলনি, লাইনীংব্রা অমাইবগী মশিলনি ।।০।।

•

লাইয়িংথৌ সনামহী হার্য়রিব লাই অসীগ কোনজিল তিংথোকপ পাখংবগ অনীগী লৈনব মরী করিনো হায়ব খঙলব মতুং অসীদ লাইয়িংথৌ সনামহীগী মরমদ অরিব লাইরিকশিংদ ইরম্ব অমসুং লৈবাক মীয়াম্ন শকখঙনরব মীওইশিংন হায়রম্বশিং অদু অতম্নন মখাগী পন্দুপ্তু লৌখৎচরি ।।০।।

**মচাক তানফম ওইব লাইরিকশিং**

১) (১) – ***কংলা লায়াৎ*** (১৯৮৭) ঃ অযীব– খুমল্লম্বম য'ইমা
২) (১ক) – ***মণিপুর ইতিহাস অহানব খন্দ*** (১৯৪২) ঃ অযীব – অতোম্বাপু শর্ম্মা
৩) (২) – ***সনামহী মিংথৈ ১৬৮***(১৯৯৪)ঃ অযীব – ঙ'বিযাম্বম কাংজীয় মঙং
৪) (৩) – ***সনামহী পূয়া***(১৯৮৯)ঃ খোমজিনব – বি. কুল্লচন্দ্র শর্ম্মা
৫) (৪) – ***লৈথক লৈখারোল*** (১৯৬৭)ঃ শিন্দোকপ – য়েংখোইবা ভগা
৬) (৫)(৬)-- কংলৈপাক মণিপুরগী ফিবালদ য়েকলিব পাফলশিং অমসুং লমদম অসীগী অবিব থাজনবীদ য়ুমফম ওইব ।।
৭) (৭) – থব্রায়ন পোম্বীনি, হকচাংন লাংনি ।। পোম্বীলাং হায়বগী ব্রাহুন্দোক্তি থবায য'ওবিব অহিংব হকচাং হায়বনি ।। হকচাং পোলাং থাদোক্লন থবায পোম্বী মান চংখিববু 'চেক্লা পাইত্রব' হায়ন শৈথানবগী চৎনবী ফৃকপ অসীগী লৈ ।।
৮) (৮) – ***মণিপুরী জগোইগী নৈনখিব মশক*** (১৯৭১)ঃ লেংশিনব – এলাংবম নীলকান্ত (মনিপুব স্তেত কলা একাদেমি) ।।
৯) (৯) – ***সাকোক থিরেল (ফোঙড্রিব)*** **ঃ থম্বীরম্ব** – লাইনীংহল নাউবিযা ফুলো ।।
১০) (১০) – ***লাইনীংথৌ সনামহী লাইনীং*** (১৯৮২)ঃ পুথোকপ – সনামহী তেম্পল বোর্দ, ইম্ফাল ।।
১১) (১১) – ***মসিল (১৯৯৭) ঃ*** শিন্দোকপ – খুলেম চন্দ্রশেখর (সম্পাদকীয় – য়েংবীয়ু) ।।

১২) (১২) – মরিশুব পন্দুপ্ত য়াওরিব লাইয়িংথৌ সনামহীগী মিংথৈশিং য়েংবিয়ু ॥

১৩) (১-৮) (১০) – *সনামহী লাইনীং - অরিব লাইনীংগী মমিং ঃ* সাইরেম নীলবীর (সেমিনার পেপর-৬/৯/৯২)ঃ অশীনব– সনামহী তেম্পল বোর্দ, ইম্ফাল ॥






# লাইয়িংথৌ সনামহীগী মরমদ ইরম হায়রবশিং

লাইয়িংথৌ সনামহী হায়ব লাই অসীগী ৱারী ৱাখোঙ অমসুং মতীক ময়াই মপুঙ ফান খঙনব হোৎনব হায়বসী অরায়ব থবক অমদি নত্তে ।। অদুম ওইনমক ঐখোয়ন লাই অসীগী মরমদ খরদং ওইরবসু খঙগে হায়রবদি ফৃরূপ অসীগী অরিব লাইরিকশিং অসীত নত্তন অখঙ-অহৈ শক্লাইরব মায়চৌ পন্দিত কয়ান লাই অসীগী মরমদ ইরম্ব লাইরিকশিং পাব অমসুং নৈনবগী মথৌ তারকই ।। মসীগীসু মথক্ত চীনথাঙ লান্ন লাক্লব অমাইব অমাইবীশিংগী মফমদগীসু লাই অসীগী ৱারী ৱাখোঙ অমসুং থৌনিরোল লাইশোল কয়া থিজিন হুমজিনব তাই ।। অদুগ অমুকসু পুম্নমক অসী পায়খৎপগ লোয়নন লমদম অসীগী নাৎ অমসুং লাইনীংগী পুৱারীসু খঙবগী মথৌ তারকই ।। পুম্নমক অসী থবক ওইন পায়খৎপ হায়বসী নুমিৎ থা খরগীত ওইব ইরায় লায়ব থবক অমদি নত্তে ।।০।।

*লৈথক লৈখারোল* কৌব অরিব লাইরিক অদুগী মতুং ইন্ন —কোরৌ নোংলোল অমসুং মালেম লৈরোল লৈত্রিবৈঙদ তেংবানবগী মপু ওইরগদব লাই অদুগ, অতিংকোক্ক, অমম্ব কৌব লাই অদুগ পূন্ন লাই অহুম অসীত লৈরম্মী ।।[১] তেংবানবগী মপু ওইরগদব লাই মহাক্তি হুং অমসুং *নিং* অনীগী মশক ওইব লাইনি হায়ন ***খমওই য়াংওই সেক্লীং*** কৌব অরিব লাইরিক অদুদ হায়রি ।।[২] মসীগী ৱাহন্দোক্তি তেংবানবগী মপু ওইরগদব লাই মহাক্তি চীংঙু খোইয়ুম শিদব অমসুং লৈমরেল শিদবীগী অপূনব মশক ওইব লাইনি হায়বনি ।। লাই মাদি হৌরকফম ওইব ***হয়ি হয়া*** হায়বদি পা অমসুং পীগী অপূনব মশক্তি হায়ব ৱাখললোন অসীদি ***থিরেল মৈরম লীবা*** কৌব অরিব লাইরিক অদুদসু হায়রি ।।[৩] অরিব লাইরিক অয়াম্বদ তেংবানবগী মপু ওইরগদব লাই মহাকপু চীংঙু খোইয়ুম য়াইবীরেল শিদব নত্তগ শিদব মপু হায়ন শৈথানৈ।। মসীগী

ব্রাহন্দোক্তি য়াইবী থবায় পুন্নমক্কী হৌরকফম লেমফু ওইরব শিব লৈত্রব, পুন্নমক্কী মপু ওইরিব লাই হায়বনি ॥ তেংবানবগী মপু ওইরগদব লাই মাদি *হয়ি* অমসুং *হয়া* গী অপূনব মতীক ময়াই লৈব *হয়ুম* লাইনি হায়বনি ॥ তেংবানবগী মপু ওইরগদব লাই মহাক্ত কোরৌ নোংলোল মালেম লৈরোল অসী লৈহল্লগে, তাইবংপাল ওইহল্লগে, মাগী মিংখৈ মিংলেন শোলহল্লগে, তাইবং কুম্মে শান্নরগে, মাগী মতীক ময়াই খঙহল্লগে হায়ন খল্লদুন তেংবানবগী মমা ওইরগদবী লৈমরেল শিদবীবু শাফোঙহন্দুন পায়ম উনগোই নুংদ চেৎন থাগোন্দুন মপারী অহুম্বু মথং মথং শাফোঙহনখি হায়ন *সনামহী লাইকন*, *সনামহী লাইহুই* অমসুং *লৈথক লৈখারোলদ* ফোঙদোকই ॥[৪] মপারী অহলগী মমিংদি অতিংকোক কৌই হায়বসী *লৈথক লৈখারোলদ* য়াম্ন শেংন ইরি ॥[৫] মপারী য়াইম অমসুং অতোম্বগী মমিংদি অতিয়া শিদব অমসুং কোনজিল তিংথোকপ কৌই হায়বসী *নোংশাব লাইহুই*, *সনামহী লাইকন* অমসুং *সনামহী লাইহুই* দ পীরি ॥[৬] চীংঙু খোইয়ুম শিদব মহাক্ত মপারী অহল অতিংকোক্ত কোরৌ নোংলোন মালেম লৈরোল শেমউ হায়ন থৌদাখি পাখোল শাখি ॥ মরম অসীদগী অতিংকোকপু অশীব হায়ব মমীং অসী পীখি হায়ন *লৈথক লৈখারোল* দ ময়েক শেংন হায়রি ॥[৭] খোইয়ুম অশীবন শেমলিব কোরৌ নোংলোল তরেৎ মালেম লৈরোল তরেৎ অদুগী মমিং *সকোক লমলেন* অমসুং অতৈ অতৈ অরিব লাইরিক কয়াদ শেংন পীরি ॥[৮] খোইয়ুম অশীব হায়ব লাই অসী লৈশেম্ব লাই সনামহীনি হায়ন লৈবাক্কী শক্লাইরব মাইচৌ পন্দিৎ নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রন মাগী *অরিবা মণিপুরী লোনগৈ* দ ইরি ॥[৯] লাইয়িংথৌ সনামহীবু তাইবং খায়ব, লাই ব্রাহায়ব অমসুং অশীব হায়রগসু খঙনৈ হায়ন লাইরিক অসীমক্ত মায়চৌ অসীন হায়রি ॥ সনা কোনুংগী পন্দিত অচৌবা নাউরেম অমুয়াইমনা হায়— ঐনা খল্লি লাইয়িংথৌ সনামহী হায়ব ঈশ্বর অসী মী অমত্তগী মপু নত্তে, সংসার অসীদ লৈরিব জিব পানব পুন্নমক্কী মপু ওইরিবনি ॥[১০] প্রোফেশার দাক্তর থোকচোম ইবোহনবীন মাগী *অঙনব মতমগী মনিপুরী সাহিত্যদা ইমেজরি* কৌব লাইরিক্কী মরী মখোঙ তাকপ শরুক অদুদ অশীব হায়বসী "লৈশেম্বা য়াওবা লাই অমনি ॥ গুরুন তাইবংপান শেম্নবা সীরক্লে হায়বগী অসীব কৌই ॥ অতোপ্প মমিং অমন সনামহী

কৌই ।।" – হায়না য়াম্ন শেংন ইরি ।।[১০] সনা কোনুংগী পন্দিত নিংঙোম্বম মনিজাউন মাগী ***সন্দ্রেম্বী চৈথ্রা*** কৌব লাইরিক্ত অশীব হায়ব লাই অসি সনামহীরেলনি হায়ন শেংন তাকলি ।।[১১] লৈশেম্ব লাই অশীব হায়বসী লাইনিংথৌ সনামহীনি হায়রিব অসী লাইওল লাইচৎ লাইয়াৎ লাইরিগী ব্রাফম নত্তে ।। অতিংকোক মরু শিদব, য়াইবী য়েলহৌঙেগী অমম লৈশা হাল্লকপ, খেরে নুঙগুম তগুপ্প, ফোইদিং নোংথাং তরংলেন, তরং লাইজ্ঞ ঈপোকপ হায়রিব লাই অসী লাইয়িংথৌ সনামহীনি হায়ন সনাকোনুংগী পন্দিত অচৌব নামৈরাকপম দিনচন্দ্র ন মাগী ***থাগেম্বা লাঙজৈ পুয়াগী শন্নপ্পা*** হায়ব লাইরিক অদুদ শৈথারি ।।[১২] লাইয়িংথৌ সনামহীবু ***সরী*** হায়নসু মিংগৌনৈ হায়ন ***নিংথৌ কাংবরোল*** কৌব অরিব লাইরিক অদুদ য়াওরি ।।[১৩] দিনচন্দ্র পন্দিত অচৌবনসু লাইয়িংথৌ সনামহীবু শৈথাব মতাংদ মথক্ত পনখিব মাগী লাইরিক অদুদ 'সরী' হায়ন পল্লি ।। অতিংকোক মরু শিদব চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহী কৌব লাই মাদি কোরৌ নোংলোল মালেম লৈরোল শেম্বীব, কঙবী কঙনাউ, উপাল ব্রাপাল অমসুং মালেমদ লৈরিব থরায় পানব পুম্নমকপু শেম্বীব লাইনি হায়ব বাফম অসীদি লৈশেম নোংশেমলোনগ মরী লৈনব অরিব লাইরিকশিং অমসুং মায়চৌ অর্মদি শক্লাইরব মীওই কয়ান ইব লাইরিক কয়াদ য়াওরব য়ানরব ব্রাফমনি ।। মতাং অসীদ মায়চৌ ওইনাম ভোগেশ্বরগী ***নিংথৌরোল শৈরেং,***[১৪] মায়চৌ পন্দিত থোংঙাম মাধব অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রন ইব ***খুনুং লীচৎ শাজৎ***[১৫] মায়চৌ পন্দিত খুমল্লম্বম য়াইমাগী ***কংলা লায়াৎ***'[১৬] অমসুং লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোন থন্বীরম্ব ***সাকোক থিরেল***গী মমিং পনব য়াই [১৭]।।০।। পম্থৌ মপা তেংবানব মপুগী য়াথং মতুংইন্ন চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীন কোরৌ নোংলোল মালেম লৈরোল চেৎশিন্নবগীদমক মহাক্কী মহকচাঙবু ***হুং সেৎ*** হায়ন শোন্দুন পোকখায় চাইখাইহনখি ।। লাইয়িংথৌ মাগী মহী ময়াইন কোরৌ নোংলোল মালেম লৈরোল সন্ন লৈখি ।। মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক, অতিংঙা পুম্নমক্ত লাইয়িংথৌ মাগী মহী ময়াইন চঙদুন সন্ন লৈখি ।। মতাং অসী ***লৈথক লৈখারোল, থিরেল মৈরমলিব (থিরেল পোকখায়বা)*** অমসুং মায়চৌ ভোগেশ্বরগী ***নিংথৌরোল শৈরেং*** দ ফজন

য়াওরি ।।[১৮] অসূন্ন লাইয়িংথৌ মাদি সন্ন লৈব মহী ময়াই সন্নমহী (সনামহী) ওইখি ।। মাগী মহী ময়াইদি পুন্নমক্তগী লেল ওইব মহীরেল ওইখি ।।০।।[১৯]

কোরৌ নোংখোঙ মালেম লৈখোঙ কোয়বগী ৱারীদ মপারী মতোনব কোনজিল তিংথোকপন পঙৌ মপাগী ফানখোঙ কোয়দুনা ফম্বাল কাখি ।। মপারী য়াইমব অতিয়া শিদবন পঙৌ মপাগ তেথোক তেশিন্নন লৈখি অদুগ মপারী অহল চীংঙু খোইয়ুম অশীববু লাইগী নিংথৌ লাইনিংথৌ ওইয়ু হায়ন পঙৌ মপা তেংবানব মপুন হায়খি ।। মতাং অসী সনামহী লাইকন্দ অসুন্ন ই – ‘হে ইপারী কোরৌ নোংবু খোনব ! মালেম লৈবু লূম্ব ! পারী নঙবু থোইব চীংঙু কনা লৈরিগবনো ।। লাংলেন কোংয়াং ৱাপীহল নঙদি নয়েং য়েংহৌগী লংসুং লীহৌ মচীনগী সেকমোম কাইবীলীবু পরিং লাংশং থান লীহৌব নত্তবরা ।। শজীক নোংদম্ব থবা নোংখাইবগুম নুংনাং চাদ-লোই অহেনব কৌন খোইয়ুম লাইয়িংথৌ ওই–ও নোংদম্বনে ।। তাইবং নোংশাপান পুম্নমানা নুমিৎ শীংবুম খূদীংবু থৌনি খাজঙনসুনো ।। খোইয়ুম নঙসু অপকমা অচৎ অরেপ খৈবিকপু থৌজান শীনব থুংনব লনকুবিঙেনে ।।”[২০] মথক্কী ৱাফম অসী তেংবানব মপুন হায়খিবনি ।। মতাং অসীবু পন্দিত খুমল্লম্বম য়াইমন মাগী ***কংলা লায়াৎ*** ত অসুন্ন ই – “অসীব নঙন লাইগী নিংথৌ ওইরো ।। লাইরূপকী থৌরমদ নঙনা ৱায়েল তৌ-ও ।। তাইবংমীগী য়ূম খূদিংগী য়ূমগী নিংথৌ ওইয়ু ।। মচা অতোনববু নিংথৌগী লমচৎ লৈবাক ঙাকপ, ৱায়েল, খুৎসু খুৎলাই, লমচৎ থৌগল, নিংথৌ ওইবগী লৈবাক্কী অরূম্ব পোৎলুম পুব ঙম্নব পুন্নমক তাকপীরে, তম্বীরে ।।”[২১] লাইয়িংথৌ সনামহীন তাইবঙ য়ূম্নুম খূদীংদা নিংথৌ ওইদুন লৈবগী ৱারী অসী অমাইব অমাইবীশিংগী মফমদ চীনথাঙ লান্ন লাক্লব ৱারী ওইন থোকচোম রাজো (মাইবী) ন ইব ***লাংওল*** কৌব লাইরিক্ত ফজন য়াওরি ।।[২২] লাইয়িংথৌ সনামহীবু কোরৌ মালেম অনীমক্কী মপু ওইয়ু হায়ন তাইবংমপুন মপারী অহনব সনামহীদ হায়খি হায়ন মৈতৈ লাইনীং মরূপকী সেক্রেতরি ওইরম্ব মায়চৌ মোইরাংথেম ইবুংঙোতোম্বীন মাগী ***ঈরাৎ থৌনিরোল অমদি লাইশোল তীনশোল*** কৌব লাইরিক্ত ময়েক শেংন ইরি ।।[২৩] মৈতৈ লাইনীং মরূপকী লুচিংব ওইরম্ব লাইখুরাম ইবুংঙোহল (খোগেন্দ্রজীৎ) কী মচানুপা হৌজিকসু (১৯৯৫) লাইনীংলূপ অসীগী

লুচিংব ওইরিব লাইখুরাম ইবোবীন মহাক্কী *পাখংবা লাইনীং* কৌব লাইরিক অদুদ সনামহীন লাইগী নিংথৌ লাইনিংথৌ ওইব অমসুং য়ুম্বূম খূদীংগী অৱা অনা কোকপীব লাই অম ওইবগী মতাংদ অসুম্ন ই– "পারী নঙগীদমক্ত (সনামহীগীদমক্ত) ইপান (তাইবং মপুন) খাকলিবদি– মালেম তাইবং পানবদ লৈরিব য়ুম খূদীংমক অসীগী নিংথৌ ওইজরো ।। তাইবংমীওইবন পারী নঙোন্দা হৈকৎ লৈকৎ তৌদুনা খুরুমজরব মতমদ মখোয়গী অৱাব কোকপিবা ঙস্ব হায়বদু পারী নঙগী শরূক ওইজরো হায়না তাকপিরে ।।"[২৪] *মৈতৈ লাইনীং মরূপ* হৌদোক্লকপদ লাইখুরাম ইবুংঙোহলগ লোয়নন অচৌব থৌদাং লৌরম্ব লৈখিদ্রব মায়চৌ চোংথাম মেরামচাগী মচানুপা মায়চৌ চোংথাম ঙানবন মহাক্কী *মৈতৈ: মৈহৌরোল, লীচৎ শাজৎ, লাইনীং* কৌব লাইরিক্ত তেংবানব মপুন মপারী অতোনব পাখংবদ ফম্বাল শিন্নরম্লগ মপারী অহল সনামহীদ করি হায়রম্বগে হায়বগী মতাংদু অসুম্ন ই–"হে ইপারী ৱাপীহল অসীবা, নঙগী নতিক অচৌবা নয়াই নঙল অরাবা, নথৌনা ঙমখৈ লৈতববু খোইয়ুমশিংতন খঙবনি । অদুবু থৱায় পানব কয়াশিং অমদি নমু পোংনচিংন ইপারী নতিক নয়ায়বু খঙব অমদি নীংজবশিংগী পুন্সি মহৈদি তাইবং ফম্বাক্তা মহৈ ফংনা পানঙম্বা ওইরসুনো হায়না ললকুবিরম্লগ তেংবানবা মপুদি হী মরু য়াইকোন্নুংবু ইনতানখিয়ে হায়দবরা ?"[২৫] পাখংবন ফম্বাল তোংশ্রবসু য়ুম্বূম খূদীংগী নিংথৌ ওইরিব লাইয়িংথৌ সনামহী হায়ব লাই অসী তেংবানব মপুগ মশা অমত্তনি হায়বগী মতাংদ মায়চৌ ভোগেশ্বরন মাগী *নিংথৌরোল শৈরেংদ* অসুম্ন ই–"তেংবানব থুংহনগে নপা ঐন শীনবনি ।। তাইবং নোংশা পাল্লগ, য়ুমথোঙ খূদীং নিংথৌ ওই, তাইবং লমজীং ওইহনগে, নপা ঐন শেম্বনি ।। ঐহাকসীসু নহাক্লি, নহাকসীসু ঐহাকনি ।।"[২৬] মায়চৌ অসীমক্ত শিন্দোকপ *খাগেম্বা লাঙজে* কৌব অরিব লাইরিক অদুগী ৱাহৌদোক্ত সনামহী হায়বসি কনানো হায়বগী মতাংদ অসুম্ন ই– "সনামহী হায়বসী নিংথৌ মচাবু সনামহী কৌগনি হায়ন *লোয়ন-শিলোন* দ তাক্লি ।। অদুম ওইনমক তেংবানবগী মপুবস সনামহী কৌই ।।"[২৭] লাইয়িংথৌ সনামহী হায়ব লাই মাদি তাইবঙ য়ুম্বূম খূদীংগী নিংথৌনি অদুগ লাই মাদি তেংপানব মপুগ মশা অমত্তনি হায়বগী মতাংদ লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোন

মাগী ***সাকোক থিরেল*** কৌব লাইরিক্ত য়াম্ন শেংন অসূম্ন ইরম্মী–"পাখংবগী ফম্বালদি অমত্তনি খঙগনি ।। পারী নঙগী (সনামহীগী) ফম্বালদি য়ুসূম খুদীংমত্তনি ।। ঙসীদগী হৌদুন য়ুমগী নিংথৌ ওইজরো ।। নচা ননাই খীবিক্র নঙবু ঈরাৎ তৌগনি ।। তেংবানবগী মপুবু নহাকমক্লি খঙগনি ।। নঙবু ঈরাৎ তৌদব নচা ননাই তাইবংন ।। নঙগী নতীক খঙদব তাইবং মরূপ খিবিক্র ।। মরূ ফংন মাঙজনি নংন য়েংফম থোক্লরোই ।। অফ নুংঙাই য়াইফব কৈদৌঙৈদ ওইররোই ।।"[২৮] ***লৈথক লৈখারোল***গী অরেংব মায়চৌ য়েংখোইব ভৈগ্য ন হায় – "সন্নামহীদি থাঙ্গৈশেংব গুরু শিদবনি, অমাঙ-অতা লৈতব গুরুগী মচানি, কল্পতরুনি ।।[২৯] মায়চৌ পন্দিত খুলেম চন্দ্রশেখরন মাগী ***ইনাৎকী হরাউ কুম্মৈ*** কৌব লাইরিক্ত অসূম্ন হায় মদুদি – লৈশেম্ব, তাইবংশেম্ব সনামহী হায়বসী উমংলাই অমদি য়ুমলাইগী শক্তম লৌরিব অথোইব লাই অমনি ।। মাবু চেৎন নীংজরগ ঐখোয় মীওইবগী অনীংব অপাম্ব খুদীংমক পীনবী ।। ইমুং মনুংদ অশি অনা থোক্তদব, অৱা অনা তাগদব পুন্নমক মাঙোন্দ থাজন থৌনিজরগ কোকই ।।[৩০] হিজম মনিন ইথোকপ ***ঙমদাই লৈতাই লাংদাই পুয়া মৈহৌব অহানব শরুক*** কৌবা লাইরিক্ত নোংখোঙ কোয়বগী ৱারী মতাংদ অসুম্ন ই – ইচাগী নমিং (সনামহীরেল) অসিনা লাংব চক্কী থৱায় পানবশিংগী লান্নফম ওইথ্রসনু ।। অদুগা ইচাগী মাঙদ ইপানা (তেংবানব মপুনা) ফম্বাল লাংদুন নমাগা (লৈমরেল শিদবীগা) পুন্ন লৈরগে নঙনা (সনামহীনা) ইপাগী মশক ওইন তুংদা ফম্বাল লাংজরো ।।[৩০ক] অদুগ অকোইজম পিবা (নোদিয়াচান্দ) মায়চৌ পুরেল অচৌবগী ***পূতীন পুয়া*** দসু অসুম্ন ই – নয়াম্বগী (সনামহীগী) য়াথং ফংদব থবক্ত নঙন (পাখংবনা) নমথেক্তুন থবক তৌফরোই ।। নয়াম্বগী য়াথংন নোংদমদ্রব থবক্ত নঙন থৌরাংলুরবদি নঙন নমায় পাকপ লম্বী ওইগনু ।। লাংব চক্ত ইচাগী (সনামহীগী) ঙাংলৌ থম্বাল লৈকাবু লৈপায়জরব অমাইব অমাইবীন তেংথা নাওৱোইব মতমদ ইচাদি (সনামহীদি) তৎতবগী হৌফম মরু খঙব ইচানিন থৱায় পানবশিংগী ***সোন্নফম লান্নফম*** ওইরগদবনি ।।।০।।[৩০খ]

অরিব লাইরিক কয়া পারুবদগী, লৈবাক্কী অখণ্ড অহৈ অমসুং অমাইব অমাইবীশিংন শীজিন্নরকপ ৱারীশিংদগী ঐখোয়ন খঙলে মদুদি ৱারী খরদদি

তেংবানব মপু চীংঙু খোইয়ুম য়াইবীরেল শিদবগী মপারী অনী লৈ – ময়াম্বদুন অশীব কৌই অদুগ মনাউগী মিংন কোনজিল তিংথোকপ/তুকথব পাখংব কৌই ।। অতোপ্প ৱারী খরদন মপারী অহুম লৈ – মখোয় অদুদি অশীব , অতিয়া শিদব অমসুং কোনজিল তিংথোকপ কৌই ।। অদুগ অমুক করিগুম্ব ৱারীদ অতিয়া শিদব হায়ব লাই অসী অশীব অমসুং কোনজিল তিংথোকপ মচীন মনাউ অনীবু পোকপ মপা ওইন উৎলি ।। অসুম্ন লৈশেম নোংশেমলোলগী ৱারীদ খেন্নব খর খরদি অদুম লৈ ।। ***ৱাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক*** অমসুং ***ৱাকোকলোন হীলেল থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক*** কৌব লাইরিক অনী অসীদসু লাইয়িংথৌ সনামহী হায়ব লাই অসী তেংবানবগী মপু অদুমক্লি; মপু মহাক্ন অতিয়া শিদবগী মপারী ওইন শায়োল তৌই অমসুং অদুগুম্ব অতিয়াগী মপারী ওইরিব সনামহীন তাইবংমী শেমখি হায়বসী তশেং তশেংন হায়রি ।। ***ৱাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক*** ন হায় – " ইপুঙ লোইনাপা সিতাপা মপুনা থককা খাকা অনীকী তাইনাপা মলকতা সাইৱোনতুনা ইপুংঙো মহাককী থৌশিননা হা হুক কায়াৎ লেপলিপা থৌৱাই লৈলিপা পুমনামকনা মপুকী লীখুন থিনানাপা অমতি মপু অমা লৈ হায়পা খংনাপাকীতমক ইপুংঙো মহাককী থৌসিননা লাইয়ামসিংপু পুথোকতুনা লাইনিংথৌ সলাইলেল সিতাপাকী মফমতা তলং লাইপাও পিতুনা নুমিত হুমনি সুপাকী অঙাংকী মতম কুমনা সনাকী মসক মালপা নৌৱা অমা ওইনা লৈলমকে ।। ঐ অসিপু নহাককী নচামকনি নিংতুনা ঐপু য়োকলো ।। ................. অসুম ওইপা লাইপাওকী মতুং ইননা সিতাপাকী ঈসাইফু ঈলোন নুংতা নুমিত হুমনি সুপাকী নৌৱাকী মৱোং ওইনা সনাকী মচু মানপা নৌৱা অমা লৈলময়ে ।। নৌৱা অতুপু য়েংলকা সনাকী মশক মানপা অঙাংপা মচুনা ওইনাপা অতুপু উপাতা সনামহী হায়পা মিংথোনপু পিতুনা মচাকী মতমকুমনা লৌখতখিয়ে ।। ................ পালি নংকী নথৌ নঙম তাইপং মীপু সাপা হৌলো হায়না তাকপিলে ।। অতুকী মতুং ইননা মপালিনা মী সাপা হৌখালে ।। ................ অসুম তৌনা মথং মথং সালকলাপাতা সোয়না খননাখিতুনা ইকোন কোনপাতা সলাইলেল সিতাপাকী পাউতাক মতুং ইননা সাপাতাকী মী ওইনা লেপতুনা মপাপুংতা কতসিললে ।।"[৩১] ***ৱাকোকলোন***

***থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক*** ত য়াওরিব ৱারী অসীমক ৱাহৈ ৱাতা ইখেন খেন্নদন ***ৱাকোকলোন হীলেল থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক*** তসু ইরি ।। (০২) ৱারী অসীমক ***লাইনীংহল*** নাউরিয়াগী ***সাকোক থিরেল*** দসু য়াওই ।। খেন্নব হায়ববু সলাইলেল হায়বগী মহুত্ত সোরারেল হায়ব অসীতনি ।। (০৩) অদুবু অয়ীবগী ৱাখল্দ অতিয়া, সোরারেল অমসুং সলাইলেল হায়ব অহুম অসীদি খেন্নব লৈতে হায়ন লৌই ।। মরমদি অহাঙব কোরৌ নোংদোল অসী অতিয়া কৌই ।। অহাঙব কোরৌ নোংদোল অতিয়াবু সোরারেল হায়নসু কৌই ।। ঙমখৈ নাইদ্রব মায়কৈ শলাই খঙদবমখৈ পাকচাউরব নোংদোল অতিয়া সোরারেলদি সলাইরেলনি ।। মতাং অসীদ শলাই হায়ব ৱাহৈ অসিদ মায়কৈ হায়বগী ৱাহন্দোক য়াওরি ।। অদুন, মায়কৈ খঙদন ঙমখৈ লৈতন পাকচাউববু শলাই+লেল = সলাইলেল কৌবদি মশাগী অতাবীনি ।। ০।।

মথক্কী লাইরিক অহুম অসীদ য়াওরিব ৱারী অসীগী মতুং ইন্ন তেংবানব মপুন অতিয়া/সোরারেল/সলাইলেলগী ঈশাইফূ মনুংদ হুমনিশুব অঙাং অমগী মৱোঙদ সায়োল্লি ।। মরম অসীন লাইয়িংথৌ সনামহী হায়ব লাই অসী তেংবানব মপুমক্কি হায়বদু তশেংন উৎলি ।। হৌজিক ফাওবদ মীতৈশিংগী য়ুম্মুম খূদীংগী লপলেন কাগী অৱাংথংব ফল্লাং ময়াদ লৈরিব লৈমরেলগী লৈফমদ ঈশিং থন্ন য়াওব চফূ ঈশাইফূ অম থম্বগী চৎনবী লৈরি ।। ঈশাইফূ অদুন ইমা লৈমরেল শিদবীগী চেংলৌ শকপানথোংগী মশক ওইনরি ।।০।।

খৃস্তকুম ১৯১০ দগী ১৯৩০ ফাওবদ তোঙান তোঙানব ফমশিং হায়বদি মনিপুর স্তেত দরবারগী ভাইস প্রসিদেন্ত, প্রসিদেন্ত অমসুং মনিপুরগী পোলিতিকেল এজেন্ত ওইরম্ব মিস্তর জে:সী: হিগগিন্স ন মতম অদুগী লাইরিক লাইসু হৈবশিং, অখঙ অহৈ মাইচৌ পন্দিত কয়াদগী মচাক খোমজিল্লগ থম্লম্ব অদু ***Notes on Meitei (Manipuri) Beliefs and Customs*** হায়ন মমিং থোন্দুন ফোংলিব লাইরিক অদুদ লাইয়িংথৌ সনামহীগী মরমদ ৱারোল খর য়াওরি ।। ৱারোল অসীমক্তি মতমদুগী পন্দিত অচৌব মোইরাংথেম থাবলন পীব মচাক্লি ।। লাইয়িংথৌ সনামহীগী মতাংদ অসুম্ন হায় — সনামহী হায়বসী গুরুশিদবগী মচানুপানি, পাখংবগীন ময়াম্বনি ।। মহারাজগীদ লৈব সনামহী অদুগী তোঙানব

লাইশঙ লৈ।। মদু সনামহী শঙলাকপ হায়ন খঙনব ব্রাহ্মন অমন ঈরাৎ থৌরম তৌই।। সাগৈ সাগৈগী পিবাগী সনামহী অদুদি সাগৈ পিবান ঈরাৎ থৌরম তৌই।। য়ুম য়ুমদ লৈব সনামহী অদুদি য়ুম য়ুম অদুগী য়ুম্নুন ঈরাৎ থৌরম তৌই।। সনামহী অদু শেলন শাই অদুগ ইমুংগী খা নোংচুপথংব কাচিন্দ থম্মী।। য়ুম খূদীংমক্ত শেলন শাব সনামহী অদু তঙাইফদন তৌদব য়াদব অম ওইন শাদুন থমগদবনি হায়বগী ৱাফমদি লৈতে অদুবু সনামহী লৈফম সনামহী কাচিন অদুদি পোৎ চৈ থমজিনব য়াদে হাঙন থমগদবনি।। অনৌব য়ুম অমগীদমক্ত অনৌব সনামহী অম শাদুন থমদব য়াদে হায়বগী ৱাফমদি লৈতে।। অদুবু কনাগুম্বন অনৌব সনামহী অম শাদুন থমগে হায়রবদি তোঙান তোঙানব য়েক সলাইগী তোঙান তোঙানব মশক মৱোঙ খঙব অমাইব লোইশঙন তাকপ মতুং ইন্না সেনজম নত্তুগ অহৈবম শাগৈন শাগদবনি ।।০।।[৩৪]

মথক্কী লাইরিক অসীমক্তদ য়ুম্নাক শাগৈ অমগী ইমুং অমদ লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং ইমা লৈমরেল শিদবী লাৎপগী মতাংদ অসুম্ন হায় – "য়ুম্নাক অমগী মনুংদ লৈব ইমুং খূদীংমক্ত লাইশিং হায়বদি (১) সনামহী অমসুং (২) মহাক্কী মমা লৈমরেল লৈ।। সনামহীন গুরু শিদবগী মচা অহলনি অদুগ পাখংবন মচা অতোনবনি।। ইমুংলাইশিং অসী (১) ইমুংগী খা নোংচুপ থংব য়ুমগী কাচিন্দ ফম্বাল মথক্ত লৈব অরিব তরেৎ শেলহিংগী শেলন সনামহীগী মশক ওইন লৈ, অদুগ (২) অৱাংথংব ফক্লাংগী মনাক্ত লৈব ঈশিং চফু অমন ইমা লৈমরেলগী মশক ওইন লৈ।।" ইমুং অমদ লৈরিব লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং লৈমরেল অনী অসি মমামচানি হায়ব লৈশেমলোনগী থজনবী অদু ৱাফম অসীন য়াম্ন শেংন উৎলি ।।০।।[৩৪ক]

লাইয়িংথৌ সনামহীবু তেংবানবগী মপুনি হায়ন থাজনৈ।। চৈরাউব হায়ব হরাউ কুম্মৈ অসী লাই অসীবু ইকাইখুম্নব উৎতুন পাঙথোকপ কুম্মৈ অমনি।। চৈরাউবগ মরী লৈনন ইবদ হদসন সাহেবন খৃস্তকুম ১৯০৮ দ অহানব ওইন ফোঙখিব ***The Meitheis*** কৌব লাইরিক অদুদ লাইয়িংথৌ সনামহীবু অসুম্ন মশক তাকই – "লাই মহাক্তবু ইকাইখুম্নব ওইন পাঙথোকলিব হরাউকুম্মৈ অসিগী লাই অদু, ঐগী মরুপসু ওইব পাউপীরিব অদুন হায়বগী মতুংইন্না,

তেংবানববু ঙাকলিব সনামহীনি ॥[৩৫] (***The Deity in whose particular honour the Festival is held, is Sanamahi the administrator, as my friend and informent says, of the Universe***) ॥ লাইয়িংথৌ সনামহীদি নোংদম্ব মপু তাইবঙ খায়ব লাইনি হায়বনি ॥ মতাং অসিদ সাহেবশিংন ইরম্ব ৱাফম খর পনজরুবগী মরমদি ২০শুবা চহীচা হৌগৎলকপদ লাইয়িংথৌ সনামহীবু করম্ব মৱোঙদ থাজনরকপগে হায়বদু উৎপনি ॥০॥

চীংঙু খোইয়ূম শিদব তেংবানব মপু মহাক্কী মপারী অহল লাইয়িংথৌ অসীগী মমিং কয়ামরূম লৈরবসু সনামহী হায়বা মমিং অসিন খ্বাইদগী ইহেন হেন্ন মতীক ময়াই লৈব ওইন লাইহাক্তক্তগী হৌজিক ফাওবদ মায়চৌ পান্দিত, অখঙ অহৈ অমাইব অমাইবীশিংন শীজিন্নরকই ॥ মসীগী খুদমদি লাইয়িংথৌ অসীগী ৱারী ৱাখোঙ, মতীক ময়াই অমসুং মিংখৈরোলনচিংবগী মরমদ ইরম্ব লাইরিক অয়াম্ব লাইয়িংথৌ মাগী মমিং অম ওইরিব সনামহী হায়বসীগী মিংদ ইরম্মী ॥ খুদম ওইন লাইরিক খরগী মমিং পনব তারবদ— (১) সনামহী লাইকন, (২) সনামহী লাইহুই, (৩) সনামহী ফালখোঙ, (৪) সনামহী থেলোন, (৫) সনামহী নাউয়োম, (৬) সনামহী থিরেল, (৭) সনামহী লমহিং, (৮) সনামহী মিংখৈরোল, (৯) সনামহী অহোঙলোন, (১০) সনামহীগী মমিং, (১১) সনামহী তেংথা লাইশোন অসীনচিংবনি ॥০॥

লাইয়িংথৌ সনামহীগী মরমদ (১) অরিব লাইরিকশিংদ ইরম্ব (২) লৈবাক্কী শক্লাইরব মায়চৌ পন্দিত, অমাইব অমাইবীশিং অমসুং (৩) সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী মরূওইব মীওইশিংন হায়রম্ব পুন্নমক অসী কুপ্প য়েংশিল্লব মতুংদ ঐখোয়ন তশেংন খঙলে মদুদি — লাইয়িংথৌ সনামহী হায়রিবা লাই অসী (১) তেংবানব মপু চীংঙু খোইয়ুম য়াইবীরেল শিদব অদুমক্লি ॥ (২) লাইয়িংথৌ সনামহী মহাক্তি তেংবানব মপু মহাক্কী মপারী অহলনি অমসুং (৩) লাইয়িংথৌ সনামহী মহাক্তি তেংবানব মপু চীংঙু খোইয়ুম য়াইবীরেল শিদব মহাকপু ফংজনবগী অমত্ত ঙায়রব লম্বীসু মহাক্লী ॥০॥

লাইয়িংথৌ সনামহীগী বারী বাখোঙ অমসুং মতীক ময়াই খঙলব মতুং অসীদদি অরিব লাইরিক পুয়াশিংদ য়াওব অমসুং লৈবাক্কী শরুাইরব মীওইশিংন শৈথারম্ব লাইয়িংথৌগী মিংথৈরোলশিং মথংগী পন্দুপ্ত লৈজরে ॥০॥

**মচাক তানকম ওইব লাইরিকশিং**

১) (১)(৪)(৫)(৭)(২৯)–***লৈথক লৈথারোল (১৯৬৭):*** শিন্দোকপ– য়েংখোইব ভাগ্য

২) (২) – ***খমওই য়াংওই সেকনীং (১৯৮৮):*** পুখোকপ –মালেম য়াইফশঙ

৩) (৩) – ***থিরেল মৈরম শীব (১৯৮১) :*** শিন্দোকপ–এন. ইবোচৌবা

৪) (৪)(৬) (২০) – ***সনামহী লাইকল (১৯৭২):*** শিন্দোকপ– ওইনাম ভোগেশ্বর

৫) (৪)– ***সনামহী লাইহুই (১৯৮২):*** শিন্দোকপ – ময়াংলম্বম গৌবচন্দ্র

৬) (৬)– ***অরিব মনিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস(১৯৬৯):*** অয়ীব–নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র

৭) (৮)–***সকোক লমলেন অহানব (১৯৭৩):*** পুখোকপ –ইবোহল অমদি বক্কেন

৮) (৯) –***অরিব মনিপুরী লোনথৈগ (১৯৭৮):*** খোমজিনব– নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র

৯) (১০)– ***অঙনব মতমগী মনিপুরী সহিত্যদ ইমেজরি (১৯৯৭):*** অয়ীব – দ: খোকচোম ইবোহনবী

১০) (১১)– ***সন্দ্রেশ্বী চৈত্রা (১৯৭৭):*** অয়ীব –নিংথঙোম্বম মনিজাও

১১) (১২)(২৭)– ***খাগেম্ব লাঙতৈ(১৯৬৭):*** শিন্দোকপ – ওইনাম ভোগেশ্বর

১২) (১৩)– ***নিংথৌ কাংবরোল (১৯৭৬):*** শিন্দোকপ – নেংথোম্বমচা অঙৌ লুরং

১৩) (১৪)(১৮)(২৬)– ***নিংথৌরোল শৈরেং(১৯৬৭):***অয়ীব – ওইনাম ভোগেশ্বর

১৪) (১৫)–***খুনুং লীচং শাজং (১৯৭০):*** অয়ীব – খেংঙাম মাধব অমদি খেলচন্দ্র

১৫) (১৬) (২১) – ***কংলা লায়াৎ (১৯৮৭) :*** অয়ীব – খুমল্লম্বম য়াইমা

১৬) (১৭) (২৮) (৩৩)– ***সাকোক থিরেল (ফোঙড্রিব):*** থম্বীবম্ব – লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলো

১৭) (১৯) – ***লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিংগী বারী শীংবুল (১৯৯৯):*** অয়ীব – সাইবেম নীলবীব

১৮) (২২)– ***লাংওল (১৯৭৭):*** অয়ীব – খোকচোম বাজো(মাইবী)

১৯) (২৩)– ***ঈরাং থৌনিরোল অমদি লাইশোল তীনশোল(১৯৮৮):*** অয়ীব – মোইবাংখেম ইবুংঙোতোম্বী

২০) (২৪)– ***পাখংবা লাইনীং (১৯৯৫):*** অয়ীব – লাইখুবাম ইবোবী

২১) (২৫)– ***মৈতৈ : মৈথৌরোল, লীচং শাজং, লাইনীং (১৯৯৪):*** অয়ীব– চোংথাম গুনব

২২) (৩০)– ***ইনাৎকী হরাউ কুম্মৈ (১৯৯৪):*** অয়ীব– খুলেম চন্দ্রসেখব

২৩) (৩১)– ***বাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক (১৯৬১):*** শিন্দোকপ – খোকচোম থৌকাচানবা মীতৈ

২৪) (৩২)– ***বাকোকলোন হীলেল থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক(১৯৭২):*** অফোঙব– তেবা মীতৈ ময়েক সিনতম শঙলেন

২৫) (৩৪)(৩৪ক) – ***Notes on Meitei (Manipuri) Beliefs and Customs (1998):*** ***Edited by:***– **Dr. John Parratt.**

২৬) (৩৫) – *The Meitheis (Reprinted 1975)*: T.C. Hodson.
২৭) (৯ক) – *সনামহী ফানথোঙ (১৯৯৮)* ঃ শিন্দোকপ – নাউরেম অমুয়াইমা
২৮) (৩০ক) – *পুয়াসিংথৌব অহানব শরুক (১৯৬০)* ঃ অয়ীব – হিজম মনি
২৯) (৩০খ) – *পূতীন পুয়া (১৯৯২)* ঃ পুথোকপ – অকোইজম নোদিয়াচন্দ (পিবা)



# ৪

# লাইয়িংথৌ সনামহী মিংখৈরোল - ১

### ১ঃ *সনামহী লাইকন*

**কৌব অরিব লাইরিক্তগী লৌখৎচব লাইয়িংথৌ সনামহী মিংখৈরোল**

হয়াহে হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
সোইরেল লৈখৈ হান্ন হুনবা
কোংয়াং ব্রাপীহল ॥
চীংঙু খোইয়ুম অসীবা
নোংনাংলেন অচৌবা ॥
তীল্লি ইতাউরোই নামুংবা
চীংঙু য়াইবী হুমজাউবা ॥
য়াইবী য়েলহৌঙৈগী
অমম লৈসা হানবা ॥
কোরৌ নোংবু খোনবা
মালেম লয়বু লূম্বা ॥
মৈবী হান্দোংবা
মৈরি তোমশাৎনবা ॥
নুংনাং চাদা-লোই অহেনবা
কোরৌ ফান্দ ফমদেংবা ॥
অহিং ঙানব য়াইরংচান
লোইদাম থাজ পাখংবদা য়াহীপ্পা ॥
থব্রায় তীল্লিরেল শিদবা

থিরেল উংলৈ নুংগী
লাবা থীয়াং থোক্ল লমহৌরকপা ॥
মালেম লয়রী সূবা
কোরৌ নোংলী চিংবা ॥
সনা হুইরেল ওই
সব্রা পাফল চেৎনা
য়াঙবী লুরোই কিনথদবা ॥
চীংঙু কোরৌ মীনোংথৌ
ব্রাঙবল মীকাসা ॥
নোংথী কোঙয়াং মীচৈসু
লোকলৌ পল্লাং ঈনমখাঙ ॥
থোঙলেন তরা মীপান পাই
লাংচেং চরা মীরূথেৎ
ইনলুম নাউসঙ মীরূথুপ ॥
কোরৌ অব্রাংবা
ব্রাংবল অতোঙবা
হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ ॥
অতিংঙা পুনুং পান্দম

নাইদবদগী লমহৌরকপা ॥
নুঙমু নুঙঙৌ তুমদ মাঙদবদা
নুংনাং সগাঙথক্তা
লাইজ ঈরোয়ননা
সেকমোম কাইবী লীবু
পরিং লেপ্তুম হুন
মালেম মপুং লাকহৌরকপা ॥
চীংঙু মতে হে ওন্থোকপা
মতিক ঙমখৈ খঙদবা
খোইয়ুম মতৌ সাইওনবা
মালেম খুল্লিংবা ॥
মালেম য়াইবী লীহৌরকঙৈগী
য়াব্রা খোঞ্জেল অহানবা
লাংবন খোইমু খোন্দান্নবা ॥
চেংলৌ সকথোং মপুং ওইনা
মালেম লৈসেম হৌরকপা ॥
ওংলৌরক্কী লমহৌরক্কী লেমহৌবা
চীংঙু লাইরেল্লক্কী খাইরৌবা
অতিংঙা য়াইবীরক্কী শাংলৌবা ॥
লৈরোল নোংলোন অহমক্তা
য়াব্রা হুনজিন্ন কোনখাং তাইচিন্না
মালেম লৈখারোল
সেকনিং লয়ফু খুংসাবদা
চীংঙু হুইরেল তোমসাংনবা ॥
কোরৌ নোংমদোল অতিংঙা
মরা লীচত্তবদা
সব্রা য়াইবী কংলেন তম্না
সনা হুইরেল তোম্নৌ ওইরিব ॥

খোইয়ুম লাইরীতিন
তীল্পী ইতাউরোই য়াঙবীসিদবা ॥
অব্রাং ফাংলৌ লৈমখোম্বা
য়াইবী ওংথী হুমওইব ॥
খেরে নুঙগুম তগুপহৌ
পোইদিং নোংথাং তরংলেন
তরং লাইজ ঈপোকপা ॥
চীংঙু লাইমরু অচিবা
মালং য়াইবী হিওইবা
হামলেন সিফা নৌওইবা ॥
ইঙা কুমদম্বা
ইঙেল কুমখাইবা
উনথম য়িচিংবা
উন তরুক য়িরিবা
ব্রাউ তরুক য়িথাবা ॥
মালেম লৈসিরক্কী তোন্নিংথৌ
কোরৌ নোংমদোনগী
অব্রাং নোংনিংথৌ য়োইরেনবা ॥
মানসরিক্কী তোননিংথৌ
চহুই লেংখাং কোকহেনবা
চীংঙু তাইবং খায়বা ॥
লাংবন তৌহী তৌসংঈবু
ঈমু মচেং খোম্বা ॥
থবী সেনকোইরেন অপানবা
সনা তোন্নৌ হুনবা ॥
কোরৌ থকসী সীনবা
ব্রাংবল খাসী তেম্বা ॥
লাই নামুং নামুংবা

খোইয়ুম অশেম অশাবা
মালেম তম্পাক অনেম্ববু
খোঞ্জেল লেন্ন তাইখৎপা ॥
কোরৌ নোংমদোল অবাঙববু
য়াবারেন্না তাইথবা ॥
নমু পোংপোকপা
খোইয়ুম কংলৈ অসীবা ॥
সম্থোং মোরিবলমগী লমহৌরকপা
খম্নুং য়াইথোঙ সিনসূবা
সবা তেৎনৌ লানবন খনবা ॥
মচেং কায়রৈ তোক্লাংখামগী চুনবা
কোনফূ নীংখম নানৌবা ॥
হূইনহা খাঙনৌবা
তেকপী ওকথোঙ খন্না
কাওরেল সম্থোঙ ঙাক্লিবা ॥
হকসাং কাবু মনুংগী
সিংলেন লৈয়োন ফম্বা ॥
থবায় অপকমাবু
লংবন কাওরেল সনসেনগুম নোংদমলিবা ॥
সম্থোং পুঙমায় লেপ্লা
খোইয়ুম সনামহী য়োইরেনবা ॥০॥

*[সনামহী লাইকল (১৯৯২): শিন্দোকপ—ওইনাম ভোগেশ্বর (য়েংবিমু)]*

## ২৪ সনামহী লাইহুই

### কৌব অরিব লাইরিক্তগী লৌখৎচব লাইয়িংথৌ সনামহী মিংখেরোল

হয়ি হয়া হে
হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ ॥
কোনখৈ অতামপা
সোংলেন অথাপপা ॥
খোইয়ুম লাই ময়েক য়েকহৌ
খোইলা মলিকী
লাংসঙ ময়েককী
য়াইহিপ য়েকহৌকী
হুপলা মপালকী
হালা মলুকী
কোলৌ নোংথৌ বাংপল মীকাসা
নোংথী কোওয়াং মীচৈসু
লোক্লৌ পললাং ঈনমখাং
থোঙলেন তলা মীপাল পাই
য়ীলুম নোংখাং মীলুথুপ ॥
থবায় অপকমাগী
য়াইপী মিলেন তেংনা
অয়ুক ঙন্ন কোনথোকপা
নুমিতাং থেঙন কোনচনপা ॥
কোলৌ নোং নৈতলিঙৈ
নুমিৎ থা থৌবানমিচাক
খোংচোমনুপী সচীক থপা

ওকপুলোই তাউহুইলেং থবাতোংলেং
পুম্ন পানতলিঁঙে
মালেম লৈপাক লৈতলিঁঙে
মালং তোংলেমতা
লিক্লা বাইচেলতা
লাইচা ঈফম তাউনা
নুঙকাং সাকাং লৈতলিঁঙেতপু
অতিয়া তলংথক
তলং লাইচা য়িলোইননা
খোইযুম য়াবা মখোলচেল
লাংপন খোইমু খোস্তান্নপা ।।
সেকমোম কাইপী লীপু
পলিং লাংসং য়াতালিপা ।।
অতিংঙা ঙমখৈ পালতম লৈতপপু
লাংহৈকুম সিঙথিঙমতনা
নোংলেন খালাকপতা
লাংবোল ঙমখৈ মতমকা
অতিংঙা মতৌ বোনথোকপনা
য়াইপী তেলসিননা
সবা উংলৈ মফম তাউয়েৎতলিঁঙে
খোইলা লীহৌ খঙতনা
অতিংঙা উংলৈ লৈচীকপা
য়াইপী পীপুক য়াকোনুংতা
লাংপন খোইমু চৈলোয়নলকপা ।।
কচেং নোংথাং কুপকুম
অতিংঙা উংলৈ মথোঙ লৈনহৌ
মালং চৈলোয়নন
য়াবা খোন্নাই হাল্লকপা ।।
কোলৌ নোংসেমপা
চিঙঙু য়াইপী হুমচাউপা ।।
কোলৌ অথুপপা
বাংপল অফনপা
হে খোইযুম লাইয়িংথৌ
চিঙঙু য়াইপী অঙনপা ।।
চিঙঙু নলী লীতিন্নপতি
মালং নোংপোক হুমওইপা
লৈচিল খোঙকাওনপা
খমকোন খুনেৎনপা ।।
হুইতল্ল মপোপ চাউ
তিংকোই মনা লেকপা ।।
খালৈ লৌকোয় য়িলকুম খালনপা
য়াইপী থবায়মিলেল হাংতবা ।।
কচেঙ থাঙকোক তুকুমপাপু
চাচন হৌলকপা লাইয়িংথৌ
মালেম তাম্পাক মৈলিং হৌলকপা
য়িলেং পুপালোন খুতীং পালকপা
খন্নাং পুপালোন খুতীং ওলকপা ।।
য়াংপী লুলোয় কোনতা
সায়া পাফল কিনথতপা
চিঙঙু অচাউ পায়পুলেনপা ।।
অসাং লমপু ফাপা
হে খোইযুম লাইয়িংথৌ ।।
অবাং ফানলৌ লাইমাখোমপা
মৈবী হামতোংপা

মৈলেন তোসাংনপা ।।
সনথোঙ পুঙমায় লেপপা
তেংনৌ লালপল খলপা ।।
থব্রায় মীপোকপা
নমু পোংসেমপা ।।
কোলৌ অয়েংপা
ব্রাংপল অতোংপা
কোলৌ অব্রাংপতা ফমতোংপা ।।
মালং য়াইপী হিওইপা
হামলেন সিফা নৌওইপা ।।
কালপি চালি সূপা
ক্রুনথুম চালিপা লাইয়িংথৌ ।। ০।।

[*সনামহী লাইহুই* (১৯৮২):শিন্দোকপ—ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র (য়েংবিয়ু)]

## ৩ঃ সনামহী থেলোন

### কৌব অরিব লাইরিক্কুগী লৌখৎচব লাইয়িংথৌ সনামহী মিংথৈরোল

হে কুলু খোইয়ুম কংলয় অসীপা
থব্রায় তীললী সিতাপা ।।
তীললী ইতাউ লাই নামুংপা
সনথোঙ পুঙমায় লেপপা ।।
খম্নুং য়াইথোঙ সিনসূপা
সব্রা য়াইথোঙ্ সিঙথালিপা
হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ ।।
চীঙঙু নিংসা খোনচেনলেননা
মালেম মপুঙলাক হৌলকপা ।।
তাইপঙ নোংসাপাল মলোন অহুমমাপু
লাইচা তলংথকতা
লিলি য়াংলি সোন
সিঙকাপ পলিং থানা
মালেম লয়সেমলকপা ।।
খোইয়ুম হকচাং তুখোঙ খৃতিংতা
তাইপঙ থব্রায় মাসিঙ সুনা হাকোকপা ।।
কোলও নোংতৃপা
মালেম লয়তাইপা ।।
খোইয়ুম থকসী ব্রায়েলপা
চীঙঙু খাসী নোংতমলিপা ।।
চীঙঙু নতে য়াম্না
খোইয়ুম সানওন হকপা লাইয়িংথৌ-ও ।।
কুলু সনাহকচাং কায়াৎনুংকী
সিংলেন থমপাল লৈ ।।
তাইবং থব্রায় অপকমা পুমনমাপু
লাংপন কাওলেন সনসেনকুম
অয়ুক অঙনপতা কোনথালিপা
নুমিতাং অথেংপতা কোনচনলিপা ।।
চীঙঙু থব্রায় মীপোকপা
খোইয়ুম নমু পোংসেমপা ।।

কোলফ্ নীংখম নানৌপা
চহুই লেংখাং কোকহেলপা ।।
ব্রালক নিংনাং অপিসক
হুইনহা খূব্রাঙনৌপা
ফাফতপা লাইয়িংথৌ ।।
কুলু সিতপা কোকলেনথক্কী খায়লৌপা
লাইলেন থক্কী য়েললওপা ।।
অতিয়া থক্কী সেললওপা
কোলওথকতা হানতোংপা ।।
চীংঙু য়াইপী হুমচাওপা
খোইয়ুম মৈলি তোমসাৎনপা ।।
ঙানপা লৈতোঙ লেপপা
চলৈ লেংহুম চাউপা ।।
মৌপী ব্রাকুম
সোমপী নঙকী ঔলিথেন
ঔলী ঔলাথেন
লোকতাক চাউখোং নায়েখোন
নখোন উলেঙ খোনতানপনা
নুংওন পুকনিং হুপা ।।
খারম চোথে লুপাকনুংতা
সিঙলেন লৈরাং নুংসিপপু
য়াওনলিপা লাইয়িংথৌ ।।
ননাই নসূ নচা পুম্নমাপু
অমমপতা থৌতাপীলিপা
উতপতা ব্রায়েল পীলিপা ।।
থোঙলেন তলা ইপান পায়
নোংথি কোঙয়াং মীচৈসু
লোকলৌ পনম ঈনমখাঙ
লাংচেং চালা ঈলুথেং
চীংঙু কোলও ইনোংথৌ
খোইয়ুম ব্রাংপা ইকাসা
সনথোঙ ব্রাখায়চেৎ
খায়চেৎ অলিপতা ফমফপা -ও ।।৩।

*[সনামহী থেলোন (সনামহী পুয়া- ১৯৮৯) ঃ খোমজিনব-বি. কুঞ্জচন্দ্র শর্ম্মা-(য়েংবীয়ু)]*

## ৪ঃ সনামহী ফানখোঙ

### কৌব অরিব লাইরিক্তগী লৌখৎচব লাইয়িংথৌ সনামহী মিংথৈরোল

হয়াহে হে লাইয়িংথৌ অসৃপ্পা - ও
হুমগী মনুংদ তীল শিদবা ওইনা কূল্লে
নসকপু সনা ফুদোংবগুম্ব-ও
নচুবু থাউমৈগুম্ব-ও
ননম্বু লফূরিৎ মনমগুম্ব-ও
হলিনোংনাং নোংসালিক্কী
খোঞ্জেলগুম্ব -ও
লাইয়িংথৌ নমিং হায়কে
হুম পিৎ তাহো কৌএ ।।
মৈতরং ঈশিংতরং নুংসিৎতরং

অহুমকপু নঙগী খুদুমচল্লে
নহাকপু সম্থোং কৌরে ।।
লাইয়িংথৌ সিদব-ও
নমিৎ কুপ্তুন য়েংব-ও
নচুবু মিংসেলগী মৈকুম্ব-ও
নসকপু নোংথাং কুপ্লগুম্ব-ও
চহী তরামঙাগী মসক কুম্ব-ও
চাকচাবু লীক্লা চাবা-ও
নোংপোক মালং হুমমোইবগা
য়ুমদিন্নরিঙৈগী নমিংদি
লিক্লা য়েন্নৌ হুন লাত্তোন হুপ

লিক্লা হো হো কৌএ ।।
অমরক তিনসিনখরে
পীসুম অনীগী মরক্ত লৈরে
অপোক অসিবসু মান নোংদমলে
তম্বসুং পাংবসুং মানা তমলে
নমিংদি চাচৎপলাকা কৌএ ।।
কৈল্লুংবা ওইবসু নংনে
হনজবা হিদং ওইবসু নঙনে
নমিংদি মে হুং হুম হুং
হে হে চোংচপ
চপ চপ চপ কৌএ ।।০।।

[(১) *সনামহী ফানখোঙ (১৯৯৮)ঃ* শিন্দেকপ— নাউরেম অমুয়াইমা অমসুং (২) *সনামহী ফানখোঙ (সনামহী পুয়া - ১৯৮৯ ঃ* খোমজিনবা— বি. কুঞ্জচন্দ্র শর্ম্মা)- য়েংবীয়ু ]

## ৫ঃ *সনামহী নাউয়োম*

### কৌব অরিব লাইরিক্তগী লৌখৎচব লাইয়িংথৌ সনামহী মিংখৈরোল

হুমকি মনুংতা লাইয়িংথৌনা
তিলসিতাপা ৱোইনা কুললে
নসকপু সনা ফুত্তোংপাকুমলে
ননমপু লফৃরিক মনম নমলে
নখোলবু হারি নিংনাং
নোংসারিককি খোনচেনকুমলে
নমিংপু হুম পিৎতুহা কৌপা-ত্মো ।।
মৈ তরঙ য়িসিং তরঙ নুংসিৎ তরঙ
তরঙ অহুমকপু নখুৎতুমতা চঙলে

সং সং খীং খীং কৌপা
হে লাইয়িংথৌ সিতাপা-ত্মো ।।
নমিৎপু হনখৎনা য়েংতাপা
নচুপু মৈলিকি মচুকুমপা
নসকপু নোংথাঙকুপপাকুমপা
চাকচাপু লিকলা চাকচানাপা
নোংপোক অচিপাগা য়িমতিননপা
লায়োল লামনৌ হুয়েননৌ
মতোন হুকতাং নিক নিক

লা মতোন হে-হে হে
তরংপিৎ কৌপা -ও ।।
লাইয়িংথৌ নঙনা
লৈপাক মখাতা
নোংথৌ মতোনতা লৈরে
নমিংতি পিৎহুক পিৎপিৎ কৌপা-ও ।।
লাইয়িংথৌ সিতাপা নঙনা
খাকেমপাগি মচা ৱোইনা সাইৱোলে
সন্না ৱাপিহল কৌনা পোকলে
অমরক তিনসিনখিরে
পিৎ পিৎ হুক তরং কৌপা-ও ।।
ফাংলৌ লাইমাকোনতাতি
মেনখোমপা সন্না লৈয়োললাং তনৌ
সংলৌ য়েনখোমপা কৌপা-ও ।।
লাইয়িংথৌ সিতাপা নঙনা
লিকলা পুনকি মনুংতা হুনচিনখিরে
নোংপোক অচিপাকা লৈমরেলকা
অহুমমা অমতা ৱোইনা তিনসিনখিরে
তিনপুকলেন পিৎ তরং কৌপা -ও ।।
লাইয়িংথৌ নঙনা সনথোঙ সারে
কুলুনা ময়ায়তা ফমলে
লাইয়িংথৌ নঙকি ননিংসানা
মৈ য়িসিং নুংসিৎ থোকলে
থৱাই পানপা খৈপিক নখুৎতা থমলে
নঙনা ঙাকলে থৱায় ওইরে
নমিংপু খোমলেন কৌপা-ও ।।
চীঙখৈতা লৈতনা চিঙখৈ সারে
নমলোন অথুপপাতা হুনচিনখিরে

অতিংকোকনা তৌপাকুমলে
ফিসেৎতি চিঙতোনতা থমলে
য়িনমপু চাকচা ওইরে
য়িচুপু ফিসেৎ ওইরে
য়িমিৎপু মিয়েংসেন ওইরে
লৈমরেল সিতাপিনা
নাউয়োম ওইপা-ও ।।
অমরক চোংসিনখিরে
থাগী ময়ায়তা হুনচিনখিরে
সাঃ সারে
তরেৎ মাকি মপু ওইরে ।।
অমরক তেরে
নুমিৎকি ময়ায়তা কুললে
সাঃ সারে
সাঃ মপু ওইরে ।।
অমরক লমপু তুপু ওইরে
অংকো মপান সারে
পামেল ক্রথারে
ক্রপাল ক্রলিংলে
লুপা মপান সারে
সনা মহৈ য়াললে
মানা হুম ওইরে
হুম মতোন চোংলে
হৈরোম ৱা ওইরে ।।
মই য়িসিং নুংসিৎ
লৈপাক অতিংঙা নুমিৎ থা
অখাবা অথুমপা মাপল সুরে
ক্রতুপ থাঙথৌরী কোংকোই সুরে

থবায়পু খুৎতা থমলে
য়িচুপু তনতনকুম ঙাললে
অমরক তিসিনখিরে
পিসৃম অনিকি মরকতা লৈরে
নমিংতি অসি কৌরে ।।
অপোকপা অসিপা নোংতমলে
নমিংতি চৈসিংরু কৌপা-ও ।।
চাতাপাপু চাহনপা
সেৎতাপাপু সেৎহনপা
লাইরাপাপু য়িমনাকখুলহনপা
কাইরুংপাসু নঙনে
সেললুংপা হনচাপা হিতং
পুথ্রম নোংথোন ওইপাসু নঙনে
লাইয়িংথৌ নঙকি নমিংতি
মে হে-হে হে
হুম-হুম হুম হে-হে
খেৎ চাক্ চাক্ কৌপা-ও ।।
থবানপিচক নিংথৌ সিতাপাত্র হনচিনখিরে

মানা ফৌকোৎ ওইরে
লাইয়িংথৌনা তমফা ওইরে ।।
অতুতকি অমরক হনখৎখিরে
লাংয়েন তরেৎমাকা পক্লনারে
লাইয়িংথৌ সিতাপা ওইরে
য়াইনিংথৌ য়াইতরংপা কৌরে ।।
মিয়েংসেনকি মমিপু ফিসেৎ ওইনারে
তমফাপু হকচাং ওইনারে
খোনচেনপু হুং হোই হোই থোকলে
সন্নামহী য়োইরেনপা কৌরে ।।
কুলুনা নমিং থোললে
মিসি লহিং খংতুপ
হুং হিংথৌ কৌপা-ও ।।
লাইয়িংথৌ নংকি নতিকতি
তে তে হিংনপ কোৎমাং
সামাতোনপা কৌপা-ও ।।
নুঙঙৌ তিলঙৌ তিললাইতাংপা
লাইয়িংথৌ চিঙখৈ অথুপপা-ও ।।০।।

[*সনামহী নাউয়োম (সনামহী পুয়া—১৯৮৯ঃ খোমজিনব—বি. কুলচন্দ্র শর্মা)—য়েংবীয়ু*]

## ৬ঃ খাগেম্বা লাঙজৈ

### কৌব অরিব লাইরিক্তগী লৌখৎচব লাইয়িংথৌ সনামহী মিংখেরোল

হয়াহে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
অৱাং ফাৎলৌ লাইমখোম্ব
য়াইবী মতুম্মগী
অতিংঙা উংলৈ অথুপ্পদা
তাইবং অপকমা পুম্নমাগী

কাচেং থাংকোক তুগুম্ববু
চাচন হৌরকপা লাইয়িংথৌ-ও ।।
কোরৌ থক্কী তমথরকপা
ৱাংবল থক্কী খাইথরকপা
নুংনাং শগাঙথক্তা

লাইজ ঈরোয়ননা
লাইজ তরং ঈপাকথক্তা
সেকমোম কাইবী লীবু
পরিং লেপ্তুম হুনব-ও ।।
অমম মখৈ লৈতবা
অতিয়া পুনুং পান্দম
লৈতবদগী লমহৌরকপা
কোরৌ ফান্দ ফমদেংবা
চীংঙু য়াইবী হুমজাউবা
থব্রায় তীল্লী য়াইমরু সিদবা-ও ।।
তাইবং নমু শংশং লোন্দিন্নবা
চীংঙু য়াব্রা খোঞ্জেল্লেম্না
কোরৌ অব্রাংববু তাইখৎপা
ব্রাংবল অফনববু তাইচিনবা
নোংপোক সনা চীংদোলপল
য়াইমরুদ ফমফম্বা -ও ।।
নতিক ঙমখৈ লৈতবা
খোইরা লীহৌ ময়েং খঙদবা
চীংঙু নরা লীচত্তবা
নপান উনাইদবা
নোংথৌ সনা অসিখোইগুম্বা-ও ।।
চীংথাং থংলাংমৈগী
থৌদু তোনকোনবদ ফমফম্বা
অতিংঙা চেংলৌ মীৎথোঙথিংবদগী
মালেম য়াইবী হৌরকপা
চীংঙু কংলৈ অসীব-ও ।।

নিংশা য়াইবীথোক
মিৎলং নারং থেক
সব্রা তুখোং খুদীংদা
চীংঙু লাইশীংশুন হাদোকপা
নোংথৌ শাইরোং মরুগুম্বা
য়াইবী মতূম্মগী লিহৃইরকপা-ও ।।
কোরৌ মচা তাইখৎপা
ব্রাংবল মনাউ তাইচিন্নবা
পোইরৈ মালেম লৈকোয় শেম্বীবা
কোরৌ তাচিল্লৈ
ব্রাংবল তাদুরৈবু ওইনা
মালেম লৈরিংহৌ অহানবা-ও ।।
চীংঙু নাকা ফমজাউবা
খোইয়ুম লক্কি নিংথিবা
লৈবাক উঙাম থাগুম
তয়না হোনফবা-ও ।।
নাব্রাক মনুংওনবা
খমকোন তুংইন্নববু
খয়োই নিংথীবী ইনচিংখোনগুম
তয়ন চেনববু শাইওনবা-ও ।।
চীংঙু য়াইবী হুমজাউবা
পামেল উপুনসিদা কায়দোংবা
নুংকোন চীংনামুংদা ফমফম্বা
চীংঙু মালেম লৈশেম্বা
খোইয়ুম কোরৌ নোংশাবা
অপোক অসি নোংদম্বা-ও ।।০।।

*[খাগেম্বা লাম্ভজৈ(১৯৬৭)ঃ শিন্দোকপা—ওইনাম ভোগেশ্বর— ( য়েংবীমু)]*

## ৭ঃ খাগেম্বা লাঙজৈ পুয়াগী শন্নপ্পা

### কৌব লাইরিক্তগী লৌখৎচব লাইয়িংথৌ সনামহী মিংখৈরোল

চীংঙু অতিংকোক মরুশিদবা
য়াইবী য়েলহৌঙৈগী
অমম লৈশানরকপা
খেরে নুঙগুম তগুপ্পা
পোইদিং নোংথাং তরংলেন
তরং লাইজ ঈপোকপা ।।
খোইয়ুম সনামহী
চীংঙু তাইবং খায়বা
চীংঙু নতিক অরুবা
খোইয়ুম শানওন য়াম্বা ।।
চীংঙু নাকা ফমজাউবা
খোইয়ুম সরী সিদবা
সনামহী মালেম লৈশেম্বা
য়াইবীরেল সিদবা ।।
য়াবা কোনখাঙ শাগী
নমু পোংথোক মথং লেংন থেন্দম্নকপা
থিরেন উংলৈ নুংগী
লাবা থীয়াং থোক্ল লমহৌরকপা ।।
সনা কোনফুরেল সিদবা
খোইয়ুম য়াবা খোঞ্জেল নুংশিবা ।।
ইঙা কুমজেনবা
ইঙেল কুমথাইবা ।।০।।

[ওইনাম ভোগেশ্বরন শিন্দোকপ খাগেম্বা লাঙজৈ লাইবিক্কী অরোইব শকক্ত হাপচিন্নিব সনা কোনুংগী পন্দিত অচৌব নামৈবাকপম দিনচন্দ্রন ইথোকপ খাগেম্বা লাঙজৈ পুয়াগী শন্নপ্পা হায়ব লাইবিক অদু — য়েংবীয়ু ]

## ৮ঃ লাইয়িংথৌ সনামহী মিংখৈরোল

### কৌবা লাইরিক্তগী লৌখৎচব লাইয়িংথৌ সনামহী মিংখৈরোল

হে লাইয়িংথৌ হে সনামহী
নখংয়াইগী য়াইমরু সয়াকোন্দ ফম্বা ।।
হীখোম্বা য়াইখোম্বা
লৈসীরক্কী তোন্নিংথৌ ।।
লীরী ওনবী সূবা
কবাক য়েনবঙ হাইবা
লীক্লা সনা তনৌবা ।।
হে লাইয়িংথৌ মীৎকুপ্তুন য়েংব-ও
নচুবু মিংসেলগী মমিগুম্ব-ও ।।
নশক্লা নোংথাংকুপ্প ওইরিবা
নোংথাংন ঙানবগুম ঙাল্লিবা ।।
নবোঙন চহী তরামঙাগী নবোঙনে

লীক্লা চাব লাইয়িংথৌ-ও ।।
নঙন লৈপাক্কী মখোয়দা
নোংথৌ মতোন্দ লৈরিঙৈগী নমিংদি
হুম পিৎ পিৎ কৌএ ।।
ফালৌ লাইমকোন্দগী মেনখোম্বা
লৈয়োল্লাং তনৌব লৈয়েংখোম্ব-ও ।।
সনাগী ফম্বাকথক্ত লৈরে
নমিংদি তিনপুরেল পিৎ তরংব কৌএ ।।
সনথোঙ নিংথৌ অপানব ওইরে
নমিংদি সমৈরেন কৌএ ।।
লাইয়িংথৌ নঙনা
মৈ ঈশিং নুংশিৎ অহুমমকপু
খুৎতা থুম্ন সূরে
থৌব্রায় পানব খিবিকপু
লাইয়িংথৌ নঙগী খুদুম চল্লে ।।
থাগী পুঙমায়দ লেপ্লে
নমিংদি খোয়রেল কৌএ ।।
চীংখৈ নমলোন অথূপ্পদ হুনচিনখরে
অতিংকোক্ল তৌবগুম কূল্লে
থিংয়ায়দ থুংলে
ফিজেত্তি ওল্লে
চীংখৈদ থুংলে
মচুবু ফিজেৎ ওইরে
নমিংন মিংসেল ওইরে ।।
থাগী পুঙমায়দ হুনজিনখরে
তীন সিদব ওইরে ।।
অমরক তেথরক্লে
লম্বুসু তুবুসু ওইরে ।।
লাইয়িংথৌ নঙনা
সনা মপান থারে
লুপা মহৈ য়াল্লে
নমিংদি হুই কৌএ ।।
লাইয়িংথৌ নঙনা
মৈ ঈশিং নুংশিৎ
লৈপাক অতিংঙা
নুমিৎ থা অথুম্বা অখাবা
মাপলমকপু সূরে
কুতুপ থাঙ থৌরী কোঙ্গোই সূরে
নমিংদি মিংখেংতক কৌএ
কোরৌসু কৌএ ।।
লাইয়িংথৌ নঙনা
থৌব্রায়বু খুদুম চল্লে
নচুবু তন্দনগুম ঙাল্লে
অমরক তিনশিনখরে
লাইয়িংথৌ নঙন নোংদল্লে ।।
অসি থোঙ থিংবিবা
অচঙ্ থোঙ হাংবীবা
সেত্তববু সেৎহনবীবা
চাদববু চাহনবীবা
নমিংদি হনবা কৌএ ।।
লাইয়িংথৌ নঙন অমরক হুনজিনখরে
লাংয়েন সিদবা ওইরে
নমিংদি সনা তমফা য়াইরংথৌ কৌএ ।
সংগাই মাপল সুন য়াইপ্প মহীরেল

খাঙবু কচিন অহূমমক্ত
তরেৎ পুংমায় অচোনবদা
খূনেৎ খুদানব লাইয়িংথৌ-ও ॥
অহিং নুংথিল পুরিবা
পোকলেন পোকপসু নহাক্লি
সাংলেন সাংপসু নহাক্লি
ননাইন খুদুম চনব লাইয়িংথৌ-ও ॥
নংবু নীংজরগ ননাইগী নাক্ত লৈব-ও
থাংজীং সনামহী মারজীং সনামহী
বাংবরেল সনামহী কৌব্রু সনামহী
তাংখুল তোম্ব সনামহী
মরিং তোম্ব সনামহী কৌব-ও ॥
থোঙ্গান্দ লৈব কমু মৈপুংবী মৈপুংবা
সূমাঙদ লৈব সূমাঙ অপানবা ॥
সন্দংখাদ লৈব হুইনহা খ্বাংনৌবা
ফুংগাদ লৈব মৈরিমতোন সনামহী ॥
অবাংগী ইচুমতাফমদ লৈবা
হিংফা কৌব সনামহী ॥
থাজীং সরোয় হুমফুমাথোই
মারজীং সরোয় হুমফুমাথোই
বাংবরেল সরোয় হুমফুমাথোই
কৌব্রু সরোয় হুমফুমাথোই

নোংপোক সরোয় হুমফুমাথোই
নোংচুপ সরোয় হুমফুমাথোই
খাদা সরোয় হুমফুমাথোই
লাইদা সরোয় হুমফুমাথোই
থক্তা সরোয় মরি খাদ সরোয় মরি
সরোয় পুরিব সনামহী ॥
কুরুগী ফানখোঙ মখাদ হুনজিনখরে
তেকচুই হোকচুই কৌব লাইয়িংথৌ-ও ॥
তেনকাপ্পা লাইয়িংথৌ
নোংলোনথক্ত কাপ্পদি
নোংলোন তরেৎ কাপখায়বা ॥
মালেম লৈদ কাপ্পদি
লৈরোল তরেৎ কাপখায়ব ॥
নমিংদি উং কচিং করাইরোং
কাথেরু পাথেরু সূপফা কৌব -ও ॥
হুমাইখোক সবা লমদা লৈবা
লাইয়িংথৌ খুন্দা অহানব
নমিংদি হনুকোকচাউ কৌব-ও ॥
খুন্দা অকোনব
নমিংদি হনু লাইখম কৌব-ও ॥
ঙানব লৈপুঙ লেপ্প
চরৈ লেংজাউ ইনব লাইয়িংথৌ-ও ॥০॥

*[লাইয়িংথৌ সনামহী মিংথৈরোল (সনামহী পুয়া —১৯৮৯ : খোমজিনব— বি. কুঞ্জচন্দ্র শর্মা ) — য়েংথীয় ]*

## ৯ঃ লৈথক লৈখারোন

### কৌব অরিব লাইরিকতগী লৌখৎচব লাইয়িংথৌ সনামহী মিংথেরোল

(১) লাইয়িংথৌ সনামহীগী মমিং অসীব কৌদ্রিবঙৈগী মমাঙদ ***অতিংকোক সিদব*** কৌই ॥ (২) তেংবান মপুন তেংবানব থোক্লকুব অতিংকোক সিদবদ অতিয়া সিদববু পুথখিদুন তেংবানব সেমলু-ও হায়না থৌসীখি, অদুগীবু ***অসীব*** কৌই ॥ (৩) অতিংকোক সিদবন নুঙমু তুমদব মাঙদব অদুগী য়াহীপ চাকচা তম্ন লৈরিবঙৈগী মমিংদি ***নিংথৌ মহারাবা*** কৌই ॥ (৪) নুঙমুগ তিন্নঙৈগী মমিংদি ***নূংকাং মহারাবা*** কৌই ॥ (৫) অতিংকোক সিদবগ তাউবীলোইনাইগ অনীমক্ত অমত্ত ওইন তিন্নঙৈগী মমিংদি ***হুম সংপূমলেন চীরীংথীকথব*** কৌই ॥ (৬) তাউবী লোইনাইন ওংথী পোকই ॥ ***ওংথী*** দি অসীবনি ॥ (৭) ওংথী হায়বদি ঈশিংবুনি ॥ ঈশিংগী মমিংদি (৮) ***চীরী*** (৯) ***চীখোম*** (১০) ***চীরাক*** (১১) ***চীরীং*** (১২) ***চীথোক*** (১৩) ***চীসা*** (১৪) ***উনলারী*** (১৫) ***চীথুম*** (১৬) ***উনকান*** কৌই ॥ (১৭) অসীবগী মমিং অমদি ***অ*** কৌই ॥ (১৮) অতিংকোক্কী মমিংদি ***উং য়ি ফূঙ কেৎ কক্লা চীং*** কৌই ॥ (১৯) অসীবন লৈপাক তাথোকঙৈগী মমিংদি ***লৈরংলেন লৈতকপ*** কৌই ॥ (২০) কারনগী ময়ায়দ অসীবন য়ুংন লৈরিবঙৈগী মমিংদি ***ঙান তুরেন*** কৌই ॥ (২১) ঈরিক ঈকোনশেন্দ লাইয়িংথৌন হিংলিঙৈগী মমিংদি ***হং-হীং সং-হীং হীং-মী হীং-চী*** কৌই ॥ (২২) ঈশিংগী মথক্তা লৈপাক খোৎচিনবগুম সীন্ন ঙাক্ল লৈরিবঙৈগী মমিংদি ***লৈনুং খোমা সিরিবা লাইরেন পোরোম খোৎপা*** কৌই ॥ (২৩) অসীবনা নোংহুমশঙদা লৈপাক শেমলিঙৈগী মমিংদি ***লৈরংলেন তাখৎপা*** কৌই ॥ (২৪) ***নোংলানলেন অপোঙবা*** সু কৌই ॥ (২৫) লাইয়িংথৌ মান সন্নচীংদ ফমলিঙৈগী মমিংদি ***নুংকোল নামুংবা*** কৌই ॥ (২৬) চকপ উয়ুংন কোনখাবা লাইরেন অঙৌবনা থোঙথিংব য়ুম্নুংদ লৈরিঙৈদি ***সন্না কোনসৌরেল কৈরেলবা*** কৌই ॥ (২৭) ***চীরেন ঙাংলেনবা*** সু কৌই ॥ (২৮) মচুদি মৈগী মচুনে, ময়া সনা য়োম্বনে, মনম্না থম্বাল মনমনে, মখুৎ য়েত্ত সনা সূইয়ে, মখুৎ ওয়দা লুপা সূইএ ॥ থক্কী লাইবু থাখন ওইনৈ, খাগী লাইবু তাঙবল ওইনৈ, অমম্বা অদুদ মতোমতনে, তীন নামুংবনা কোনখানৈ,

তমফান থোঙথিংনৈ, **ঈশিং খোইরুগুম্বদা কোনএ** ।। উসোই শঙদা লৈব লাইসু মহাক্লি ।। মমিংদি ***তীথ্রীরেন*** কৌই ।। (২৯) থাগী মচিদা লৈরিঙৈদি অসীববু ***কনচাউবা*** কৌই।। (৩০) **লাই খিবিক কারক্কনি হায়বগী মখোঙ** সেংসৌনন মশম ফান ঙাকলিঙৈগী মমিংদি ***চিং খীং খীং মী হীং সং*** কৌই ।। (৩১) ***হমলেনবা*** সূ কৌই ।।০।।

[ ***লৈখক লৈখারোন (১৯৬৭)*** **: শিন্দোকপ– য়েংখোইব ভৈগ্যা – য়েংবীম্** ]

সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী অপোকপ মপা লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলো অমসুং অতৈ শক্লাইরব পুন্দিত মায়চৌশিংন শীংথাব লাইয়িংথৌ সনামহীগী মিংখৈরোলশিং মথংগী পন্দুপ্তু থমজরি ।।০।।



## লাইয়িংথৌ সনামহী মিংখৈরোল - ২

১ঃ সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী অপোকপ মপা লুচিং পুরেল লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোগী ***সাকোক থিরেল*** অমসুং ***শীংথা চৈথারোল*** দগী লৌখৎচব লাইয়িংথৌ সনামহী মিংখৈরোল –

ইবুংঙোদি লাইনিংথৌ, য়াইবীকোনগী মপুথৌ
কায়াৎ কাংলেন শাথৌবা, লৈরক কোনশাং শীল্লিবা
য়েক্লু শরোয় লাল্লোইবা, খোংবাম্নুংদ লান্নাবা ।। ৩ ।।

নোংদোল থক্লু পলওইবা, সনজীংন নাউকোনবা
লাপখিবন উদবা, নকমন্দুনা লৈতবা
চাউবা পীকপা ননীংনি, শীনব থুংন লৈবনি
ইপুরোইনি খঙজগে তাউরোইনাইনি হায়জগে ।। ৭ ।।

মৈ তরং ঈশিং তরং, অতিয়া নুংশিৎ তরং
মালেম লৈদ খৌশাবা, য়েক্লু শরোয় লাল্লোইবা
তোপ্প লৈব তোঙানবা, তিন্ন লৈব অতিনবা
তাইবং নুংদ লৈবনি, থবায় হায়ন কৌবনি ।। ১১ ।।

তমজাউ কাংলেন শাথৌবা, য়েম্নৌ চূপলী পায়রিবা
চৈবী নৌরেল হোল্লিবা, য়াঙ্গোই শগোল থৌরিবা
শজিক থবা ওইরিবা, অমম অঙাল খায়রিবা
হুংন নিংন নবোঙনি, তাইবং লৌশিং মৈরানি ।। ১৫ ।।

কোনশেংসনা পিবারেল, সনামহী ভৌবরেল
ফৃহিংসনা লাইজরেল, সনাফম্বাল মহীরেল
সম্বোংগীদি মোরিবা, ফুংগাগীদি লাইরুবা ।। ১৮ ।।

থোঙজীন্দবু লৈবনি, থোঙারেলবু কৌবনি
ইচুমতাফম তাবনি, তরং নোংদোল ফাওবনি
সন্দংখাদা খৌশাবা, কৈন্দ লৈরে কৈরুংবা
লমলক্তদি লম্মাবা, লামশেনববু ওইরিবা ॥ ২২ ॥

নোংখোঙকোয়ব অঙম্বা, তরং হিরেল হোল্লিবা
ইপাকথক্ত পুরেনবা ঈথে ঈহল মরেংব
চৎনিংবতা চৎপনি, য়ৌনিংবতা য়ৌবনি ॥ ২৫ ॥

লৈপাক মাইবা খূরাই তাঙব, নিংথৌ মাইব চিরাই তাঙবা
নপাবুসু হনবনি, নপুগীসু মথক্লি ॥ ২৭ ॥

### মচাক তানফম ওইরিব লাইরিকশিং

১। *সাকোক থিরেল (ফোন্তফিব)ঃ* থম্বীরম্ব— লাইনীংহল নাউবিয়া ফুলো,
২। *শীংথা চৈথারোল (১৯৮২) ঃ* অফোঙব— হিজম ইবুংঙোয়াইমা মীতৈ (থম্বীবম্ব— লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলো)
৩। *শীংথা চৈথারোল (১৯৮৬) ঃ* অফোঙব— হিজম গুনমনি (থম্বীরম্ব—লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলো)
৪। *শীংথা চৈথারোল—ঈরাৎ থৌনিরোল (১৯৭৪) ঃ* অফোঙব— নোংথোম্বম নরান (থম্বীবম্ব— লাইনিংহল নাউরিয়া ফুলো)।

২ঃ সনাকোনুংগী পন্দিত অচৌব থোংঙাম মাধব অমসুং লৈবাক্কী শক্লাইরব পন্দিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র অনীন মখোয়গী **থুনুং লীচৎ শাজৎ** কৌব লাইরিক্ত শৈথারিব লাইয়িংথৌ সনামহী ঈরাৎপগী তেংথা লাইশোলদগী লৌখৎচব লাইয়িংথৌ সনামহী মিংখৈরোল —

হয়াহে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
অৱাং ফাৎলৌ লৈমখোম্বা ॥
চীংঙু য়াইবী মতুম্মগী
অতিংঙা উংলৈতিং অথুপ্পদা
তাইবং অপকমা পুম্নমকনা
কজেং থাংকোক তুগুম্ববু
চাজন হৌনরকপ লাইয়িংথৌ-ও ॥
কোরৌথক্কী তমথরকপা

ৱাংবল থক্কী খাইথরকপা
নুংনাং শগাংথক্ত লাইজ ঈরোয়ননা
তরং ঈপাকথক্ত শেকমোম কাইবীলীবু
পরিং লেপ্তুম হুনবা ।।
অমম মখৈ লৈতবা
অতিংঙা চেংলৌ মীৎথোঙ থিংবদগী
মালং য়াইবী কাওগুম লমহৌরকপা ।।
কোরৌ ফান্দ ফমদেংবা
চীংঙু য়াইবী ফমজাউবা ।।
থৱায় তীল্লী য়াইবী সিদবা
তাইবং নমু শং শং লোন্দিন্নবা ।।
চীংঙু য়াইবী খোঞ্জেল্লেন্না
কোরৌ অৱাংববু তাইখৎপা
ৱাংবল অতাম্ববু তাইচিন্নবা ।।

নোংপোক সনা চীংদোলপল
য়াইমরুদ ফমফম্বা ।।
নতিক ঙমখৈ খঙদবা
খোইরা লীহৌ নাইদবা
কোরৌ চুমীথাঙগুম্বা
ৱাংবল নোংমিতাং কুম্বা
সম্বোং নিংথৌ অপানবা
নচুবু মৈরিগী মচু ওইবা ।।
নমিংদি তরেৎ থোনবদগী
অনী লৌথোক্লগ মঙা থোনব ।।
মঙাদগী য়াম্মল্লে হায়দুন অহুম থোনবা
মদুসু য়াম্মল্লে হায়দুন অনী থোনবা ।।
মদুসু য়াম্মল্লে হায়দুন
অম থোনব ।।০।।

[ মথক্কী তেংথা লাইশোল অসী পন্দিত ইরোম অমুবীন মহাক্কী *মৈতৈ থৌনি পীচং* ত পীবিব তেংথা লাইশোল অদুগ থোইদোক্ল খেন্নব লৈতে ।। (১) *খুনুং লীচং শাজং (১৯৭০)ঃ* অয়ীব– থোংঙাম মাধব অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র (২) *মৈতৈ থৌনি পীচং (১৯৯০) ঃ* অয়ীব– ইরোম অমুবী-(য়েংবীয়ু)]

৩ঃ *অরিবা শিম্বোং* কৌব লাইরিক্ত পন্দিত খুমল্লম্বম য়াইমন লাইয়িংথৌ সনামহীগী মিংথৈবু মখাগী অসুম্ন শৈথারি –

হয়াহে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
অৱাং ফাংলৌ লৈমখোম্বা ।।
চীংঙু য়াইবী মতুম্মগী
অতিংঙা উংলৈতিং অথুপ্পদা
তাইবং অপকমা পুম্নমকনা
কজেং থাংকোক তুগুম্ববু

চাজন হৌরকপ লাইয়িংথৌ-ও ।।
কোরৌথক্কী তমথরকপা
ৱাংবল থক্কী খাইথরকপা
নুংনাং শগাংথক্ত লাইজ ঈরোয়ননা
তরং ঈপাকথক্তা শেকমোম কাইবীলীবু
পরিং লেপ্তুম হুনবা ।।

অমম মখৈ লৈতবা
অতিংঙা চেংলৌ মীৎথোঙথিংবদগী
মালং য়াইবী কাওগুম লমহৌরকপা
কোরৌ ফান্দ ফমদেংবা
চীংঙু য়াইবী ফমজাউবা ॥
থব্রায় তীল্লী য়াইবী সিদবা
তাইবং নমু শং শং লোন্দিন্নবা ॥
চীংঙু য়াইবী খোঞ্জেল্লেন্না
কোরৌ অব্রাংববু তাইখৎপা
ব্রাংবল অতাম্ববু তাইচিনবা ॥
নোংপোক সনা চীংদোলপল
য়াইমরুদ ফমফম্বা ॥

নতিক ঙমখৈ খঙদবা
খোইরা লীহৌ নাইদবা
কোরৌ চুমীথাঙগুম্বা
ব্রাংবল নোংমিতাং কুম্বা
সম্ভোং নিংথৌ অপানবা
নচুবু মৈরিগী মচু ওইবা ॥
নমিংদি তরেৎ থোনবদগী
অনী লৌথোক্লগ মঙা থোনব ॥
মঙাদগী য়াম্মল্লে হায়দুন অহুম থোনবা
মদুসু য়াম্মল্লে হায়দুন অনী থোনবা ॥
মদুসু য়াম্মল্লে হায়দুনা
নমিং সন্না (হুং ?) কৌবা ॥০॥

[ *অরিবা শিখ্যোঙ (১৯৮৮)* : অয়ীব–খুমল্লম্বম য়াইম-(য়েংবীয়ু)]

৪ঃ থোকচোম থৌকাচানবন লাইয়িংথৌ সনামহীবু মাগী ***থৌরম পরেং অসুব*** কৌব লাইরিক্ত মখাগী অসূম্ন শৈথারি –

হুং সিদব ইপুঙ লোয়নবা
অপকপা পোকলেন পোকপা
সাংলেন সাংপা ইবুংঙো ॥
য়াইবী কোনগী মপুথৌ
কোনসেংসনা পিবারেল
সনামহী ঙৌবরেল ॥
ফৃহীং সনা লাইজরেল

সনজীং ফম্বাল মহীরেল
সন্দংখাগীদি মরিবা ॥
থৌব্রায়নিবু লেপলিবা
কোনসেং তুরৈ সেংব
ফুঙ্গাগীদি লাইরুব ॥
খোয়লিনতিং তিল্লিকোক
য়াইবীবু ওইরিব ইবুংঙো ॥০॥

[ *থৌরম পরেং অতবা (১৯৬০)*ঃ অয়ীব– থোকচোম থৌকাচানবা–(য়েংবীয়ু)]

৫ঃ মোইরাংথেম ইবুংঙোতোম্বী এক্স-সেক্রেতরি, *মৈতৈ লাইনীং মরূপন* মহাক্কী *ঈরাৎ থৌনিরোল অমদি লাইশোল তীনশোল* কৌব লাইরিক্ত লাইয়িংথৌ সনামহীবু মখাগী অসূম্ন শৈথাই–

চীংঙু ইবুংঙো
লাইয়িংথৌ সনামহী
সম্থোঙ অপানবা ॥
কোলোয় মিংখৈ থাঙমদবা
মতিকপু ঙমখৈ নাইদবা ॥
চরিক মপান থাবা
কোরৌ লৈবু হৌবীবা
নোংথৌ মউ লিংন
নমু পোংবু থেৎতন্নকপা ॥
থবায় পানব খিবিকপু
অয়ুক কোনথোকপী
নুমিদাং কোনশিনবীদুন
অপোক অসি নোংদম্বীরিব
লাইয়িংথৌ ॥০॥

[*ঈরাৎ থৌনিরোল অমদি লাইশোল তীনশোল (১৯৮৮)*: মোইরাংথেম ইবুংঙোতোম্বী - (য়েংবীয়ু)]

৬ঃ চীংঙু খোইয়ুম অসীব লাইয়িংথৌ সনামহীগী মতীক ময়াই শৈথাব হায়ব অসীমক্তি ওইথোক্লরোইদব থবক্নি ॥ অব্রাঙব কোরৌ নোংদোল অতিয়াবু ঙমখৈ লৈ হায়বগুম্বনি ॥ অদুম ওইনমক, সনামহী লাইনীংলোয় লৈবাক মীয়াম্ন শকখঙনরব মায়চৌ সৌগাইজম ইবোয়াইমান মহাক্কী *ঈমা লৈমরেল শিদবী(অনীশুবা শরুক): লাইয়িংথৌ সনামহী থৌনিরোল* হায়ন মিংথোনব লাইরিক অসীদ লাইয়িংথৌ সনামহীবু য়াম্ন নীংথিজন মখাগী অসূম্ন শৈথাই –

হে চীংঙু সনা তোংবল নিংথৌ লাইয়িংথৌ অব্রাং ফাৎলৌ লাইমখোম্বা
উম লিক্লাই য়োইরেনবা য়াইবী থবায় মীপোকপা ॥
য়াইবী য়েলহৌঙেগী অমম লৈশা হাল্লকপা
খেরে নুঙগুম তগুপহৌ কোরৌ ফান্দ পমদেংবা ॥
উকাক মায়থোঙয়ান নপোক খোইরা য়াল্লকপা
সম্থোং পুঙমায় লেপ্প তেৎনৌ লানপন খনবা ॥
য়াব্রা কোনখাঙ ফুইনফম অতিয়া পুনুং পান্দম্নাইদবদৈ ঈহৌরকপা

কুমচিং হিকোক লিওক্না লৈনা পান্দমগুম তকুপ কুফেৎলকপা ।।
মৈ তরং ঈশিং তরং নুংশিৎ তরংদ ওঁরী নোংথাংগুম খৌশাবা
লোইদাম কুম্নু কুমদম্বা লাংহৈ কুম্নু কুমখাইবা ।।
নমু তাইবং পুন্সিগী তোংজেং হিমায় চুমলিবা
অখমচাউনা মীপোকপা অথৌ হৌনা লাংগোনবা ।।
কজেং নোথাং কুপকুম য়াবা খোন্নাই হাল্লকপা
থব্রায় অপকমা পুন্নমবু লাংবল কাওরেল শনশেনগুম শেনবীবা ।।
তীলগী তীল্লুপ লুচিংবা থব্রায় তীল্লী য়াইমরু শিদবা
য়াইবী মীবেল তোংনা অপোক লীহুই নোংদম্বীবা ।।
ঙমখৈ লৈতবা অতিংঙা চেংলৌ মীৎখোঙ থিংবদৈ লমহৌরকপা
কোরৌ নোংদোল ঈপাক্ত শেকমোম কাইবী লীবু লেপ্তুমহুনবীবা ।।
তবং লাইজ ঈরোয়ন মালেম লৈবু লৈশেম্বীবা
অতিংঙা উংলৈ অথুপ্পদৈ খাকপা পেংশা লাউন লমহৌরকপা ।।
মালেম চিথেক মবিদ খালৈ লৌকোয় ঈনগুম খল্লিবা
ওংলৌ য়াইবীরেল শিদব হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ ।।
মালেম লৈকোয় লৈশেম্বা কোরৌ নোংথৌ হোঙনেম্বা
কোরৌ লেংদ অথুপ্প ব্রাংবল লেংদ অফনবা ।।
কোরৌ থক্কী তমথরকপ ব্রাংবল থক্কী খাইথরকপা
থিরেল উংলৈ মহুমনুংদৈ লাবা থায়াং মথৌ থোক্ল লমহৌরকপা ।।
চীংঙু খোইয়ুম শিদব য়াইবী মিরেল তোমশাৎপা
খোইয়ুম য়াঙবী শিদব চীংঙু লমখাম অহানবা ।।
খোইয়ুম হেলোয় লেংতিন্ন নমু পোংলেপ শেম্বা
তোংলেন তরং ঙান্ন য়োইন হেন্ন ফমফম্বা ।।
থবী শেনকোইরেল অপানব সনা তোন্নৌ হুনবা
য়াংবী লুরোই কেন্দ শাব্রা পাফল কীনথদবা ।।
চীংঙু অচৌব ঈপুরোনব অশাংলম্বু ফাবা
চকমোম খাম্বী মৈত্রেং খাম্বী মৈথাং চিদবা ।।
খোইয়ুম য়াইবী য়েলহৌঙৈ শিদব মপাল থাবা

কোরৌ অৱাঙববু লেংতিনব নাদব মউ লিংবা ।।
মালং য়াইবী হিওইনব হামলেল শিফা নৌওইনবা
কোরৌ অৱাঙববু তাইখৎপ ৱাঙবল অহেনব তাইশিনবা ।।
য়োইময়াই তাউতনবা খোইখৈনুং তরং ঙান্ন ফমফম্বা
নতিক ঙমখৈ লৈতব খোইরা লীহৌ নাইদবা ।।
মিরেল তোংমরাবা মালেম লৈকোয় লৈমাবা
খোইয়ুম পারেল খোংতৌব চীংঙু শুমায় উখিলব ।।
য়ংলা হুইশোনতম লমতাক শাহুল লাইবা
অতিংঙা উংলৈ মহুমনুংদৈ তাইবং অপকমা পুন্নমা হুইথোকপীরকপা
খোইয়ুম অঙানবদা থৌশীবা চীংঙু অমম্বদ থৌদাবা
নোংপোক সনা চীংদোলপোক কোরৌ য়াইমরুদ ঙানফবা ।।
লোইদাম থাজ পাখংবা থাজ থাবুক খায়ন ফমদোংবা
শাৱা তুখোঙ খুদিংদৈ খোইয়ুম লাইশিংসুন খাইথবা ।।
মালেম লৈশিরক্কী তোন্নিংথৌ সনা কোনফুরেল য়াইওইবা
নোংলোন তরেৎ পুরিবা নুংনাং চাদলাই অহেনবা ।।
চীংঙু সনা চীংতোংপল খোইয়ুম তোংশক য়াইরেলবা
চেংলৌ শকথোঙ ঙান মালেম মপুঙ লাক্ল লমহৌরকপা ।।
খোইয়ুম সনা নখোঞ্জেল লাংবন খোইমু খোন্দান্নবা
অশাং লম্বু ফাব খোইয়ুম মৈরী হান্দোংবা ।।
ৱাউ তরুক ঈথাবা উন তরুক ঈরিবা
মৈতরেং ময়াইকিনা চরৈ শ্বাংচেৎ থোনবা ।।
য়োইময়াই কোরৌহনবন মায়থোঙ লাইবক তোমথিন্নবা
শক্তিক থবা অনীন সনা নায়িল ওইরিবা ।।
কোরৌ লীশীং থোক্লুম মালেম শীন্ন ঙাল্লিবা
লমদ লৈরে লম্মাবা তুদ লৈরে তুমাবা ।।
লোক্ত লৈরে লোকনিংথৌ খোংদ লৈরে খোংনিংথৌ
লৈরক শাথৌব খোংবাল লাংয়ানবা ।।
শাবল লাংথাকপা কংলৈ লময়েনবা

কৈদা লৈরে কৈরুংব থোঙজীন্দ লৈরে থোঙঙাকলেন ॥
য়েনখা পাউতোয়ব শাইজিন পোল্লিবা
নিংথৌ মাইব চিরাইতাঙব লৈবাক মাইব খুরাই তাঙবা ॥
চীংঙু খোইয়ুম অসীব সনামহী মহীরেল
শম্বোং পুঙমায় লেপ্পা শম্বোং নিংথৌ অপানবা ॥
তাইবং মালংপালগী য়ুমগী নিংথৌ লাইনিংথৌ
সন্দংখাদ লৈব হুইনহা খ্বাংনৌব ব্বারক নিংনাং অপিখক ॥
লানফম খাম্বী মৈশাদ পুনুং লানপোৎ ওইনবা
কলক মীহৌ লাংচুদবা কনজাউ মীরাই লাংথুদব ॥
চেংলৌ শকথোঙ নিংথিব ফোইদিং নোংথাংকুপকুম্বা
অংকো মপালশা পামেল উপাল উরিংবা ॥
চোয়নৌ সনা মহৈয়ানবা হৈরোম নিংথৌ অসীবা
নোংলুপান মপাল শাবা চীংঙু খোইয়ুম নোংদম্বা ॥
চাকচান তিংথৌ লিক্লাচাবা চীংঙু সনামহী য়োইরেনবা
য়াইনিংথৌ য়াইরেনবা তরং পিৎতরং কৌব-ও ॥
কবাক য়েন্দঙ সূবা লিক্লাই সনা তনৌবা
মৈ ঈশিং নুংশিৎ সূবা চীংঙু সমৈরেন য়োইরেনবা ॥
ফালৌ লাইমকোন্দ মেনখোম্বা চীংঙু খোইয়ুম য়াইবীরেন
শঙ্গায় মাপল শুন য়াহিপ্পা মহীরেল লাংয়েন শিদবা ॥
সনা কোনশৌরেল চীরংলেন কিংনাইবা তাইবং নিংথৌ অপানবা
কাম্বী চারী সূবা উনথম চারী লীংবা ॥
লৈয়োল্লাং তনৌবা খোইয়ুম শংলৌ য়েনখোম্বা
খোইয়ুম কংলৈ অশীব থব্বায় তীল্লী শিদবা ॥
খম্নুং য়াইথোং শীংসূবা সব্বা য়াইথোং শীংথাবা
চীংঙু নিংশা খোনজেললেন্ন মালেম মপুঙ লাক্ল লমহৌরকপা ॥
তরং ঈপাকথক্ত লীরী য়াংলী শোনবা
শীংকাপ পরিং থানা মালেম লৈরোল শুন লৈশেম্বা ॥
কোরৌ নোংবু তূবা মালেম লৈবু লৈতাইবা

চীংঙু নতে য়াম্বা খোইয়ুম শায়োল হকপা ॥
তাইবং থবায় পুম্নমক অপোক লীহুই নোংদম্বীবা
অয়ুক ঙন্ন কোনথোকপিব নুমিদাং ঙন্ন কোনচনবীবা ॥
কোনফূ নীংখম নানৌবা চহুই লেংখাং কোকহেনবা
কোকলেন থক্কী খাইরৌব লাইরেল থক্কী য়েনহৌবা ॥
খারম চোথে লুবাক্কুং শীঙেল লৈনম নুংশিবদ য়াতাবা
চীংঙু য়াইবী হুমজাউবা খোইয়ুম মৈরি তোমশাৎপা ॥
লাংচেং চরা ঈরূথেৎ লোক্লৌ পল্লাং ঈনমখাঙ
নোংথী কোংয়াং মীচৈসূ ইলুম নোংখাং মীরূথেৎ ॥
নপুক্ক কোরৌ নোংওইব ননম্ন মালেম লৈওইব
মিরা পোংথোক্লমদ খোইরা মরী শিনথরকপা ॥
ঔরী শামৈ থাং তেৎনৌ লমদাইথেত্ত খোইয়ুম ঈহুন তম্নকপ
য়োৎকী চৈসূ সুব শেলগী খুরুম তোংবা ॥
ব্রায়েল চপথাঙ সূব চীংঙু তাইবং খায়বা
লাংয়েন তরেৎমকপু হন্দোক হনজিল পাউখোন শীরিবা ॥
তাইবং খূর্জ্জী পায় মালেম লৈবু ঙাকলিবা
ব্রাইরা শাথোঙ ঙাকপা হুইয়েল লানথোঙ থিংবা ॥
মপাল মউ নাইদব পামেল মরা লীচত্তবা
হিং হিং তাইশিনয়েল কয়াৎ য়েলবু য়েল্লুংবা ॥
কাশা নোংখাই লাইয়িংথৌ চীংঙু পোংলেন তুথবা
অচৎ অরেপ পুম্নমক চরা নোংদম নাউয়োকপা ॥
লাইবক নোংদম ইবা মুকমৈ নারিল শোনবা
পুন্সি ঈব্রাললৈ অব্রাং শরূ নুতোংলৈবু শমু খূত্ত সূবা ॥
ইরেংপু পুরোল খূদীং পাল খম্লাংবা পারোল খূদীং ওল্লকপা
চীংঙু সনা তোংবল নিংথৌ লিক্লাই ফাৎলৌ লাইমখোম্বা ॥০॥

[ **ঈমা লৈমরেল শিদবী** –(অনীশুবা শরুক)**: লাইয়িংথৌ সনামহী থৌনিরোল (১৯৯২)**:
খোমজিনবা – সৌগাইজম ইবোয়াইমা– (য়েংবীম্)]

লৈবাক্কী শক্লাইরব মীশক তরেৎনা শৈথাবিখিব লাইয়িংথৌ সনামহী মিংখৈরোলশিংগী মখা তারকপা ওইন (১) মীতৈ হিন্দু বামোন সংস্কৃত পন্দিত লাইওইশ্রব শ্রী ফুরাইলাৎপম অতোম্বাপু শর্ম্মা অমসুং (২) সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌদ অচৌব থৌদাং লৌবিরিব মীতৈ সনামহী মায়চৌ প্রোফেসার ঙারিয়াম্বম কাংজীয়া মঙাং অনীন লৌখৎলিব লাইয়িংথৌ সনামহীগী মমিং ১৬৮ মথংগী পন্দুপ্তু থমজরি ॥০॥



## লাইয়িংথৌ সনামহী মিংখেরোল - ৩

১ঃ মীতৈ হিন্দু বামোন গৌরিয়া বৈষ্ণব সংস্কৃত পন্দিত শ্রীযুক্ত ফুরাইলাৎপম অতোম্বাপু শর্ম্মান মহাক্কী *মনিপুর ইতিহাস অহানব খন্দ* দ অমসুং শক্লাইরব মীতৈ সনামহী লাইনীং মায়চৌ প্রো: ঙারিয়াম্বম কাংজীয়া মঙাংন মহাক্কী *লাইনিংথৌ সনামহী মিংখৈ ১৬৮* দ লৌখৎলিব লাইয়িংথৌ সনামহীগী মমিংশিং অদু মান্নব অমসুং খেন্নব উত্তুন মখাদ থমজরি –

| মনিপুর ইতিহাস অহানব খন্দ | | লাইনিংথৌ সনামহী মিংখৈ ১৬৮ |
|---|---|---|
| ১। | অশীবা | অসীবা |
| ২। | ওঙথি | অোংথি |
| ৩। | তাউরোইনাই | তাউলোইনাই |
| ৪। | ওঁ চিরি | উং চিলিক |
| ৫। | ওঁ চিখোম | উং চিখোম |
| ৬। | ওঁ চিব্রাক | উং চিব্রাক |
| ৭। | ওঁ চিরিৎ | উং চিলিৎ |
| ৮। | ওঁ চিতোক | উং চিতোক |
| ৯। | ওং চিশা | উং চিসা |
| ১০। | ওঁ চিখুম | উং চিখুম |
| ১১। | উং শেৎ | উং সেৎ |
| ১২। | মী হিং চি | মী হিং চি |
| ১৩। | চিবুংলেন | চীপুংলেল |
| ১৪। | হিং সং হিং | হীং সীং হীং |
| ১৫। | মী হিং সং | মী হিং সং |
| ১৬। | লৈনুংখোম শিরি | লৈনুংখোম সীলিপা |
| ১৭। | লাইরেন পোরোংখোৎপা | লাইলেল পোলোম খোৎপা |

| | | |
|---|---|---|
| ১৮। | শোংবু চিরাই তাংবা | সোংপু চিলাই তাংপা |
| ১৯। | কোন্দে খুরাই তাংবা | কোলতে খুলাই তাংপা |
| ২০। | সোরারেল অমম্বা | সলাইলেল অমমপা |
| ২১। | অচিবা | অচিপা |
| ২২। | মমলেন মম্বা | মমলেল মমপা |
| ২৩। | থোইখোইবা | লাইনিংথৌ থোইখোইপা |
| ২৪। | অখৈবা | লাইনিংথৌ অখৈপা |
| ২৫। | নোংনাংলেন অখুবা | নোংনাংলেল অখূপা |
| ২৬। | কোনখৈ অতাম্বা | কোলখৈ অতামপা |
| ২৭। | নোংগাচাউ নোংলাংলেন অচৌবা | নোংকাচাউ নোংলাংলেল অচৌপা |
| ২৮। | লৈরংলেন তাখৎপা | লৈলংলেল তাখৎপা |
| ২৯। | নোংলাংলেন অপোংবা | নোংলাংলেল অপোংপা |
| ৩০। | নুংকোন নাবা | নুংকোল নাপা |
| ৩১। | সনা কোনসৌরেল কৈচোনবা | কোলসৌলেল কৈচোলপা |
| ৩২। | চিরেন ঙাংলেনবা | চীলেল ঙাংলেলপা |
| ৩৩। | সনা তিনলিরেন | সনা তীললিলেল |
| ৩৪। | কোলজাওবা | কনচাউপা |
| ৩৫। | য়ুমিৎ | য়ুমিৎ |
| ৩৬। | শামদোন অয়াংবা | সামতোল অয়াংপা |
| ৩৭। | লাইয়িংথৌ হনবা | লাইনিংথৌ হলপা |
| ৩৮। | লৈরুরেন | লৈলুমলেল |
| ৩৯। | নোংলুমলেন | নোংলুমলেল |
| ৪০। | সুংমরু | সুংমলু |
| ৪১। | কোঙ্গোইরেল | কোংকোইলেল |
| ৪২। | ঙাংকুপ ফেং | ঙাংকুপ ফেৎ |
| ৪৩। | চুমমিরাকথাং | চুমমিলাকথাং |
| ৪৪। | কুপফেৎ হাঙ্গীফিরাক | কুপফেৎ হাইফিলাক |

| | | |
|---|---|---|
| ৪৫। | চিরংলেন কিংনাইবা | চীলংলেল কিংনাইপা |
| ৪৬। | কৈরুংহনবা | কৈলুংহলপা |
| ৪৭। | নোংবী শালোই | নোংপী সানোই |
| ৪৮। | পেংবি শালোই | পেংপী সানোই |
| ৪৯। | হিং করি তৎতা | হীং কলি তৎতা |
| ৫০। | থাংকং মুখা ঙাংলেন | থাংকংমুখা ঙাংলেল |
| ৫১। | শাৱা তুবোংলেন | সাৱা তুপোংলেল |
| ৫২। | লৈরক শাথৌবা | লৈলক সাথৌপা |
| ৫৩। | খোংবান লালুম্বা | খোংপাল লাল্লুমপা |
| ৫৪। | এনখা পাউতাবা | য়েনখা পাউতাপা |
| ৫৫। | থোঙারেল | থোঙালেল |
| ৫৬। | শাইকং পোলিবা | সাইকং পোলিপা |
| ৫৭। | ফকতোম অরিবা | ফকতোম অলিপা |
| ৫৮। | কোরৌহনবা | কোইলৌ হলপা |
| ৫৯। | পিনু খানু | পীনু খানু |
| ৬০। | হ র স হিং হিং খিং খিং | হৈ হা হুং হীং হীং খীং খীং |
| ৬১। | লিক্লা হিনৌ হুন | লীক্লা য়েম্নৌ হুন |
| ৬২। | য়েম্নৌ মতোন লুপ | য়েম্নৌ মতোল হুপ |
| ৬৩। | লিক্লা মতোন হো হো | লীক্লা মতোল হো হো |
| ৬৪। | পিৎ হুম পিৎ পিৎ | পিৎ হুম পিৎ পিৎ |
| ৬৫। | পিৎ পিৎ সুমএং | পিৎ পিৎ সুময়েং |
| ৬৬। | মেনং খাম্বা | মেনং খামপা |
| ৬৭। | লায়োনলাং তনৌবা | লায়োল্লাং তনৌপা |
| ৬৮। | সংয়েন খোম্বা | সংয়েল খোমপা |
| ৬৯। | তেংহিং মনিকহা | তেং হিং য়াইলংপা |
| ৭০। | তিনপুম চোলেনপিএং | তীলপুম চোলেল পীপা |
| ৭১। | শনামহী | সনামহী |
| ৭২। | সনামহীরেল | সনামহীলেল |

| | | |
|---|---|---|
| ৭৩। | খোমলেন | খোমলেল |
| ৭৪। | ফান | ফাল |
| ৭৫। | হুইনহা খ্বাংনৌবা | হুইনহা খ্বাংনৌপা |
| ৭৬। | তলা উরিংবা | পামেল উলিংপা |
| ৭৭। | পামেন উথাবা | পামেল উথাপা |
| ৭৮। | কোরৌ | কোইলৌ |
| ৭৯। | ঈবা | ঈবা |
| ৮০। | মিংথেক তরাওই | মিংথেকতক |
| ৮১। | কোরোংওই | কৌলাংওই |
| ৮২। | চাচৎ পোলঙ্গো | চাচৎ পোলং ওই |
| ৮৩। | ঙোং হো হিংনপ | ঙাংহো হিংনপ |
| ৮৪। | মে হে হে হে হুম হুম হুম হে হে | মে হে হে হে হুম হুম হে হে |
| ৮৫। | হুম অরং পিন্দুলং হরে | হুম অলং হুম অলং |
| ৮৬। | হো চি রিহো | হৈ চি হাহৌ |
| ৮৭। | হে থুপ | হে থুপ |
| ৮৮। | সনা তম্ফা যাহানংথৌ | সনা তম্ফা য়াইনিংথৌ |
| ৮৯। | সনথোঙ অবিবা | সম্থোঙ অলিপা |
| ৯০। | হুইতো | হুইতো |
| ৯১। | সনামহী য়াইমবা | সনামহী য়াইমপা |
| ৯২। | মিসিনথোঙ অমিংহি | মীসিল থোঙ অমিংহি |
| ৯৩। | অঙ্গো | অংকো |
| ৯৪। | খাখিং | খাখীং |
| ৯৫। | সম্থোঙ অপানবা | সলথোঙ অপালপা |
| ৯৬। | হো সং হিং হিং খিং খিং | হৈ হুং হীং হীং খীং খীং |
| ৯৭। | সনথোং নিংথৌ শনামহী | সলথোং নিংথৌ সনামহী |
| ৯৮। | হো মহি | হৈ মহী |
| ৯৯। | রো মহি | হা মহী |

| | | |
|---|---|---|
| ১০০। | শো মহি | হুং মহী |
| ১০১। | থেব ৰোরিরেং | থেপ ওলিলেং |
| ১০২। | চিকফা | চীকফা |
| ১০৩। | চিকশৌ | চীকসৌ |
| ১০৪। | পুকএং | পুকয়েং |
| ১০৫। | ৰাইরা | ৰাইলা |
| ১০৬। | হোরো তিং তিং | হৈ হা তিং তিং |
| ১০৭। | খাক | খাক |
| ১০৮। | খিং খিং | খীং খীং |
| ১০৯। | চিৰালতু | চীৰালতু |
| ১১০। | নিংথৌ ঙাংচিক ঙাপৈবা | নিংথৌ ঙাংচীক ঙাপৈপা |
| ১১১। | অপকফা | অপকফা |
| ১১২। | ইতুম | ঈতুম-ও |
| ১১৩। | মরা তিং তিং | মালা তীং তীং |
| ১১৪। | পিশাতাউ | পিসাতাউ |
| ১১৫। | হনব কোকচাউ | হলপা কোকচাউ |
| ১১৬। | হন্নু লাইখম | হলনু লাইখম |
| ১১৭। | লৈরুম | লৈলুম |
| ১১৮। | অমরি অংচিনপ মাতেবা | মলী অংচীনপ মতেপা |
| ১১৯। | অমরি উশংখিং | অমলী উসং খীং |
| ১২০। | পোংথাংলেন | লাইওল লাইচৎপোংথাংলেন |
| ১২১। | লাঃনৌ | লাইওল লাইচৎ লাংনৌ |
| ১২২। | থোংখালেন | লাইওল চাইচৎ থোংখালেল |
| ১২৩। | পোঙা হৈঙা হিসুকক | লাইওল পোঙা হৈ ঙাহি সুকক |
| ১২৪। | লুপঙাং তরং | লাইওল লুপঙাং তলং |
| ১২৫। | খিরিং তরংবা | খিলিং তলংপা |

| | | |
|---|---|---|
| ১২৬। | ঙাংতরংবা | ঙাংতলংপা |
| ১২৭। | ঙাংতরেংবা | ঙাংতলেংপা |
| ১২৮। | নোংতরেংবা | নোংতলেংপা |
| ১২৯। | কোংতংলেন | কোংতংলেল |
| ১৩০। | মীচিরেং | মিচিলেং |
| ১৩১। | লুপ লুপ য়িংঙা হেহে | লুপ লুপ ঈঙা হেহে |
| ১৩২। | পেংঙা পেংঙা হে হে হে সুক সুক সুক | পেংঙা পেংঙা পেংঙা হে হে হে সুক সুক সুক |
| ১৩৩। | তরংঙাং | তলংঙাং |
| ১৩৪। | হো হি কারে হো হে হা হা | হৈ হিং কোলে হোই হে হা হা |
| ১৩৫। | মাকুপলেং | মিকুপলেং |
| ১৩৬। | খোইরেল লিনঙৌবা | খোইলেল লীলঙৌপা |
| ১৩৭। | সুপ মরু | সুপ মলু |
| ১৩৮। | চিহিং সংহিং | চীহীং সংহীং |
| ১৩৯। | লৈতাঙাং তুরেংবা | লৈতাঙাং তলেংপা |
| ১৪০। | ঙাংহিং | ঙাংহীং |
| ১৪১। | ঙাংহিং সং | ঙাং হীং সং হীং |
| ১৪২। | মৈথালেন | লাইওল লাইচৎ মৈথালেল |
| ১৪৩। | উংকাল | উং কাল |
| ১৪৪। | ঈকক তরং | ঈককতলং |
| ১৪৫। | ঙানতুরেং | ঙানতুমলেং |
| ১৪৬। | লৈরেল লৈতকপা | লৈলংলেল লৈতকপা |
| ১৪৭। | স্নাহিং ৱাইশৌবুঙ | সনাহীং ৱানসৌপুঙ |
| ১৪৮। | তিন শিদব | তীল সিতপা |
| ১৪৯। | পুমিৎ লংৱান লোংবুং | পুংমিৎ লংৱাল লোংপা |
| ১৫০। | ওঁ চৈখা | উং চিখা |
| ১৫১। | ওঁ সুনলারি | উং উল্লালি |

| | | |
|---|---|---|
| ১৫২। | তিংঙাং তরংবা | ঈমান তীংঙাং তলংপা |
| ১৫৩। | মীৎরেন | মিৎতালেল |
| ১৫৪। | ওঁ খিং য়িক য়িক | হূং কোং ঈক |
| ১৫৫। | তিসুপতরং | লাইওন লাইচৎ তিসুপ তলং |
| ১৫৬। | মাত্রেং | মৈতলেং |
| ১৫৭। | কারংআ | কালংপা |
| ১৫৮। | অঃ(ওঃ) | অ |
| ১৫৯। | পোংলেন তুথবা | পোংলেল তুথপা |
| ১৬০। | খুই খুই চানেন | খুই খুই চানেন |
| ১৬১। | কাসা নোংখাই লাইনিংথৌ | কাসা নোংখাই লাইনিংথৌ |
| ১৬২। | পুং এং এং সৌজিন্নপ | পুং য়েং য়েং সৌচিলনপা |
| ১৬৩। | কংলৈ নিংথৌ অপানবা | কংলৈ নিংথৌ অপালপা |
| ১৬৪। | হূম পিৎ তাহৌ | হূম পীৎ তাহো |
| ১৬৫। | য়াইমনিক তরংবা | য়াইতলংপা |
| ১৬৬। | হো মনিক | হৈ য়াইলেনপা |
| ১৬৭। | ঙাং হিং সং | হূপ হূপ য়ীংঙাং হে হে হে |
| ১৬৮। | পিষ্ণু | অমলী চীনপ মতেপা |

( য়েংবীগদব ঃ মশীংগী অহান-অকোন অসী অয়ীবন শেম্বনি মশাগী হান্ন লৈবম্বগ মবী লৈনদে)

মথক্ত পীজরিব পন্দিত শ্রীফুরাইলাৎপম অতোম্বাপু শর্ম্মা অমসুং মায়চৌ ঙারিয়াম্বম কাংজীয়া মঙাং অনীন মহাক মহাক্কী লাইরিক্ত পীরিব লাইয়িংথৌ সনামহীগী মমিং ১৬৮ অসী লাম্বা পাশিন্নদুন য়েংজবদগী ঐখোয়ন খঙজরিবদি য়াম্ন চাউন খেন্নরিব অসী পন্দিতন (১) হো মনিক (২) ঙাং হিং সং (৩) পিষ্ণু অমসুং (৪) হ র স হায়ব অদুগ মায়চৌন (১) হৈ য়াইলেলপা (২) হূপ হূপ য়ীঙাং হে হে হে (৩) অমলী চীনপ মতেপা অমসুং (৪) হৈ হা হূং হায়ব অসীনি ।। অতৈ খেন্নবশিংদি ি ী, র ল, শ স, ব প, ন ল, ং ঙ, ক গ, ওঁ উং অসীগুম্ব মরোঙগী খেন্নবন অয়াম্ব ওইন তৌই ।। লাইয়িংথৌ সনামহীগী মমিংশিং থোল্লকপ

অমসুং ওইরকপগী ৱারী ৱাখোঙদদি শাথিন চাউন খেন্নব লৈরম্লসু য়াই ।। মায়চৌ প্রো: কাংজীয়াগীদি লাইয়িংথৌগী মমিংশিং ওইরকপ অমসুং থোল্লকপগী শন্নপ শন্নপ্প ৱারী ৱাখোঙশিং অদু মথক্ত পনখিব মাগী লাইরিক অদুদ পী ।। অদুবু পন্দিত শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মাগীদি অদুমক্তি পীরমদে ।। লৈবাক্কী শকনাইরব পন্দিত অমদি মায়চৌ অনী অসীন পীরম্বা লাইয়িংথৌগী মিং পরেং শেমজব মতমদ পাবীরিবশিংন য়েংবীবদ খরদং খুদোংচানবগীদমক্ত খর খর মান্নবশিং অদুন লাম্বা ওইন থমজরে।। অদুবু মান্নদবশিং অদুগীদি লাম্বা শেম্ব নত্তে ।।০।।

লাইয়িংথৌ সনামহীগী মিংখৈরোল মমিংশিং পাবীরিবশিংন খঙবীরব মতুং অসীদদি হৌজিক লাইয়িংথৌ অসীগ মরী লৈনব মরুওইব ঈরাৎথৌনি থৌরম খর অমসুং থৌরমশিং অদুগী থৌনিরোলগী মরমদ মথংগী পন্দুপ্ত ইজরি ।।০।।

[(১) *মনিপুর ইতিহাস অহানব খন্দ (১৯৫২)ঃ* অয়ীব– শ্রী অতোম্বাপু শর্ম্মা (২) *সনামহী মিংখৈ ১৬৮ (১৯৯৪)ঃ* অয়ীব– প্রো: গুরুবিয়ম্বম কাংজীয়া মঙাং অমসুং (৩) *সনামহীগী মমিং (সনামহী পুয়া-১৯৮৯) ঃ* খোমজিনব-বি: কুঞ্জচন্দ্র শর্ম্মা (য়েংবীয়ু)]



# ৫

# লাইয়িংথৌ সনামহীগ মরী লৈনব ঈরাৎ থৌরমশিং

**১ঃ সনামহী চেঙহোঙব** — সনামহী চেঙহোঙব হায়ব থৌনি থৌরম অসী লাইয়িংথৌ সনামহীবু নীংজব মীওইশিংগী তৎন থানব য়াদ্রব লৈবাক নিংথৌগী ওইব থৌরম অমনি ।। তেংবানবগী মপু চীংঙু খোইয়ুম য়াইবীরেল শিদবগী মচাওইরিব কোরৌ নোংলিব, মালেম লৈশেম্ব, নমু পোংশেম্ব লাইয়িংথৌ সনামহী মাবু চেৎন চান্ন থাজন নীংজরবদি ঐখোয় মীওইবগী অনীংব অপাম্ব পুন্নমক মহাক্ন পীনবী ।। ইমুং অমদ অশি- অনা থোক্কদব অব্রা-অনা তাগদব পুন্নমক লাইয়িংথৌ মাঙোন্দ পুক্নীং চপ য়ুংন থাজবগ লোয়নন থৌনিজরগ কোকই ।। অদুগ লৈবাক্কী ওইনসু লাইয়িংথৌ মাঙোন্দ থৌনিজরগ অব্রা অনা তাগদব কয়া কোকই, খুঞ্জাও লৈচাউব য়াইফ নুংঙাইব অদুগ নিংথৌগীসু পুন্সি নুংশাংব ফংজে হায়ন থাজবদগী থৌরম অসী চৎনবী অম ওইন নীংশিংব থোক্রব মতমদগী পাঙথোক্লরক্লিবনি ।। তশেংবদি, সনামহী চেঙহোঙব হায়বসী লৈবাক নিংথৌগী ওইব অপূনব থৌরমনি ।।০।।

খৃষ্টগী ১৮শুব চহীচা হৌরকপ অদুব্রাইদগী মৈদিংঙুশিংন হিন্দু লাইনীং লৌরুবগ লোয়নন লৈবাক নিংথৌগী অপূনব লাই অম ওইন তোলোং য়ুমফমগী লাইশঙদ লৈরম্ব লাইয়িংথৌ সনামহীদ বামোনবু থৌগল চঙহন্দুন ঈরাৎ থৌরম তৌহনখি ।। অদুবু হৌজিক্তি লাইয়িংথৌ অদুবু লাৎলম্ব বামোন অদুগী লনাই লাইশঙ অদুদগী লৌখৎলগ *লাইনিংথৌ সনামহী তেম্পল এক্ত ১৯৭৬* কী মতুং ইন্ন *সনামহী তেম্পল বোর্দ* কী থৌশীল থৌরাঙ মখাদ লৈরে ।। হৌজিক্তি লাইয়িংথৌ সনামহী অসী লৈবাক মীয়ামগী অপূনব লাই ওইরে ।। লাই অসীবু মীপুম খুদীংন খুরুমজব য়ারে ।। লাইয়িংথৌ সনামহী চেঙহোংঙবগী থৌরম অসী কুম খুদীংগী ইঙাগী ১৫নি পানবদ পাঙথোক্লে ।।[1] থায়ন মমাঙঙৈদ লাংবন থাদ

থৌরম অসী পাঙথোক্লরম্মী হায়নবসু য়াওই ।।[২] থৌরম অসী লৈবাক্কী অপূনব থৌরম ওইজরবসু মী খূদীংন মা মাগী ময়ুমদ ফি-রোল অমদি চেঙ-চাক তাইবংপানবন চান-থক্লরিব অসী কত্তুন পাঙথোক্লবসু য়াই ।।[৩] কুম অমগী লাইজ ঈশিং নিদুন নোংজু নুংশা ফব মহৈ মরোংচুম্ববু থৌরম অসীদ থৌনিবগী থাজনবীসু লৈ ।।০।।[৪]

**হৈথা-লূকথা ঃ** লৈবাক পুম্নমক্কী অপূনব থৌরম ওইন পাঙথোকপ তারবদি ফম্বালদ ফমদেংলিব লাইয়িংথৌ সনামহীগী লাইমাঙদ লূকলেন অম থাগনি।। পাম্বোম য়েৎ ওয় অনীদ লূক ১/১ থাগনি ।। ফানখোঙ মরিগী লূক ১/১ থাগনি ।। ফানখোঙ মখাদ চনীং থাগনি ।। অসুম্ন থারিব লূক ৮ অসীদ লফোয় লফাং চঙ থোকপ ১/১ হাপকনি ।। চনীংদ থাব লফাংদু উপকনি ।। চমাঙদ থাব লফাংন লোংগনি ।। য়েৎকী ফানখোঙ ২ লাইয়িংথৌগীনি,উপকনি ।। লাইবুংথৌ ৯গী লফোই লফাং উপকনি ।। ওয়গী ফানখোঙ ২ লাইরেম্মাগীনি, লোংগনি ।। লাইনুরা ৭কী লফোই লফাং ৭ লোংন থাগনি ।। মসীগ লোয়নন লম অদু কোল্লিব লাই অমসুং খুল্লোম্নব লাইগী শরূক তম্লগ থাগনি ।। মায়কৈ ঙাকপ লাই মরি – থাংজীং, মারজীং,ৱাংবরেল, কৌব্রুগী মপা লাকন লূক ১/১ থাগনি ।। খোং মাপল হায়বদি ১)খাখোং ২) লাইখোং ৩) মরোঙখোং ৪)চরোইখোং ৫) য়াম্বীখোং ৬) ফিসুখোং ৭) লিলহাখোং ৮) মনুংখোং ৯) নোংদমখোংগী লূক ১/১ থাগনি ।। ১) লাইৱাংব (২) ৱাংখৈ নিংথৌ (৩) য়াইস্কুল থোঙলেন চাইচম্ব (৪) থোঙলেন লাকপ (৫) চাখাব (৬) মোংবহনব (৭) কোম্থৌজম য়ুমফম (৮) হুনি নারোংকী লূক থাগনি ।। লাইয়িংথৌ সনামহীগী লৈহুন হুল্লগ (১) শঙলেন (২) নোংমাই (৩) ফূরাগী লৈহুন হুনগনি ।।০।। [২]

থৌগল চঙগদব মীশিংদি –(১) অমাইব-৬, (২) মায়চৌ পন্দিত-১ (৩) পেনা খোংব-১ (৪) মাইবী-৫ অসী চঙগনি ।। অমাইব অহুম্ন সনামহী অহোঙলোন শক্কনি ।। (সনামহী অহোঙলোন য়েংবীয়ু) অমাইব অহুম্ন খুমগনি ।। অমাইবীশিংন লাইগী লূকথা, হৈথা, লৈথা, লৈহুন্নচিংবা তৌগনি ।। মায়চৌ পন্দিতন অশোয় অঙাম কুপ্ন য়েংশিনগনি ।।০।।

অমাইবন খোং ৯গী খয়োম লাক্কনি ।। খয়োম খূদীংমক্ত চেঙ মেরুক ১/১ ঙানু মরূম ১/১ হাপকনি ।। সনা লুপা কোনয়াই চনগনি ।। খয়োম খূদীংমক্ত

লাংথরৈ মতোল ৩/৩ হাপকনি ।। খয়োম খূদীংমক লৈহৌলান য়োমগনি ।।
উতঙ ৱাগী পায়ান পুনগনি ।। ফানখোঙশিংদ লাইশেল ১/১ হাপকনি ।।০।।[৩]

## লাইয়িংথৌ সনামহী অহোঙলোন

হেহৌ হেহৌ হেহৌ
হোঙনেমলো হোঙনেমলো
হোঙনেমসে হোঙনেমসে
লমলেনমাদ হোঙনেম্ব
মদাইমাদ হোঙনেম্ব
কংলৈয়োন্দ হোঙনেম্ব
পুঙময়োন্দ হোঙনেম্ব
খোইয়ুমথৌবু হোঙনেম্ব
লাইয়িংথৌবু হোঙনেম্ব
লাইরেনয়াইন ননোংয়াইন হোঙনেম্ব
লীক্লাইরেন্ন নিংথৌরেন্ন হোঙনেম্ব
লোইদামগীদি থাকাউদ
লাংহৈগীদি কুমকাউদ
খোইয়ুমপুগ হোঙনেম্ব
লাইরমপুগ হোঙনেম্ব
শঙলেনগীদি তেংমাইথিনব অহুম্মক্র
খাবীগীদি য়োমলোই হৌন
অশৈগীদি খোঙফাং লেংন
কৌব কান লাকথোঙ কান
চীংঙু ৱাইন হোংনেম্ব
থোঙবান ৱাইন হোংনেম্ব
থাংয়িগীদি খোংজ্রোম্ব মসুমখং
সরা ৱাইরৌ পানব মনাসুম
ৱানামানবী তেমখা সুম
তেংনামানবী কৌথসুম
হয়ুম তোনব শৈহৌসুম
তোনবা লীক্লাই শৈখুমসুম
হুইয়েনগীদি লান্নিগীদি
পাম্বা কৈয়েকলাদি খাদ থা
শওম থারৈতাংদি থক্কথোং
হাওনু তোনসন লাংমৈনুদি য়ায়দচন
সুমলেনগীদি মায়পাকপদ
নুরাহৌন পাখং হৌন
শেল্লোইগীদি লংমাইনিংথৌ চনু
লৈমকোনশংনু শাফবীবু
থৱানগীদি নুরৈশঙবু চুনবী মপারী
চেগাই মকারাবা লালশিংসুক
লাংবনগীদি উয়ুংসুক
শয়িগীদি কুহি সুক
সুকমুগীদি তোনতাংবদ
শরীকথাংন খীংখীং থাংন
সুকতোনগীদি লংমাই থাংন
পামেল ৱায়ন খাঙতপ ৱায়ন
সুকনীংকাঙন মোইনীং কাঙন
লোইমোম হুন কুরোল হুন
চেঙচাতান্ন মায়ঙৌতান্ন
পামেলগীদি থোয়দিংলাদ
উপালগীদি থৈঙালাদ

উমুলাদ তাংমালাদ
হৈতৌগীদি মংখংলাদা
হুইয়েনগীদি লান্নিগীদি
হাওনুনবু পান্তোইনুবু
শাফবীবু ফানলাদ
য়াংকোকলাদ কনমলাদ
লোইমোম ফৌদি তুংদ ইন
তরা চেঙদি মাঙদ ইন
য়াম্বী তান্ন মায়ঙৌ তান্ন
খোইয়ুমথৌবু হোঙনেম্ব
লাইয়িংথৌবু হোঙনেম্ব
শঙলেনগীদি তেংমাইথিনব অহুম্মক্ল
খাবীগীদি য়োমলোই হৌন
খোইয়ুমগীদি লাইথোঙ হাংন
কৌব কান লাকথোঙ কান
চীংঙু ব্রাইন থোঙবান ব্রাইন
খোইয়ুমগীদি লাইরম ইন্ন
লাইরেনয়াইন ননোংয়াইন
পোইরৈ হৌন খুঞ্জা হৌন
তয়ুম হৌন নাইচা হৌন
খোইয়ুম থৌবু হোঙনেম্ব
লাইয়িংথৌবু হোঙনেম্ব
তরা লেম্ন চেঙবান লেম্ন
লোইমোম লেম্ন ফৌবানলেম্ন
শীংলেন লেম্ন লৈপান লেম্ন

খোইয়ুমথৌবু হোঙনেম্ব
লাইয়িংথৌবু হোঙনেম্ব
চীংঙুগীদি নরনকুবু
খোইয়ুমগীদি নথৌজানবু
পোইরৈনববু খুঞ্জাওনববু
ব্রাঙমনববু খুলহোঙনববু
লাইরেনয়াইদি ননোংয়াইদি
লীক্লাইরেনদি নিংথৌরেন্দি
খোইয়ুমখাদ নখোঙখাদ
লাইরেলয়াইন ননোংয়াইন
লীক্লাইরেলন নিংথৌরেলন
খোইয়ুমথৌদ লাইয়িংথৌদ
ননোংয়াইগ য়োইবুবীগ
তম্বুবীগ মীত্রেমাগ
চীংঙুব্রাইন থোঙবানব্রাইন
কোবৌ লেম্ন লনশা লেম্ন
ব্রাংবন লেম্ন পাউগালেম্ন
নোইন তোক্লবদ ঙমদম তোক্লবদ
চীংঙুচান্ন নথৌজান্ন
লাইরেলয়াইন ননোংয়াইন
লীক্লাইরেলন নিংথৌরেলন
নয়ুলৈবু হোঙনেমলৈবু
লৈপুনসিবু ঈব্রানলৈবু
কোনশিল্লমগে
মকোন থোক্কী কোল্লো
হোঙনেমলো হোঙনেমলো ॥০॥[৭]

## লাইয়িংথৌ সনামহী চেঙহোঙবদ শোনগদব সনামহী তেংথারোল

হয়াহে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
অব্রাং ফাৎলৌ লাইমখোম্ব ।।
চীংঙু য়াইবী মতুম্মগী
অতিংঙা উংলৈতিং অথুপ্পদ
তাইবং অপকমা পুম্নমা
কজেং থাঙকোক তুকুম্ববু
চাচন হৌরকপ লাইয়িংথৌ-ও ।।
কোরৌ থক্কী শুমথরকপ
ব্রাঙবল থক্কী খাইথরকপ
নুংনাং শগাঙথক্ত
লাইজ ঈরোয়নন
তরং ঈপাকথক্ত
সেকমোম কাইবী লীবু
পরীং লেপ্তুম হুনব ।।
অমম মখৈ লৈতব
অতিংঙা চেংলৌ মীৎথোঙথিংবদগী
মালং য়াইবী কাওকুম লমহৌরকপ ।।
কোরৌ ফান্দ ফমদেংব
চীংঙু য়াইবী হুমজাউব
থব্রায় তীল্লী য়াইবী শিদব-ও ।।
খোইয়ুম সনা নখোঙখাদ
মানবী খূদপন
মুকমু লৈতোল কোন
কাওবী চিগারুক
খুবাঙ চাংজৌ
চেপ্প লোন্ন খরুমজরক্কে ।।
হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
তাইবং নমু সংসং লীতিন্নব ।।
চীংঙু য়াইবী খোঞ্জেল্লেন
কোরৌ অব্রাঙব তাইখৎপ
ব্রাঙবল অফনব তাইচিনব ।।
নোংপোক সনা চীংতোনপল
য়াই মরুদ ফমফম্বা ।।
পামেল উপুন্সিদ কায়দোঙব
নতীক মখৈ খঙদব
খোইরা লীহৌ নাইদব ।।
কোরৌ চুমিতাংকুম্ববু নপায়েং
ব্রাংবল নোংমিতাংকুম্ববু
নাতম খন্ন তেরানলককে ।।
হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
সম্প্রোঙ নিংথৌ অপানব
নচুবু মৈগী মচু ওইব ।।
নমিংদি তরেৎ থোনবদগী
অনী লৌথোক্তুন মঙা থোনব ।।
মঙাদগী য়াম্মল্লে হায়দুন অহুম থোনব
মদুসু য়াম্মল্লে হায়দুন অনী থোনব ।।
মদুসু য়াম্মল্লে হায়দুন অম থোনব
নমিংদি সন্না(হুং?) কৌব হে লাইয়িংথৌ
নঙবু ননাইন পুনেমজরিএ
কুবি-ও ।।০।।[৮]

## লাইয়িংথৌ সনামহীদ লূক কৎপগী লাইশোল

চীংঙু ইবুংঙো খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
কোরৌ নোংশেম্ব মালেম লৈশেম্ব
নকা ফমলেন চাম হুমফু নিপাল
ফমফম ৱায়েল তৌদোক
তিন্নদব লাইয়িংথৌ-ও ।।
নঙন শেম্ব নঙন করিগী চাদে
উহৈ ৱাহৈ তাউজিং হৈপুঙ থোন
চেঙবা ফাহৈনরকপদি
নোইনু থুমপাক কাগুপ্প
সনা খোঙনেৎন লুপা খুদানন
চরৈ ফীখুম ফম ।।
তাউজিং মনম নাইবনে
শীংঙেল লৈশংলেন
মরোং চৈগাতম অসীন
তাউজিং হৈরাং কৎলবসু
চীংঙু অরায় লায়বীগনো
খোইয়ুম অথি থিবীগনো ।।
তরা লূকলেন হৌ
য়েল্লাং মঙমতম
খোইয়ুম নখোঙ খাদ
লোইদাম অচিৎ লাংবন থাদ
থাজ মপুং লেপ্পগুম
তরা লূকলেন কৎচবসিন
নশানৌ লৈঙাকপগী
পোইরৈ পুম্নহৌ
তয়ুম নাইচা হুপ

অশৈ খোঙফাংলেং
শরীক্ চোমজাও খীং
অমাই নাকলৌ তোন্ন
মরোং চৈগাতম
অতাই ঈরাংলে ।।
নপোইরৈ লোইমোম চেঙহোঙলে
তরা লুকলেন তম্ন
সনা মীয়েং নীংথিবন
মীৎয়েং শাংখৈবীরো ।।
পায়ম নিংশা খোয়জঙন
তিল্লাং খোইয়োৎনবীরো ।।
পোইরৈ পুম্ন হৌ
তয়ুম নাইচা হুপ
নসু ইবুংঙো লাইরেল ননোংয়াই
মীৎলু তোংন ফমফম ৱায়েল্লিব
খোইয়ুম লাইমৈতা
চীংঙু লাইমৈ হুইরববু
পুন্সি চহৈ নুংশাংব
ৱাঙম খোঙদোল লোম্ব
পোইরৈ হেনব ৱাংঙম থোইববু
চরৈ ফীগাউ শান নিজরিয়ে ।।
চীংঙু নরনকুবু কুবীরম-ও
খোইয়ুম নথৌজালবু
লেপ্প তানফংলঙেনে ।।
চীংঙু নরম্বু খোইয়ুম নমাইবন
তীনথা লাইথা ৱাংপসু

চীংঙু নঙাকথোক্কী খোইয়ুম নকনথোক্কী
ঙাকথোকপীরম-ও কনথোকপীরম-ও ॥০॥ [১]

মথক্কী লাইশোল অসী শোল্লগ লাইয়িংথৌ সনামহী চেঙহোঙবগী থৌরম লোইশিনগনি ॥ মায়চৌ পন্দিত খুল্লেম চন্দ্রশেখরন হায়– মতম অমদ মনিপুরদ সনামহী লাইনীংন মপুঙ ওইন চৎনরম্মী ॥ হৌজিকসু চৎনরক্কে ॥ অথোইব লাই অসীন পেনবীনব ***সনামহী চেঙহোঙব*** পাঙথোক্লরিবনি ॥ লাইয়িংথৌ মান পেনবীরগ তাইবং মীওইব ঐখোয়ন য়াইফব নুংঙাইব ফংজৈ হায়ন হৌজিকসু থাজনরি ॥০॥ [১ক]

**২ঃ লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং শজীবু চৈরাউব**– লাইয়িংথৌ সনামহী হায়ব লাই অসী মীতৈশিংন তোঙান তোঙানব থাক্ত ঈরাৎ থৌনিদুন লাকপ লাইনি ॥ (১) লাইয়িংথৌ অসীবু লৈবাক নিংথৌগী লাই ওইনসু লাইয়িম লাইশঙ শাদুন লাৎনরকখি ॥ হৌজিক হৌজিকমক হয়িংখোঙবান তোলোং য়ুমফমদ ***সনামহী তেম্পল বোর্দ***কী থৌশিল মখাদ লৈরিব লাইয়িংথৌ সনামহী অসীমক ফজরব খুদম অমনি ॥ (২) লাইয়িংথৌ অসীবু শাগৈ লাই অমগী থাক্তসু শাগৈ শাগৈ অদুগী পিবাগী ময়ুমদ লাৎনরকখি ॥ তশেংবদি শাগৈ পিবাময়ুমগী সনামহী অদুবু শাগৈ অদুগী অপূনব লাই ওইন লৌনবগী ৱাফমনি ॥ য়াম্ন শমজীন্ন হায়রগ শাগৈ অমগী পিবা অদু শাগৈ অদুগী ওইনদি নিংথৌ অমগুম্বনি । মরম অসীন পিবা অদুন লাৎলিব লাইয়িংথৌ সনামহী অদু শাগৈ অদুগী অপূনব লাই ওইবগী ৱাফমনি ॥ পিবাগী ইমুংদ লৈব লাইয়িংথৌ অসীদি শাগৈ অদুগী অপূনব ওইন কুম অমগী চৈরাউব নুমিত্ত পোৎচঙ চৈজঙ শুন হৈরম লৈরম য়াওন তনজম তনজা কত্তুন ঈরাৎ থৌনি থৌরম তৌনৈ ॥ শাগৈ পিবাগী ইমুংদ লৈরিব লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং ইমা লৈমরেল শিদবীন লৈরিব কা অদু তরু তনান্ন শেংতোক তৈথোকই ॥ ইমা লৈমরেলগী ঈশায়ফৃ অদুসু শেংদোক্তুন অনৌব ঈশিং হাপচিল্লি ॥ থকখল অনৌব হোংই ॥ ফীরোয় ফীঙাম হোংই ॥ লৈহুন কায়দন হুল্লি ॥ করিগুম্ব খুদোং চাদব অমদগী নুমিৎ অসীদ তল কৎপ ঙমহৌদ্রবদি নুমিৎ মঙানিগী মনুংদ কৎপ য়াবগী চৎনবী লৈ ॥ লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং ইমা লৈমরেল শিদবীদ চমাই তল ওইন কৎনৈ ॥ লাই অনীমক্ত থাউ য়াওদব তনজা চঙালনচিংব কৎপগী

মরমদি থাইন মমাঙগৈদ তনজা চঙাল ওইন চানরম্বদুগী চৎনবী মতুং ইন্ন কৎনবনি ।। মসী লাইশিং অসীন পেনবীনবগীদমক্ত তৌব থৌনি থৌরম অমনি ।। নুমিৎ অসীদ লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং ইমা লৈমরেল শিদবী খক্ত নত্তন য়ুম ইংখোলগী মফম অতে খরদসু তল অদু কৎনৈ ।। তল কৎকদব মফমশিংদি— (১) লাইয়িংথৌ সনামহী (২) ইমা লৈমরেল শিদবী (৩) শাগৈ অপোকগীদি লা লাতোন অমদ উপ্প তল খর হাপ্পগ কৎকনি ।। মসী মীতোপ্ত পীজব য়াদে ।। (৪) লমলাই (৫) য়ুমগী উহৌ-উরেপ (৬) উরেপ-উপা (৭) ইমোইনু লাইরেম্বী (৮) চাকখুম লৈরঙ (৯) চেঙফু মখোঙ (১০) হৌদোং চাকথাফম (১১) মনিঙথোঙ (১২) কৈ (১৩) শীঙ্গৈ (১৪) শঙ্গোল (১৫) ফৌশুকোন (১৬) ইচুম তাফম মখা (১৭) সুমাঙ মথৌবুঙময়ায় সুমতোংপাল (১৮) থোঙজীল (১৯) কোম্থোং (২০) তীনখুল লাইখুল লৈরবদি অদুগুম্ব মফমশিং অসীনি ।। মখাগী লাইশোল অসী শোন্দুন লাইয়িংথৌদ তল কৎকনি ।।০।।(১০)

### লাইয়িংথৌ সনামহীদ তল কৎপগী লাইশোল

হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
অৱাং ফাৎলৌ লাইমখোম্ব ।।
সম্বোঙ পুঙমায় লেপ্প
সম্বোঙ নিংথৌ অপানব
চীংঙু খোইয়ুম সনামহী মহীরেল ।।
পোইরৈ মায়কৈ মরিমক
কুমসি চহী কুমজা অসীগী
তীনমু লাইমু ফত্তব পুম্নমক
তীনদাইবী-ও লাইতাইবী-ও ।।

অফ-নুঙাই খিবিকপু
চরৈ ফীগাউ শান য়াজরিয়ে ।।
অশিথোঙ থিংবীরম-ও
অচঙথোঙ হাংবীরম—ও ।।
অয়ুক ঙন্ন কোনথোকপী-ও
নুমিদাং ঙন্ন কোনশিনবী-ও ।।
কুমজা লাকয়েন তাইবগী
তলবী তলজম কৎচরিয়ে ।।০।।(১১)

(অসুম্ন শোনব লোইরব মতুংদ শাগৈ অদুগী অহল ওইরব য়ুম্বুরেল য়ুম্বুরেম্বীশিংন খুরুমজগনি )

শাগৈ লাই অম ওইন চৈরাউব নুমিত্ত পিবাগী ময়ুমদ পাঙথোকপ লাইয়িংথৌ সনামহীবু খুরুমজব থৌরমগী মতাং মথক্ত পনজগ্রে ।। হৌজিক্তি

চৈরাউব থৌরমগ মরী লৈনন পাঙথোকপা (১) শরোয় খাঙব(২) শীংশৎপ (৩) ঙমু উশিল (৪) লৈজব অথেনপোৎ কৎপ (৫) থোঙ্গাল চাকথাবগী থৌরমশিংগ লাইয়িংথৌ সনামহীগ লৈনব মরী অদু শম্লপ্ন ফোঙদোক্নি ॥০॥

লাইয়িংথৌ সনামহীগ থাদোক্লব য়াদ্রব থৌরম অমদি শজীবু চৈরাউব হায়ব অসীনি ॥ শজীবু চৈরাউবগী থৌরমগ মরী লৈনন লমতা থাগী অহানব থাংজ নুমিত্ত খুল অপীকপগী ওইরগন খুঙ্গং খুঙ্গংগী ওইন অদুগ খুল অচৌবগী ওইরগন লৈকাই লৈকাইগী ওইন খুঙ্গং লৈকাইগী অবোইব লমখৈদ শরোয় খাঙবগী থৌরম পাঙথোক্লে ॥ শরোয় খাঙব চৎকদৌব হনুবীশিং অদুন পোৎচঙ চৈজঙশিং অদু পুদুন চৎলমদাইদ পোৎচঙ চৈজঙশিং অদুগী পূনফম ওইরিব ইমুং অদুগী লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং ইমা লৈমরেল শিদবীদ — লম্বী লমখাঙদ তীনমু লাইমু মায়য়োক্লহনবীগনু— হায়ন খুরুম্মী ॥ শরোয় খাঙব চৎলুবীশিং অদুন শরোয় খাঙবগী থৌরম অদু লোইরদুন হল্লকপ মতমদ মখোয় মখোয়গী ময়ুম ময়ুমদ হেক্ত হনখিব য়াদে ॥ ঙসাইগী য়ুম অদুদ অমুক হল্লকই ॥চৎলুব মখোয় পুম্নমক খোঙলৌ পল্লৌব য়াওদন হল্লক্লে হায়ন ইমুংদুগী লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং ইমা লৈমরেল শিদবীদ খুরুমদুন পাউদম্মী ॥ লায়না তীন্না, তীম্বুং লাইথুং, তীনমু লাইমু, ফত্ত-হাওদি পুম্নমক হাওরৈ খা পাংন তানথরম্লে হায়ন পাউদম্মী ॥ শরোয় খাঙব চৎলুবী মখোয় পুম্নমকপু মথং কুমগী লমতা থাজ অহানব ফাওব মথৌ পাঙজব ঙ্গব থৌজাল পীবীয়ু অদুগ খুঙ্গং লৈকাইবুসু খুনজাউ লৈচাউব ওইহনবীয়ু হায়ন থৌনিজৈ ॥০॥[১১]

লমতা থাংজ অহানবগী নুমিদাংবাইদ ইমুং অমদ লৈরিব মী মশীংগ মান্নব ঙমু মশীংন উশিল শিল্লি ॥ ননাই ঐখোয়ন কৎচরিব ঙমুশিং অসীন ইমুং অসীদ লৈরিব ননাই ঐখোয়গী উশিল ওইহনবীয়ু — হায়ন হবাই, চেঙবাই, অনৌব মনা মশীং , কবোক হৈবোক, অথুম অহাউ, হৈরাং লৈরাং য়াওন লাইয়িংথৌ সনামহীগী লাইমাঙদ কত্তুন শীংথেকপদ য়াওহনবীনু, শীংশৎপদ য়াওহনবীয়ু হায়ন থৌনিনৈ ॥ থবায় হামচৎতব মিরেল হামপোইদব, নুংঙাই য়াইফব, পুনসি নুংশাংব, মীথোই মীহেনব পীনবীয়ু হায়ন খুরুমনৈ ॥ উশিল ঙা ওইব মরম্ন ঈশিংদ থাদোকপগী চৎনবী লৈ ॥ অদুবু কনাগুম্বন ঙমু অদু মনা মশীং কবোক হৈবোক কৎপগী বাখলদ কৎপ ওইরবদি থোংদুন চাবগী চৎনবী লৈ ॥ উশিলগী বাখলদ

কৎপ নত্তবদি থোংদুন চাবদ থোইদোক্ত অকায়ব লৈফম থোক্তে।। অসৃম্ন লাইয়িংথৌ সনামহীদ লাক্কদন অনৌব কুম অদুগী ওইন অশি অনা থোকহনবীদনব থৌনিনরিব অসীগী মরমদি – নুমিৎ অসী শীংথেক শীংথাব নুমিৎনি ।। নুমিৎ অসীগী অহীং অথেঙব মীচীক মীবাউখোল তাদ্রব মতমদ শীংথেক শীংথাগদৌরিবনি ।। লাক্কদৌব কুম অদুদ কনা কনা শিগদৌরিব হায়ব মশীং অদু পানগদৌরিবনি ।। নুমিৎ অসীগী অহীং অথেঙব তাইবং মীওইব পুম্নমক তৃম্ন হীপ্নখ্রব মতম অদুদ লাইয়িংথৌ সনামহীন হীয়াংথং লাইরেম্বী লৈরিব চীং অদুগী মমাঙদ লৈরিব হৈপোকচীং কৌব মফম অদুদ শীংথেক শীংথাব য়াওনবগীদমক্ত য়োৎকী খুরুম তোং শেলগী চৈসু পায়দুন লাইয়াম খুন্দিলনব য়াওব চৎলি ।।[১৩] হৈপোকচীংবু খোইয়ুম লাইয়াম খুন্দিলনফর্মনি হায়দুন খোইয়ুম চীংসু কৌই ।। লাইয়াম খুন্দিলনব অদুদ, লাক্কদব অনৌব কুম অদুদ শীগদব মীশিংগী মশাং অদু চৈশীং থেক্তুন চৈশীং থাই ।। অদুগুম্ব থৌরম অদুবু শীংথেক শীংথাব কৌই ।।[১৪] অদুগুম্ব শিগদৌব মীগী মশীং থাব অদুদ শিগদৌবমক লৈরবসু শিহনবীগনু মশীং থাব অদুদ য়াওহনবীগনু হায়দুন ঙমুন উশিল শিন্দুন লাইয়িংথৌ সনামহীগী মফমদ খুরুমদুন লমতা থাংজ অহানবগী নুমিদাংদ থৌনিজবনি ।। য়াইফ থৌজাল নিজবনি ।।০।।

কুম অমগী চৈরাউব নুমিত্তসু শরোয় খাঙবগী থৌরম খুঙ্গং লৈকাইগী ওইন পাঙথোক্লে ।। যুমগী লাইযিংথৌ সনামহীদ লৈজব অচা অথক, অথুম অহাউ, লৈবি, কোনবীরৈ, কুমশুবৈ (কুশুমলৈ), ঙমু য়াওন কৎনৈ ।। ঙমু অদু উশিলগী ব্রাখলদ কৎনবসু য়াওই ।। উশিলগী ব্রাখলদ কৎপ ওইবগদি লমতা থাংজ অহানব নুমিত্ত তৌখিব অদুগুম কুম অদুগী ওইন মী মী অদুগী শিগদব নাগদব অব্রা অনা পুম্নমক মী মী অদুগী মহুৎ মরেঙ শিন্দুন পুবিখ্রো হায়দুন ঈশিংদ থাদোকখিগনি ।। লাইয়িংথৌদ কৎপ হব্রাই চেঙব্রাই, অনৌ অপেন, মনামশীং পুম্নমক অদু থোং থাক্তুন চাগনি ।। অদুবু পরিং পথাপ নাইন পোৎচঙ চৈজঙ শুন মমাঙঙৈদগী চৎনরকপ মতুং ইন্ন কৎকে হায়রবদি মখাগী পোৎলমশিং অসী য়াওগনি – (১) লফোয় লফাং -২, (২) কুব্রা মরু-মনা-২(৩)চু, (৪) সেন্দাই, (৫) লৈজব মনামশীং অনৌ অপেন অথেনপোৎ-১(৬) থুম কাগুপ -১, (৭) থাউ উতোং-১,(৮) চেঙ উতোং-১, (৯) লাংথরৈ, (১০) লৈরি (১১) কুমসুলৈ (১২) কোনবীরৈ (১৩) চোম্নাংলৈ (১৪) লৈশং মরোং-১

(১৫) সিং (১৬) খোইরু থাউমৈ, (১৭) হৈরম-৭, (১৮) লৈরম-৭ অসীনী ॥ লৈগী মরক্তা লৈরিগ কোনবীরৈগ অনী অসীদি য়াওদব য়াদে হায়বগী চাৎনবী লৈরকই ॥ মসীগী মরমদি খোম্থোক্ত হায়বদি মিংগী খোম্থোক্ত থাজনবীগী ৱাংউরোল অম মীতৈশিংগী লৈজে ॥ লৈরিবু লৈশিংগী মরক্ত খ্বাইদগী লিব অহানব লৈ ওইন অদুগ কোনবীরৈবু খ্বাইদগী কোনব, কুইদ্রিব লৈ ওইন লৌবগী থাজনবী লৈবদগী লৈ অতৈ য়াওদ্রবসু লৈ অনী অসী য়াওদব য়াদবগী ৱাফমনি ॥০॥

চৈরাউব নুমিত্ত থোং-থাকলিব মথেল লূক্কোয়শিং অদু মশীং সুন হাপ্লগ চাকলূক অহুম শেমদুন হান্ন লূন নান্ন শেংদোক চৈথোক্কুন লৈরব কোনথোঙ ৱাংমদ থাগনি ॥ [মী অয়াম্বগী চৎনবী অম ওইনদি চাকলূক অমখক্ত থানৈ ॥] চাকলূক অহুম অদু ওইথংব অদুন হাক্কুম চৈরাউব নুমিৎকিনি অদুগ ময়াইথংব চাকলূক্ক নোংমৈ চৈরাউব নুমিৎকিনি অদুগ য়েৎথংব অদুন কুমসী চৈরাউব নুমিৎকিনি ॥ চাকলূক অহুম অদুবু কোন্ন খূলহৌগদব লাইদি ১) হনু কোকচাউ ২) হনু লাইখম অমসুং ৩) খুন্দাহনব কৌব লাই অহুম অসীনি ॥ লাই অহুম অসীগী হান্ন শেংদোকলমগে হায়রবদি চাকলূক অহুম অদুদগী খজিক খজিক ফোইদুন লৌথোক্লগ থাদোক্কনি ॥ থারিব চৈরাউবগী চাকলূক অহুম অসীবু ১) লম্মাব তুমাব ২) লমশেনব তুশেনব অমসুং ৩) কুমসনা কুমলীক্লাই কৌব লাই অহুম্ন খূনগনি ॥ থৌরম অসীবু কোনথোঙ চাকথাব নত্তুগ লমলাইগী চাকথা তম্ব হায়ন সনামহী লাইনীংদ খঙনরকই ॥ [১৫] মতাং অসীদ ঐখোয়ন নীংশিংব য়াবদি ১) লম্মাব তুমাব ২) লমশেনব তুশেনব ৩) হনুকোকচাউ অমসুং ৪) হনুলাইখম হায়রিব লাই মরি অসী লাইয়িংথৌ সনামহীগী মিংখৈরোল শৈথারকপদসু য়াওই ॥ মরম অসীন লাই মরি অসী লাইয়িংথৌ সনামহীগী লমদ লৈব মতীক ময়াই ফোঙদোকপ লাইশক ওইগনি ॥ অসূম্ন য়ুম ইংখোলগী মফম কয়ামুক্ত চাকথা তম্বদসু লাইয়িংথৌ মীংখৈরোলদ য়াওব মমিং কয়া য়াওরি ॥ [মফমশিং অদু শাগৈ পিবাগী ময়ুমদ তলজম কৎপগী মতাংদ মথক্ত পঞ্জত্রে ] মসীসু লৈফমগী মতুং ইন্ন খেন্নব লাইয়িংথৌ অসীগী মশক ওইগনি ॥ য়াম্ন শেংন হায়রবদ ইমুং অমন পাঙথোক্লিব চৈরাউবগী থৌরম অসীমক্তী অনৌব কুম অদুগী ওইন পুন্সি নুংশাংব য়াইফ নুংঙাইব পীনবীয়ু হায়ন লাইয়িংথৌ সনামহীদ থৌনিবগী থৌরমনি ॥ য়াম্ন শমজীন্ন হায়রবদ, চৈরাউব নুমিত্ত পাঙথোক্লিব থৌরমশিং অসী

অনৌব কুম অম হৌব নুমিত্ত লাইয়িংথৌ সনামহীদ খুরুমজদুন থৌজাল নিবনি ॥০॥[১৬]

**৩ঃ অর্রা অনা কোকহনবীব ঙাকপী শেনবীব লাই ওইরিবা লাইয়িংথৌ সনামহী** — ইমুংগী লাইয়িংথৌ সনামহী অসী লূবাক মনুংদ হাপচিল্লগ উতং রান শাব তাংবল মথক্ত থম্বগী চংনবী লৈরকই ॥ লান কায়ব মতমদ ঙারুবাক নঙ্গো পোরগ অহলশিংন চেল্লি হায়নরিব অসী লাইয়িংথৌ সনামহী য়াওব লূবাক অদু লানচেনব মতমদ হুন্দোক্লম্ব তৌদন পোদুন পুরগ চেনবগী রাফমনি ॥ হৌজিক্তি উপাক্র চনব তাঙবলদ থম্বগী চংনবীসু লৈরে ॥ লাইয়িংথৌগী চেংলৌ শকপানথোং অদুগী মহুৎশিনব ওইন তরেৎ শেলহিংন শাব শেল ময়েক অম থমনৈ ॥ মরম অসী লৈবদগী লাইয়িংথৌ সনামহী মহাকপু — সম্পোং রাখায়চেৎ অবিবদ ফমফম্ব,খারম চোথে লূবাকুংদ, শীংঙেল লৈরাং নুংশিববু য়াওন্নরিব, সম্পোং নিংথৌ অপানব-ও — হায়ন শৈথানরিব অসীনি ॥ মথক্তসু পনজখ্রে মদুদি — লাইয়িংথৌ সনামহীগী চেংলৌ মায়থোঙগী মশক ওইব *শেল* অদুবু ইমুং খূদীংগী থমদব য়াদে হায়বগী চংনবী লৈবদি নত্তে ॥ *শেল* অদু থমদ্রবসু লাইয়িংথৌ সনামহীগী লৈফম ওইরিব সনামহী কাচিন অদুদি পোৎচৈ থমজিনব য়াদে ॥ মফম অদু খঙন হাঙহন্দুন থমগদবনি ॥ কনাগুম্ব ইমুং অমন *শেল* অদু শাগে হায়রবদি সনা কোনুংগী অমাইব লোইশঙন হায়রকপ মতুংইন্ন সেনজম নক্ত্রগ অহৈবম শাগৈগী মীন শাগদবনি অমসুং হৈগদবনি ॥[১৭] অমাইব লোইশঙগী পাউতাক লৌদব য়াদবগী মরম অমদি তোঙান তোঙানব শলাইশিংগী তোঙান তোঙানব *শেল* গী মরোঙ মতৌ লৈ ॥ [১৮] ইমুং অম লৈরবদি সনামহী, লৈমরেল লৈগদবনি ॥ লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং ইমা লৈমরেল শিদবীগী লৈফম থমদব য়ুম অদুদি য়ুমকোক মশীং থীবদ য়াওনদে ॥ মরম অসীন য়ুম অদুদ লৈরিব মী অদু খুঙ্গং লৈকাই শীংলূপকী মনুং চনব য়ানদবগী চংনবী লৈরম্মী ॥ নমিৎ খূদীংগী য়াচঙব মতমদ উচান শীংচেপ মৈরা কত্তুন লাইয়িংথৌ মাবু খুরুম খাজঙনৈ ॥ ইমুং অমগী য়াহৌরকপ মতমদ লাইয়িংথৌ সনামহী মাগী মিংখৈ মিংলেন নীংশিংনৈ ॥ পুন্সি নুংশাংব, য়াইফ নুংঙাইব পীবীয়ু হায়ন থৌজাল নিনৈ ॥ অরুব থবক অম চংকে হায়রবদি লাইয়িংথৌ মাবু খুরুম্নল্লগ

চৎনৈ ।। থোঙ্গাল ৱাংম লান্ন থবক অমগী চৎথোকপদ লাইয়িংথৌ মহাক্ল মাঙথান লমজীংদুন চৎলিবনি হায়ন পূক্লীংদ চেৎন নীংনৈ ।। মমাঙঙৈদ ইনিংথৌশিংন শা-লাল চৎপদ লাইয়িংথৌ সনামহীবু খ্বাইগী মমাঙ ইথাথান পুদুন চৎপগী চৎনবী লৈরম্মী ।। মরম অসীন লাইয়িংথৌ মহাকপু ***ৱাইর শামাঙ থা, য়েক্ল লৈখোঙ চাইখাইব*** হায়ন শৈথানৈ ।। য়ূম য়ূম খূদীংগী শম্ভোং পাংব কাচিন্দ লৈরিব লাইয়িংথৌ সনামহী অসীদি য়ুম্বুরেল নত্ত্রগ য়ুম্বুরেম্বী অদুন ইচম চম্ব মৱোঙদ খুরুম খাজঙদুন ঈরাৎ থৌনি থৌরম তৌনৈ ।। চৎনবী অম ওইন ইমুং অদুগী নুপী য়ুম্বুরেনবীন ঈরাৎ থৌনি থৌরমগী চঙদব য়াদব পোৎচঙ চৈজঙশিং অদু থৌরাং তৌনৈ ।। নুপান তৌব য়াদে হায়বগী অকনব চৎনবী লৈবদি নত্তে ।। নুমিৎ খূদীংগী খুরুমজব অদু নত্তব খর অখন্নব মৱোঙদ লাইয়িংথৌ মাঙোন্দ থৌনিগী থৌরম লাক্লবদি ইমুং অদুগী অহল ওইরিব য়ুম্মুরেল অদুন পাঙথোক্লে ।। খুদম ওইন, ইমুং অদুদ অনা-অয়েক য়াওরব নত্ত্রগ অৱা অনা তাবগুম্ব য়াওরক্লব মতমদদি ইমুং অদুগী য়ুম্বুরেলন ঈরাৎ থৌরম অদু পাঙথোক্লে ।। লাইগী থৌরমগ মরী লৈনববু ওইরবসু মরুওইব থৌরম অম ইমুং অদুগী ওইন পাঙথোক্কদব লৈরবদি নোংম ৱাৎলিঙৈগী নুমিদাংদ থৌরম অদুবু অশোয় অঙাম অতেক অকায় য়াওহনবীগনু হায়ন য়ুমগী লাইয়িংথৌ সনামহীদ পোৎচঙ চৈজঙ লৈজব অনৌ অপেন মনা মশীং কবোক হৈবোক য়াওন মৈরা কত্তুন থৌনিজবগী চৎনবী লৈ ।। হেন্ন লূশিনব মৱোঙদ খুদম ওইন ইমুং অদুগী মী অম শাথিন নাদুন শিরগদৌবগী থাক য়ৌশিল্লকপ অদুগুম্ব মতমদ লাইয়িংথৌ সনামহীদ থৌজাল নিবগী ঈরাৎ থৌরম অদুদি অখঙ অহৈ অমাইব অমাইবীশিংন তৌনরকই ।। অমাইব অমাইবীশিংন ঈরাৎ থৌনি লাই খুরুম্বীবনচিংব চৎলমদাইদ সনামহী খুরুমদুন চৎপগী চৎনবী লৈ ।। মখোয়ন –হে লাইয়িংথৌ সনামহী সম্ভোঙ অপানব, লমদ লৈরে লম্মাব তুমাব, ঙানব লৈপুঙ লেপ্প, চরৈ লেংজাউ ইনব হায়ন কৌব ইবুংঙো নঙনে ।। কোরৌ অৱাঙবদ লৈরগ কোরৌ অঙানব হায়ন কৌবসু ইবুংঙো নঙনে ।। লৈবাক মাইব খূরাই তাঙব, নিংথৌ মাইব চিরাই তাঙব কৌবসু ইবুংঙো নঙনে ।। নমিং সলাং কৌবনে ।। ননাইন লাইয়িংথৌ নঙগী থৌদা পাউখোল চৎচব অসীদ ননাই অনাব অসীবু তীনকোক লাইকোকপিয়ু – হায়ন লৈশি লৈথোন্দুন হান্ন লাইয়িংথৌ সনামহীদ খুরুম্নম্নগ ঈরাৎ থৌনি লাইখুরুম্বনচিংবগী থৌরম পাঙথোক্লে ।। মাইব অদুন অমুক

হলক্লব মতমদসু – হে লাইয়িংথৌ ! ননাইন চীংঙু নঙগী নপাউখোল চৎচরুরে ।। অনাব অসী অৱা পোৎথাব ওইহনবীয়ু ।। অনা হিথাংবীয়ু ।। অনা পৈরে হন্দোকপীয়ু—হায়ন খুরুম্নবগী চৎনবী লৈ ।।০।। (১১)

লাইরিক অসীবু পাবীরিবশিংন লাইয়িংথৌ সনামহীগ মরী লৈনব সনামহী লাইনীংলোয় অমগ থাদোক্লব য়াদ্রব মরুওইব ঈরাৎ থৌনি থৌরম খরগী মরমদ পাবিশ্লব মতুং অসীদদি লাইয়িংথৌ সানমহীগী থৌজালবু হাকথেংনন ফংবীশ্লব সনামহী লাইনীংলোয় খরগী থোকখিব থৌদোক ৱারী খর মথংগী পন্দুপু লৌখৎচরি ।। ০।।

**মচাক তানফম ওইব লাইরিকশিং**

১) (১) (৫) – ***থালোয় নোংখায়লোন (১৯৮৬)ঃ*** শিন্দোকপ– য়ুম্নামচা বুদ্ধিচন্দ্র
২) (১) (৩)(৭)(৮) – ***খুনুং লীচৎ শাজৎ (১৯৭০)ঃ*** অয়ীব–মাধব অমদি খেলচন্দ্র
৩) (১) (৩)– ***মৈতৈ থৌনি লিচৎ (১৯৯০) ঃ*** অয়ীব– ইরোম অমুবী
৪) (২)(৪-১১)(১৫) (১৬) – ***ঈনাৎকী হৱাউ কুম্মৈ (১৯৯৪)ঃ*** অয়ীব–খুলেম চন্দ্রশেখর
৫) (৭) – ***লাইয়িংথৌ সনামহীগী থৌনিরোল (১৯৯২)ঃ*** খোমজিনব – সৌগাইজম ইবোয়াইব
৬) (৭) (৮) – ***অরিব শিম্লোঙ(১৯৮৮)ঃ*** অয়ীব– খুমল্লম্বম য়াইমা
৭) (১০) (১২-১৪)– ***লাংওল (১৯৭৭) ঃ*** অয়ীব– থোকচোম বাজো (মাইবী)
৮) (১০)(১৫)(১৬)– ***সনামহী লাইনীংগী শজিফু চৈরাউব (১৯৮২)ঃ*** অয়ীব – ঙাবিয়াম্বম কাংজীয়া মঙাং
৯) (১৩) (১৪) – ***শজিফু চৈরাউব(১৯৮০) ঃ*** অয়ীব – ইরোম অমুবী
১০) (১৩) (১৪) – ***কংলৈ নিংথৌ চহী (১৯৬৯) ঃ*** শিন্দোকপ – ঙারিয়ানবম কুলচন্দ্র
১১) (১৭) (১৮)– ***Notes on Meitei (Manipuri) Beliefs and Custums (1998)*** **:** Edited by - Dr. John Parratt
১২) (১৯)– ***সনামহী ফানখোঙ (১৯৯৮)ঃ*** শিন্দোকপ – নাওরেম অমুয়াইমা



# ৬

# লাইয়িংথৌ সনামহীগী থৌজাল ফংখ্রব খরগী ৱারি

**১ঃ পেনু লৈমগী ৱারী** — খুনুংচকৈঙেগী ৱারীনি ।। কংলৈপুঙময়োল্দ খীং খীং ঙাংবন নুমিৎকুম মশোংচাউ থবাগুম মঙাল নাই লৈবাক নিংথৌ লৈমাব ওইদুন পাল্লিরিঙেগী ৱানি ।। কংলৈপুঙময়োলগী নিংথৌ খীং খীং লংবন অহল মতম ওইরক্লবদ কংলৈপুঙবু অনী থোক্ল খাগ ৱাংগ খায়দোক্লগ মপারী অনীমক্ত লৈঙাকহনখি ।। মপারী চীংখোঙ অহনব খীং খীং ঙাংব কৌববু কংলৈপুঙময়োলগী ফম্বাল কাহনখি ।। মপারী চীংখোঙ অতোনব ঙাংজেংসু কৌববু কংলৈপুঙগী হাওরৈ খা থংব কংলৈখমপাৎ লমদম্বু লৈঙাকহনখি ।।০।।

কংলৈপুঙময়োনগী নিংথৌ খীং খীং ঙাংববু লৈম তরেৎন থৌগল্লি ।। লৈম তরেৎমক্ত ঙাইরোয়নন য়ুম্বাল তমলকপ চহীকুমজা কয়া হৌখ্রে; তৌইগুম্বসুং মপারী শাৎতে মমোম ফৃইদে ।। নিংথৌ মাগী লৈম অতোনবী পেনু কৌবী মাদি চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীবু কোরৌ নুমিৎ খুদীংগী চেৎন নীংজবীনি।। লাইয়িংথৌ মাগী মফমদ কোরৌ নুমিৎ খুদীংগী থৌকাউদন— হে লাইয়িংথৌ সম্বোং নিংথৌ অপানব, অতিংকোক মরু শিদব, য়াইবী য়েলহৌঙেগী, অমম লৈশা হাল্লকপ, খেরে নুঙগুম তগুপ্ল, পোইদিং নোংথাং তরংলেন, তরং লাইজ ঈপোকপ, ওংলৌ য়াইবীরেল শিদব, হুং কৌব লাইয়িংথৌ নঙগী নফমদ ননাই পেনু কৌবী ঐন নহানমুক্কী মপোক্ত করি লঙজখিব লৈবগে ? ননাই তোল্লবীবু ইপারী অমত্তং থৌজাল লনকুবীয়ু — হায়ন খুরুম থৌনিজবীনি ।। মশাবী কংলৈ নিংথৌ মাসু মপারী অমত্তং ফংজগে হায়বগী চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীদ কোরৌ নুমিৎ খুদীংগী পোৎচঙ-চৈজঙ য়াওন হৈরাং লৈরাং কৎলি ।। নোংমগী কোরৌ নুমিৎ অমদি চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীন মনাই খীং খীং ঙাংববু থৌজানবীরগে খল্লদুন কংলৈ পিবা মাগী খোমলেন মঙলান্দ—

হে কংলৈ মপু লৈমাব খীং খীং ঙাংব কৌব-ও ।। ইদাইরেম নঙগী লাইনীংদ খোইয়ুম ঐ পায়ম পীবুক পেল্লে ।। ইদাইরেম নংগী নীংব থুংজরো ।। ইদাইরেম নঙন কৎপ তাউজীং হৈরাং হৈপূমসীম নঙগী লৈম অমখক্ত পীজৌ-ও ।। হৈরাং মচা য়ান, হৈমিতম লৈম মাগী শিয়োম্মুংদগী নপারী অম ফংজৌ-ও ।। — হায়ন থৌজাল লনকু পাউহায়বীরে ।।০।।

ইনুং ঙাল্লবদ কংলৈ পিবান মাগী লৈম তরেৎমকপু কৌরগ লৈম অহনবী লাংজেংঙম্বী কৌবী লৈমরেলবু য়েংন খোমলেন মঙলানগীবাবু পাউতমলে ।। মথংলেনগী খোমলেন মঙলানগী পাউবু মপুক্লীং চঙন তরগ লাংজেংঙম্বীন মনাউ মঙামক য়েংলগ– ইনাউ নখোয় মঙামক-ও ! চীংঙ্কু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ সম্ভোং নিংথৌ অপান মান কুবিবগী মকুথোক ইনাউ লৈম অতোনবী পেনু কৌবী মাবু কুবিরসুনু ।। তাউজীং হৈবাং হৈপূমসীম ইনাউ ইতোন তোনবী মাঙোন্দ পীজরসী ।। লৈম অতোনবী মাগী মপারীদু কংলৈ মপু মাগী মপারীনি ।। কংলৈ মপু মাগী মপারীদু লৈম ঐখোয় তরেৎমক্কী ইপাবীনি ।। পায়ম নপুক্লীংদ খোযখা লিনখা থাবনু – হায়ন থেমলে ।। মচেম অহনবী লৈমবেনবীন হায়বদু মনাউ মঙামকসু য়ারে ।। তাউজীং হৈরাং মপূমদুম পেনু লৈম মতোমতন চারে ।।০।।

চীংঙ্কু খোইয়ুম অতিংকোক মরুশিদব অশীব কৌব লাইয়িংথৌ সনামহী চীংঙ্কু তাইবং খায়ব মাগী কোলোয় ময়াথংদি শোয়ফদবন তাউজীং হৈরাংচাখিব নুমিৎ অদুদগী লৈম ইতোন তোনবী মাগী খোয়জি খাদ হৈরাং হৈরূ পনখ্রে, হৈরাং হৈমি তমখ্রে ।। পেনু লৈম কৌবীদু নাক্লু ফিয়াল্লে ।। চরৈ ফিদোল কাঙলে ।। নাউয়ান পীবুক লূমলে ।।০।।

কংলৈ নিংথৌ লৈমাব খীং খীং ঙাংব মাদি মাগী লৈম অতোনবীন তাউজীং হৈরাং চাখিব নুমিৎ অদুদগী লৈম মাবু নুংথিলগী লৈরাং নুমিৎলৈগুম অহিংগী লৈরাং থাবল্লৈগুম নুংশিচান্ন য়েংদুন লৈরে ।। নিংথৌ মান মাগী লৈম ইতোন তোনবীবু নুংশিচানবীবগী চাংসী খর হেনমনখ্রে ।। লৈম পেনুবুন মেলৈগুম অদুগ লৈম তরুকমংপূদি যোংলৈগুম খল্লে ।। লৈম অহল অদুদি মবুক ফদোকপগী মফদোক ফদোক্লন লৈরে ।। তৌইগুম্বসুং লৈম মঙামক্তি পেনু মাবু কল্লক ৱাখন্দগী য়েংথি ৱাখল ওল্লক্লে ।। নিংথৌ মাবু ৱারৌ পুকলৌরে ।। লৈম পেনু মান হেক নাউনৌবগ নাউৱাদুবু মাঙহন্নবগীদমক্ত নাউশুবী মাইবীশিংদ লীক-কোল সনা

লুপা তরেৎ শেলজা লনয়েল্লে ।। নাউব্রা অদুবু মাঙহন্নব তম্ব মীহাৎপ অহুম তরেৎ শেলজা পীদুন নেক্লে ।। চীংঙু তাইবং খায়ব লাইয়িংথৌন লৈম মঙামক্কী ফত্তব থৌরাংদু খঙলদুন মীহাৎ লুচিংবদুবু মরালয়াইদ অনা লাইকন্নদুন লৈহল্লে ।। লাইয়িংথৌ মান মীহাৎ লুচিংবগী শায়োল লৌরদুন শাথুপ্তুন লৈরে ।। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা নোংথাংলৈম কৌবী মাসু লাইয়িংথৌ মাগী পাউতাক মতুং ইন্ন নাউশুবী মাইবী মরক্ত শকলোত্তুন লৈহল্লে ।।০।।

নোংমগী অহিং নোংয়াই অমদ পেনু লৈমগী সিয়োমনুংদগী মপারী অম নাউনৌরে ।। হেক নাউনৌবগ মাইবী শায়োল্লিবী য়োইবু খোইমোম নোংথাং লৈমন নাউব্রা অপীশক অদুবু মীহাৎ লুচিংবগী শায়োল লৌরিব চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীদ খৃৎশিন্নরে ।। নাউসৃবী মাইবীশিংদুন থৌদু নৃংদুম অম ঈঙাঙ তৈশিল্লে ।। থৌদু নুঙদুম ওইন নাউনৌরে হায়ন লৈম অতোনবী মঙামক্ল য়াইকোন্নুংদ পাউ শন্দোক্লে ।। লৈম মঙামক্তি মখোয়গী মখুজীল থৌরাং মায় পাক্লে খল্লদুন মথম্মোয় মরাঙ হৌন হরাউরে ।। কংলৈ নিংথৌ মাদি লুব্রাই কোয়রেলথক্ত নোংমৈশীংজঙ তাগুমলে ।।০।।

থৌদু নুঙদুম ওইন নাউনৌবী লৈম ইতোনতোনবী পেনু লৈম মাদি ত্তিনমু লাইমুগী শায়োন্নি; পেনু মান কংলৈপুঙময়োলগী য়াইকোন্নুংদ লৈম ওইন লৈরবদি লৈপাক নিংথৌ মাঙতাক্লগনি– হায়ন লৈম মঙামক্কী খুজীল থৌরাংদগী লৈপাক শীল থুংন পাউ শন্দোক্লে ।। পাউনিংখোল তারদুন অহিংদুগী তাংলৌ অথেঙবদ পেনু লৈমবু কংলৈ নিংথৌ মান হকথী শোইনাই তাথী মীচৈ পীদুন য়াইকোন্নুংদগী তানথোকখ্রে ।।০।।

লৈম পেনু মাগী নাউনৌবদ ঙায়রিব অঙাং অদুদি মীহাৎ লুচিংবগী শায়োল লৌরিব চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীন থাগোম্দুন পুখ্রগ থেংক্রুম চীংগী (নোংপোক নোংলেন লৈহৈচীং) লোক্কুংদ খোঙলৈ থুন য়ৌখি ।। মীহাৎ লুচিংব অহলগী শায়োল লৌরিব লাইয়িংথৌ সনামহীন মাগী তুংইল্লিব মীহাৎপ অনী অদু য়েংন – হাদ তয়ুম ইনাউ অনীমক-ও ! মরাল করি লৈতব নাউব্রা অপীশক মাবু য়াইবী মথব্রায় লৌদুন ইরাল করম লঙশীনশীগে ? নাউব্রা অপীশক মাবু থৌদু নুঙপাকথকসীদ মদোম থনমলসী ।। মীৎন কুপ্পগী মনুংদ পাম্ব কৈরেলন শারাক তমদুন মদোম য়াইবী মাঙজপ্ত্রনি –হায়রে ।। অহল মাগী পাউতাক্তু

য়ারদুন তম্ব মীহাৎপ তাইবং মীথিনব অহম্মক্তু কংলৈ য়াইকোন্নুং তম্ন হল্লকখি ।।০।।

ঙসাইঙৈগী লৈম পেনু মাবুসু য়োইবু খোইমোম নোংথাং লৈম মান মাইবী হনজবীগী শায়োল লৌদুন নাউৱা অপীশক্ক লৈরিব নোংপোক নোংলেন লৈহৌ চীং থেংক্রুম চীংগী লোক্লুং অদু য়ৌন লমজীংলকখি ।। থৌদু নুংপাকথক্কী অঙাং নাউৱা অদুগী হং-আ হায়ব মীকপখোল অদু তাবদ ঙসাই কংলৈ পিব মাগী ৱাংগোলশঙদ তাখিব হং-আ খোঞ্জেল অদু লৈম মান পায়ম নুংদ নীংশিংলকখি ।। লৈম মান খোঙলৈ থুন চেনশিনখিদুন নাউৱা মাবু ফৈরা তাজীল থম,ঙকলী লুমলাং কোন, খজাই লেংওন চূপ, শম্লাং তোনগ নানবীখি ।। নোংঙাল্লমদাই তাংলৌদ লৈম মান ঙাইহাক উইরোন তৌরুবদ মঙওই হাওই মনাকোঙদ তাখি – হাদ য়োইবুনাই লৈম পেনু কৌবী -ও ।। নাউৱা অপীশক মাদি লৈম নঙগী নপারীনে ।। খোইয়ুম ঐবু চেৎন নীংজৌ-ও ।। নঙগী অৱা মৈশা কোক্কনি -এ ।। মঙওই হাওই খোঞ্জেলদুবু তারবদ অঙাং নাউৱাদুবু মপারীনি খঙলদুন মথম্মোই খৈন পেনজখি ।। অমংব নোংলক্ত নোংথাং কুপ্লগুম হরাউমথোই কাজখি ।। অহিংগী মতম লোইখিদুন কোরৌ অঙানব থোক্লক্লে ।। থেংক্রুম চীংগী লোক্লুংসু উচেক ওয়াগী খোঞ্জেলন নিল্লে ।।০।।

কোরৌ নুমিৎ অদুমক্কী অয়ুক অঙনবদ কংলৈ খমপাৎ লৈঙাক থৌপুরিব ঙাংজেংসু মাসু য়ারৌ শাদানগে হায়বগী লোইবী নোংলেন লৈহৌ চীংদ লাকখি ।। চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীন য়ারৌ শজিলাব অম ওইন শায়োল্লগ ঙাংজেংসু মাগী মমাঙদ য়াঙন চেনখি ।। য়ারৌদুবু তান্নরকপদ থেংক্রুমচীংগী লোকলেন মনুংদ চঙলকখি ।। মোম্নু নুজা ওইবী অমন নাউৱা অপীশক অম থাগোন্দুন লৈবদু উখি ।। ঙাংজেংসু মান-হি ঃ করি মতৌনো ! খোইয়ুম লাইর নমু তাইবং মীর –হায়ন ঙক্লদুন –মোমনু নুজা ওইবী হাদ পলেম মানবী নঙবু নমু তাইবং মীর, খোইয়ুম লাইর – হায়ন পাউহংখি ।। পাউহংখোনবু তারবদ লৈম পেনুন– হোয়দ, য়ারৌ শাথিব, ৱায়র তেনসূব শানৌ তম্ব নঙবু -ও ! পলেম ওইবী ঐদি নমু তাইবং মীওইবনে ।। খোইয়ুম লাইবু নত্তেয়ে ।। কংলৈ মপুঙয়ায়গী য়াইকোন্নুংদ লৈম ইতোনতোনবী ওই ঙাল্লম্বী পেনু কৌবীদো ঐনে ।। ইপারী নাউনৌবগী মহূত্ত থৌদু নুংদুম ওইন নাউনৌরে হায়ন পাউথোকপীদুন কংলৈ

পিবা মান হকথী শোইনাই মীচৈগী য়াইকোন্নুংদগী তানথোক্লকবী চীংগু নোংদম থীবী কাসা লাইবক চাউবী ঐনে – হায়ন পাউখুমখি ।। পাউখুমখোলবু তারবদ ঙাংজেংসূন – হাদ পলেম শকপী ইতৈম ! কংলৈ পিবা মাগী মনাউ ইবুংঙো মশানৌ ঙাংজেংসু কৌবদি ঐনে ।। কংলৈ খমপাৎ লমদ চৎলসি– হায়ন মশক তাক্কুন হায়জখি ।। পীক্লিব অঙাং নাউৱা মাবু চরৈ নাহোংশা নমদপো পেনু লৈমদি মশানৌ ঙাংজেংসুগী মতুং ইন্দুন খমপাৎ লমলেন পাংখি ।।০।।

মতৈম পেনু লৈমন লীব ৱারী ৱাখোঙ পুন্নমক তারবদ ঙাংজেংসু মাদি মশাবী ময়াম্ব খীং খীং ঙাংববু মপূক্লীদ ৱারৌ পুকলৌখি ।। পেনু লৈমন মপারী অপীশক অদুগ লোয়নন মশানৌ ঙাংজেংসূগী য়াইকোন্নুংদ শাইদাংদুন শকলোত্তুন লৈরকপ চহী তরেৎ শুরক্নে ।। ঙাংজেংসূ মানসু ময়াম্ব খীং খীং ঙাংবগী মপাবী নাউৱা অদুবু লুন চান্ন নাউয়োক নাউকোনখি ।। নাউৱা মাবু চোইনৌয়াইরংচান তরংব-ও হায়ন কোলোয় মমিং থোনখি ।। নাউৱা মাবু মপারী শক্ন নাউয়োক নাউকোনখি ।। কনাগুম্বন নাউৱা অঙাংদুবু কনানো– হায়ন হংলবদি – ইপারীনি- হায়ন ঙাংজেংসূ মান পাউখুমখি ।।০।।

কংলৈপুঙময়োলগী লৈমাব খীং খীং ঙাংবন মশানৌ মনাউ ইবুংঙো ঙাংজেংসূগী মপারী অম ফংবগী পাউনিংখোল তারবদ– ইশানৌ ঙাংজেংসূ য়াইফব-ও ।। নপারী মাবু খুজেঙ পালোইনন কংলৈপুঙময়োন্দ খোঙ্গরক-ও ।। নশাবী নয়াম্ব ঐন ইশানৌ নঙগী নপারীদুবু চেংলৌ মশক উনীং-এ— হায়ন পাউ কৌরকখি ।। কোরৌ নুমিৎ অমদি কংলৈ খমপাৎ লৈঙাকপ মান মপারী শক্ন নাউকোল্লিব চোইনৌ য়াইরংচান তরংববু মখূজেং পালোইনন ময়াম্ব খীং খীং ঙাংবগী য়াইকোন্নুংদ কারকখি ।।০।।

ঙাংজেংসূ মান ময়াম্বগী মফমদ মতৈম পেনু লৈমন মপারী অম ফংজখিবগী ৱারী পুন্নমক তমখি ।। ৱারী পুন্নমকপু মুন্ন তারবগী মতুংদ খীং খীং ঙাংবন—লৈম অহনবী লাংজেংঙম্বী মাদি পায়ম পীবুকফবীনি মাঙফরোই-এ ।। তৌইগুম, লৈম অতোনবী মঙামক্তি মা মান লঙজব মরালগী মতুংইন্ন লুরেল শন্নাং শমকোক্লগ, সুনু য়াইঙং তৈ, চরৈ মফনেক মহুৎশিন মাঙলম য়াংকোক য়ান, নীংলম শুমজিৎ য়ান তাংজ ইকাই পীনবগীবু লম্বী লমজাউ থুংন খোঙ্গোইনৌ-ও – হায়ন অহকপ ময়াথং পীরে ।। মপাবুং কংলৈ নিংথৌ মাগী অহকপ য়াথংদুবু তারবদ অঙাং

নাউৱা ওইরিব য়াইরংচান তরংব মান মপাবুং য়েংন — হাদ পল্থৌ অপোকপ ! নহানথৈংগী থোকখিব থৌদোক পুম্নমক্তু নোংদম্ব লাই মাগী নোংদমখোলননি হায়ন পায়ম নুংদ খনবীরো ।। চীংঙু খোইয়ুম নোংদম্ব মাগী শংলৌ মথৌরাংদি তাইবং কনাসু লমজায়ঙমলোইএ ।। নপারী ঐন নহালমুক্কী মপোক্ত তৌখিব ফত্তব থবক্কী মহৈন হস্তকমুক্কী মপোক লাংওল অসীদ অৱাব অসীবু থেংনবনি খনজগে ।। পলেম ইমা মঙামকপু নপারী ঐবু য়েংন মরাল কোকপীয়ু — হায়ন মপাবুংগী মখোঙ শোক্ল খুরমলে ।। মপারী নুংচানব মাগী নুংশি থোইরব মৱাহৈবু তারবদ খীং খীং ঙাংব কৌব কংলৈ লৈমাব মান লৈম মঙামকপু মরাল ঙাকপীখি ।। লৈম পেনু মাবু খমপাৎ লমদগী কৌখৎলগ লৈমরেল ফমথোনকা ওইরম ফম্বাল লাংহনখি ।। লৈমরেল পেনু মাদি চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীগী মথৌজালদগী লৈরাং লৈচু ওন্দ, হৈরাং হৈনম মাঙদন মশাবী খীং খীং ঙাংবগ ঙাইবোয়নন মপারী চাউদ্রিববু নাউয়োক নাউকোন্দুন নুংঙাই য়াইবী মরাং কায়ন পানখি ।।০।।

[নোংদা লাইরেল পাখংবগী মমাঙদ চক অহুম হায়বদি ১) হয়িচক, (২) হয়াচক অমদি (৩) খুন্নুংচক চৎল্লে ।। চক অহুম অসীদ নিংথৌবোল ১৬৩ পানল্লে ।। ৱাফম অসী *কংলৈ শংলেন পুৱা পুয়া* দ থেংনৈ হায়ন পন্দিৎ মায়চৌ নিংঙোম্বম মনিজাওন মহাক্কী *সন্দ্রেখী চৈত্রা* কৌব লাইরিক্কী ৱাহৌদোক্ত হায় ।। *খাপেম্বা মুমলেপ* কৌব পুয়াদ য়াওব হয়া চক্কী নিংথৌ ৩৬ অমসুং খুন্নুং চক্কী নিংথৌ ৩৯ গী মমিংসু মহাক্কী লাইরিক অসীদ য়াওরি ।। সনা কোনুংগী মায়চৌ অসীন পীব ৱারোলগী মতুং ইন্ন খীং খীং ঙাংব হায়ব নিংথৌ অসী খুন্নুং চক্কী ১৯শুব নিংথৌনি ।। ( *সন্দ্রেখী চাইত্রা —১৯৭৭ঃ* অয়ীব— নিংঙোম্বম মনিজাও)— য়েংবীয়ু ]

**মচাক তানফম ওইব লাইরিকশিং**

১) *নিংথৌরোল শৈরেং (১৯৬৭):* অয়ীব— ওইনাম ভোগেশ্বর

২) *পুয়া মৈথৌব—অনিশুব শরুক (১৯৬৭):* অয়ীব— হিজম মনি

**২ঃ মোইরাং হনুব-হনুবীগী ৱারী**— য়াম্ন কুইরব মথায় থায়নগী ৱারীনি।। লোক্তাক পাৎন তাকয়েল খোঙবাল য়ৌন শন্দোক্লিথৈংগী ৱারীনি।। মোইরাংগী লাঈহলঈ তুরেল তোরবান্দ চহী কয়া চুপ্প মমীত্ত মচা উজরক্তুব হনুব-হনুবী মতৈ মনাউ লৈরম্মী।। চহী খুদীংগী কুমজা তেকহৌন থাজ

নৌহৌন শজীবু লাকয়েন তাইব খূদীংগী শাগৈ পিবা ময়ুমদ চত্তুন পিবা ময়ুমগী লাইয়িংথৌ সনামহীদ হৈরাং লৈরাং কৎলি ।। কুম অমদি লাইয়িংথৌ সনামহীগী ফম্বাল খাজিন্নব ফকতোম শারগ শাগৈ পিবাদ কৎচৈ।। মথং কুমগী শজীবু চৈরাউবগী মতম নকশিল্লক্লবদ হনুবীন হায়জবগী মতুং ইন্ন হনুবন পিবাগী ময়ুমদ চৎলগ– কুমসীগী শজীবু লাকয়েন তাইবদি লাইয়িংথৌ সনামহীদ তনজম তনজা কৎসী – হায়জরুই ।।০।।

হয়েংদি শজীবু চৈরাউব নুমিৎনি ।। লাইয়িংথৌ সনামহী কাদু তরু তনাল থমগে খল্লদুন শাগৈ পিবান হাকুম কৎখিব হৈমন লৈমন লৌথোকই ।। লাইহলই তুরেল তোরবান তাব অহন্দুন কৎখিব ফকতোম অরিব লাইয়িংথৌগী ফম্বাল খাজীল্লিব অদুবু খোঙন শোকউনি খল্লদুন মহৌশাগী মহৌশা ওইন লাইহলই তুরেন্দ থাধখি ।। কোরৌ নুমিৎ অদুমক্তি হনুব হনুবী মতৈ মনাউ অনীদুদি– হৈয়েং চৈরাউব নুমিত্ত পিবা ময়ুমদ তনজম তনজা কৎনবগীদমক্তনি–হায়দুন চগেম চেঙকুপ তানব ফৌসু লঙনদুন চেঙসুরি ।। হনুবদু ঈশিং খৌরাংলক্লে ।। হনুবীদুন ইমুংদগী ঈশিং লৌথোক্লগে হায়দুন চঙখিব মতমদদি হান্ন ঈশিং য়াওহৌব পুন-কংনানবীদু ঈশিং লীক্লা অমফাও পকলমদ্রে।। খ্রক খ্রক কংলম্লে।। হনুবীদুন লাইহলই তুরেলদগী ঈশিং শোক্কে হায়বগী হিদেন্দ কুমথখি ।। হিদেনগী থোংখরা অদুদ ফক্তোম অরিব অম পন্দুন লৈরম্মী ।। মখূত্ত পায়রিব পুন কংনানবী অদুন ফক্তোম অমনবদুবু ইম্থোকখি ।। হনুবীন ঈশিংদু শোকনবগী ঈশিং ঈমায়দু হাইদোকপ মতমদ ঈশিংদ তাব মাগী মমিদু মান নহাল ঙৈ মপামদ লৈশাবী ওইন লৈরিঙৈগী মায়থোঙ ওইন উখি ।। হনুবীদুন– হিঃ করি মতৌনো – হায়ন খন্ন খন্ন ঈশিং পুন্দু ইয়াং য়াংন পুরগ ময়ুম চঙলকখি ।। মবা মপুরোয়ব হনুবন ফৌশুরিব ফৌসুকোন্দুদ চঙশিল্লগ– সেঃ ঈশিংসি হৈরক্কে নখূত্তু হামদোক্লো ।। নখূৎন য়ারগ হেক্ত থক্লো – হায়দুন চঙশীল্লকপ মতমদদি হনুবদু ইঙক ঙক্ল মাঙোন্দ য়েংদুন লৈরে ।। হনুবদুন– হাই লৈশাবী নঙবু কনানোনে ? মমাঙঙৈদ উপ্ত্রগুমসু তৌই – হায়ন হংবীরে ।। হনুবীদুন– ঐনিনে ।। ঐবু খঙদ্রবরা ? নহাক্কী নুপী হনুবীদুনিনে – হায়রে ।। হনুবদু ইঙক ঙক্লে ।। ঙসাই ঈশিংদ তাখিব মমিদু হনুবীদুন খংনীং হেক নীংশিংলকখি ।। ঈশিং শোকপদ থোকখিব থৌদোক্তু হনুবীদুন হনুবদ তন্লে ।। হনুবীদুন লৈশাবীগুম নহা ওইহল্লিবদু ফক্তোম অমনবদুন ওইহনব ওইরমগনি

হায়ন খল্লদুন হনুবদুন— অদুদি ফজ্জোম অমনবদু লৈরমখিগদ্র — হায়দুন সৃক্কু পায়রগ তুরেল তান্ন মতৈ মনাউ চেনগ্রে ।। ফজ্জোম অমনবদু হিদেন তাফম থোংখরাদগী খর চৎথরগ ঈরৈ অমদ লৈশিন্দুন লৈরম্লে ।। হনুবদুন ফজ্জোম অরিবদু মশক খঙলে ।। হাকুম মান শারগ শজীবু চৈরাউবদ শাগৈ পিবাগী লাইয়িংথৌ সনামহী ফম্বাল খাজিন্নব কৎখিব ফজ্জোমদুনি ।। হাকুম মতৈ মনাউন কৎখিব লৈরাং অদুসু ইকং কংন ফজ্জোম অদুদ থেৎলি ।। হনুবদুন মান পায়রিব সৃক্কুন ফজ্জোমদু চিংশিনগে হায়দুন হেক শোক্লবদ মহাক পাখং ওম্লোকপ্রে ।। তুরেল লৈরাইদ লেপলিবী মাগী নুপীন—হাই, হনুব নঙসু পাখং ওল্লে ! হনুব নঙসু পাখং ওল্লে ! — হায়ন হরাউন নোক্কুন লাউরকখি ।।০।।

পাখং লৈশাবী ওল্লব হনুব হনুবী অনীদুন ফজ্জোম অরিবদু পুখৎলক্লগ সনামহী কাচিন্দ পুশিন্দুন থমখি ।। হৈরাং লৈরাং কভুন লাইয়িংথৌ সনামহীবু খুরুমজবগুম ঈরাৎ থৌনিজখি ।। অসূম্ন পাখং লৈশাবী ওল্লব হনুব হনুবী মতৈমনাউ অনীদু চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীগী থৌজান্দগী মপারী মমোম কয়া মথং মথং ফংজদুন চাদা নাউদা শন্ন নুংঙাই য়াইবী মরাং কায়ন পানখি ।।
[ফজ্জোম অবিব হায়বসী লাইয়িংথৌ সনামহীগী অতোপ্প মমিং অমনি ।। মথক্কী পন্দুপু য়াওখিব লাইয়িংথৌ সনামহীগী মমিং ১৬৮ য়েংবীয়ু ]

[লাংওল (১৯৭৭): অহীব – লোকচেম বাজো(মহৈবী) – য়েংবীয়ু ]

**৩ঃ নিংথৌ খাগেম্বগী অঙকপ ৱারী** — ঙসীদগী চহী ৪০০ রোম শুরব ৱারীনি ।। চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীবু পায়ম পুক্নীং চেৎন নীংজব কংলৈপাক্কী নিংথৌশিংগী মনুংদ খাগেম্ব নিংথৌবু তাইবংন ঙসী ফাওব কাউনদ্রি ।। চীংঙু খোইয়ুম তাইবং খায়ব লাইয়িংথৌ সনামহী মহাক্তি মশক মওং নাইদে হায়ন তাইবংন হায়নব অদুদ নিংথৌ অসীন লাইয়িংথৌ মাগী মশক মওং কমদৌবগে খঙহন উহনবীয়ু হায়দুন লাইয়িংথৌ মাবু চেৎন নীংজখি ।। মনাইগী অনীংব অদু উবীরদুন লাইয়িংথৌ মাগী মশীং থীঙমদ্রব চেংলৌ মশকশিংগী মনুংদ অমখক্তি তাইবংমীগী মশক মওংনি হায়বসী উহনবীরগে হায়ন থৌজানবীরদুন নিংথৌ মাগী লৈম অঙোম চনুগী খোয়দৌদ চঙখিদুন পীবুক শিয়োম্নুং য়ৌগ্রে ।।

অসূম্ন খাগেম্বগী লৈম অঙোম চনুদু হৈরাং হৈরূ পনথ্রে ।। তাউজিং হৈমি তমথ্রে ।। নাক্লু ফিয়াল্লে ।। চরৈ ফিদোল কাওলে ।। নাউয়ান পীবুক লূমলে ।। লোইদাম থাবুম তরা কোরৌ নুমিৎ শীংবুম চহুমনি শুরবদ মপারী অম নাউনৌরে ।। লৈম নিংথৌ অনীমক্ল তাওন ফংজব মপারী অহনবু সনাব্রাপীহল-ও হায়ন কোলোয় মমিং থোনখি ।। পলেম পন্থৌ অনীমক্তি অহিং ঙানব য়াইরংচান লোইদাম থাজ মাবু শমু খৃৎন লাম্ব ফংজবগুম হরাউ মথোই কারে ।। মপারী সনাব্রাপীহলদি পানখৎলকপ লোইদাম থাজগুম হম হম চাউরক্লে ।। চহী তরেৎ মপুঙ ফারক্লে ।। চহী তরেত্তগী কোরৌ নোংম হেল্লকপদ চীংঙ্গু খোইয়ুম মরূপ মপাং মঙায়রোয়শিংন – হে অতিংকোক মরূ শিদব ! য়াইবী য়েলহৌঙেগী অমম লৈশা হাল্লকপ, খেরে নুঙগুম তগুপ্ল, ফোইদিং নোংথাং তরংলেন, তরং লাইজ ঈপোকপ চীংঙ্গু নঙদি খোইয়ুম ঐখোয় পুম্নমক্কী লাইনিংথৌনি ।। লাইরূপ ঐখোয় পুম্নমকপু করম নোংদম্বীগে হায়রিবনো –হায়ন পাউকৌরক্লে ।। অসূম্ন মকুম কুমশীং শুরক্লে নীংশিংলক্লবদ লাইয়িংথৌ তাইবংখায়ব চীংঙ্গু খোইয়ুম অশীবগী নমু শংশং মিতম ওইরিব সনা ব্রাপীহলন মহাক্ল শেৎলম, শিরম, পায়রম্ব মফি মরোল, খৃৎশী খোঙসী নাসী, কাঙজৈ কাঙহৃদু থনম্লগ মদোম চীকমাঙনখি ।। লৈম নিংথৌ অনীমক্ল মপারীগী মফি মরোল, খৃৎশী, খোঙশী মথাদ কোন্দুন মালেম লৈমায়দ ওনথোইন হৌন লাউন মথম্মোই শোক্ল কপচখি ।।০।।

লৈশেমলোনগী থৌদোক কুম্মে অমগ মরী লৈনব লমলেন লমদম ব্রাঙ্গোইদ লাইয়িংথৌ মাগী লাইয়িম অম শাহল্লগে, লাইয়িংথৌ মাগী চেংলৌ শকফম উহল্লগে খল্লদুন লমলেন ব্রাঙ্গোই মকাইফমদ লৈবী লুপ্রা শীংদ চল্লবী খোইসনাম নিংঙোলবী থোইনু অহোঙবীগী মফমদ চত্তুন লাইয়িংথৌ মান – হে থোইনু অহোঙবী কৌবী-ও ।। পলেম মতম মানবী নঙবু তাউ-ও ।। কংলৈ নিংথৌ অপানব খাগেম্বদ তম্নু-ও ।। চীংঙ্গু তাইবং খায়ব লাইয়িংথৌ সনামহী ফাল্লৌখোম্ব ঐগীদমক্ত লমলেন ব্রাঙ্গোই লম্নুংশিদ ফৃরা লাইয়িম শা-ও ।। ফৃরা লাইয়িম নুংদ চীংঙ্গু খোইয়ুম সনামহী য়োইরেনব ঐগী চেংলৌ শকপানথোংবু তরেৎ শেলহীংন হৈরগ ঈরাৎ থৌনি খাচং-ও ।। নিংথৌ ফম্বাল মরা চেৎন পালহনগে – হায়ন য়াথং পাউহায়রবদ থোইনু অহোঙবীন কংলৈ নিংথৌ খাগেম্বদ লাক্কুন লাইয়িংথৌ মাগী লাইপাউ পুম্নমক অদুবু তমলে ।। অদুবু নিংথৌ খাগেম্বনদি

লাইয়িংথৌ মাগী চেংলৌ মশক উনিংদুন — খাগেম্বা কৌব নিংথৌ ঐদি লাইয়িংথৌ মাগী চেংলৌ মশকসু উদ্রি, কোলোয় মপাউসু তাদ্রি, করম্নবু লাইয়িংথৌ মাগী চেংলৌ শকপানথোংবু তরেৎ শেলহিংন হৈঙমগদগে — হায়রে।। য়াদ্রে।। অসীগী মতুং তাবদ লাইয়িংথৌ কোরৌ নোংলিংব মালেম লৈশেম্বন ৱাঙ্গোই লম্নুংশি লৈশাংখোংদ লৈব লৈশাংখোম্মাগী মফমদ অমুক চত্তুন থোইনু অহোঙবীদ হায়খিব ৱাহৈ অদুমক হায়রে।। লৈশাংখোম্মান নিংথৌ খাগেম্বগী মফমদ চত্তুন লাইয়িংথৌ মান হায়রকপ ৱাহৈদুমক পাউদমলিঙৈদ নিংথৌগী কংলৈ মসূমাঙদ লৈম নিংথৌ অনীমক্ত মপারী সনাৱাপীহলগী মখোঞ্জেল, খোঙসী মখোল, কাঙজৈ কাঙয়েখোল তারে।। চীংঙু তাইবং খায়ব লাইয়িংথৌ সনামহীন — নহাল নোং কংলৈ অপানব নঙন লাইয়িংথৌ সনামহী ঐগী ইশক ইওং খঙনীংবগী চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহী য়োইরেনব ঐগী ইশক ইওং অমখক্তি নমু তাইবংগী মশক মওংনি হায়ববু খঙহনগে হায়গী নপারীগী মশক ওইন নমু তাইবং শংশং মিতম্বনি।। কুমজা তরেৎ মপুঙফা কোরৌ নোংম হেল্লবগী চীংঙু লীতিন ওইবগী খোইয়ুম হৌনশা ওইবন কোরৌ মশীং শুরবগী খোইয়ুম লাই ওইখিবনি।। লাইয়িংথৌ ফাল্লৌখোম্ব, চীংঙু তাইবং লোম্দিন্নব ঐবু চেংলৌ ইশক উগে হায়ন মীকপ্পবু তোক্লো।। কোরৌ নুমিৎ মঙানি শুবদ হৈরাং লৈরাং পোৎচঙ চৈজঙ ফীরোয় ফীঙাম য়াওন শকয়েং মিয়েংশেল মাঙদ থম ঙাইরম-ও।। মিয়েংশেল পীবুক্নুংদ চেংলৌ শকউহনগে — হায়রে।।০।।

কোরৌ নুমিৎ মঙানি শুরবদ পোৎচঙ চৈজঙ শুন লাঙলগ লৈম নিংথৌ অনীমক্ত মমাঙদ মিয়েংশেল অপাকপ অম থন্নদুন চীংঙু সনামহী য়োইরেনববু ঙাইরে।। হায়খিব ৱাবু শোয়দন চীংঙু সনামহী য়োইরেনব, চহুই লেংখাং কোকহেনব মাদি মিয়েংশেল পীবুক্নুংদ চঙলকখি।। লৈম নিংথৌ অনীমক্ত চীংঙু তাইবং খায়ব লাই ৱাহায়ব মাগী চেংলৌ শকস্নু নুংশি পুক্লীং পেন্ন উহল্লন্নগ মালং ফেনচি ওই লৈচিন শিফা ওইন চীকমাঙনখি।।০।।

চীংঙু খোইয়ুম অসীব লাইয়িংথৌ সনামহীগী চেংলৌ মশক উহৌরব নিংথৌ খাগেম্বন চীংঙু খোইয়ুম তাইবং খায়ব লাইয়িংথৌ মাগীদমক্ত ফুরা লাইয়িম অম লমলেন ৱাঙ্গোইদ শাখি।। পোইরৈ খুৎহৈব ৱাংঙম শেলহৈব শেনজব অমুদোনবু কৌদুন মালেম লৈরুম তৌ, খোইরু মিতম লাক তরেৎ শেনজা অহিংবন

চীংঙু খোইয়ুম অসীব কোরৌ নোংলিংব, মালেম লৈশেম্ব নমু পোংশেম্ব লাইয়িংথৌ তাইবং খায়ব সনামহীগী চেংলৌ শকপানথোংবু কোল্লু হৈদুন ব্লাঙ্গোই লাইফমদ পুথরগ ফূরা লাইয়িমনুংদ থম, থোইনু অহোঙবীন অমাইবী ওই, লৈশাং খোম্মান অমাইব ওই লৈবাক নিংথৌ পূন্ন ঈরাংথৌনিজখি ।। লাইয়িংথৌ মাবু ঈরাৎ থৌনিজবদগী লৈবাক চাকহোঙ ঙাহোঙন নিংথৌ ফম্বাল মরাচেৎন কুরাউ ফান্ন ব্রাৎ নমুপোংন হেন নুংঙাই য়াইবী মরাং কায়ন পানখি ।।০।।

**মচাক তানফম ওইবা লাইরিকশিং**

(১) ***সনামহী লাইকন (১৯৭২)*** ঃ শিন্দোকপ– ওইনাম ভোগেশ্বর
(২) ***খাগেম্বা লাংজৈ (১৯৬৭)*** ঃ শিন্দোকপ– ওইনাম ভোগেশ্বর
(৩) ***সনামহী লাইহুই (১৯৮২)*** ঃ শিন্দোকপ – ময়াংলম্বম গৌবচন্দ্র
(৪) ***পাখংবা নোংকারোল (১৯৮৩)*** ঃ শিন্দোকপ – নোংথোনবমচা অত্তৌ লুবাং

**৪ঃ মায়চৌ মোইরাং ললহানবগী ব্রারী**– ইকুই কুইদ্রিব ব্রানি ।। ঙসিদগী চহী ২৯০ রোমদ ঙায়রিব, পামহৈব নিংথৌ সনা হাক্তক্কী ব্রারীনি ।। শ্রীহত্তকী নরসিংহ তিলালমদগী সান্তদাস গোসাইন মাগী তুংইন খোঙলোয় ভগবান দাস অমসুং নরায়ন দাস অনীগ লোয়নন মীতৈ লৈবাক কংলৈপাক অসীদ হিন্দু রামান্দি লাইনীং শন্দোক্কে হায়বগীদমক্ত লাকখি ।। নোংম লাইনীং উজা সান্তদাসন রামায়ন পাদুন পোইরে মীয়াম তাহনগে হায়দুন থৌরাঙলকপ মতমদ খাম্বী মৈন তান্ন তান্নদুন চাকলকপদগী মীয়াম পুম্নমক কায়দুন চেন্নখি ।। মীয়াম পুম্নমক ইঙক ঙক্লখি ।। ভগবান দাস, নরায়ন দাস অনীন লৈবাক অসীদ মতীক ময়াই থোইদোকপ করি লাই লৈবগে – হায়ন পামহৈব নিংথৌদ হংখি ।। পামহৈব নিংথৌন ব্রাফম অসী খন্ননব মায়চৌ লৌরেম্ব খোংনাংথাববু কৌহনখি ।। অদুবু মায়চৌ মহাক্তি মহকচাং ঙমদবদগী মায়চৌ মোইরাং ললহানববু সনাকোন্নুংদ চৎলু-ও – হায়খি ।।০।।

সনাকোন্নুং য়ৌরবদ মোইরাং ললহানবন পামহৈব নিংথৌদ–লৈবাক অসীগী মতীক ময়াই থোইব লাইদি চীংঙু তাইবং খায়ব মালেম লৈশেম্ব লাইয়িংথৌ সনামহীনি – হায়খি ।। নিংথৌন মায়চৌ ললহানবদ লাইয়িংথৌ সনামহীগী মতীক ময়াই চম্নব করি পাম্বে লৈবগে – হায়ন হংলবদ মোইরাং ললহানবন–হিঃ করি

য়ানো নিংথেম ! লাইয়িংথৌ মালেম লৈশেম্ব লাইবু কৈদগী মাঙহনব ঙমগদগে — হায়ন খুমখি ।। নিংথৌ পামহৈবন— তাইবং য়ুমথোঙ্ খুদীংদ রামান্দি লাইনীং চৎহল্লগে অদুগী হায়বনি — হায়খি ।। নিংথৌগী য়াহৈ অদু তারবদ মোইরাং ললহানবন— লাইয়িংথৌ সনামহীগী থোইরেল থোইব অথোইব মিংখৈ অসীদি থাফদে ।। থক্ত হৌখিব নবুধৌশিংন নীংনরকপ অমদি শোন্নরকপা লাইনি ।। অদুন ইনিংথৌন লাইয়িংথৌ মাবু হল্লাল্লবদি ইনিংথৌগীসু অদুগ লৈবাক মীয়াম পুম্নমক্কীসু অমাঙব ওইগনি — হায়খি ।। অদুদসু নত্তন মীয়াম খুদীংনসু মা মাগী পারী পুরী লাই ওইব মরম্ন থাদোক্নো শোল্লগনু হায়ব য়ারোই — হায়রবদ নিংথৌ পামহৈব য়াম্ন শাউখি ।। নিংথৌ ঐন তৌগে নীংলবদ লৈবাক কনান থিংগনি ।। নিংথৌ ঐগী ইনীংনি — হায়রে ।। মদু তারবদ মায়চৌ ললহানবন—ঐগী হকচাংসী মতূপ তরেৎ থোক্ল ককলবসু পারী পুরী লাইবু থাব ঙমজরোই ইনিংথৌ ।। ইনিংথৌন ঙশ্মী হায়বগী অদুক তৌগদব মঙায় ।। মদুদি নিংথৌগী অকনব চৈরাক্লি ।। চৈরাক অদু কিদব মীদদি করিসু চঙলোই— হায়ন খুমখি ।।০।।

ভগবানদাস, নরয়নদাস অনীন নিংথৌ পামহৈবদ — ননাই ঐখোয়ন পামজবদি ইনিংথৌগী মফমদ খুরৌ ওইন য়েক্লব ওইদুন য়েৎলিব অসীগুম্ব মীওই অসী লৈরবদি ইনিংথৌগী সনা পূক্লীং কায়ব তারে ।। মীপুম খুদীংবুসু মহাক্ল থিংখিব তাই ।। লৈবাক মীয়াম্নসু ইনিংথৌবু অকি তুজুং লৈররোই ।। মরম অসীন অসীগুম্ব মীশক অসীদি য়াইবী মথৱায় হেক্ত মাঙহনবন অফব ওইগনি ।। মদু য়েংহল্লগদি মীয়াম পুম্নমক নিংথৌবু অকি তুজুং পোক্লগনি হায়ব খুদীং ইল্লগদি — হায়খি ।। য়াফমদু নিংথৌসু য়াখি ।। নিংথৌন মায়চৌ মোইরাং ললহানববু মঙক থৌরী য়ান্দুন মথৱায় মাঙহল্লু হায়ন অহকপ য়াথং পীখি ।। নিংথৌ মনাইশিংন মায়চৌ ললহানববু ফাদুন পুরগে হায়বগী লাক্লবদ ললহানবন— মথংগী নুমিৎ মহাকপু হাৎক্লদব পূংফম অদু সূকসোয় শোয়দন লাক্লে— হায়দুন নিংথৌ মনাইশিং হলহনখি ।। চীংঙু মায়চৌ লৌরেম্ব খোংনাংথাব লাক্লুন ললহানবদ—চীংঙু খোইয়ুম তাইবং খায়ব মালেম লৈশেম্ব লাইয়িংথৌ শরীশিদব মাগী মিংখৈরেলবু উনবী নুংদ চেৎন থাগোনজৌ নঙক থৌরী কোঙ্গোই হুক্লবসু খাম্বী মৈপোক থোক্লনি — হায়ন পাউতক্লপিখি ।।০।।

মথং নুমিৎকী নোংহেক ঙানবগ মায়চৌ মোইরাং ললহানবন সনা কোনুং কাখি ।। ননাই ইপু লাকচরে— হায়দুন নিংথৌ পামহৈবদ খুরুমজখি ।। নিংথৌন

খুম্বীবদি লায়রদুন— থুন য়াঙন মায়চৌ ললহানববু মণ্ডক্ত থৌরী কোঙ্গোই হুক্লগ মথব্রায় মাঙহল্লু—— হায়ন য়াথং পীখি ।। মণ্ডক থৌরী কোঙ্গোই হুক্লগ ফৈদাপুণ্ড য়ৌরবদ মায়চৌ ললহানবন অতিংকোক মরু শিদব, য়াইবী য়েলহৌঙৈগী, অমম লৈশা হাল্লকপ, খেরে নুঙগুম তগুপ্প, থোইদিং নোংথাং তরংলেন, তরং লাইজ ঈপোকপ চীংঙু খোইয়ুম অসীব লাইয়িংথৌ সনামহী তাইবংখায়ব মাগী মিংখৈবু পায়ম পীবুক পীন শোনজখি ।। মতৌ অসী উরবদ চীংঙু তাইবং খায়ব মৈরী তোমশাংনব মৈবী হান্দোংব লাইয়িংথৌ মৈরি মতোন সনামহীন মায়চৌ মোইরাং ললহানবগী মণ্ডক থৌরী কোঙ্গোই হুকপবু খাম্বী মৈরি হৌহন্দুন চাকথেকহনখি ।। খাম্বী মৈরীক থোক্লকপ অদুন নিংথৌ মনাইশিংবু তান্ন তান্নদুন মফি মরোল মশা মউ মৈ চাকহনখি ।। অসূম্ন চীংঙু খোইয়ুম অশীব তাইবংখায়ব লাইয়িংথৌ সনামহীন মনাই মায়চৌ মোইরাং ললহানবগী য়াইবী মথব্রায় কনবীখি ।।০।।

পাবীরিবশিংন লাইয়িংথৌ সনামহীগী মতীক ময়াই, মিংখৈরোল অমসুং লাইয়িংথৌগী থৌজাল ফংপ্রব মীওই খরগী ব্লারী পাবীপ্রব মতুং অসীদদি মখা তারকপ ওইন মীতৈ ফূরুপকী শাগোন্নরকপ লাইনীং অসীগী মমিং সনামহী লাইনীং কৌনরকলিব অসীগী মরমশিং মথংগী পন্দুপ্ত ফংবীগনি ।।০।।

**মচাক তানফম ওইব লাইরিকশিং**

(১) ***সনামহী লাইকন (১৯৭২):*** শিন্দোকপ– ওইনাম ভোগেশ্বর।
(২) ***খাগেম্বা লাঙজৈ (১৯৬৭):*** শিন্দোকপ–ওইনাম ভোগেশ্বর
(৩) ***সনামহী লাইহুই (১৯৮২) :*** শিন্দোকপ – ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র



# ৭

# লাইনীংগী মিংথোল: সনামহী লাইনীং

মালেম অসীদ লৈরিব লাইনীং অয়াম্বগী মমিংশিং অসী করম্ন ওইরকখিবগে অমসুং থোনখিবগে হায়বগী ৱাফম অসী য়াম্ন শমজীন্ন মখাদ লৌখৎচরি ঃ(১)

(১) তেংবানবগী মপু ওইব থোইরেল থোইব অথোইব লাই অম লৈ হায়ন লাইনীং অয়াম্বন থাজনৈ।। অদুবু তেংবানব মপু মহাক্কী মমিং লৌদুন লাইনীং অয়াম্বগী মমিং থোন্নদে ।।০।।

(২) লাইনীং অমগী হৌরকফম ওইরিব ফুরূপ অদুগী মমিং লৌদুন লাইনীং অদুগী মমিং খণ্ডনবসু য়াওই ।। খুদম ওইন হিন্দু লাইনীং (ধর্ম্ম) পনব য়াই ।। অদুবু চৎনবী অসীগী খুদোংচাদব অমদি লৈ মদুদি অতোপ্প ফুরূপকী মীওইশিংন অসীগুম্ব লাইনীং অসী লৌজগে হায়রবদি মীওইশিং অদুন লাইনীং অদুগী হৌরকফম ওইরিব ফুরূপ অদুগী মনুংচনব মীওই ওন্দব য়াদবগী মৱোঙদ লাকই ।।০।।

(৩) করিগুম্ব লাইনীং খরদি লাইনীং অদুবু পুথোকপ লাইপোক্লি হায়ন থাজনব মীশক অদুগী মমিং লৌদুন লাইনীং অদুগী মমিং কৌনবসু য়াওই ।। মদুগী খুদমদি গৌতম বুদ্ধন হৌদোক্লম্ব বৌদ্ধ লাইনীং, মহাবীর জৈনন হৌদোক্লম্ব জৈন লাইনীং, যীসু খৃস্তন হৌদোক্লম্ব খৃস্তিয়ান লাইনীংগী মমিং পনব য়াই ।।০।।

(৪) করিগুম্ব লাইনীং খরদদি হান্ন লৈরম্লব লাইনীংদ অনৌব ৱাখল ফিদম কয়া হাপচিন্দুন লাইনীং অদুবু অমুক নৌহৌন শন্দোকপ মীশক অদুগী মমিং লৌদুন লাইনীং অদুগী মমিং থোনব য়াওনৈ।। মতাং অসীদ গৌরচন্দ্র মহাপ্রভুন হৌদোক্লম্ব গৌরিয়া বৈষ্ণব লাইনীংগী মমিং পনব য়াই।। মীতৈ ফুরূপকী শাগোন্নরক্লব লাইনীং অসী হৌদোক্লম্ব অককনব মীশক লৈতে।। অদুবু লাইনীং অসীবু শিথরুবদগী

অমুক নৌন হিংগৎনবগী ঈহৌ শাগৎলম্ব মীশক্তি লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোনি ।। অদুম ওইনমক, মীতৈ ফুরুপকী অরিব লাইনীং অসী কনানসু মহাক্কী মমিং লৌদুন কৌনরক্তে ।।০।।

(৫) লাইনীং অমগী লাই কয়ামরুম লৈব য়াওরবদি লাইশিং অদুগী মরক্তগী অথোইব লাই অমখক্কী মমিং লৌদুন লাইনীং অদুগী মমিং থোনবসু চৎনৈ ।। মদুগী খুদমদি — হিন্দুগী লাই বিষ্ণুগী মমিং লৌদুন থোনখিব বৈষ্ণব লাইনীং, কৃষ্ণগী মমিং লৌদুন থোনখিব কৃষ্ণ লাইনীং (ইন্তর্নেশনেল কৃষ্ণ কন্সিয়স্নেস) অসীনি ।।০।।

লাইনীং অমগী মমিং করম্ন ওইরকখিবগে অমসুং থোনখিবগে হায়বগী ৱাফম মথক্ত নৈনজখিব অসীদগী অয়ীবন হায়জনীংঙ্গিবদি মীতৈশিংগী শাগোন্নরকপ লাইনীং অসীগী মমিং সনামহী লাইনীং হায়ন কৌনরিব অসী খ্বাইদগী চানব, অফব অমসুং অচুম্ব মিংথোলনি হায়বসীনি ।। মসীগী মরুওইব মরম খর মখাদ পীজরি ঃ

(১) মীতৈ ফুরুপকী শাগোন্নরকপ পারম পুরমচৎকী ওইব অরিব লাইনীংদ লাই কয়ামরুম লৈ ।। অদুম ওইনমক, লাইয়িংথৌ সনামহী হায়ব লাই অসীন লাইশিং অদুগী মনুংদ খ্বাইদগী হেন্ন মতীক ময়াই লৈব লাইনি ।। মহাক্কী মতীক ময়াইগী মতুংইন্ন মহাকপু ভোঙান তোঙানব মমিং কয়ামরুম্ন খঙনৈ ।। চীংঙু অতিংকোক মরু শিদব, চীংঙু খোইয়ুম অসীব, অমম লৈশা হান্নকপ, খোইরা লীহৌ নাইদব, তরং লাইজ ঈপোকপ, কোরৌ নোংলিংব, মালেম লৈশেম্ব, মপুক্র কোরৌ নোংওইব, মনম্ন মালেম লৈওইব, মহীরেল, নমু পোংশেম্ব, চীংঙু তাইবং খায়ব, লাই ৱাহায়ব, সম্ফোঙ নিংথৌ অপানব, অপোক অশি নোংদম্ব, খম্নুং য়াইথোঙ শিনসূব, লৈবাক মাইব খুরাই তাঙব, নিংথৌ মাইব চিরাই তাঙব, কোনশেং সনা পিবারেল, সনামহী ঙৌবরেল — অসীনচিংবশিং অসী লাইয়িংথৌ মাগী মমিংশিংনি ।। লাইয়িংথৌ মাদি নমু তাইবং মীওইব ঐখোয় পুম্নমকপু লাংশল কাওরেল শনশেনবগুম অয়ুক ঙন্ন কোনথোকপিব নুমিদাং ঙন্ন কোনশিনবীব লাইনি ।। লাইয়িংথৌ সনামহী কৌব লাই মাদি তেংপানব মপুসু মহাক্নি; মপু মাগী মপারীসু মহাকনি; মপু মাবু ফংজনবগী পম্বেসু মহাক্নি ।। লাইয়িংথৌ মাদি তাইবং মীওইব ঐখোয়ন হিংদুন লৈরিঙৈদসু য়াইফ নুংঙাই ফংজনবগী অদুগ শিরব মতুংদসু

তেংবানব মপু চীংঙু খোইয়ুম য়াইবীরেল শিদববু ফংজনবগী লান্ন-থোংজাউ ওইব লাইনি ।। তাইবং মীওইব ঐখোয়বু নুংঙাই য়াইবী মরাং কায়ন পানজনবগীদমক্ত চীংঙু খোইয়ুম য়াইবীরেল মহাক মশামক্ক তাইবং য়ুম্বুম খুদীংদ সম্থোঙ নিংথৌ অপানব লাইয়িংথৌ সনামহী মহীরেল ওইন ঙানথোইবীরবনি ।।[২] তেংবানব মপু মহাক্ক নীংলিব পৃক্লীংগী অপাম্ব থবক পুম্নমক পাঙথোক্লবগীদমক্ত লাইয়িংথৌ সনামহী ওইন শায়োল্লকখিবনি ।।০।।

(২) লাইয়িংথৌ সনামহী মাদি তাইবং য়ুম্বুম খৃদীংগীসু অদুগ লৈবাক নিংথৌগীসু ওইব লাইনি ।। লাইয়িংথৌ মাদি মীতৈশিংত নত্তন তোঙান তোঙানব ফৃরূপকী মীওইশিংনসু নীংনৈ ।। খৃদম ওইন কুকি, তাংখুল, কবুই, পুরুমনচিংবশিংগী মরক্তসু নীংনব লাইনি ।।০।।[৩]

(৩) মীতৈশিংগী মরক্ত হৌজিক্তি তোঙান তোঙানব লাইনীং চৎপ মীওইশিং য়াওরে ।। হিন্দু লাইনিং চৎপদ নত্তন মীতৈশিংগী মরক্ত মীতৈ খৃস্তিয়ান, মীতৈ ইস্কোন, মীতৈ বৌদ্ধ, মীতৈ বহাই লৈরকপগী ব্রাফম তাব ফংলে ।। মরম অসীন মীতৈ নত্তুগ মৈতৈ লাইনীং হায়ব অসীন মীতৈ ফৃরূপকী চপ চাব লাইনীংগী মশক তাকপ ব্রান থোক্লগনি ।। মীতৈ/ মৈতৈ হায়ব অসীদি ফৃরূপকী মমিংনি ।।০।।

(৪) চক মরিগী মনুংদ অহানব চক ওইরিব হয়ি চক্ত পানখিব কাংব নিংথৌন সনামহী লাইনীং হৌদোকখিবনি হায়নৈ ।।[৪] অদুবু অয়ীবন খনবদি কাংব নিংথৌগী আঃ মমাঙদগী লাইনীং অসী লৈরকলমফম থোকই হায়বসীনি ।। মরমদি লাই মাদি লৈশেমলোন ব্রারীগী মতুং ইন্ন য়ুম্বুম খৃদীংগী নিংথৌ ওইদুন লাকপ খ্বাইদগী মরুওইব লাইনি ।। সনামহী লাইনীংদি হৌরকফম মরু লেমফু লাম্ব ফংদব অরোইব লৈররোইদব মতম পুম্নমক্কী ওইব অরেপ্প লাইনীংনি ।। কাংব নিংথৌগী মতমদ লাইয়িংথৌ সনামহী নীংববু অরেপ্প অচুম্ব লাইনীং ওইন নীংনরম্মী ।। অরেপ্প অচুম্ব খঙব হায়বসীদি লাইয়িংথৌ সনামহীবু খঙব হায়বনি ।। অরেপ্প অচুম্ব ব্রা হায়ববু ঐখোয়ন শরী ব্রাশকপ কৌনৈ ।। শরী হায়বসী লাইয়িংথৌ সনামহীগী অতোপ্প মমিং অমনি ।। [৫] শরী ব্রাশকপ হায়বগী ব্রাহন্দোক্তি লাইয়িংথৌ সনামহীগী মমিং পন্দুন ব্রাশকপ হায়বনি ।।০।।

(৫) সান্তদাস গোসাইন নিংথৌ গরিবনিব্রাজগী মতেং লৌদুন হিন্দু রামান্দি লাইনীং শন্দোক্লব হোৎনরকপ মতমদ নিংথৌন — লৈবাক অসীগী য়ুমথোঙ

খূদীংদ রামান্দি লাইনীং চৎহনগে, সনামহী মিংখৈ থাদোকহল্লগে– হায়খি ।। নিংথৌ অসীগী হাক্তক্ত লিলোং তুরেল ঈরোঙদ ঈরুপ্প মতমদ লাইয়িংথৌ সনামহী শিদবগী মিংখৈ থাদোক্লগে রাম নাম শোল্লগে হায়ন থ্রাশকখি ।। [৬] রামান্দি লাইনীং চৎখি ।। মসীন তাকলিবদি রাম নাম শোনব রামান্দি লাইনীং চৎত্রিঙৈদ সনামহী মিংখৈ শোনব সনামহী লাইনীং চৎলম্মী হায়বসীনি ।। রামান্দি লাইনীং চৎপ হায়বসী সনামহী লাইনীং থাদোকহনব হায়বনি ।। ০।।

(৬) খৃস্তকুম ১৯৪৭ ত মীতৈশিংগী শাগোম্নরকপ পারম পুরমচৎকী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগ মরী লৈনন মতমদুগী ব্রহ্মসভান মীতৈ হিন্দু খুন্নাইদগী ইহোৗকখিব মীওই ৩৮ (কুম্ভানিপাল) অদুবু ব্রহ্মসভান ইহোৗকপগী য়াথং-চে অদুদ সনামহী লাইনীং (ধর্ম্ম) চৎপ মীওই হায়ন কৌখি ।। [৭] হিন্দু লাইনীং থাদোক্লুন পারম পুরমগী লাইনীং চৎপ মীওইশিংবু গৌরধর্ম্ম চৎপ মীতৈশিংন সনামহী কাঙবু হায়ন খঙনরকখি ।। হৌজিকসু অদুম খঙনরি ।। লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোন মীতৈ ফূরূপকী অরিব লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ শাগৎলকপ মতমদ ঈহৌ অসী মায় পাক্লবগীদমক্ত লাইয়িংথৌ সনামহীদ থৌজাল নিজখি ।। মহাক্ল হায়—লাইয়িংথৌ সনামহী ইবুংঙো ! লোৎতুন লৈবীরনু ।। ননাই ঐখোয় মীৎকপ থোকচরে ।। থৌগনজরনি ।। ননাই ঐখোয়বু চানবীয়ু ।।০।।[৮]

(৭) ফূরূপ অসীগী অরিব লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ অসীবু কংলৈপাক মনিপুরগী পুৱারী সূব প্রোফেসার গাংমুমৈ কবুইন সনামহী লাইনীং ঈহৌ (সনামহী মুভমেন্ত) কৌই ।।[৯] লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ অসীবু দাক্তর নাউরেম সনাজাউবন ইদিত তৌব Manipur Past and Present Vol. II. দ সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ কৌই ।। অমসুং লাইনীং অসীবু সনামহী লাইনীং (সনামহীজম) হায় ।।০।।[১০]

(৮) লমদম অসীগী ওইন আইনগী মরমদ খঙহৈরব লৈবাক্ল শকখঙনরব অহনথেম নিলমনিন উমংলাইগী মতাং ইরকপদ অসুম্ন হায় – মনিপুরগী মরুওইব লাইনীং (ধর্ম্ম) অম ওইন মাঙলমচত্তগী লৈরক্লব সনামহী লাইনীং চৎপশিংগী মখূত্ত উমংলাই লোয়শঙ অসী নীংশিংব থোক্লব মতমদগী লৈরকই ।।[১১] মফম অসীদ ***সনামহী লাইনীং*** হায়রিব অসী মীতৈ ফূরূপকী শাগোম্নরক্লব লাইনীংবুনি ।।০।।

(৯) ***লাইনিংথৌ সনামহী তেমপল এক্ত, ১৯৭৬*** ত মীতৈশিংগী অরিব লাইনীং অসীবু ***সনামহী*** কৌই ।। সনামহী তেম্পল বোর্দকী মেম্বর কয়া লৈগদগে হায়বগী ৱাফমদ অসুম্ন হায়– দিপুতি কমিশ্নার অদু হিন্দু ওইব সনামহীসু ওইব নত্তগ সনামহী ওইদ্রবদি মহাক্ত ইম্ফাল ইস্ত নত্তগ ইম্ফাল ৱেস্তকী হিন্দুসু ওইব সনামহীসু ওইব নত্তগ সনামহী ওইব এস:দি:ও: অদুবু নত্তগ মহাক্কী মখাদ সেকেন্দ ক্লাস গেজেতেদকী পোস্ত পায়ব ওফিসার অমবু এক্স ওফিসিও মেম্বর ওইন মহাক্কী মহুৎ শিন্দুন থবক তৌনব থাগদবনি হায়ন ইরি ।। [১২] ***লাইনিংথৌ সনামহী তেম্পল বোর্দ রুলস, ১৯৮২*** দসু মীতৈশিংগী শাগোম্নরকপ লাইনীং অসীবু সনামহী লাইনীং কৌই ।। বোর্দন একজিক্যুতিব ওফিসার নত্তব অতৈ ওফিসার নত্তগ থৌগল্লোয় খনব মতমদ সনামহী লাইনীং (সনামহী রিলিজিয়ন) চৎপ অমসুং লাইশঙ অসীদ পাঙথোক্লিব ঈরাৎ থৌরম্ব য়াব মীশক ওইগদবনি অদু নত্তবদি খনব য়ারোই হায়ন তেম্পল রুলস অসীদ য়াম্ন শেংন ইরি ।।০।।[১৩]

(১০) লৈপাক্ত শক খঙনরব পন্দিত মায়চৌ খুলেম চন্দ্রসেখরন হায়– মতম অমদ লৈবাক অসিদ সনামহী লাইনীংন মপুঙ ওইন চৎনরম্মী ।। হৌজিকসু চৎনরক্লে ।। [১৪] পন্দিত মায়চৌ অসীন 'সনামহী লাইনীংন মপুঙ ওইন চৎনরম্মী' হায়রিব অসী মীতৈ অয়াম্বন হিন্দু লাইনীং লৌদ্রিঙৈদ সনামহী লাইনীং চৎলম্মী হায়বনি অদুগ 'হৌজিকসু চৎনরক্লে' হায়রিব অসীন মীতৈশিংগী মরক্ত হিন্দু লাইনীং থাদোক্তুন সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌদ চঙশিল্লক্লিব অসীবু হায়রিবনি হায়বসী অমুক য়াম্ন শাংথন হায়রুদ্রবসু ইখঙ খঙনরব ৱাফমনি ।।০।।

(১১) মীতৈ ইপা ইপুশিংন থম্বীরম্ব অরিব লাইনীংগী অৱাংব ৱাখললোনগী মরমদ ৱারেং অম ইবদ পন্দিত রাজকুমার হিরন্য সিংহন ৱারেং অদুগী মমিং ***সনামহী লাইনীং দর্শন*** হায়ন মমিং থোল্লি ।। মসীন তাকলিবদি মীতৈশিংগী অরিব লাইনীং অসীগী মমিং সনামহী লাইনীং কৌই হায়বনি ।। [১৫]

(১২) অদুগ লৈবাক মীয়াম পুম্নমক্ত ইখঙ খঙনরব ৱাফম অমন – খৃস্তকুম ১৯৮১ গী মীকোক থীবদ তোঙান তোঙানব লাইনীংশিংগী মরক্ত 'সনামহী' হায়বসীসু লাইনীং অম ওইন য়াওখি ।।০।।[১৬]

মথক্ত পীখ্রিব মরম ময়ামশিং অসীদগী ঐখোয়ন খঙলে মদুদি সনামহী লাইনীং হায়বসী ১) লৈবাক খুম্নাই অসীন শকখঙলব, (২) মনিপুর লৈঙাক্লসু

শকখঙলব, (৩) লৈপাক্কী আইন্নসু শকখঙলব (৪) পুবারী সূবশিংনসু শকখঙলব (৫) লমদম অসিগী শক্লাইরব অখঙ অহে মায়চৌ পন্দিত কয়ানসু শকখংলব করিগুম্ব লূপ নত্তগ কনাগুম্ব মীওই খরন মমিং অসী থোনসি হায়দুন হেক্ত থোনজিনব নত্তব, তপ্প তপ্প মতোমত ওইজরকপ কংলৈপাক মনিপুর পুবারীগী পোৎথোক অমনি ।। তশেংন হায়রবদ কোরৌ নোংলিংব, মালেম লৈশেম্ব, নমু পোংশেম্ব, অপোক অশি নোংদম্ব, অরান খুভম পীঙম্ব, সম্বোঙ নিংথৌ অপানব, চীংঙু খোইয়ুম অসীব লাইয়িংথৌ সনামহীগী থোইরেন থোইব কোলোয় মিংলেন থুমথোইববু লৌদুন লাইনীং অসীগী মমিংবু ***সনামহী লাইনীং*** হায়ন খঙনরিব অসীদি মহৌশাগী ওইব মশাগী অতাবীনি ।।০।।

অসুম্ন হৌজিক্তি মীতে ফূরূপকী য়েলহৌঙেদগী শাগোম্নরকপ লাইনীং অসীবু ***সনামহী লাইনীং*** হায়ন খঙনরক্লিব অসী পুবারীগী ওইব মশাগী অতাবী পোৎথোক্লি হায়ব খঙলব মতুংদ ঐখোয়ন য়েংশিনফম থোক্লিব বাফমদি — সনামহী লাইনীং হায়বসী ফূরূপ অসীগী শাগোম্নরকপ লাইনীং অম ওইব তারবদি ফূরূপ অসীগী পুবারীগী মমাঙ অমসুং পুবারীগী মতমদ লাইনীং অসী করম্ব মবোঙদ লৈরম্বগে হায়ব বাফম অসীনি ।। মরম অসীন মথংগী পন্দুগু ফংবীরগনি খর শমজীনব মবোঙদ 'পুবারীগী মীৎয়েংদ সনামহী লাইনীং' (পুবারী মমাঙ অমসুং পুবারী মতম) ।।০।।

### মচাক তানফম ওইবা লাইরিক, পাউচে অমসুং এক্তশিং

১) (১) — লাইনীং অমগী মমিং করম্ন ওইরকখিবগে হায়বগী বাফম অসী ***History of Religion (1989): Sergei Tokarev*** - য়েংবীয়ু

২) (২)— হেন্না মরীক চুম্ব বারী বাখোঙগীদমক্ত মথক্কী পন্দুপ অনী হায়বদি ***'লাইহিংথৌ সনামহী অমসুং লৈশেমলোন'*** অমসুং ***'লাইহিংথৌ সনামহী মিংথেরোল'*** — য়েংবীয়ু ।

৩) (৩) (৪) (৫)— কুপশিনব বারী বাখোঙগীদমক্ত ***'পুবারীগী মীৎয়েংদ সনামহী লাইনীং'*** হায়ব মথাগী পন্দুপ —য়েংবীয়ু ।

৪) (৬)— ***'সনামহী লাইনীং শিথব মতম'*** হায়ব মথাগী পান্দুপ য়েংবীয়ু ।

৫) (৭) (৯) (১০) — ***'কংলৈপাক মনিপুরদ সনামহী লাইনীং হিংগৎ হৈরৌ'*** হায়ব মথাগী পন্দুপ — য়েংবীয়ু ।

৬) (৮)— ***ঐঙী য়ারেং (১৯৫০):*** অয়ীব— লাইনীংহল নাওরিয়া ফুলো ।

৭) (১১)— ***হুইয়েন লানপাউ*** (১/১১/২০০১)

৮) (১২)– *Manipur Gazette Extraordinary No. 213, Feb. 24, 1977.*

৯) (১৩)– *Manipur Gazette Extraordinary No. 182, Aug, 21, 1982.*

১০) (১৪) – ***ইনাংকী হরাউকুম্মে (১৯৯৪)ঃ*** অয়ীব- খুলেম চন্দ্রশেখর

১১) (১৫) – ***সনামহী লাইনীং দর্শনঃ*** অয়ীব– রাজকুমার হিরন্য সিংহ (সোভিনিয়রঃ অতোম্বাপু রিসার্চ সেন্টর, ইম্ফাল জনু: ৩১,১৯৮৯)

১২) (১৬)– ***পোক্লফম (নুংতিগী পাউচে–২৬/৭/২০০০)ঃ*** ইদিত্তর-গোপাল শর্ম্মা।

১৩) (২-১০) – ***সনামহী লাইনীং – অরিব লাইনীংগী মমিং :*** অয়ীব– সাইরেম নীলবীর (সেমিনার পেপর ৬/৯/৯২) : অশীনব– সনামহী তেম্পল বোর্দ ॥



# ৮

# পুব্বারীগী মীৎয়েংদ সনামহী লাইনীং

**১ঃ পুব্বারী মমাঙ** – কংলৈপাক মনিপুরগী পুব্বারী অসী নোংদা লাইরেল পাখংবন পানব মতমদগী মপুঙ ফান লৈরে হায়ন লৌনৈ ।। নিংথৌ অসীন পানব হৌখিব অসী খৃস্তকুম ৩৩ দগীনি ।। মরম অসীন খৃস্তকুম ৩৩গী মমাঙবু লমদম অসীগী পুব্বারীসৃবশিংন পুব্বারী মমাঙগী মতম হায়ন লৌনৈ ।। মতম অসীগী ওইব পুব্বারী শাগৎনব অখঙ অহৈ কয়ানা হোৎনরি ।। নোংদা লাইরেলদগী ইনিংথৌ লৈশেম্ব সনাজাউব ফাওবদ নিংথৌরোল ৭৭ (হুমফুতরা তরেৎ) রোমনি ।। চহী ২০০০ নি ।।[১] নিংথৌ অমন চাংচত্ত চহী ২৬ রোম পানখি ।। হয়ি চক্তগীন নোংদা লাইরেল পাখংবগী মমাঙ ফাওবদ নিংথৌ ১৬৩ পানখি ।। [২] নিংথৌ অমন চাংচত্ত চহী ২০/২০ খক্ত পাল্লব ফাওবদ ১৬৩ x চহী ২০= চহী ৩২৬০ নি ।। চাউরাক্র চহী ৩০০০ (লীশীং অহুম) নি হায়ব য়াই ।। কাংব নিংথৌ অসী হয়ি চক্কী অহানব নিংথৌনি হায়ন লৌনৈ ।। মরম অসীন মহাক অসী খৃস্তগী মমাঙ চহী ৩০০০ (লীশীং অহুম) গী অদুব্বাইদ নিংথৌ ওইরম্মী হায়ন লৌবদ থোইন কায়রোই ।। পুব্বারীগী ওইব মীৎয়েংদ, কাংব নিংথৌন সনামহী লাইনীং হৌদোকখি হায় ।।[৩] নিংথৌ অসীগী হাক্তক্ত সনামহী লাইনীং লৈরে হায়ব ব্বাফম অসীদি চুমলে হায়ন লৌবদ থোইন কায়রোই ।। ***নিংথৌ কাংবরোল*** পুয়ান হায়– "নিংথৌন (কাংব) লৈবাক মীয়াম্বু পুক্লীং চুম্ন য়াথং লেপনবগীদমক লাইয়িংথৌ সনামহীবু নুঙগী লাইশক মওং শেম্ন শাহল্লগা চীংদোলদা লাইয়িম শাদুন লাৎ খিএ ।। লৈপাক্কী অচুম অরাল থোক্লবদ ফীরাল য়ুংহল্লগা খুৎথিল চাংদম য়েংনৈএ ।। ফীরাল য়ুংবগা খমকোল মালং অয়াংবনা কম্ন শীৎলকএ ।। ফীরালন তুম্রিমখৈ শীৎএ ।। অদুগীদমকপু লমলেন ব্বারোইচীং-ও তৌনা কৌএ ।। লৈবাক মীয়াম্ন নীংনরম্বা লাইদি সনামহী কৌব লাই থোইথোইববু নীংনরমএ ।।[৪] ***সাকোক লমলেন অহানব*** পুয়ান অমুকসু হায় – "নিংথৌ

(কাংব) অসীগী হাক্তক্তা লাইবু নীংবা লমচত্তি অরেপ্পা লাইনীং ওইনৈএ ।। লাইদি সনামহীনে ।। অরেপ্পা হায়বদি মহাক খঙববু কৌএ ।।"[৫] ৱাফম অসীগী মতাংদ প্রো: গাংমুমৈ কবুইন হায় –"মীয়াম্না লাইয়িংথৌ সনামহীবু লাৎনরম্মী ।। অদুগ মখোয়গী লাইনীংদি অচুম্বা অমসুং অচুম্বা ৱায়েন্দ থাজনবীনি ।।"[৬] ***সাকোক লমলেন*** গী মতুংইন্না অচুম্বা হায়বসীগী ৱাহন্দোক্তি সনামহীবু খঙজব হায়বনি ।।[৭] চক অসীদ পানখিব নিংথৌ ককসুব অমসুং পিতিংকোইন সনামহী নীংলম্বগী ৱা ***নিংথৌ কাংবরোলদ*** ইরি ।।[৮] চক অসীদ লাইয়িংথৌ সনামহীগী মমিং অমদি সরী কৌরম্মী ।।[৯] শোয়রোইদৌব অরেপ্প অচুম্ব ৱা হায়ববু 'সরী ৱাশকপ' হায়ন হায়নরক্লিব অসী লাইয়িংথৌ সনামহীগী মমিং পন্দুন ৱাশকপ ওইব মশান তাবনি ।। হয়া চক্কী অহানব নিংথৌ শোপাইবন মচা ফংজনবগীদমক্ত লাইয়িংথৌবু নীংজখি ।। লাইয়িংথৌ সনামহীবু নীংজবগী মহৈ ওইন মপারী পুথিব ফংজখি ।।[১০] হয়ি চক্ত পানখিব নিংথৌ খীং খীং ঙাওবন লাইয়িংথৌ সনামহীবু নীংজবদগী মপারী অম ফংজখি ।। অৱাব তাহল্লবী পেনু লৈমবু লাইয়িংথৌ সনামহীন মীহাৎপ ওইন সায়োল তৌদুনদ কনবিখি ।।[১১] হয়া চক্ত নিংথৌ কুপত্ত্রেংগী মতমদ মপারী মমোম মমিত্ত উব ফংজদ্রব খুল্লেলঙম্ব কৌব অঙম্বন লাইয়িংথৌ সনামহী নীংজবদগী মমোম সন্নরেম্বী ফংজখী ।।[১২] লোক্তাক পাৎন তাকয়েল খোঙবাল য়ৌন শন্দোকলিঙৈদ মোইরাংগী লাইহলঈ তুরেল মপাল তাব হনুব হনুবী মতৈ মনাউ অনীন লাইয়িংথৌ ফক্তোম অরিব সনামহীগী থৌজাল ফংজবদগী পাখং লৈশাবীগুম নহা ওনথোক্লক্তুন চাদা নাউদা সন্ন নুংঙাই য়াইবী মরাং কায়ন পানখি ।।[১৩] পন্দিত (স্কোলার) খরন লৈবাক অসীদ পুৱারীগী মমাঙ নত্ত্রগ পুৱারীগী মতমদ বৈদিক ধর্ম্মা চৎলম্মী হায়ব উৎনব হোৎনরিবশিং অসীদি করিসু কান্নরোইদবদ হোৎনবনি ।।[১৩ক]

**২ঃ পুৱারী মতম** – লাইয়িংথৌ সনামহীন তাইবংমীগী য়ুমদ চঙদুন ইমুং লাই অম ওইন লৈখিব অসী লৈশেমলোনগী ৱারী মতুংইন্নদি মীওইবন য়ুমলিং খুল্লিংদুন লৈরকপা মতমদগী ওইগনি ।।[১৪] মরমদি লৈশেমলোনগী ৱারী মতুংইন্না, হয়েং তাইবংন খুল্লিংলবদ লাইয়িংথৌ সনামহীবু তাইবং য়ুম্বুম খুদীংগী নিংথৌ ওইজৌ হায়ন মপন পাষ্থৌ তাইবং মপুন হায়খি ।। [১৫] কোনজিল তিংথোকপ

পাখংবগী তাইবং লাংওন ওইরব তুবী য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাখংবগী মতমদ লাইয়িংথৌ সনামহীবু য়ুম্লুম খুদীংদ ইমুং লাই অম ওইন লাৎনরম্মী ।।[১৬) খৃস্তকুম ৩৩দগী নিংথৌ ওইদুন পানখিব নিংথৌ অসীন তেংবানব মপু য়াইবীরেল শিদব, ইমা লৈমরেল শিদবী অমসুং লাইয়িংথৌ সনামহীগী লাইয়িম অহুম শাদুন কৎখি ।।[১৭] মহাক্কী মতমদ লাইয়িংথৌ সনামহীগী অতোপ্প মমিং অমদি পোইনাউতা হায়নসু খঙনরম্মী ।।[১৮] নিংথৌ অসীগী হাক্তক্ত য়ুমথোঙ খুদীংদ লাইয়িংথৌ সনামহী লাৎনবগী পোৎচঙ চৈজঙ হৈকৎ লৈকৎ অমসুং থৌনিরোল লাইশোলগী পরিং পথাপ ফজন লৈরে ।।[১৯] নোংদা লাইরেল পাখংবন নিংথৌ ওইরকপ মতমগী ওইব কংলৈপাক্কী পুৱারী য়েংলুরগদি নিংথৌ অসীন চৎলম লুতিন পরম পথাপ শেমদুন য়ুম্লুম খুদীংদ লাইয়িংথৌ সনামহীবু ঈরাৎ থৌরম তৌহনখিব অসীমক্তি মহাক্ত নিংথৌ ওইদ্রিঙৈদ কংলৈপাক অসী খুনজাই লৈচাইদুন লৈপাক কাংখোং চাইরুব অদুগী মতুং তারকপ ওইন মহাক্ত পাল্লব মতমদ লৈবাক তঙদু লৈতান য়ুমলিং খুল্লিংদুন লৈপাক খুন্নাইগী অনৌব পুন্সি অম হৌবগী মৱোঙ ওইগনি ।। ০।।

মথক্তসু হায়প্রে মদুদি সনামহী লাইনীং হায়রগ লাইয়িংথৌ সনামহী মতোমতবু নীংব অমসুং লাৎপ নত্তে; ফৃরূপ অসীগী পারম পুরমগী ওইব লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা কয়াবুসু ঈরাৎ থৌনি তৌনরকই ।। লাইনীং অসীগী মরুওইব শরূক অম ওইরিব উমংলাই হরাউব অসী খৃস্ত মমাঙদগী লৈরকখিবনি ।। খৃস্তগী ৭/৮ শুব চহী চাদ পানখিব নিংথৌ নাউথিংখোংগী মতমদগী ঈহৌ অমগুম চাউখৎলকখি ।।[১৯ক] খৃস্তগী ১১শুব চহী চাদ পানখিব নিংথৌ লোয়য়ুম্বগী মতমদদি (খৃস্তকুম ১০৭৪-১১১২) করি য়ুম্নাক্ত করি লাই শঙগনি, করম্ব অমাইবন করম্ব লাইগী ঈরাৎ থৌরম তৌগনি হায়বগী মশিন পীরে ।।[২০] খাগেম্ব নিংথৌ (খৃস্তকুম ১৫৯৭-১৬৫২) অসীদি লাইয়িংথৌ সনামহীবু চেৎন থাজব অমসুং নীংজব নিংথৌনি ।। মী অয়াম্বন অতিংকোক মরুশিদব লাইয়িংথৌ সনামহী তাইবং খায়বগী মশক মৱোঙ নাইদে হায়নব অদুদ লাইয়িংথৌ মাগী চেংলৌ মশক মৱোঙ খঙজ উজগে হায়ন নীংজখি ।। লাইয়িংথৌগী মশক মৱোঙদি তাইবংমীগী মশক মৱোঙ মান্ন নীংজরবসু য়াই হায়ববু খঙহল্লগে নীংলদুন চীংভু তাইবং খায়ব লাইয়িংথৌ সনামহীন নিংথৌ মাগী মপারী ওইন শায়োন্দুন মশানৌ লৈমরেলগী শিয়োম্মুংদগী

তাইবং ফাওরকখি ।।[২১] নিংথৌন মাগী মপারী অহনব ওইবগীবু সনাৱাপীহল-ও হায়ন কোলোয়মিংহুন তমখি ।। চহী ৭ (তরেৎ)ক নোংম হেনবদ মপারীন মালং ফেনচী ওইন তাইবং থাদোকখি ।। লাইয়িংথৌ সনামহীন থোইনু অহোঙবী অমসুং লৈশাং খোম্মা থারক্তুনা মাঙখ্রব মপারী অদু লাইয়িংথৌ সনামহীগী শায়োন্নি হায়ন হায়হল্লখি ।। লাইয়িংথৌ মাগী মশক্তু মিয়েংশেলদ থোক্লক্তুন খাগেম্বদ উইহনখি ।। নিংথৌগী নীংব থুংজখি ।।[২২] লাইয়িংথৌ সনামহী মাবু তাইবং মীওইবগী মশক মৱোঙ ওইন পুক্নীংদ লাকশিনজদুন ঐখোয় মীওইবন নীংজব য়াই হায়বদু খাগেম্ব নিংথৌদ তাকপিখিবগী ৱারীনি ।। শেঙ্গব অমুদোন কৌদুন লাইয়িংথৌ সনামহীগী চেংলৌ শকপানথোংবু নমু পোংশক মান্ন তরেৎ শেলহিংন হৈদুন শাহনখি ।। অদুগ লৈশেমলোন ৱারীদ য়াওব লাইফম অম ওইরিব লমলেন ৱাঙ্গোইদ লাইয়িম শাদুন ঈরাৎ থৌনি তৌজখি ।।[২৩] নিংথৌ অসীগী হাক্তক্ত উমংলাই হরাউবসু মপুঙফান চাওখৎখি ।। [২৪] নিংথৌরোল মথং মথং য়ুম্লুম খৃদীংমক্ল ইমুংগী সম্বোং পাংব কাচিন্দ লাইফম ওইদুন ঈরাৎ থৌরম তৌনরকপদ নত্তন তরেৎ শেলহিংন শাব লাইয়িংথৌ মাবু লৈবাক নিংথৌগী লাই ওইনসু খুঞ্জাউব, পাইখোম্ব, চরাইরোংব অমসুং পামহৈবন পানব মতমগী অহানব তংখাই অদুৱাই ফাওব লাইয়িংথৌ সনামহীবু থোইরেল থোইব লাই অম ওইন নীংনদুন লাকখি ।। অসূম্ন কংলৈপাক্কী পুৱারীগী মতম হৌরকপদগীসু হায়বদি খৃস্তকুম ৩৩ নোংদা লাইরেল পাখংবন পানব মতমদগী খৃস্তকুম ১৭১৭ অদুৱাইফাওব চহী ১৭০০ লোম চুপ্প সনামহী নীংবন মীতৈ ফুরূপকী লাইনীং ওইদুন লাকখি ।। মরম অসীন লমদম অসীগী পন্দিত খরন লৈবাক অসীদ পুৱারীগী মমাঙ নত্তুগ পুৱারীগী মতমদ হিন্দুগী বৈদিক ধর্ম্ম চৎনরম্মী হায়ব উৎনব হোৎনরিবশিং অসীদি কান্নদবদ হোৎনবনি ।।[২৫] লমদম অসীগী পুৱারীগী মরক মরক্ত লৈবাক অসীদ নোংচুপ লমদগী বামোনশিং চঙলক্তুন খুন্দা লৈতাখিবন মরম ওইরদুন মীওই খরন বিষ্ণু লাৎপ অসী খৃস্তগী ১৫ শুব চহী চাদগী য়াওরম্লব ফাওবদ লৈবাক অসীগী কনাগুম্ব নিংথৌ অমত্তন খৃস্তগী ১৮ শুব চহীচাগী মমাঙদদি বৈষ্ণব লাইনীং নত্তুগ করিগুম্ব মখল অমত্তগী হিন্দু লাইনীং লৌরমদে ।।[২৬] চহী চা অসীগী মমাঙদ করিগুম্ব মখলগী হিন্দু লাইনীংন লৈবাক্কী লাইনীং ওইখিব লৈতে ।। ৱাফম অসীদি অচুম্বনি ।। অদুবু মৈদিংঙু গরিবনিৱাজগী (খৃস্তকুম ১৭০৯-১৭৪৮) হাক্তক খৃস্তকুম ১৭২০/

৩০ অদুরাইদগী সনামহী লাইনীং অসী শিথব হৌখি॥ সনামহী লাইনীং থাদোকহন্দুন মীতৈ অয়াম্ববু হিন্দু রামান্দি লাইনীংদ লাইমিং লৌহনখি॥ সনামহী লাইনীং শিথবগী মরীক চুন্নব রারী রাখোঙ অদু মথংগী পন্দুপ্ত থমজরে॥


**মচাক তানফম ওইব লাইরিকশিং**

১) (১) – ***চৈথারোল কুম্বাবা (১৯৬৭)ঃ*** শিন্দোকপা - ইবুংঙোহল অমদি খেলচন্দ্র

২) (২) (১২)– ***সন্ত্রেখী চৈত্রা (১৯৭৭) ঃ*** অয়ীব- নিংঙোম্বম মনিজাও

৩) (৩) (৪) (৭-১০)– ***নিংথৌ কাংবরোল (১৯৭৬) ঃ*** শিন্দোকপা- নোংথোম্বমচা অঙৌ লুরাং

৪) (৩) – ***লৈথক লৈখারোল (১৯৬৭)ঃ*** শিন্দোকপ - য়েংখোইবা ভাগ্য

৫) (৫)– ***শকোক লমলেন অহানব (১৯৭৩)ঃ*** পুখোকপ - ইবোহল অমদি রাজেন

৬) (৬) – ***History of Manipur Vol.-I (1991):*** Prof. Gangmumei Kabui

৭) (১২)– ***পুয়া মৈহৌব-২ শুব শরক(১৯৬৭)ঃ*** অয়ীব - হিজম মনি

৮) (১১)(১২)(১৬-১৯)–***নিংথৌরোল শৈরেং (১৯৬৭)ঃ*** অয়ীব- ওইনাম ভোগেশ্বর

৯) (১৩)(১৫)– ***লাংওল (১৯৭৭)ঃ*** অয়ীব- থোকচোম রাজো (অমাইবী)

১০) (১৪) (১৫) – ***লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিংগী রারীশীংবুল (১৯৯৯)ঃ*** অয়ীব- প্রো: সাইরেম নীলবীর

১১) (১৫) (২১) (২৪)– ***সনামহী লাইকন (১৯৭২)ঃ*** শিন্দোকপ - ওইনাম ভোগেশ্বর

১২) (২০)– ***লোয়য়ম্বা শিনয়েন (১৯৭৫)ঃ*** শিন্দোকপ- খুলেম চন্দ্রশেখর

১৩) (২৩)– ***খাগেম্বা লাঙজৈ (১৯৬৭)ঃ*** শিন্দোকপ- ওইনাম ভোগেশ্বর

১৪) (১৯ক) (২৪)– ***মনিপুরী জগোই সেমিনারগী নৈনখিব মশক(১৯৭১)ঃ*** লেংশিনব- এলাংবম নীলকান্ত (মনিপুর স্তেত কলা একাদেমী)

১৫) (১৩ক) (২৫)– ***Social and Religious Reform Movement in the 19th and 20th Century :*** Prof. Gangmumei Kabui (Bulletin of the Division of History–1974-75: Centre for Post Graduate Studies J.N.U., Imphal.)

১৬) (২৬)–***A Note on the the Phayang Copper Plates of King Khongtekcha :*** Prof Gangmumei Kabui (Cultural Flow- Vol.- IV, Jan, 1972).




# ৯

## সনামহী লাইনীং শিথব মতম

চরাইরোংব নিংথৌদ (খৃস্তকুম ১৬৯৭-১৭০৯) হিন্দু লাইনীংগী ঈথিল চঙখি ।। অদুম ওইনমক নিংথৌ অসীন মীতৈশিংগী শাগোন্নরকপ পারম পুরমচংকী লাইনীং হায়বদি সনামহী লাইনীং মুৎথৎনব থবক্তি পায়খৎলমদে ।। অদুবু মহাক্কী মথংদ পানখিব গারিবনিৱাজ/পামহৈব নিংথৌনদি (খৃস্তকুম ১৭০৯-১৭৪৮) পারম পুরমচংকী লাইনীং অসীবু মুৎথৎনব হিন্দু রামান্দি লাইনীং শন্দোক্লব অমসুং মদুগী মরুওইব শরুক অম ওইন মীতৈ খুন্নাইবু হিন্দু খুন্নাইদ ওম্হোক্লবা থবক কয়া পাইখৎখি ।। নিংথৌ অসীগী হাক্তক্ত শান্তদাস কৌব হিন্দু রামান্দি লাইনীং শন্দোকপ মীশক অম খৃস্তকুম ১৭১৬ ত লৈবাক অসীদ লাকখি ।। মহাক অসী শ্রীহট্ট জিলাগী নরসিংহ তিল্লাদ লৈরম্বনি ।। ভগবানদাস অমসুং নরায়নদাস কৌব মীশক অনীগ লোয়নন মহাক্ক নোংপোকপাংন লাক্লুন ভাপ্রম চীংজেঙ ফাওদুন লাক্লগ লৈবাক অসীদ চঙলকখি ।।[১] লৈবাক অসীদ থোক্লক্লগ মহাক্ক নিংথৌশেনব য়ায়রেকশঙদ লৈখি ।। গবির্বনিৱাজ নিংথৌগ উনরবদ মহাক্ক হিন্দু রামান্দি লাইনীং পীগে হায়খি ।। মদু তারবদ নিংথৌন লৈবাক্কী অঙম অথৌ যায়তোঙ খমদোংবশিংগ তান্নখিগে হায়খি ।। [২] নিংথৌন লৈবাক মীয়াম অঙম অথৌশিংদ — শান্তদাস কৌব মহাশয় অসীন হিন্দু রামান্দি লাইনীং পীগে হায়রে অদুন নখোয় নখোয়ন পাম্ব হায়রো — হায়রবদ লৈবাক মীয়াম্ন — হে নিংথৌ, মীতৈ ঐখোয়গী ইরোলবু হুন্দোক্লগ ঐগী ঐগী চৎকদব লাইনীংবু থাদোক্লগ করম্ন মীগী মরোল তমগদবনো করম্ন মীগী লাইনীং লাইশোল লৌগদবনো ? হয়েং মতম অমদ ঐখোয়গী ইরোল লাইনীং লীচৎ অসী মুৎখিদুন মীগী মরোল লাইনীং লীচৎন ঐখোয়গী ইরোল লাইনীং লীচৎ শাদুন চৎলরগনি, মীগী মরোল লাইনীং লীচৎন তুরেল লাইজ অচৌব ওইদুন লৈবাক অসী থুম্লরগনি ।। লৈবাক মীয়াম ঐখোয়দি য়াজনিঙদে তুংদ লৈবাক অসীদ য়াম্ন অৱাব ওইগনি ।। সনা পুক্লীংদ মুম্ন অমুক্তং খম্বুবীমু — হায়জখি ।।[৩]

অদুবু লৈবাক মীয়াম্ম য়ানিংদ্রবসু নিংথৌনদি লৈবাক মীয়াম্ম হায়জবদু ইয়া ময়াখিদ্রে ।। নিংথৌন ইয়া ময়াদ্রব অদুদদি অঙম অথৌ লৈবাক মীয়াম্ম – নিংথৌন খল্লগ অসূম তৌগে হায়ব মতুং ইন্ন তৌবিরো – হায়রবদ গুরু শান্তদাসন নিংথৌ গরিবনিৱাজবু হিন্দু রামান্দি লাইনীং লৌহনখি ।।[৪] মতম খরগী মনুংদ নিংথৌ অসী মাগী গুরু শান্তদাসকী খুদোম্বীদ লৈদুন পুম্রে ।। মহাক্ত হায়ব খুদীংমক নিংথৌন ইনখ্রে ।। লাইমীং লৌরব মতুংদগীদি নিংথৌ অসীন পারম পুরমচৎকী সনামহী লাইনীংবু মুৎথৎনব অমসুং মীতৈ খুন্নাইবু হিন্দু খুন্নাইদ ওম্থোক্লব থবক কয়া মথং মথং শান্তদাস গোসাইগী থৌইনশিন্দগী পায়খৎপ হৌরম্মী ।। লৈবাক অসীন লাৎলক্লিবা উমংলাই অমসুং মীতৈগী লাই অয়াম্ব নীংলরোই হায়দুন লাইগী খুভম অয়াম্ব মাঙহল্লম্মী ।।[৫] খস্তকুম ১৭২৩ লাংবন থাদ উমং লাইগী লাইশঙ পুম্নমক শীদোকখি ।। [৬] কুম অসীগী হীয়াঙ্গৈ থাগী থানিল নুমিত্তগী হৌদুন লাইয়িংথৌ নোংশাব, য়িমথৈ লাই, পাম্থোইবী, সনামহী লাই মরি অসী বামোনবু ঈরাৎ থৌরম তৌব চঙহনব হৌখি ।।[৭] খৃস্তকুম ১৭২৬ ইঙা থাদ লৈবাক অসীগী উমাংলাই পুম্নমক খোমগত্তুন মোংবহনব উমং হায়বদি মহাবলী উমংগী হৈবোং শিদব মখোঙদ লোইন ফুমজিনখি ।।[৮] অসুম তৌন হান্ন নীংলমলিব লাইশিং অসী নীংলরোইসি হায়দুন লৈবাক অসীগী কাচিন কোয়াদ লৈব উমংলাইগী কোনমায় অমদি কোল্লু মখৈ পুখত্তুন মোংবহনবগী হৈবোং মখোঙদ কোম তৌদুন ফুমজিল্লগ পোৎলোইখি ।। কুম অসীগী ইঙেন থা ২০ নি পানব নিংথৌকাব নুমিত্ত লাইরেম্মা পাম্থোইবী, লাইয়িংথৌ সনামহী, লাইয়িংথৌ সোরারেল, লাইরেম্মা হুইদোন পোকপীনচিংব লাই তরেৎ অমসু থুগাইখি ।।[৯] মতৌ অসুম তৌদুন, নিংথৌ অসীগী হাক্তক্ত উমংলাই হরাউব অসী য়াম্ন তমথিব নুংশি হৈতব অতম্নব অমগ লোয়নন মুথৎনব থবক পায়খৎখি ।।[১০] হায়স্ত্রিব লাইগী কোনমায় খোমগৎপ অমসুং মুর্ত্তি থুগাইবনচিংব অসী গুরু শান্তদাস য়াওন তৌখিবগী খুদম ফংই ।।[১০] হীয়াংথাংদ লৈরিব হীয়াংথাং লাইরেম্মা হীরৈমবুদি গুরু শান্তদাস গোসাইন কামাখ্যা দেবীগী খুভমনি হায়খি ।।[১১] হীয়াংথাং হীরৈমবু কামাখ্যা দেবী ওনখি ।। গোসাই অসীন মীতৈগী শাগৈ শল্লাই ময়াম অসী গোত্র মথংশিংন য়েনখি ।।০।।[১২]

শান্তদাসন মীতৈ ময়েক্ত ইব লাইরিক অমসুং পাখংবগী পাফল উবদ নিংথৌ গরিবনিৱাজদ– ইনিংথৌ, লাইরিকশিং অসীদি মীগী লাইরিক নত্তে ।। লাইগী

লাইরিক্রে ।। তাইবংপানবদ য়াম্ম থুপ্প লৈব লাইরিক্রে, য়াম্ম অরুবনে, অদুন মৈদ ঙম্ম থাদোক্লো– হায়বদ নিংথৌন লৈবাক্ক খন্নখিগে হায়দুন সনা কোনুংদ লেঙশিনখি।। সনা কোনুংদ নিংথৌগ লৈবাক মীয়ামগ খন্নরিঙৈদ মায়চৌ লৌরেম্ব খোংনাংথাব লাক্তুন – হে ইনিংথৌ লৈবাক্কী মপু ইবুংঙো, ঐখোয়গী লৈবাক্কী লাইরিকপু মৈদ ঙম্ম থাদোক্লো হায়বসিদি য়াম্ম তৌহৈদব ৱানি– হায়রবদ লৈবাক মীয়াম্মদি মায়চৌ খোংনাংথাবন চুম্মে, মান হায়বদু য়ানিঙলে হায়রে অদুগ নিংথৌনদি শান্তদাসন হায়বদুন ফগনি খনখি ।।[১৩] নিংথৌন ইয়া ময়াদ্রবদ খোংনাংথাবসু হনখ্রে ।। নিংথৌন লৈবাক মীয়ামদ হায়রে– হয়েংদি শামু তোংদুন কৈথেল পাউচেল্লো ।। মীতৈ ঐখোয়গী লাইরিক মখৈ খোমগত্তুন কংলা উত্ত্রা মমাঙদ পৈরো ।। অসিদগী অমতং লেমহৌরবদি লাইরিক থমহৌরিব মীশিং অদু মশম মনা কোক্কনি, মতীক চাব চৈরাক পীগনি, অৱাফম তাহনগনি – হায়ন অঙস্বশিংদ শিন্নখি ।। নোংঙাল্লগ শামু তোংদুন পাউ চেনখি ।। অফংব লাইরিকমখৈ পুরক্তুন কংলা উত্ত্রা মমাঙদ পৈরখি ।।[১৪] অসুম্ন পুয়া মৈ থাখিব অসী *চৈথারোল কুম্বাবা* গী মতুং ইন্ন খৃস্তকুম ১৭৩২ মেরা থাগী ১৭ নি পানব নোমাইজীং নুমিত্তনি ।। থৌদোক অসীবু *চৈথারোল কুম্বাবা* দ অসূম্ন ই – " কুমশক ১৬৫৪ --- মেরা থাদি থাঙজনা হনএ ।। --- ১৭ নি লংমাইচিং দা মৈতৈ লাইরিক মাঙহনএ ।।"[১৫] অদুগ লামায় অসীমক্কী চেনীংদ *চৈথারোল কুম্বাবা* বু লেংশিনবীরিবন অসূম্ন অমুক ই– "মহারাজ গরিবনিৱাজগী গুরু শান্তদাসগী থৌইনশিন্দগী অফংব মৈতৈ লাইবিক মখৈ শামু তোংদুনা পাউ চেল্লগা কংলা উত্ত্রা মমাঙদা পৈরগা মৈ থাখি --- ।।[১৬] লাইবক থীব থৌদোক অসী ৱাকচীংগী ২৩নি পানবদ থোকখিবনি হায়নবসু য়াওই ।। য়াম্ম তৌহৈখিদ্রব থৌদোক অদুদ মমিং তোঙান তোঙানব পুয়া লাইরিক ১২০ দগী তাদন মৈ থাখি ।। মৈ থাখিব লাইরিকশিং অদুগী মমিং মখাদ পীজরি ।।[১৭]

১) তাউরোইনাই য়াঙবী
২) পাখংবা য়াঙবী
৩) পাখংবা নাউয়োম
৪) পাখংবা থিরেন
৫) পাখংবা লাইহুই
৬) সনামহী নাউয়োম
৭) সনামহী লাইহুই
৮) সনামহী লৈখন নোংখন

৯) সনামহী থিরেল
১০) সনামহী লমহিং
১১) তাউরোইনাই পিচা
১২) লৈথক লৈখারোল
১৩) লৈখা নোংখারোল
১৪) লৈচিললোন যুম্বী
১৫) নোংলোন যুম্বী
১৬) নোংলোন লাইচম
১৭) নোংলোন ক্রথোং
১৮) নোংদোন লাংবুম
১৯) নোংদোন লৈচিনলোন
২০) লৈরোল যুমচেৎপা
২১) লৈচিনলোন নাউয়োম
২২) লৈপাক্ত হৌব লৈচিনলোন
২৩) পাতাল লাংবুম
২৪) থিরেন সাকোক
২৫) থিরেন সীংকাপ
২৬) খুনুং সীংকাপ
২৭) থিরেন মৈরম লীবা
২৮) থিরেল লায়াৎ
২৯) থিরেল লাইচম
৩০) থিরেন চেপ্পী
৩১) থিরেল থিপোকপী
৩২) থিরেল ক্রথোং
৩৩) লৈশাংখোং থিরেল
৩৪) যুম্বী থিরেল
৩৫) নোংমাইজিং থিরেল
৩৬) হৈপোক থিরেল
৩৭) লাঙ্গোল থিরেল
৩৮) কৌব্রু লাইখৈ
৩৯) থাংজিং লাইখৈ
৪০) চীংখৈ সেকনীং
৪১) চীংঙা লাংখৈ
৪২) ললাম্বুং লানখৈ
৪৩) ব্রাংব্রেন সেকনীং
৪৪) নূংলোন লম্বুবা
৪৫) নূংলোন যুম্বী
৪৬) নূংলোন খ্রা
৪৭) নূংলোন লাইচম
৪৮) নূংলোন য়াঙবী
৪৯) সাকোক লাইচম
৫০) খোই মহৌ
৫১) মহৌ লাংবুম
৫২) মহৌ চাংদ্রাখেল
৫৩) মহৌ সেকনীং
৫৪) মহৌ ফাফী সাকোক
৫৫) মহৌ লাংবুমখেন
৫৬) তাম্বোঙ মহৌ
৫৭) লেমখোঙ মহৌ
৫৮) যুম্বী মহৌ
৫৯) লৈহৌ মহৌ
৬০) নোংপাই মহৌ
৬১) খেনখেন মহৌ
৬২) লৈচাই মহৌ
৬৩) খেনকা মহৌ
৬৪) নোংলোন মহৌ

৬৫) লৈরোন মহৌ
৬৬) চকপরোন মহৌ
৬৭) হিরি লংসুং মহৌ
৬৮) কিথুম মহৌ
৬৯) চকপরোন থেনকাবা
৭০) কোম্ন নুংবুং কোইবা
৭১) নোংদোন হিরি
৭২) খুনুং সমপুম
৭৩) মানাৎলোন
৭৪) চুনাৎলোন
৭৫) মরাকলোন
৭৬) থিয়াইলোন
৭৭) হিরি লংসুংলোন
৭৮) চোংখুলোন
৭৯) খাম্বীরোন
৮০) লায়াৎ থেংগৌরোন
৮১) চরাপলোন
৮২) অপোকলোন
৮৩) অপোক লাংবুমলোন
৮৪) লংমাইচীং চীংগোইরোন
৮৫) হৈপোক চীংগোইরোন
৮৬) চীংথাং চীংগোইরোন
৮৭) থাংজীং চীংগোইরোন
৮৮) কৌব্রু চীংগোইরোন
৮৯) লোইজীং চীংগোইরোন
৯০) কোঞ্জেং কোকফাইরোন
৯১) চোংখু লম্বী
৯২) খুনুং পুংগোইলোন
৯৩) খাবী থেলেনলোন
৯৪) সিবিকা
৯৫) জতিৎ
৯৬) খুম্বোক য়াঙবী
৯৭) চীংসৎলোন
৯৮) মহৌ য়াঙবী
৯৯) উলোন
১০০) ব্রালোন
১০১) পাবোৎ খাংচীংলোন
১০২) সংবুম লাংবুমলোন
১০৩) ক্রি লংসুংলোন
১০৪) থায়াং হিবুকলোন
১০৫) সীংখল লাংখললোন
১০৬) সীংতাবুং
১০৭) সনা সেকনীং
১০৮) পোইরৈতোন খুম্বোকপা
১০৯) পোইরৈতোন নিংচিৎ
১১০) খম্মোই য়াম্মোই সেকনীং
১১১) নোংশাব খুম্বোক
১১২) নূংবী নূংথারোন
১১৩) ব্রাবা লাংকালোন
১১৪) কোংখা লাইচৌলোন
১১৫) সেল্লোই নিংচিৎলোন
১১৬) পাফন উহৌলোন
১১৭) নুমিৎ খেনচংলোন
১১৮) থা খেনচংলোন
১১৯) থব্রানমিচাক খেনচংলোন
১২০) তাউমা হিয়াং কোল্লোনা

মথক্ত ইরিব লাইরিকশিং অসী নত্তব শক্ক-শোন্নরিব লাইরিক অয়াম্বসু কংলা উত্ত্রা মাঙদ পৈখি ।। মতম অদুদ মায়চৌ লৌরেম্ব খোংনাংথাবন সনাকোনুং কারক্তুন নিংথৌগ উনরখি ।। নিংথৌন মায়চৌ খোংনাংথাবদ করিগী লাকলিবনো হায়ন হংলবদ মায়চৌ খোংনাংথাবন — লাইরিকপু মৈদ থাবদি নবুখৌ নিংথৌরোল কনাগী হাকথক্তসু তৌরক্তে ।। ইনিংথৌন লৈপাক্কী মমা মপানি মসী য়াম্ন তৌহৈদব থবক্কি, লৈপাক্কী য়াম্ন অৱাব ওইগনি— হায়খি ।। মদু তারবদ নিংথৌন— গুরু শান্তদাসন হায়ব অসীদি নিংথৌ ঐন হান্ন য়াখরে ।। হৌজিক্তি য়াদব ওন্নরোই — হায়ন খুমখি ।। নিংথৌগী পাউখুম অদু তারবদ মায়চৌ খোংনাংথাবন— অদুদি অফ-ফত্ত পুন্নমক নিংথৌগী নসরূকনে— হায়রম্লগ হনখি ।।[১৮] মমিং চপ মান্নব লাইরিক্ত মশীং কয়ামুক লৈবসু য়াওব মরম্ন পুন্ন লাইরিক মশীং ৭০০ (চাতরেৎ) লোম মৈ থাখি হায়বগী ৱাফমসু লৈ ।।০।।[১৯]

কংলা উত্ত্রা মমাঙদ লাইরিকশিংদু মৈথাব লোইশ্ত্রব মতুংদসু অমুক মায়চৌ লৌরেম্ব খোংনাংথাব সনা কোনুংদ কারক্তুন নিংথৌগ উনরখি ।। গুরুন লাকপদি করিগীনো— হায়ন হংলবদ খোংনাংথবন খুমখি — ঐনা হায়ব নিংথৌন য়াদ্রবদি ঐন লৈব করিসু কান্নদ্রে ।। ঐদি লৈররোই ।। নিংথেম্ন ঐগী লৈবাক্কী লাইনীং লমচৎ হুন্দোক্তুন মীগী লৈবাক্কী লাইনীং লমচৎপু অফব ওইন তৌরবনিন নবুখৌ পাখংবগী মউল অসীদি নবুখৌন লৈব মফমদ লীশীল্লম্লগে— হায়দুন মউন অদু হাপ্প উপু অদু পুদুন লাইন লৈব মফমদ লীশীল্লমখি ।। লাইরিক মৈ থাবগী থৌদোক অসীবু হৌজিক ফাওবদ পুয়া মৈথাব হায়ন খঙনরি ।।[২০] খৃস্তকুম ১৭৩৭ ঈয়াঙ্গেগী থানিল শগোলশেল নুমিত্ত নিংথৌন শলাই তরেৎকী মী অয়াম্বগ লুকুন থাংখি ।।[২১] মীতৈ অয়াম্ববু নমদুন হিন্দু লাইনীং লৌহল্লম্মী ।। [২২] য়াদবশিংদ য়াম্ন শাথিব চৈরাক পীরম্মী ।। সাহেব মচা ভিঃ সীঃ হদসনগী ৱাহৈদ — "লৈঙাক্কী মায়োক্ত লৈব মীওইশিংদ চৎপ তমথিরব শাজৎ অদু লাইনীং অদুবু য়াদব মীওইশিংদ চৎলম্মী ।। পাকতক্তুন লোইথাব অমসুং হাৎপগী থবক অদুন মীয়ামশিংবু হিন্দু লাইনীং লীচৎ অদু য়াহল্লম্মী ।।"[২৩] নিংথৌ অসীন তৌব থবকশিংগী মনুংদ খ্বাইদগী শাথিন তমথিব অমখক্তি নিংথৌ খাগেম্বন তরেৎ শেলহিংন হৈদুন শাহল্লম্ব লাইয়িংথৌ সনামহীগী চেংলৌ শকপানথোং অদু খৃস্তকুম ১৭২৬ ইঙেন থাগী ২০ নি পানব নুমিত্ত থুগাইখিব অসীনি ।।[২৪] মীতৈলোন্দ হিন্দু লাইনীংগী লাইশোল

ঈশৈ শক্তনব য়াথং তাউথখি ।।[২৫] লৈবাক অসীগী মমিং মনিপুর কৌরিবসী মহাক্কী মতমদ শেমখি ।। [২৬] হায়রিব থবকশিং অসী মহাক্ক মহাক্কী লাইনীং উজা শান্তদাস গোসাইগ তান্নরগ মীতৈশিংবু হিন্দু ওলহনবগীদমক্ত পায়খৎখিবনি।।[২৭] অসিগুম্ব নমদুন হিন্দু লাইনীং লৌহন্নবগী থবক অসীবু থিংননবগীদমক্ত নিংথৌমচা খরগী মতেংগ লোয়নন মীতৈ মায়চৌ লৌরেম্ব খোংনাংথাবন লুচিংদুন থিংনব হোৎনখি ।। [২৮] চিৎ সাইগী মনাইশিংন শান্তদাস গোসাইবু খুজাই রোক্ত(গোসাইরোক) হাৎখি।। সনা কোনুংগী ইমুং মনুংদ য়ানদব থোকলিব অসী মহাক্ক থোকহনবনি অমসুং থাইনগী অরিব লাইনীংবু মাঙহল্লিব অসী মহাক্কনি হায়দুন মহাকপু হাৎখিবনি ।।[২৯] নিংথৌগী সুপ্নম লৈঙাক লৈব লৈবাক অমদ নিংথৌ অমগী তৌগে হায়ন চপযুংন খল্লদুন তৌরব অতম্নব থবক অমবু থিংব হায়ব অসীদি নিংথৌ অদুবু নিংথৌ ফম্বালদগী নমদুন লৌথোকপ নত্তনদি করি পাম্বৈ লৈগনি ?[৩০]

লাইয়িংথৌ সনামহীগী কোল্লু য়েখায়রুবগী মতুংদ গরিবনিৱাজগী মচানুপা অমসুং তাল্লোয় লৈম অনীমক লায়না লাইরোঙ খঙদন অনা লায়কন্নখি ।। নারিব অদু নিংথৌন লাইয়িংথৌ সনামহীগী কোল্লু য়েখায়রুবদগী থোকলিবনি হায়ন মায়চৌ মোইবাং ললহানবন হায়ববদ নিংথৌন লাইয়িংথৌ সনামহীগী মতীক ময়াই খঙলক্কুন লিন্দুখোং পান্ত থাদখিব কোল্লু অকায়ব মচেৎশিং অদু লৌখৎলুরগ অমুক হন্ন লাইয়ীংথৌ সনামহীগী কোল্লু হৈখি ।। হয়িংখোঙবান্দ লৈব উফোং/তোলোং য়ুমফমদ লাইয়িং লাইশঙ শাদুন ঈরাৎখি ।।০।।[৩১]

হিন্দু লাইনীংগী অয়ৌবী থাক অসী ভাগ্যচন্দ্রন পানব মতমদ (খৃস্তকুম ১৭৫৮-৯৮) ওইখি।। [৩২] মহাক হিন্দু গৌরিয়া বৈষ্ণব লাইনীংদ লাইমীং লৌখি ।। খৃস্তকুম ১৭৮০ দ মহাক্ক শ্রী শ্রী গোবিন্দগী উগী শকপানথোং শাখি ।। রাস লিলা হৌদোকখি ।। মহাক্কী মতমদ ব্রহ্মসভাগী মরূ হুনখি হায়ব য়াই ।। মরমদি নিংথৌ অসীগী হাক্তক্ত পঞ্চরতন লৈরে; হিন্দু গৌরিয়া বৈষ্ণব লাইনীংগী চৎনবী শেম্ব হৌরে ।।[৩৩] হিন্দু লাইনীং চৎপ মীতৈ অমন চৎকদব পরম পথাপশিং অদু য়াওব ***ৱায়েল লাইরিক*** কৌব লাইরিক অদু মাগী মতমদ ইখি ।। [৩৪] নিংথৌ অসীগী হাক্তক্তগী অমাং-অশেংগী মরমদ য়াম্ন শেমদোকপ মপানগী লাইফম অয়াম্বদ তৌনদব অমাং-অশেং অসী লৈপাক অসীদ অকন্নব পুব থাংব ঙমদব তাইবংপান্দ

চৎনদব কয়াপুথোক্লকখি ।।[৩৪ক] আসাম অমসুং বঙ্গদেশত চৎনব মতৌ অদু তমদুন লৈবাক অসিদসু চরক পুজা নুমিত্ত চৈরাউব অসী লীশাং শীৎন পাঙথোকপ হৌখি ।। [৩৫] চন্দ্রকির্ত্তিগী মতমদসু মীতৈশিংবু হিন্দু ওলহন্নবগী অকনব থবক মখা চৎথরম্মী ।। চীংগোই ঈরুপ্প কৌব নোংপোক নিংথৌ খুরুম্বগী কুম্মৈ অসী নিংথৌ অসীগী মতমদ ***বারুনী মহাদেব খুরুম্ব*** কুম্মৈরোমদ ওম্থোকখি ।। [৩৬] ভাগ্যচন্দ্র মতমগী ***ব্রায়েল লাইরিক*** হায়বদু ***বেবস্তানর্ব*** হায়ন মিংথোম্দুন চাউথোকহনখি ।।[৩৭] মহাক্কী মতমদ ***মৈতৈ পুরান বিজয় পঞ্চালি*** কৌব মীতৈশিংবু হিন্দু ওম্থোক্লবগী অতম্নব ব্রারী ব্রাখল কয়া য়াওব লাইরিক অদু বঙ্গালী লোন্দ পয়ার শন্দদ ইব হৌখি ।।[৩৮] অদুবু মতম অদুগী হিন্দু লাইনীং লৌরব মীতৈশিং অদুন কদায়ফাওব মথম্মোইদ হকচিন্ন লাইনীং অসীবু চৎলিবগে হায়বগী মতাংদ চহী ২৭ চুপ্প খৃস্তকুম ১৮৪০ দগী খৃস্তকুম ১৮৬৭ ফাওব মনিপুরদ লৈরম্ব মেক্লোক সাহেবনদি অসূম্ন হায়রম্মী " তশেংবদি মখোয়গী (মীতৈ হিন্দুশিংগী) লীচৎ অসী মপানথোংদ মানহলনবগীদমক্তনি ।। থম্মোইনুংগী অপাম্ব অদু নত্তে ।। চহী ১০ নত্তুগ ১২ গী অঙাংশিন হিন্দু ব্রাখল্লোনগী অমাং-অশেংগী ব্রাফম অদু থৌশারুব তৌদন চীঞ্জাক মখল খৃদীংমক চায় ।। অদুগ হিন্দু অম ওইবগী ঙাক্ল চৎফম থোকপ লীচৎপু অহলশিংন পুমথা থাদোকপ হায়বসী তোয়ন থোকপ থবকনি ।।০।।"[৩৯]

খৃস্তকুম ১৯৩০/৪০ য়ৌশিল্লকপ মতমদসু মীতৈশিংবু হিন্দু আর্য্য ওম্থোক্লবগী থৌশিল (আর্য্যনাইজেসন/সংস্কৃতাইজেসন/হিন্দুআইজেসন) অসী মখা চৎথরকখি ।। খৃস্তকুম ১৯৩৪ দ অহানব ওইন ইম্ফালদ ফমখিব ***নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভা*** ন মসীগী ৬শুব রিজোলিউসন্দ মনিপুরগী অশেংব ইতিহাস অম ইনবগী ব্বারেপ লৌখি ।। ব্বারেপ অসীমক্কী মখা চৎথরকপদ অসূম্ন হায় "(ক) মসিগী উপাই ওইন মনিপুরগী সমাজন অহানবদা লুপা ৫০০ দগী তাদন খায়বা ।। পুম্নমক অসী পাঙথোক্লব ***হিস্তরিকেল সোসাইতি*** অম লিংবা ।। শ্রীযুৎ মহারাজন প্রসিদেন্ত ওইবিব ।। সোসাইতি অসী লিংবগী ভার শ্রীযুক্ত অতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যারত্ননা দায়ী ওইব হায়ন লেপ্পরে ।। অহানবদ গরিবনিৱাজগী বাইয়োগ্রাফী, মনিপুরগী হৌরকফমগী অমসুং ধর্ম্মগী ইতিহাস বিষয় অহুম অসিদা খ্বাইদগী হেন্ন নিংথিব থেসিস পীবা ঙম্ব মী অদুদা লুপা ১০০/১০০ পিগনি

হায়ন লেপনরে ।।"[৪০] লৈবাক অসীগী পুৱারী (ইতিহাস) অম ইনবগী ৱারেপ লৌরিব অসী ১৯৩৪ মে থাগী তাং ৩০ দনি ।।[৪১] অসুম্ন ৱারেপ লৌখিব মতুং ইকুই কুইদন, শ্রীযুক্ত মুতুম ঝুলোম্ন ইব *বিজয় পঞ্চালি মনিপুর ইতিহাস* কৌব লাইরিক অদু শ্রীযুক্ত অতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যরত্ন *হিস্তরিকেল সোসাইতি* গী সেক্রেতরীন মতেং পাংবিদুন ১৯৩৪ সেপতেম্বর থাগী *ললিত মঞ্জরী পত্রিকা* দ মী খৃদীংগী কাউদনব হায়দুন ফোঙখি ।। [৪২] লাইরিক অসী *হিস্তরিকেল সোসোইতি* ন য়াবিরদুন ১৯৪৭ তদি অহুমলকসুব খুৎনম পুথোক্লে ।।[৪৩] (১) লাইরিক অসীগী হৌরকপদ শিব মহাদেবন নীলকন্ঠ গিরিদ (নোংমাইজীং) অহানব ওইন খুন্দাই ।। মথংদ ভগ্নেশ্বর গিরিদ (হৈবোকচীং) দেবীগ লোয়ননন লৈ ।। অহুম্নক সুরকপদ শিব মহাদেবন কৌমার পর্ব্বত (কৌব্রুচীং) চীংদ খুন্দাই ।। মতম অদুদ মহাদেবন মহারাস শান্নখি অমসুং লৈবাক অসীগী মমিং মনিপুর থোনখি হায়ন ইরি ।। [৪৪] (২) নাগরাজ আনন্তন পানব মতমদ মহারাস শান্নব, হীয়াং তান্নব অমসুং শগোল কাঙজৈ শান্নব অসী হৌদোকপিরম্মী হায়রি ।। অদুদগী চিত্রবাহন পানব মতমদ পান্দবকী আর্জ্জুন তীর্থ স্নান লাকখি ।। আর্জ্জুনগী মচানুপা বব্রুবাহন্ন নোংগাপ্রব মতুংদদি লৈবাক ঙাকপিনব লৈত্রে ।। (৩) য়াম্ন কন্ন হোৎনরব মতুংদ ইঙৌপানবন অঙাং অম পুরক্লে ।। অঙাং অদুবু যবিস্ত (পাখংব) হায়ন মমিং থোন্দুন নিংথৌ ওইহল্লে ।। যবিস্ত (পাখংব) হায়রিব নিংথৌ অসী খৃস্তগী অহানব চহীচাদ পানখিব ঐখোয়গী নোংদা লাইরেল পাখংবনি ।। (৪) নোংদা লাইরেল পাখংবদগী হৌরগ পাইখোম্ব ফাওবগী মিং অসী সংস্কৃত লোনগী মিং ইরে ।। নোংদা লাইরেল পাখংববু যবিস্ত, খুয়োই তোমপোকপু খেমচন্দ্র, তাউথিংমাংবু জলগত্য সিংহ, পেংশিববু পুন্য ক্ষেমা সিংহ, নাওফংববু নীলমনি সিংহ, নাওথিংখোংবুসু নীলমনি সিংহ, লোয়য়ুম্ববু লবঙ্গ সিংহ, চলাম্ববু রিপু সিংহ, খাগেম্ববু খগেন্দ্র সিংহ, পাইখোম্ববু পাইকিন্দ্র সিংহ অসীনচিংব মিংগৌশিং থোনজিনবীরে ।। লাইরিক অসীমক্তি মীতৈবু হিন্দু ওস্তোক্লবগীদমক্ত অতম্নন শেম শারবনি হায়ন লৌব য়ারব *মৈতৈ পুরান বিজয় পঞ্চালি* কৌব লাইরিক অদুগ ফন ফজন মান্নব ৱারী ৱাখল য়াওই ।।[৪৫] খৃস্তকুম ১৯৩৪ দ অহানব ওইন ফোঙখিব খুমম্থেম কাওমচাগী *মনিপুর ইতিবৃত্ত* সু হিন্দুগী ৱারী ৱাখোঙদ য়ুমফম ওইরগ শাগৎলি ।।০।। [৪৬]

মীতৈশিংবু হিন্দু ওন্থোক্লবগী ৱারীশিং অসী খৃস্তকুম১৯৩০/৪০ গী অদুৱাইদ কয়া য়াম্ন মরা তাশিনখ্রবগে হায়বগী মতাংদ রাজকুমার সনাহলন (গুনেশ্বর) ইব লৈবাক অসীগী পুৱারী *সংজাল-অহানব শরূক* য়েংবীরগসু খরমখৈদি খঙব ঙম্বীগনি ।। লাইরিক অসী খৃস্তকুম ১৯৩৭ ত অহানব ওইন ফোঙখিবনি ।। লাইরিক অসীগী ৱাহৌদোক্ত হায়রি "সংস্কৃত লোল অসি মনিপুরী জাতিগী ইমালোন্নি, রাজ্য ভাষানি ।। মতমগী মতুং ইন্ন লৈফম খেন্নবদগী লোল খর থৈনবতনি ।।"[৪৭] লাইরিক অসী ফোঙবগী পান্দমশিংগী মতাংদ অসূম্ন হায়রি —"(১) মৈত্রবাক অসী থাইন মমাঙউৈদগী হৌনা মৈত্রবাক্কী অমসুং হিন্দুনচিংবগী পুরান পুয়া কয়ান মনিপুর লৈবাক হায়ন শীংথানরি ।। লাইগী লৈবাক্লি হায়রিব মনিপুর দেশ অদু মৈত্রবাক অসীনি হায়বগী প্রমানগা লোয়নন নীংশিংব ।।" (২) "মনিপুর অসীদ লৈরিব মনিপুরী জাতিসি আর্য্য জাতিগী মচা মসৃ অশেংবনি হায়বগী প্রমানগা লোয়নন নীংশিংব ।।" (৩) "সংজালগী মহৈসি মনিপুরী জাতিগী মপা মপু আর্য্য জাতিশিংদুনা মফমসিদা হৌদোক্লুনা শিজিন্নরকইব মহৈনি হায়বসী খৃদমগা লোয়নন নীংশিংব ।।০।।"[৪৮]

মথক্কী ৱাফম খর অসীদগী ঐখোয়ন খঙজিনজরিবদি — মতম অদুদ হায়বদি ১৯৩৭ অদুৱাইদ লাইরিক হৈরব মীতৈশিংগী মরক্ত মীতৈশিং অসী আর্য্যনি, হৌজিক লৈরিব মীরোল অসী আর্য্য জাতিগী চাদা নাউদানি, সংস্কৃত লোন্ন ইমালোন্নি হায়ন য়াম্ন কন্ন থাজব মীওইশিং লৈরম্লে হায়ব অসীনি ।। অসীগুম্ব থাজনবী অসী হেন্ন মরা চেৎন তাশিন্নবগীদমক্ত আর্জ্জুন্ন লৃপ্লম্ব অমসুং চৎলম্ব তীর্থশিংনি হায়দুন লৈবাক অসিদ লৈরিব চীং, পাৎ, তুরেল, লাইফম কয়া সংস্কৃতকী মমিং মখাগী অসূম্ন পীশিল্লে :—[৪৯]

(১) কোংব মৈরোম্বী= গয়বী গঙ্গা, ২)নুংজেং ঈয়োক্নোম=বিন্দু সরোবর, ৩) চীংগোই তুরেল=বারুনী নদী, ৪) সেকমাই তুরেল=সৌভদ্র নদী, ৫) মোইরাং তুরেল=অগস্ত নদী, ৬) ইম্ফাল তুরেল=বিজয়া নদী, ৭) ইরিল তুরেল = ঈরা নদী, ৮) লোক্তাক = লক্ষ্মী ঝিল ৯) নোংমাইজীং= নীলকন্থ গিরি, ১০) হীয়াংথাং চীং= স্থিরাচল গিরি, ১১) কৌব্রু চীং = কৌমার পর্ব্বত, ১২) মোইরাং= মহিরঙ্গপুর, ১৩) হৈবোকচীং=ভগ্নেশ্বর গিরি অসীনচিংব ।। অসীত নত্তন লৈবাক অসীগী মরুওইব লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা কয়াবুসু হিন্দু লাইনীংগী লাইদ

ওঙ্খোকপিখি ।। খুদম খর লৌখৎচরি ঃ– ১) সোরারেল=ইন্দ্র, ২) মারজীং=কুবের, ৩) থাংবরেল=যমরাজ, ৪) পান্থোইবী = দুর্গা, ৫) খোয়রিফাবা=বরুন, ৬) ইরুম নিংথৌ=অগ্নি, ৭) থাংজীং=অশ্বিনিকুমার, ৮) নোংপোক নিংথৌ= মহাদেব, ৯) লোয়য়ারাকপা= বায়ু দেবতা অসীনচিংব ।। অসীগুম্নব সংস্কৃতাইজেসনগী শেমজিন শাজিনব থারীশিং অসিদ থাজখিবদগীর নত্তগ অয়ীবশিং অদুবু শীংননীংদবদগীর লমদম অসীগী লাইরিক লাইসু হৈরব রাজকুমার সনাহল সিংহ (বি:কম: সনা) ফাওবন খৃস্তকুম ১৯৪৭ ত অহানব ওইন ফোঙখিব মহাক্কী *মনিপুর ইতিহাস* ত অসুম্ন ইরি – "দুর্গা না মহাদেবদা লাইগী মপুনিদি হায়রগা হরাউ কুম্মৈ হৌদোক্তবা করিগীনো হায়রকপদা হরাউবগী লীলাসি শান্নসি হায়দুনা মফম জুগোৎচাবা থিরকপদা চীংলোন মাপন্না কোয়খ্রবা ঈশিংন ঈরং লংলবা মফম অমদা য়ৌরক্লে ।। মফম অদুমক হরাউবগী লীলা শান্নফমনি হায়ন লেপলে ।। --- মহাদেবনা ত্রিশুলন ঈশিংদু চীংনুংহুত্তা পুথখরে।। শিব দুর্গা অনীমক লীলা শান্নব হৌরে ।। শান্নরিব লীলা অসী উরগা আনন্তনা হরাউদুনা মনি চাইখি ।। মনিনা ইরং লংখরে হায়দুনা লৈবাক অসীগী মমিং '*মনিপুর*' কৌখরে ।।" অদুগ অমুক লাইরিক অসীদ অসুম্ন মখা চৎথৈ –"মৈতৈগী মনুংদ জাতি ভেদ লৈ ।। ব্রাহ্মন অমসুং ক্ষেত্রিয়না অথোইবনি ।। রাজবংশদি চন্দ্রবংশনি, অহুমশুব পান্দব বীর চুরামনি আর্জ্জুনগী ধারা নালানি ।।" [৫০] ১৯১৮ দ ফোঙখিব শ্রীপুখ্রম্বম পরিজাৎ সিংহগী *অশম্বা মনিপুর ইতিহাস* তসু "--- লীচৎ, লোল, হৌরকফমগী কায়দা য়েংলবদি আর্যাগী প্রমান ফংই" হায়ন ই ।।[৫০ক] অদুগ লৈবাক অসীগী মপান্দ লৈব অয়ীবশিংন ঐখোয় মীতৈশিং অসী আর্য্য নত্তে, লৈবাক অসী মহাভারতকী মনিপুর নত্তে হায়ন ইরকপ উরগ লাইরিক লাইশু ফজন হৈরব শ্রীলাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ ফাওব থম্মোয় শোক্ল নুংঙাইখিদে ।।[৫০খ] লৈঙাক নিংথৌন শৌগৎপ লমদম অসীগী মীতৈ হিন্দু পন্দিত খরন ইম্ফালন কোনুং ওইব মনিপুর অসী মহাভারতকী মনিপুর অদুনি হায়ন লাইরিক কয়া ইনখি ।। অসীগুম্ব থাখল্লোন অসীগী লুচিংবদি মীতৈ হিন্দু বামোন সংস্কৃত পন্দিত শ্রী ফুরাইলাৎপম অতোম্বাপু শর্ম্মানি ।।[৫১] মনিপুর অসী আর্য্যশিংগী হৌরকফম *প্রতনৌকস* হায়ব মফম অদুনি হায়ব য়ৌন মহাক্ল চঙশিল্লকখি ।।[৫২] মহাক্ল লাইরিক ১০০(চামা) রোম ইরম্মী ।। লাইরিকশিং অদু য়েংলগ দাক্তর

সুনিতিকুমার চতর্জীন মহাকপু হৌজিক মতমগী রিশি অমসুং নোংপোক ভারতকী অগস্ত মুনি হায়ন ফাওব কৌরম্মী ॥[৫৩] অসূম্ন চহী ২০০ (চনী) চঙন শেমজিন শাজিন্দুন শাগৎলক্লব হিন্দুআইজেসন/সংস্কৃতাইজেসনগী ৱারীশিং অসী ১৯৩০ দগী সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ লাকপগ ঈরোয়নন হৌজিক্তি পুমকায় কায়রে ॥[৫৪] হৌজিক্তি মীতৈশিংন মশাবু মশান মশক খণ্ডজরে ॥ [৫৫] মীতৈশিংগী নাৎ অমসুং লাইনীং অসী খাঙেনফম য়ৌরমদাইদ সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌন কনখি হায়বসী কনাগুম্বা মীতৈশিংন মচীন্দদি য়ানিংদে হায়জরবসু মথম্মোইদদি শোয়দন য়ানিংলমগনি ॥ মসী হেনজিন্ন হায়বা ৱাফম নত্তে ॥ [মথক্ত লমদম অসীগী পুৱারী সূব অয়ীব খরগী লাইরিকশিং অদু পন্দুন ইরিব অসীদ অয়ীবশিং অদুবু তাথীন খন্দুন অমসুং পেন্দব ফোঙদোক্তুন ইব নত্তে ॥ মতমদুগী খুন্নাইগী অখণ্ড অহৈশিং অদুগী মপুক্লীংদ তারিব ৱাখলগী মমি অদু খণ্ডনবগীদমক্ত পল্লুবনি]

অসূম্ন চহী ২০০ চুপ্প শিথরুরব সনামহী লাইনীং অসী খৃস্তকুম ১৯৩০ দগীদি অনৌব ৱাখল্লোন অমগ লোয়নন অমুক হিংগৎলকখি ॥ তশেংবমক্তি মসী ঈহৌ অম ওইন চঙশিল্লকখি ॥ অসীগুম্লব সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ হৌরকপগী ৱারী ৱাখোঙ অদু পাবীরিবশিংন মথংগী পন্দুপ্ত ফংবীরগনি ॥০॥

## মচাক তানফম ওইব লাইরিকশিং


১) (১-৬) (৮-১৪)(১৭)(১৮)(২০) (২১)(২৭)– ***অরিব মনিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস (১৯৬৯):*** অয়ীব-নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র

২) (৭)(১৫)(১৬)– ***চৈথারোল কুম্বাবা (১৯৮৯):*** শিন্দোকপ– ইবুংঙোহল অমদি খেলচন্দ্র

৩) (৯ক)– ***মনিপুরী জগোই সেমিনারগী নৈনখিব মশক (১৯৭১):*** লেংশিনব–এলাংবম নীলকান্ত (মনিপুর স্তেত কলা একাদেমী)

৪) (১৭)(১৯)– ***ৱায়েং চবুল অহানব শরূক(১৯৮৯):*** অয়ীব– প্রো:এনজি, কাংজীয়া

৫) (১৭)(৪৬)– ***মনিপুর ইতিবৃত্ত অহানব খন্দ (১৯৮০):*** অয়ীব–খুমনথেম কাওমচা সিংহ

৬) (২২) (২৩)– ***The Meitheis (Reprinted 1975):*** T. C. Hodson.

৭) (২৪) (২৬) – ***সনামহী লাইকন (১৯৭২):*** শিন্দোকপ – ওইনাম ভোগেশ্বর

৮) (২৪)(৩২)– ***খাগেম্বা লাঙজৈ (১৯৬৭) :*** শিন্দোকপ– ওইনাম ভোগেশ্বর

৯) (২৫) – ***কংলৈ শীক মুংথংলকপা(১৯৭৫):*** অয়ীব– খুমনচা পুয়াম ইবোতোন

১০) (২৮) (৩২) (৫৪)(৫৫)–***Social and Religious Reform Movement in the 19th and 20th century:*** Prof Gangmumei Kabui, (Bulletin of the Division of History 1974-75): J.N.U. Imphal.

১১) (২৯)–**Notes on Meitei (Manipuri) Beliefs and Customs (1998)**: Edited by Dr. John Parratt.

১২) (৩০)– ***Manipur Past and Present-Vol. II (1991)*** : Edited by Dr. N. Sanajaoba.

১৩) ***(৩৩)মৈতৈ বামোন হৌরকফম (১৯৯৫)ঃ*** অয়ীব– ইবোচৌব, চিত্রেশ্বর, কুঞ্জচন্দ্র

১৪) (৩৪) (৩৭)– ***মীতৈ বামোন অমসুং ব্রহ্মসভগী হৌরকলোনঃ*** দা.এম. কির্তি (মতমগী খোঙথাং ৩৩শুব মশীং ১৯৮১ এপ্রিল/মে)

১৫) (৩৫) – ***মনিপুর ইতিহাস ২শুব খন্দ (১৯৪২)ঃ*** অয়ীব – অতোম্বাপু শর্ম্মা

১৬) (৩৬) – ***চীলোই ঈরুম্বাঃ*** মোইরাংথেম চন্দ্রসিং (মীয়েং ২১ শুব মশীং ১৯৮১)

১৭) (৩৮)(৪৯) – ***মৈতৈ পুরান বিজয় পঞ্চালি – ১,২,৩,৪,৫ শুব খন্দ (১৯৬৯)ঃ*** হন্দোকপ/ অয়ীব–মঙ্গী অমদি মনি

১৮) (৩৯) – ***An Account of the Valley of Manipur (Reprinted 1980)***: M. Mc Culloch

১৯) (৪০) (৪১) – ***নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভা(১৯৮৩)ঃ*** খোমজিনব– লোইতাম যাইমা অমদি রা:কু: মাইপাকসনা

২০) (৪২-৪৫) (৪৯) – ***বিজয় পঞ্চালি মনিপুর ইতিহাস (১৯৭১)ঃ*** অয়ীব–মুতুম ঝুলোন সিংহ

২১) (৪৩) (৫ .-৪৯) – ***সংস্কাল-১বা মতাং মনিপুর লৈবাক(১৯৭১)ঃ*** অয়ীব– বা:কু: সনাহল (গুনেশ্বর)

২২) (৫০)– ***মনিপুর ইতিহাস (১৯৪৭)ঃ*** অয়ীব-বা:কু: সনাহল (বি: কম:)

২৩) (৫০ক) – ***অশঙবা মনিপুর ইতিহাস (১৯৮৩)ঃ*** অয়ীব– পুখ্রম্বম পাবিত্রাং

২৪) (৫০খ)– ***মনিপুর (১৯৫৬)ঃ*** অয়ীব– লাইরেনমযুম ইবুংঙোহল

২৫) (৫১)– ***History of Manipur Vol. -I (1991)*** : Prof. Gangmumei Kabui

২৬) (৫২) (৫৩)– ***Religion and Cultural Intregation of India-Atombapu Memorial Lecture (1967)***: Dr. Suniti Kumar Chatterjee.

২৭) (৩৫)– ***মীতৈগী নাংকী শকুমদ হয়াউ কুম্মৈঃ*** সাইবেম নীলবীর (সেমিনর পেপর– ২৩/১২/২০০০): অসীনব– মনিপুর স্তেত আর্কাইবস

২৮) (৩৪ক) – ***মৈহৌরোল পুকোক (১৯৭২)*** ঃ অয়ীব– খুমল্লম্বম যাইমা

২৯) (৩৪ক) – ***মৈহৌরোল পুকোক (১৯৯১)*** ঃ অয়ীব– ইরোম অমুবী



# ১০

## সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী হৌরকলোন

**১ঃ কাসারদ সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ** – সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ অসী কাসারদগী হৌরক্লগ কংলৈপাক মনিপুরলোমদ চণ্ডশিল্লকপনি ।। লাইনীং ঈহৌ অসীগী লুচিংবদি লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোনি ।। মহাক কাসারগী জারিবোন লমদমগী লাইশ্রম খুলদ নাউরেম শাগৈগী ইমুং অমদ খৃস্তকুম ১৮৮৮ থব্রান থাগী ৭ নি পানব লৈপাকপোকপ নুমিৎকী (২৮/৮/১৮৮৮) নোংঙাল্লমদাই পুংফমদ পোকখি ।। মপা ইবুংঙোগী মিংন চাউব অদুগ মমা ইবেম্মগী মিংন থম্বৌ কৌই ।। শাব্রোঙ শাদা ফৃন্দ্রেন খেত্নুন শাবগুম ফজে হায়দুন মপু ইবুংঙো হেরান্দোন মসৃগী মমিং ফৃন্দ্রে হায়ন নুংশিন কৌজে ।। মহাক মচীনমনাউ নুপা মরিগী মনুংদ অনীশুবনি ।। মপা ইবুংঙো চাউব হায়রিবসী ইনিংথৌ চৌরজিৎন জারিবোন কোনুং লৈকাইদ লাকত্রিঙৈগী মমাঙদ মীতৈ লৈবাক্তগী চৎখিদুন কাসারগী লাইশ্রম খুলদ নাউরেম শাগৈ শন্দোকখিব নাউরেম হেরান্দো কৌব অহল অদুগী মচা ইবুংঙোনি ।।০।।

নাউরিয়ান অঙাং ওইরিঙৈদ রাজেশ্বরপুর ৩৪গী এল: পী: স্কুল অমদ মহৈ তম্ব হৌখি ।। মাগী ব্রাঙাং শাঙাংদ মোমোন নোকপ মশক মতৌ চঙখোনবগী মতৌ উবদ মহাক্কী উজান লাইনীংহলবু *ফৃল* হায়ন মিঙ্গৌখি ।। বঙ্গালী খোম্লোক্তে *ফৃল* হায়বসি *ফৃলো* হায় ।। অদুন মহাকপু *ফৃলো* হায়ন অদুম খঙনখি ।। মহাক্কী মমিং ওইখি ।। এল:পী: স্কুল তম্ব লোইরবদ বৃতিগ লোয়নন লালা ইউ: পী: স্কুলদ তমখি ।। ইউ:পী: স্কুলগী থাক লোইরবদ মাইল ৯ লোম থাপ্প লৈব খোঙন চৎপদ পুং ১.৩০ রোম চঙব হাইলাকান্দি গবর্নমেন্ত ইংলিস হায়স্কুলদ মিং চন্দুন মখা তমথখি ।। মহাক্ক ৮শুব ক্লাস তমলিঙৈদ মপা ইবুংঙো চাউব কোরৌ নোঙ্গা তানখি ।। মথংগী চহীদ ইবুংঙো মোইরেংজাম্বা অঙৌগী মচা ইবেম্ম অতোনবী সনাবৈ

কৌবীগ পুন্সি খোঙচৎকী খোঙবুরোই ওইন য়ুম্বানবগী লমদ খোঙদাখি ।। খৃস্তকুম ১৯১৪ দ মহাক এনত্রেন্স পরিক্ষা ঙমদুন জারিবোন মায়কৈগী অহানব এনত্রেন্স পরিক্ষা ঙম্ব মীশক অম ওইখি ।। মসীগী মতুংদ মহাক হাইলাকান্দি হায়স্কুলগী উজা ওইখি ।। মথংদ লালা এম: ই: স্কুলগী এসিস্তেন্ত হেদ মস্তর ওইখি ।। খৃস্তকুম ১৯১৬ ত মহাক্ন মহৈ তম্বীবগী থবক থাদোক্তুন শিলচরগী দি:সি: লোয়শঙদ থবক তৌখি ।। খৃস্তকুম ১৯১৭ ত আসাম পুলিস দিপার্তমেন্তত সব-ইন্সপেক্তর ওইন খল্লক্তুন দিক্রুগরদ ইহান হান্ন থবক তৌব হৌখি ।।০।।[১]

লাইনীংহল নাউরিয়াদি অহল অমসুং লাইনীংবশিংবু উরগ তেংবানব মপু থিবগী অমদি মশাবু মশক খণ্ডজবগী ঈথিল ফৃদোকপ মীশক ওইরম্মী ।। অহল্লমন লাইনীংবশিংবু উরগ পীজ পীথক তৌব অমদি কৎথোকপ হায়বসী মাগী মহৌশা ওইরম্মী ।। অহল্লমনশিংগী মনাক ফমনিংব, লাইনীং লম্বীগী মরমদ থীজিন্নিংব অমসুং মীতৈগী পারম পুরমগী মরমদ খণ্ডজনীংব হায়বসী মহাক্কী পোকপদগী লোয়নরক্লব ৱাখল ওইবগুম তৌই ।। থোইদোক্ল পনব য়াব থৌদোক অমদি আসামগী লমদম খরদ মীতৈ অহল খব উনখিব অসীনি ।। রঙ্গিয়াদ লৈরিঙৈদ খৃস্তকুম ১৯২৭কী লমতা থাদ নোংম চীংনুংগী লম্বী অমদ চীংমীগী ফীজোল শেৎপ মীতৈ অহল অম উনখিব অসীনি ।। অহল অদুন মীতৈ ইপা ইপুশিংগী ৱারী শীংবুল খর লাইনীংহলদ কাঙথোকপিখি ।। মীতৈশিংন মীতৈ লাইশিং অমসুং ইপা ইপুশিংগী ৱারী কাউনরে হায়বগী ৱাখল অম মাঙোন্দ পীখি ।। থৌদোক অসীন লাইনীংহল নাউরিয়াগী ৱাখলদ অচৌব ঈনোৎ অম হাপখিবগুম তৌখি ।।[২] অতোপ্প পনব য়াব থৌদোক অমদি খৃস্তকুম ১৯২৮ এপ্রিল ২৬ শগোলশেন নুমিৎত লাইনীংব অহল অম উনখিব অসীনি ।। অহল অসীন লাইনীংহল নাউরিয়াদ অরোইব থৌজাল পীবীখি ।। অহলসী উনব অসীন লাইনীংহলদ মপুঙ ফাব অহোংব অম পীখি ।।[৩] মীতৈ পারম পুরমচৎকী লাইনীং হীংগৎ ঈহৌগী ৱাখল্লোন ফোঙদোক্লবগীদমক্ত খৃস্তকুম ১৯২৯গী আগস্ত থাগী চৈচৎ ১০ দ লাইরেল খুলদ লৈব থৌনাউজমগী সোরাতকী থৌরম অমদ নাউরিয়াবু নাস্তিকনি (লাই থাজদবমী) সমাজগ তিন্নব য়াদে; বার্তোন কির্ত্তন থিংগদবনি হায়ন মীয়ামদ মফমদুগী অঙম্বশিংন লাউথোকখি ।।[৪] মথং থাগী হায়বদি সেপতেম্বরগী চৈচৎ ২৬ ত নাউরিয়াবু থাদোকপ ইম্বোকপ ঙমলোই হায়রুবগীদমক্ত নাউরিয়াগী ময়াম্ব জাত্রা, মনাউনুপা

অনী— তোনদোন, মেঘো অমসুং মোইরেংজমগী মশেন মবাই মরি পূন্ন মখোয় তরেৎপুসু বার্ত্তন কির্ত্তন থিংব হায়ন ইনথোকখি ।।[৫] নাউরেমগী মচিন মনাউ মরি অদুগ মোইরেংজমগী মশেল মবাই মরি— অহল নিপাল অসীন চীক্ক বা তান্নরগ খৃস্তকুম ১৯৩০ এপ্রিল থাগী চৈচৎ ১২ থাংজ নুমিত্ত তেংবানব মপুগী ফম্বাল ঈরাৎ থৌরমগ লোয়নন শেমলগ বাশক বারেপনদুন লাইশ্রমখুল মমাঙ লৈকাই মশাগী যুমদ ***অপোকপা মরূপ*** কৌব লাইনীংলূপ অসী লিংখৎখি ।।[৬] খৃস্তকুম ১৯৩০ দ মহাক্ক সরকারগী থবক্তগী পোৎথাজরগে হায়বগী অয়াচে লৌনব হোৎনখিব অদু খৃস্তকুম ১৯৩১ মে থাদ অয়াব ফংখি ।।[৭] অসূন্ন য়াবিরকপদগীদি মহাক্ক লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী থবক্ত মনীং তৌন থবক পায়খৎপ হৌখি ।। নাউরিয়া অহলগী খোঙলোয় য়ামশিল্লকপ মতাং ১৯৩১ সেপ্তেম্বর ১৮ ইরাই নুমিত্ত মহাক মশাগী মযুমদ য়ানিংব, পামজব, খঙনীংব মীশক খর কৌরগ অহানব ওইন লাইনীংহল নাউরিয়ান ***বাফোঙ*** পীখি ।। বাফোঙ অদুগী মচং ওইব শরূক্তি অসীনী — লাইনীংগী মতাংদ মীতৈ ঐখোয়ন হি অনী তোংবগী থবক অসী তোক্লসী ।। অমত্তমক তোংলসী ।। অম অদুসু ঐখোয় ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংন তোংলম্ব হি অদুদ তোংলসী ।। ইপা ইপুন তোংলম্ব হান্নগী ওইব লাইনীংগী হি অদুদ তোংলসী হায়জরিব অমসুং লম্বী অমনব শেমজরিব ঐখোয়বু লৈবাক্কী অঙম্ব ইবুংঙোশিংন তাথীবীদুন লৈবাক্ক তিন্নব য়ারোই হায়ন লাউথোকপিব্রে হায়বসীনি ।।[৮] মথংগী ইরাই নুমিৎ সেপ্তেম্বর ২৫ দসু মহাকন হায়জরিব বাফম অদুবু য়ানিংব ময়াম্বু অমুক কৌদুন মীয়ামগী মফমদ হঙ্গৎচবগী বারোল অম পীখি ।। মসীগী মতুং থা অসীমক্কী চৈচৎ ৩০ যুমশকৈশ নুমিৎকী নুংথিলদ নাউরিয়া অহল মশা য়াউন মীওই তরা থিংগোম খুলদ লৈব লৌরেম্ব ভাগ্যগী যুমদ শিদব মপুগী মিংথৈ শক-শোনব শন্দোকপ হৌখি ।। মসীগীদমক্ত লাইনীং হিঙ্গৎ ঈহৌগী থবক অসীবু য়াদব মীওইশিংন কোয়শিন্দুন ফারগ মখোয়বু কোনুং লৈকাইদ লৈব লৈবাক্কী অঙম্ব সনখ্যা কোয়রেং সনাগী মফমদ পুখি ।। মফমদুদ অহিং থেঙজিল্লক্লবদ — ***য়াদব মফমদ তৌজরোই*** হায়ব বাশক চেরোল অম অঙম্বন লৌবীরগ নাউরিয়া অহল অমসুং মাগী কাঙবুবু থাদোকপীরকখি ।।[৯] নাউরিয়া অহলগী মতীক ময়াইন মাগী খোঙলোয় য়ামশিল্লক্লবদ নাউরেমগী মচীনমনাউ মরি অমসুং মোইরেংজমগী মশেন মবাই মরি পুন্ন অহল নীপাল অসীতন থবক থৌরম পুরম্বদগী ***অপোকপা***

*মরূপ* কী থৌদাং অসী চেকশিন্ন পাকচাউন শন্দোক্রবগীদমক্ত নাউরিয়া অহলগী পাউতাক মতুং ইন্ন খৃস্তকুম ১৯৩২ গী লাই খুন্দিল লাল্লুপ নুমিত্ত –১) নাউরেম জাত্রা ২) নাউরেম তোনদোন ৩) নাউরেম মেঘো ৪) মোইরেংজম ব্রজমোহন ৫) মোইরেংজম মীনেশ্বর ৬) মোইরেংজম বাবুচান্দ ৭) মোইরেংজম খুনজাউ ৮) লাইশ্রম তোনা ৯) লাইশ্রম মখে ১০) লৌরেম্বম ভাগ্য ১১) সেরাম সুকদেব অমদি ১২) লোংজম নিংথৌ – অহল ১২ অসীন শীনখি ॥[১০] অদুগ লাইনীংহল নাউরিয়ান অথোইব লুচিংব অম ওইন লৈখি ॥ অসূম্ল লাইনীংহলন লুচিংব অম ওইরগ শেমখিব অহল ১২অদুন মতম খুদীংদ ৱা তান্নরগ থবক থৌরম চৎথখি ॥ খৃস্তকুম ১৯৩৭ এপ্রিল থাগী চৈচৎ ২০ লৈপাকপোকপা নুমিৎ শজিবুগী ১০ নি পানবদ ইনিংথৌ কুলচন্দ্রগী মচা ইবুংঙো তিকেন্দ্রধ্বজন নাউরিয়া ফুলোগী শঙ্গাইদ লেংবীরকখি ॥ নুমিৎ ৫নি চুপ্ল নাউরিয়া ফুলোগী ফজব নীংথিব ৱাহৈ, লাইনীং লীচৎ, ইমারোল, লাইয়িংথৌ সনামহীগী মতীক ময়াই, পোকলেন পোকপ অপোকপ তেংবানব মপুগী মিংখৈ শকশোনব অমসুং মীতৈলৈবাক লাইফমনি হায়ব ৱারী পুম্নমক তারগ তিকেন্দ্রধ্বজন খৃস্তকুম ১৯৩৭ এপ্রিলগী ২৫ নোংমাইজীং থাবুঙ মীফমদ মপুগী মনাই নাউরিয়া ফুলোবু ***লাইনীংহল*** হায়ব মিংথোল পীবীখি ॥[১১] লাইনীংহলন হিংলিঙৈদ লাইনীং হিঙ্গৎ ঈহৌ অসী মায়পাক্ল শন্দোকপ য়ানবগীদমক্ত লাইরিক কয়াসু ইরমখি ॥ মদু মতাংচান মখাদ পনজরক্কনি ॥ অসূম্ল পারম পুরমগী ওইব মীতৈ ফুরূপকী নাৎ অমসুং লাইনীং হিঙ্গৎ ঈহৌগী থবক থৌরম কয়া পায়খৎপিরম্লগ মীতৈ ফুরূপকী নাৎ অমসুং লাইনীং হিঙ্গৎ ঈহৌগী অপোকপ মপা লুচিংপুরেল লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলো মশাগী চহী ৫৩ শুরকপ খৃস্তকুম ১৯৪১ জুন থাগী চৈচৎ ৩০ ইঙাগী ৬ নি পানব নিংথৌকাব নুমিৎকী অয়ুক পূং ৮ তাব মতমদ কোরৌ নোংগা তানখি ॥০॥[১২]

লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোগী মতমদ কাসারদ লৈব মীতৈশিংগী মশাগী ওইব লীচৎ শাজৎ, ফিজেৎ চাকচা, মরোল মনাৎ পুম্নমক অয়ৌবী থাক্ত শক্তম মাঙশিল্লরুম্মী ॥ মফম অদুগী মীতৈ অয়াম্ব নুপাশিংদ নক্তন নুপী ফাওব য়াওন য়ুমদগী থোঙ্গাল ৱাংম লান্ন চাৎথোক্কদব লৈরবদি বঙ্গালীশিংগী ফীজোল শেৎলম্মী॥ বঙ্গালীশিংগী লীচৎ শাজৎন ফিদম্লফম ওইব লীচৎ শাজৎ ওইন লৌনরম্মী ॥ থোঙ্গাল ৱাংম লানথোকখিবদ বঙ্গালী লোল ঙাংবন লেমজনবী ওইন চৎনরম্মী ॥ মীয়াম

মমাঙদ মীতৈলোল ঙাঙব ইকাইনরম্মী ।। কাসারগী মীতৈদি খরবু ফরি আসামদ আসামীশিংন আসামীলোল ঙাঙব ইকাইদুন বঙ্গালীলোল ঙাঙলব মতমনি ।। মখোয়গী মিংগী মমাঙদ *বাবু* ইরগ লেপ্লে খনজব মতমনি ।।[১২ক] মীতৈলোল হায়বসী ইমুং মনুংগী ওইব লোনগী থাক্ত কুমথরক্লম্মী ।। পুম্নমক অসীগী মথক্ত মীতৈশিংন চৎলিব হিন্দু লাইনীং অসীদি গৌরিয়া বৈস্নব ধর্ম্ম ওইব মরম্ন বঙ্গালীশিংগী লাইনীংগী ওইব হরাউ কুম্মেশিং অদুদ মফম অদুগী মীতৈশিং অদুসু পূমলূপ লুপশিনবগী থাক্ত লাকলম্মী ।। বঙ্গালীশিংগী দুর্গা পুজা অদুমক্তি মীতৈশিং অদুগীসু অচৌব হরাউ কুম্মে হায়বদু ওইরম্মী ।। মফম অদুগী বঙ্গালীশিংগী মতৌ তম্বন লেমজনফমনি হায়ন খঞ্জরব মীতৈশিং অদুন বঙ্গালীশিংগী মফমদগী ইকাইব নংবসু য়াওরম্মী ।। খূদম ওইন হায়রবদ কাসারদ লৈব মীতৈশিংন শিবগী সোরাৎত সংকির্ত্তন শকপদ সংকির্ত্তনগী ঈশৈদ রাধা কৃষ্ণ কেন মৌনবগী, অহিংদ উমংদ উনবনচিংবগী ঈশৈ অসী মফম অদুগী বঙ্গালীশিংন তারগ *সি সি* হায়দুন মচূপ পৈথোক্লম্মী ।।[১৩] মীতৈশিং অদুন য়াম্ন থৱায় য়াওন হোৎনজরিব তৌজরিব অদুদ বঙ্গালীশিংগী মরক্ত কনাগুম্বন করেম কথাইনবগী মৱোঙদ নোকনবীরম্মী ।। মখোয় মীতৈশিং অসীন তৌজব শারিবসে হায়বগী ৱাখল খল্লম্মী ।। তৌরু তৌরুব খুদীংদ মখোয়গী মতৌ তম্বগী মৱোঙদ ইতা তারম্মী ।। পুম্নমক অসী মীতৈ অয়াম্বন পুকচেল চাউথোকপগী মৱোঙদ খাঙব ঙম্নবসু মীতৈলোনবু নুংশিজব, মীতৈগী চৎনলোনচৎ, ফিজেৎ চাকচা, লাইনীং লীচৎপু নুংশিজব পামজব হায়বদি মীতৈগী নাৎ অমসুং লাইনীংগী শক্তম নুংশিজব মীতৈ খরগী থম্মোইদদি তশেংনমক ইকাইবন খাঙব ঙম্নমদে ।। পুম্নমক অসী মীতৌ তমলুবদগী থোকপনিকো হায়ব ৱাখল অসী খল্লম্মী ।। নাউরিয়া ফুলো মশামক্ত মহাক্ক কোইনদব বঙ্গালী মরূপশিংন — নখোয়গী লোল করিনো ? নখোয়গী ময়েক করিনো ? নখোয়গী লাই করিনো ? নখোয়গী লাইনীং করিনো ? — হায়ন হংব য়াওরম্মী ।। অসীগুম্ব ৱাহংশিং অসী বঙ্গালী কয়ান কাসারগী মীতৈ কয়াগী মফমদ হংলম্ব য়াই ।। মদুদ মীতৈ অয়াম্বন— ঐখোয়গী ইমা লোন্দি সংস্কৃত লোলনি ।। নখোয় বঙ্গালীশিংগী ময়েক মানব অসী ঐখোয় মীতৈগী ময়েকনি ।। ঐখোয়দি আর্য্যনি ।। আজ্জুনগী চাদা নাউদানি ।। মহাভারত্ত য়াওরিব মনিপুর অদু কাসারদ লৈরিব মীতৈ ঐখোয়গী পোক্লফম মনিপুর অসীনি ।। ঐখোয়দী হিন্দু বর্ন মরিগী মনুংদ খেত্রি হায়ব কালূপ অদুনি ।। হিন্দুগী লাই পুম্নমক

ঐখোয়গী লাইনি ।। হিন্দু ধর্ম্ম হায়বসী মীতৈ ঐখোয়গী পারম পুরমগী ওইব ধর্ম্মনি – হায়ন য়াম্ন থাজন মপুক্লীংদ চাউথোক লেমথোকচবগ লোয়নন খুন্নম্ব য়াই ।। অদুবু লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোনদি অদুগুম্ব পাউখুমশিং অদু অরানব শেমজিন শাজিনব পাউখুমনি হায়ব খওবদগী ৱাহংশিং অদু তাবদ মপুক্ত ইকাইব ফাওরম্মী ।। মহাক্ল থৌনা লিংজেলগ লোয়নন – মসী ঐখোয়গী ময়েকনি ।। মসী ঐখোয়গী লোলনি ।। মসী ঐখোয়গীগী লাইনীংনি ।। মসী ঐখোয়গী লাইনি ।। লাইশোল, তিনশোন্ন অসীনি, মীতৈশিংগী হৌরকফম ৱারীন অসীনি হায়ন পাউখুম পীনব হোংনরম্মী ।। ঐখোয় ইশাগী মচু তরব লাইনীং, ইনাৎ অমসুং লোল লৈন লৈন মীগী লাইনীং, মনাৎ অমসুং লোলদ তাংজফম থোক্তে হায়বসী লাইনীংহলগী ফীরেপনি ।। লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোগী ঈহৌ অসীদ মীতৈ ফৃরূপকী নাৎকী শক্তম কনবগী ৱাখল্লোন অম য়াওরি ।। লাইনীংহলগী ৱাখলদি– মীগী মমা ইনাকখুনবী, ফজব ফীজোলন লৈতেংবীবু ইমা ওইজনিংদুন ফীজি য়ান্নিংলুবগী মহুত্ত ঐগী ইমা লাইরবী ফনেক খোংদাই শেৎপী অসীবু করম্ন মীগী মমাগুম চরৈ ফীজোল নীংথিব শেৎহনব ঙমগদগে হায়ন খনফম থোকই হায়বসীনি ।। মহাক্ল হায়রম্মী – "ফরবসু ইমানি, থীরবসু ইমনি, ইমাতবু নুংশিনি, ইমাতবু থৌগন্নি "।।[১৫] মহাক্ল থৌনাফন্ন পাউখুম পীনব হোংনব ঙমলিব অসী ব্রহ্মসভা কৌব মীতৈ হিন্দুশিংগী খ্বাইদগী ৱাংব লাইনীং লৃপ অসীগ খর থাপ্নখিব অসীনসু খর কোম্ন থোক্লম্ব য়াই ।। মনিপুরদদি মতম অদুদ ব্রহ্মসভাগ হাকথেংনন লৈমিন্নরে ।। অদুগীসু মথক্ত লমদম অসীদদি হিন্দু গৌরিয়া বৈষ্ণব লাইনীং চৎলিব মীতৈশিংবু নোক্লবীনব অমসুং কাসারদ লৈব মীতৈশিংদ মফম অদুগী বঙ্গালীশিংন হংলিব ৱাহংশিং অদু হংবিনব মী লৈরমদে ।। মফম অসীদদি হিন্দু লাইনীং চৎলুবদগী শোক্ল-শম্নব য়াদব অমাং-অশেংগী ওইব অৱাব চৈথেং কয়া ফংলবসু হিন্দু লাইনীং অসী ইকাইখুম্নফম ওইব লাইনীং অম ওইন লৈরবনি ।। মরমশিং অসী লৈবদগী সনামহী লাইনীং হিঙ্গৎ ঈহৌ অসী কাসাররোমদগী হৌরকপনি ।। কাসারদ লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলো পোক্লমদ্রবদি কংলৈপাক মনিপুর অসীদ পারম পুরমচৎকী ওইব লাইনীং হায়বদী সনামহী লাইনীংগী হিংগৎ ঈহৌ অসী লাক্লমগদ্র লাক্লমলোইদ্র হায়ব ৱাহং অসী অয়ীব ঐ ইশাদ ইতোমত ইতৎ তত্তন হৌজিক ফাওবদ হংজরিব ৱাহং অমনি ।। য়াম্ন পুকচেল শেংন হায়জরবদ মহাক পোক্লমদ্রবদি

সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ লাক্লমগনি হায়বা ঐহাক কয়া থাজদে ।। মরম অসীন ঐখোয়গী পরম পুরমগী লাইনীং অমসুং ইনাৎপু নুংশিব মীওই খূদীংমক্ক লূপকী খেন্নব থাদোক্কুন লাইনীংহল নাউরিয়াদ অৱাঙব থাক্কী ইকাই খুম্নব উৎফম থোকই ।। মহাক্কী মমিংদি অনৌব কংলৈপাক মনিপুরগী পুৱারীদ সনাগী মূক্ক ইদুন লৈহৌরগনি ।। মতমগী খোঙলৈ তাকপ পুয়াশিংদ ইরম্ব — নোংচুপলমগী মীতৈ অরিবন তীনথোঙ লাইথোঙ খঙন থিরখিগদনে, নোংদম নোংখাইবিরখিগদনে, মীতৈগী লাইনীং লীচৎ অমরক হনজিল্লখিগদনে — হায়ব ৱাফম অসী লাইনীংহল নাউরিয়াবুনি হায়বগী থজনবী লৈনৈ ।।০।।

সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী লুচিংপুরেল অপোকপ মপা ওইরিব লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোন লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ অসী মায় পাক্লবগীদমক্ত পুৱারী অমসুং লাইনীং লাইশোলগ মরী লৈনব লাইরিক কয়া ইরম্মী ।। মথংগী লামায় খরদ মহাক্ল ইরম্ব লাইরিকশিং অদু শমজীন্ন নৈনবগী ৱারোল পীজরি ।।০।।

**মচাক তানফম ওইব লাইরিক অমসুং চেফোঙশিং**

১) (১-৬)(১২) — ***লংজীল*** (লাইনীংহল নাউরিয়াগী ৯১শুব মপোক নীংশীং চেফোঙ-আগস্ত, ১৯৭৯)

২) (১-৬) (১২) — ***মীতৈ পোকপা লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলো (১৯৮৪):*** অয়ীব — কোনসবা ইবোচৌ

৩) (১-৬) — ***লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলো অমসুং মহাক্ল ইরম্ব লাইরিকশিং :*** অয়ীব— প্রো: সাইরেম নীলবীর (মতমগী খোঙথাং ৬০শুব মশীং, থৱাল, ১৯৯০)

৪) (১-১১) — ***লাইনীংহল নাউরিয়াগী পুন্সি অমসুং থৌদাং:*** অয়ীব— নাউরিয়া অমুসনা (মতমগী খোঙথাং, ৬০শুব মশীং থৱান ১৯৯০: ইদিত্তব— সাইবেম নীলবীব)

৫) (৬) (১১) — ***শিদ -মপাউ*** (অপোকপ মরূপকী থাগী চেফোঙ—১৯৯৬ ইঙেন—থৱান, ১০৩ শুব মশীং: থৌপুব-নাউরিয়া অমুসনা, কাছার)

৬) (১৩) — ***ঐপী ৱারেং (১৯৪১):*** অয়ীব— লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলো

৭) (১৪) — ***মীতৈ দীশে (১৯৭৭):*** অফোঙব— নোংথোম্বম নরান (থম্নীরম্ব — লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলো

৮) (১২ক) — ***ৱাকাইরোল — মে: ১৯৩২ (১৯৯১):*** খোমজিনব—রা:কু: সনামহল বি:কম:

**২ঃ লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোন ইরম্ব লাইরিকশিং –** মীতৈশিংগী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ অসী মপুঙ ফান শাগৎনবগীদমক্ত অমদি হৌজিক্কী ওল্লক্লিব মালেমগী য়াওন্দ লাইনীং অসীন মতীক ময়াই লৈন হিংজব ঙম্নবগীদমক্ত লাইনীংহল নাউরিয়ান লাইরিক কয়ামরুম ইবিরম্মী ।। মহাক্ত থন্বীম্ব লাইরিকশিংদি– ১) মীতৈ হৌভম ৱারী ২) তেংবানব অমসুং লাইনিংথৌ লাইপাউ ৩) ঐগী ৱারেং ৪) পামহৈব ৫) থাইন নোংইন ৬) অহল য়াথং ৭) শীংথা চৈথারোল ৮) সাকোক থিরেল ৯) কোনশেং তুরৈ শেংবা ১০) লাইনীং খুদা নিপাল ১১) হৌনবুং অমসুং লান্নবুং ১২) চীংনুং লাইরেম্বী ১৩) ঈচেল ১৪) অপোকপা মপুগী তুংনভম১৫) ইরাই পুরেল অসীনচিংবনি ।। লাইরিকশিং অদুগী মনুংদগী মরুওইবনি হায়নন খনজব খরগী মরমদ ৱাহৈ খরদং মখাদ ফোঙদোকচরি –

**১ঃ মীতৈ হৌভম ৱারী**– লাইরিক অসী লাইনীংহল নাউরিয়ান খৃস্তকুম ১৯৩৪ দ ইবিরম্ব অদুগ মোইরেংজাম্ব মুনালন খৃস্তকুম ১৯৪৮ দ অহানব ওইন ফোঙখিবনি ।। লমায় ৮০ রোম পানব ৱারেংদ ইব লাইরিকনি ।। মীতৈশিংগী শাগোন্নরকপ লাইনীংগী হিংগৎ ঈহৌ অম শাগৎপ তারবদি মীতৈ ফৃরূপকী হৌরকফম অমদি ফৃরূপ অসীন হিন্দু লাইনীং লৌথ্রিঙৈগী মমাঙদ লৈরম্ব লাইনীংগী মৱোঙ অদু চহী ২০০ (চনী) রোম তুমখুন হুন্ন তুমলুরব মীতৈশিংদ খঙহনব তাবনি ।। মরম অসী লৈবদগী লাইনীংহলন লাইরিক অসী ইখিবনি ।। লাইনীংহলন লাইরিক অসীদ লাইৱারীগ পুৱারীগ য়ানশিন্নরব মীতৈ হৌভমগী ৱারী ৱাখোঙ, ঙল্লিঙৈদ লৈরম্ব মীতৈ লাইনীংগী মশক অমদি মহাক্কী মতমদ ওইরক্লিব লাইনীং লীচৎ অমসুং য়াম্ন পুক্লীং নুংশিনিঙাই ওইরব মীতৈলোনগী মশক অদু য়াম্ন নীংথিজন নৈনৈ ।।০।।

মীতৈ অয়াম্বন হিন্দু লাইনীং লৌরুবন মরম ওইরদুন লাইনীং লাইশোনগী থৌরম কয়াদ মীতৈলোন্ন শকপ শোনব অসী অমাংব ওইন খন্নরকপগী মতাং ফাওব য়ৌশিল্লকখি ।। মতাং অসী লাইনীংহলন লাইরিক অসীদ অসৃম্ন পাউখুম পী – "মমা পুক্লুংগী মরোল হায়বসীদি মমঙ মহা, শিংলি তাংলি, তুরৈ তুখোং ফাওব চৃপ্পবনি ।। মদুবু মাংই হায়রবদি ৱাকায় য়াম্ন লাকপ তারে ।। মরোল মাংলবদি মপা মপুবুসু মাংঙি হায়ব ৱানি ।। মপা মপুনা মাংব ওইরবদি মচা মশুদি করম্ন অশেংব ওইগদৌরি ? অতোপ্পা ফৃরূপকী মী অমন মীতৈলোন মাংই হায়বদো

তুংদ হায়জবনি ।। মরোল ইরোল তিন্নরিব হৌভম শাৎফমদসু তিন্নরিব ফুরূপ অমত্তগী মী অদুন মরোলবু মাংই হায়রবদ মপা মপুগী মফমদ শোয়দন লঙজরবনি ।।" মহাক্কী মতমদ মীতৈ মচা অয়াম্বন লাইরিক লাইসু ইনব, লেংনব অমসুং ফোঙনব ইহোৎ হোৎনদে ।। মসিদ নাউরিয়ান থম্মোই য়াম্ন শোকখি ।। অদুন মহাক্ত হায় – " মীতৈ ঐখোয়ন লাইরিক লাইসু ইদব মরমন মীতৈলোন শীজিন্নদব মরম্ন মীতৈলোন চাউখৎলকপ লৈখিদ্রে ।। অরু অরুব ৱারী পুম্নমক মফম মরাং খঙদন মাঙখ্রে ।। ঐখোয়গী লাইরিক লাইসু হৈতবসিন মীরৈবাক্কী মীন ঐখোয়বু হৈতে খঙদে হায়দুন মথোই কান হায়রি ।। মীনদি মহোয় মহোয়গী মরোল শীজিনব ঙম্নগ মীতৈ ঐখোয়দি করিগীদমক্ত ইরোলবু শীজিন্নব ঙমলোইদগে হায়বসী কুপ্ন ৱাখল তৌরসী ।।" মীতৈলোন্ন লোনমাংগী থাক্ত হায়থরকপ অদুদ লাইনীংহলগী থম্মোই অসুক্কী মতীক শোকখি ।। মশাগী ৱাহৈদ মখাগী অসুম্ন হায়রম্মী– " মীতৈলোন্ন লাইরিক লেংবসিদ অমসুং ময়াংন ঈশ্বর হায়রিব অদুবু মীতৈ ঐখোয়গী ঈরোন্ন তেংবানব মপু হায়বসিদ ময়াংন *পাপ* হায়রিবদু পুগদব ওইরব *নরক* হায়রিবদুবু তাগদব ওইরব, ইবুংঙো ইবেম্মশিং ! করম্ন লাইশঙদনো ৱাশকচৌ হায়রবসু ৱাশকচগে *পাপ* হায়রিব *নরক* হায়রিব পুম্নমক্ত ঐ ফংব ওইজগে ।।" ইরোল ইমারোল লোন্দুন শিব হায়ব অসীদি লম্নক্ত শিরবসু ইয়ুমদ শিব কৌই হায়ন তকপিরম্মী ।। লাইনীংহলগী ৱাখল্লোন অসীন তকলিবদি ইয়ুমদ শিরবসু কনাগুম্ব মীওই অমন মীগী মরোল লোন্দুন শিরবদি লম্নক্ত শিব হায়বদু তারে ।। লাইনীংহল নাউরিয়াগুম্ন ইমা মীতৈলোনবু নুংশিজব, পামজব মীতৈ মচা কুনশুব চহী চাদ লৈরমগনি হায়ব থাজদে ।।০।।

য়াম্ন শমজীন্ন হায়রবদ, ***মীতৈ হৌভম ৱারী*** হায়ব লাইরিক অসী মীতৈ ফুরুপ্ন হিন্দু লাইনীংগী ঈরৈদ লুপ্তুন মঙলৈবাক্ত তাউদুন লৈরব মতমদ মীতৈ হৌরকফমগী, লাইনীং লীচৎকী, নাৎকী অমদি লোনগী মতাংদ তোংঙানব শক্তম অম লৈফম থোকই অমসুং মদু থিফম থোকই হায়বগী ৱাখল্লোন অসীদ য়ুমফম ওইরগ ইব লাইরিকনি ।।০।।

**২ঃ তেংবানব অমসুং লাইনিংথৌ লাইপাউ**– মীতৈ ফুরূপ্ন পারম পুরমচৎকী লাইনীংবু নৌহৌন হিংগৎহনব তারবদি ইথোক্লব লাইনীংগী ৱাংউরোল অম লৈতব য়াদে ।। মরম অসী লৈবদগী লাইনীংহল নাউরিয়ান লাইরিক অসী

ইখিবনি ।। মসী লামায় ৫০ মুক্ত পানব শৈরেং লাইরিক অমনি ।। লাইরিক অসী লাইনীংহন্ন খৃস্তকুম ১৯৩৩ দ ইরম্বনি অদুগ খৃস্তকুম ১৯৪৬ ত মোইরেংজাম্ব মুনালন অহানব ওইন কাসারদ ফোঙখিবনি ।।০।।

লাইরিক অসিদ শৈরেং ১২ লৈ ।। অহানব শৈরেংদ মীতৈশিংগী লাইনীংগী হিংগৎ ঈহৌ অম লাক্লে, মসিদ মীতৈমচাশিংন পংথদুন লৈব মতম নত্তে মীতৈ মচা পুম্নমক মীংকপ থোক্লো তৃমদুন লৈব মতম নত্তে হায়বগী য়াকাইরোল পাউজেল অম লাইনীংহন্ন মীতৈ মচাশিংদ অসূম্ন পীরি –

"হৌরে হৌরো পারীখোয়
মপুগী পাউবু লাক্লে ইবুংঙোশিং
হৌরো হৌরো পারীখোয় ।।০।।
পোক্লেন পোকপ য়াওল্লে
তুংন মাঙ ওইরক্লে
শীৎলুব নুংশিং হল্লক্লে
পঙধরব শিংলি হৌরক্লে ।।১।।"(লা:১)

লাইরিক অসীগী শৈরেং খরদি তাইবং মপু শিদবগী মতীক ময়াই শৈথাদুন লাইনীংহল নাউরিয়ান থৌনিজবনি ।। মপুদ চঙজবনি–

" অপোকপগী তাইবংনি অপোকপগী কুম্মৈনি
অপোকপদি ইপুরোয় তাইবং কম্মৈ শেম্বনি
ইপুরোয়দি অপোকপ থৌজাল লৈপুন পীনবীয়ু
ইবুংঙোবু নীংজগে পাংগল লৌশিং ওইহনবীয়ু ।।১২৯।।
নাউরিয়াদি ফুলোন ইপুথৌবু খুরুমজে
অফ-নুংঙাই মরমগী ইবুংঙোদ থৌনিজে ।।"(লা:৩৫/৩৬)

তাইবং মপুগী মতীক ময়াই শৈথাদুন ইব মরম্ন লৈশেম নোংশেমলোন, নমু পোংশেমলোন, অদুগ তাইবংমপু, মীওইবগী থবায় অমসুং হকচাং অহুম অসীগী লৈনব মরী অদু লাইরিক অসীদ ফজন উৎলি ।। তাইবং মপু, থবায় অমদি হকচাং অহুমগী মরক্ত লৈনরিব মরীগী মতাংদ শৈথাব শৈরেং মতেক অম মখাদ লৌখৎচরি–

"তাইবং মীগী মৱোঙসু ইপুরোয়গী ফিদুপনি
মচল মঙা তিনবনা ইপুরোয়গী কায়াৎনি ।।
তাইবংমীগী কায়াৎসু তেংবানবগী মৱোঙনি
পিক্ক কায়াৎ ওইবগী অতোপ্পনি হায়বনি ।।"(লা: ২৭)

লাইরিক অসীগী অয়াম্ব শৈরেংদি কৌক্রু চীংগী চীংদোন্দ চোয়নৌ ফম্বালথক্ত ফমদেংলিব লাইনিংথৌন লাইরেম্বীগী মফমদ তাইবং মপুগী মতীক ময়াই অমদি তেংবানব হৌরক ওইরকপগী ৱারীশিং অদু লাইরেম্বীন হংব ৱাহংগী পাউখুম ওইন লীথবগী মৱোঙদ ইবনি ।। মৱোঙ অসী লৈবদগী লাইরিক অসীগী মমিং *তেংবানব অমসুং লাইনিংথৌ লাইপাউ* কৌখিবনি ।।০।।

**৩ঃ ঐগী ৱারেং** – লাইরিক অসি লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোন ইরম্ব লাইরিকশিংগী মনুংদ খ্বাইদগী চাউব লাইরিকনি ।। লামায় ১৫০ রোম পানব ৱারেংদ ইব লাইরিকনি ।। লাইরিক অসী করিগী ইরিবনো হায়বগী মরমদ লাইনীংহল মশান অসূম্ন হায়– " লাইরিক অসীদ ফোঙজরিবসিদি অয়েৎ-ৱা মক্তনি ।। --- মীতৈ ঐখোয়ন হৌজিক্কী মতমদ চৎনবীনি হায়দুন তৌরিবসিদি মরম পুম্নমক্ত কান্নে কান্নদে হায়বদুগী তশেং তশেংনা খঙনবগীদমক ৱারেংসি ফোঙজবনি ।।" লাইরিক অসী খৃ:কু: ১৯৪০ দ ইব লোইশিনখিবনি অদুগ অহানব ওইন খৃ:কু: ১৯৫১ দ লৈবাক মাঙদ পুথোকখিবনি ।। লাইরিক অসীদ য়াম্ন কন্ন শাফু পীদুন মীতৈমচা পুম্নমক্ত খঙহন্নিংন ইরিবদি– মীতৈ মচাশিংন হিন্দু লাইনীং লৌরুবগী মহে ওইন পোকপ, লুহোংব, শিব অমসুং হিন্দু লাইনীংগ মরী লৈনব হরাউ কুম্মৈ কয়া শেল য়াম্ন চঙন পাঙথোকপন চৎনবী অম ওইশিল্লকপদগী পাংগল-লৌশিং, লন-থুম মাঙশিল্লকপ অসীগী মতাংদনি ।। শেল চঙবগী ৱাফমদ নত্তন অরানব মৱোঙদ লাইগী থৌরম তৌবগী মশক অদুসু লাইরিক অসীদ য়াম্ন ময়েক শেংন উৎলি ।। খুদম ওইন হায়রবদ – মীতৈ হিন্দু অমন শিবগী সোরাৎ শোনব মতমদ পোৎলম ১৬ হায়বদি ১) ভূমি লৈপাক ২) অসন ফিদ ৩) রাজত লুপা অসিনচিংব অদু কুশন শাব গোত্রগী ব্রহ্মন অদুদ কৎলি ।। মসীগী মতাংদ লাইনীংহন্ন অসূম্ন হায় মদুদি কুশন শাব ব্রহ্মন অদুদি গোত্র অদুগী অপোকপনি ।। মদুন শিরিব মীতৈ অদুগী মপা মপু পোকপ ওইব তারবদি মীতৈদি ব্রহ্মন ওইফম থোক্কে ।। অদুদ মীতৈবুদি ব্রহ্মন ওইহনবদি নত্তবনিন মসিদ অকায়ব অম লৈরে

হায়ন লাইনীংহন্ন তাকলি ।। মীতৈ হিন্দুশিংনদি হরি সংকির্ত্তন হায়বসী অফ নুংঙাই খঙব চাওখৎপ কাঙলুপকী চৎনবীনি হায়দুন পোঙজরি অদুবু মসীগী মতাংদ লাইনীংহন্ন হায় –" মীতৈ ঐখোয়গী হরি সংর্ত্তিন তারগ বঙ্গালী ভদ্রলোগশিংন ছি ছি হায়দুন মচুপ লৈথোকই। --- শকইব উজানসু ঈশৈ মরোল খঙদে, তারিব বৈষ্ণবনসু খঙদে।।" মহাক্ন মখা অমুক তাথে –"ভারতবর্ষদ গৌর ধর্ম্ম চৎপসী মীতৈ ঐখোয়ত নত্তে, মীতৈদি খরতনি ময়াংন অয়াম্বনি।। ময়াংগী হরি সংকির্ত্তন্দ মীতৈন তৌবগুম লোনচোপ মচেৎ অমত্ত য়াওদে।। রাধা কৃষ্ণ কেন মৌনবগী ৱারীসী নত্তব মীতৈগী হরি সংকির্ত্তনসিবু মৱোঙ অম ওইন তৌব য়াররোইদ্রা ?"

মহাক্কী মতমগী মীতৈ খুন্নাইবু য়েংলগ লাইনীংহল নাউরিয়ান মীতৈমচাশিংদি হিরম কয়াদ মঙ মঙদুন লৈরে হায়রম্মী ।। মঙশিং অদুদি–১) ময়াংগী ধর্ম্মবু ঐখোয়গী পারম পুরমচৎকী লাইনীংনি হায়ব ২) মীতৈগী লাইবু লাইমাং ওইহনব ৩) মীতৈলোনবু মাংহন্দুন ময়াং লোনবু শেংহনব ৪) ময়াং মরোলগী ঈশৈবু ঐখোয়গীনি হায়ব ৪) ময়াংগী মপা মপুশিংগী হৌরকফম ৱারীবু ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংগী হৌরকফম ৱারীনি হায়ব অসীনচিংব অসীনি ।।০।।

কাসারদ লৈব মীতৈমচাশিংন লাইনীং অমসুং লোনগী মতাংদ থেংনরিব অৱাব অদু লাইবিক অসীদ লাইনীংহন্ন মখাগী অসুম্ন উৎলি "ময়াং লৈবাক্ত লৈব ঐখোয়দি ওন্থোক্ন অৱাবনি, ময়াংগসু মীতৈগসু চপ মান্নন চত্তব য়াদে।। খরায় থোঙ্গাল হেক লানবগ ময়াং মরোল লোন্দব য়াদে।। -- - ময়াং মরোল তমগে হায়দুন ময়াংগ খর তোয়ন তিন্নরে মাংলে হেক্ত হায়বী ।। - - - ঐখোয়ন নুংশিব ঈশৈনি হায়দুন কপ্প কপ্প শক্তুন হরি সংকির্ত্তননি হায়দুন তৌজে, ময়াংশিংন পঙনোক্ত নোকপি ।। ময়াংশিংবু ইকাইদুন হরি সংর্ত্তিনসি থাদোক্নে মীতৈ লৈবাক্কী উজাশিংন ঐখোয়বু পূম্নাম্লি হায়বী ।। ঐখোয়গী খুদোংথিব হায়বদু মসিদগী হেন্ন হায়নিংঙাই লৈতে।।" অসীগুম্ব মীতোপ্প করেম্নফম ওইরব খুন্নাই অসীদ লৈরুবদগী ইকাইব অদু কোক্নব হায়দুন লাইনীংহন নাউরিয়ান মীতৈশিংগী পারম পুরমগী ওইব লাইনীংগী হিংগৎ ঈহৌ অম শাগৎলকখিবনি।। অসুম্ন মীতৈ হিন্দু খুন্নাইগী অমাঙ অতা, অশোয় অঙাম কয়ামরুম নৈনরুরব মতুংদ মীতৈশিংগী সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ অসী ঈথক ঈপোম চাউন হৌরক্নগনি হায়বগী অচেৎপ থজবগ লোইনন মীতৈগী লাইশিংদ থৌজানবীনব খুরুমজদুন লাইরিক অসী লোইশিল্লি ।।

লাইনীংহলগী ৱাহৈদ—"লাইনিংথৌ সনামহী ইবুংঙো ! লোৎতুন লৈবিরনু ॥ ননাই ঐখোয় মীৎকপ থোকচরে ॥ থৌগনজরনি ॥ ননাই ঐখোয়বু চানবীয়ু ॥০॥"

৪ঃ **পামহৈবা** — মীতৈশিংগী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ অম শাগৎপ তারবদি মীতৈশিংবু করম্ন হিন্দু লাইনীং লৌহনখিবগে হায়ব পুৱারীগী থৌদোক ৱাথোকশিং অদু মীতৈমচাশিংদ খঙহনব তাবনি ॥ মরম অসী লৈবন লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোন ***পামহৈব*** ইখিবনি ॥ লাইরিক অসী লামায় ৭০ রোম পাল্লি ॥ শৈরেংদ ইবনি ॥ লাইরিক অসী অহানব ওইন তখেল্লম্বম উজা বোকুলন খৃষ্টকুম ১৯৫২ দ ফোঙখিবনি ॥০॥

শ্রীহট্টদগী লাকপ শান্তদাস গোইসাইগী থৌইনশিন্দগী ইনিংথৌ পামহৈবন মীতৈমচা অয়াম্ববু নমদুন নোংথ্রঙ ঈরূপহল্লগ হিন্দু লাইনীং লৌহনখি ॥ গোসাই অসীগী থৌইনশিন্দগী মীতৈগী পাথাং পুথাং লান্ন লৈরক্লব পুয়া অয়াম্ব নমদু মৈ থাখি ॥ তৌহৈদ্রব থবক অদুবু য়াখিদব মায়চৌ খোংনাংথাবন নিংথৌ পামহৈবদ অসৃম্ন হায়খি—

"ইমা ইপা শক্লব মীতৈ লাইরিক পুম্নমক
মৈদ থাদোক্লবদি 'ইপী ইপা' লৈররোই ॥
তৌহৈদব থবক্লি তৌবীগনু লাইনিংথৌ
মীতৈ মচা পুম্নমক মমা মপা খঙলরোই ॥
মীগী মমা মপাদ ইমা ইপা কৌরনি
লাইরিকপু মৈ থাবদি কনানসু তৌখিদে ॥
নামুংথ্রব থবক্লি তৌবীগনু ইবুংঙো ! " (লা: ৫০/৫১)

মায়চৌ খোংনাংথাবন হায়জব অদু ইনিংথৌ পামহৈবন মনা ওইন তাখিদে ॥ মৈ চুরক্লব মতমদ পুয়া খরদি মফম খঙদন মাঙখি ॥ লাইরিক মৈ থারুবদগী ফত্তব মহৈ ওইন শান্তদাস গোসাইগী মশাদ লাইথুং পকখি ॥ মায়চৌ খোংনাংথাবগী পাউতাক মতুংইন্ন পূরুক শৌবীদ লুপচবদগী গোসাইগী লাইথুং কোকচখি ॥ গোসাইগী পাউতাক মতুংইন্ন লৈবাক অসীবু মনিপুর কৌখি ॥ মায়চৌ খোংনাংথাবগ গুরু শন্তদাস গোসাইগ অনীন ঙাঙন শানখিব ৱাফম খর ১৩শুব মতাংদগী লৌখৎচরি ॥ খোংনাংথাবন ইনিংথৌ পামহৈবদ হায়খি —

"অমগসু হায়রমগে নিংথৌ নঙগী নফমদ
মাঙম্রিব লাইরিকশিংবু ফংলরব মতমদ
মীতৈ শলাই পুম্নমক মপা মপু ফিভমদ
লোইন হঞ্জিল্লগনি ।।(লা: ৫৭)

শান্তদাস গোসাইনসু খোংনাংথাবদ অসুম্ন হায়খি—

"শাউবীরগনু গুরু মতম ঈথক্লবন
ওইখরব থৌদোক্নি মতম অম লাক্কনি
মশাগীদ মীতৈন অমুক হঞ্জিল্লখিনি ।।" (লা: ৫৮)

মথক্ত লৌখৎচরিব ব্রাফম অনী অসিদগী ঐখোয়্ন লৌশিনব য়াবদি-মতম অমদ হায়বদি মীতৈ মচাশিংন অরিব লাইরিক পুয়া কয়ামকম পারক্লব মতমদ শোয়দনমক মীতৈ পুম্নমক্ল মশাগী হান্নগী লাইনীং লাইশোন্দ হঞ্জিল্লখিনি হায়বসী মায়চৌ খোংনাংথাবন খঙলম্মী অদুগ শান্তদাস গোসাইনসু মতমগী ঈচেন্দ তাউথখিদুন হিন্দু লাইনীংগী ঈরৈদ মীতৈশিংন লুপখিবনি, মতম অমদদি শোয়দনমক ঈরৈ অসীদগী ফাওগৎলক্লুন মশাগী লাইনীং লাইশোন্দ অমুক হনজিল্লখিনি হায়ব খঙলম্মী হায়বসীনি ।।০।।

শান্তদাস গোসাইগী পাউতাক মতুং ইন্ন হিন্দু লাইনীং লৌরব মীতৈশিংন শিখ্রব মপা মপুশিংগী মংথোঙ হাংদুন শরূশিং অদু অব্রা লৈবাক্কী নিংথি তুরেন্দ থাধখি ।। মদুদ মায়চৌ খোংনাংথাবন অসুম্ন হায়খি— তৌহৈদব থবক তৌরে, শরূন তিনখিব মফমদ নোংম নত্তুগ নোংমদি মীতৈ মচাশিং অসী অব্রাগী মীনাই ওইরখিনি ।। ব্রাফম অদু চুম্লখি ।। চহী তরেৎ খুন্তাকপদ মীতৈ লীশীং কয়া অব্রাগী লানফা ওইখি ।। মীনাই ওইন লৈখি ।। ইনিংথৌ পামহৈব মশামক নিংথি তুরেল তোর্বান্দ মথব্রায় থাখি ।। থাজনবী অসীগী মতুংইন্ন লাইনীংহল নাউরিয়ান অমুক হায়রি মদুদি মীরৈবাক লাইফমদ মপা মপুগী শরূ অদু তিলহল্লুরবনিন শরূগী মতুং ইন্দুন হিন্দু লাইনীং চৎপ মীরৈবাক মচাগী মখা পোল্লরনি ।। ব্রাফম অসীগী অচুম অরানদি পুম্নমক্ল হৌজিক্কী খঙনরে ।।০।।

পামহৈব হায়ব লাইরিক অসি পারুবদগী ঐখোয়্ন খঙব ঙমই মদুদি লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলো হায়বসী মীতৈ পুয়া অমসুং পুব্রারী নৈনব অমসুং

খঙব মীশক অমনি ।। য়াম্না শমজিন্না হায়রবদ, মীতৈ লৈপাক্তা হিন্দু লাইনীং শন্দোকখিব অসী মীওইববু নুংশিব অমসুং থৌজান্দ য়ুমফম ওইদুন মীতৈ ইপা ইপুশিংগী থম্মোই ওলহন্দুন ওইহনখিব নত্তে ।। মপা মপুগী চৎন-পাথাপ্পু খোঙ্গাওনব নিংথৌ অমন, হিন্দু লাইনীং শন্দোকপ লাকপ চোঙলমচাদব মীশক অমগী থৌইনশিন্দগী, কিহন্দুন নমফৃদ হিন্দু লাইনীং লৌহনখিবনি হায়বসী **পামহৈব** হায়ব লাইরিক অসীদগী য়াম্না শেংন খঙব ঙমই ।।০।।

**৫ঃ মীতৈ ঈশৈ—** লাইরিক অসী লামায় ২০ লোমদং পানব য়াম্না পাব শৈরেংগী লাইরিক অমনি ।। পুং, পেনা, ঈশৈ, জগোই হায়বসি মীতৈশিংগী ঈরাৎ থৌনি লাইনীং থৌরম কয়াগ ঈরোয়নন চেনথমিন্নরক্লব ইনাৎনি ।। মরম অসী লৈবন মীতৈগী লাইনীং থৌরম কয়াদ ঈশৈ হায়বসী লোয়নদব য়ারোই হায়ব খঙবদগী লাইনীংহল নাউরিয়ান লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী চঙদ্রব য়াদ্রব মচাক অম ওইন ঈশৈশিং অসী শৈরেং ওইন থম্বীরম্বনি ।। লাইরিক অসীদ ঈশৈ ৩০ (কুম্থা) রোম য়াওরি ।। ঈশৈ অয়াম্বন তাইবং মপু পোকলেন পোকপা শাৎলেন শাৎপগী মতীক ময়াই শৈথাই ।। লোইশিল্লকপ শরুক্ত মীতৈ লৈপাক, মীতৈ ফুরূপ অমসুং মীতৈলোনবু য়াম্না নুংশিন শৈথাবগী শৈরেং খর য়াওই ।। মীতৈ ঐখোয়গী আ: মমাঙঙৈদগী চৎনরক্লব নোংগারোল অমন শিগুমলোনবু ঈশৈ ওইন লাইরিক অসীদ হাপচিন্দুন লাইরিক অসীবু মীতৈ খুন্নাইদ মরা চেৎন তাশিলহল্লি ।। মখাদ নোংগারোলগী ঈশৈ মতেক অম লৌখৎচরি –

" পারী কামজাও হুনগনি, লমজেন খৌরাং হেনগনি
থোঙঙাকলেনবু য়ৌরগা, ইবেনধৌবু ফংলগা
ফুরেন ঙাংখ য়েংদুনা, লমজেন কোরেক পায়দুনা
থমদা ঈশিং থক্কনি, অৱা খৌরাং কোক্কনি ।।

নুংশি খোঙবু শেংদুন, ফিসু ফিজাম লোইরগা
খোঙহাম ঈপাক লানগনি, মকোই নুংঙোন কাগনি ।।"(লা: ১/১০)

সনামহী লাইনীংদ অরান খুভমগী লম্বী ফজন লৈ ।। মরম অসীন লাইনীংহল নাউরিয়ান ইরি –

"ইপুরোইদি ইবুংঙো, ননাই ওইন লৈজগে
লাইনিংথৌদি ইবুংঙো, পুক্লীং চেৎন নীংজগে
ইবুংঙোগী উমংদ, লৈরাংতবু ওইদুন
হৌজগেনে লৈকোন্দ, কুম্বী কালেন নাইদন ।।"(লঃ১০)

লাইরিক অসীগী লোইশিল্লকপ মতাংদ লাইনীংহন্ন মীতৈ লৈপাক, মীতৈ ফুরূপ অমদি মীতৈলোনবু নুংশিজবদগী শৈথারিব শৈরেংশিংবু থম্মোই পানব মীতৈ কনাগী থম্মোই পোৎতনিংঙাই লৈগদগে ? মখাদ শৈরেং মতেক অমত্তং লৌখৎচরি –

"কৌব্রু চীংন লেমফূনি
কংলানদি খোয়দৌনি
লোক্তাক সনা তেঙ্গোৎনি
মীতৈ থব্বায় ওইবনি "।।(লঃ ১৮)

--- --- ---

" মীতৈলোন্ন শকচগে মীতৈলোন্ন শোঞ্জগে ।
ঈশ্বর হায়ব মিংখৈদো অপোকপনি হায়জগে ।।

--- --- ' ---

ফরবসু ইমানি থীরবসু ইমানি ।
ইমাতবু নুংশিনি ইমাতবু থৌগন্নি ।।" (লঃ ১১/২১)

**৬ঃ থাইন নোংইন**– মসী লামায় ২৫ রোম লৈব য়াম্ন পাব শৈরেং লাইরিক অমনি ।। লাইরিক অসীদ তেংবানব মপুগী মতীক ময়াই অমদি লাইনীং লম্বীগী অথূপ্প ৱাখলবু শৈরেংগী মৱোঙদ য়াম্ন নীংথি-ফজরব থোৎ নৌরব ৱাহৈ ৱাতান শৈথাই ।। মসী লাইনীংহল নাউরিয়ান খৃস্তকুম ১৯৩৬ ইরম্বনি ।। থাবলদ হরাউজবী, থাহী চূপ্তুন মপুন্সি লেনজবী, সনাগী উশাদ কায়দোঙজবী থাইন কৌবী চেক্লাগ নোংজূদ হরাউজবী, নোংলীবু থক্তুন মপুন্সি লেনজবী মরায়বক থীবদগী লুপাগী উশাদ কায়দোঙহৌরবী নোংইন কৌবী চেক্লাগ – চেক্লা অনীন খৎনবগী ৱারী মৱোঙদ তেংবানব মপুগী মতীক ময়াই অমদি লাইনীং লম্বীগী ৱাখল ফোঙদোকপ লাইরিকনি ।। লাইরিক অসীগী লোইশিল্লকপ শরূক্ত য়াওরিব

শৈরেংশিংদি *মীতৈ ঈশৈ* কৌব মথক্ত পনখিব লাইরিক্তুদ য়াওই ।। তেংবানব মপুন তেংবানব শেন্নকপগী মরমদ শৈথাব শৈরেং মতেক অমত্তং মখাদ লৌখৎচরি —

" তাইবংবু নত্তনা কুম্মৈবু ওইখিদে
কুম্মৈবু নত্তনা তেংবানবা ওইঙমদে ।।
কুম্মৈগী মরমগী তেংবানবা ওইহনখি
মপুগী পুক্লীংন তেংবানবা চোংথোকখি ।।
তাইবংবু লৈত্তনা কনানা খঙগনি
মপুগী মীংথৈবু কনানা শোনগনি ।।"(লা:১২)

মথক্ত লৌখৎচরিব শৈরেং মতেক অসীন উৎলিবদি তাইবং মপুন মহাক মশাগী মিংলেন মিংথৈবু শোলহনগে হায়বগীদমক্ত মহাক্ত নীংবদগী তেংবানব ওইখি, তেংবানব অসীদ কুম্মৈ শান্নদুন মপুগী মিংথৈ শোলহনখি হায়বনি ।। য়াম্ন শমজীন্ন হায়রবদ, মহাক্কী মতীক ময়াই খঙহন্নবগীদমক্ত তেংবানব মপুন তেংবানব শেমখিবনি ।। লৈশেমলোন বারী হৌরকপগী বাখললোনগী মমি ফজন তাই ।।০।।

**৭ঃ অহল য়াথং—** লাইরিক অসী লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোন খুন্তকুম ১৯৩৩ দ ইবিরম্বনি ।। লমায় ৪০ রোম পানব বাহং-পাউখুমগী মবোঙদ ইব লাইরিক মচা অমনি ।। শম্ন হায়রবদ, মীতৈ লাইনীংগী বাখল্লোন অদু য়াম্ন শেংন অচম্ব লোন্দাদ খঙহন্নিংবদগী নহা অমবু বাহং কয়ামুক হংহনব অদুগ পাউখুমগী মবোঙদ অহন্ন তাকপিবনি ।। লাইরিক অসীদ য়াওরিব পাউখুম পীব ওইরিব অহল অসী লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোনি ।। মরু ওইব বাহং খরদি— অপোকপ হায়বসী করম্ব লাইনো ? সন্নামহী কনানো ? করম্ন তাইবং শেমলকপগে ? লাইনীং লম্বী কদাইবু কৌবগে ? করম করম্ব লম্বীদ লাইনীংগদগে ? তাইবং মপুগী মশক মবোঙ লৈব্রা ? লাইনীংলোয় অমন করম করম্ব লমচৎ শাজৎ চৎকদগে ? হায়বনচিংব লাইনীংগ মরী লৈনব বাহংশিংনি ।। খুদম অমনিদং মখাদ পীজরি —

" নহা— করম্ব লাইবু হৌজিক মতমদ নীংগদগে ? মশক মবোঙন করম তৌগদৌরিবা ? মদু নত্তন বাখলদন মবোঙ নাইদুন নীংগদৌরিব্রা ?

অহল— তেংবানব মপুগী মবোঙ শক্তমগী অরেপ্প লৈতে ।। ---

মবোঙ লৈ-লৈতে হায়বসী নীংঙিব মী অদুগী পুক্লীংদ লৈরে ।। মবোঙ লৈ হায়ন নীংলবদি মবোঙদু ওইন উই ।। ---"

"নহা— হৌজিক অসিদ ইবুংঙো (তাইবং মপু) মহাক্কী মবোঙ অম থমদুন নীংঙিবসিবু করম্ব য়াথংগীনো ?

অহল — তাইবংমী হায়বসীগী পুক্লীংদি ফাব য়াম্ল ব্বায় ।। মরম অদুন ইবুংঙো মহাকপু মবোঙ অম পুথোক্তুন নীংনরিবনি ।। অচৎ-চত্ত লৈরিব পুম্নমক অসিদগী মচন চান তিন্দুন ওইখিব তাইবং মী হায়বসী পুম্নমক্তগী থোইব হেল্লি ।। মরম অসীন তাইবংমীবু খুদুম চনবসী অসুপ্পী শান্নবদ ইরায় লায়ন সুম্বগুম মবোঙ থম্ম নীংবসীন তাইবংমীগী পুক্লীং সুম্ব ঙম্মী ।।"

মথক্ত লৌখৎচরিব ব্বাহং পাউখুম অম-অনী অসীদগী ঐখোয়ন খঙলে মদুদি — লাইরিক মচা অসী লাইনীংহল নাউরিয়ান লাইনীংগী ব্বাংউরোলবু কনাগুম্ব মীচম অমন ইরায় লায়ন খঙজিনব লৌশিনব ঙম্নবগীদমক্ত ইরম্বনি ।।০।।

**৮ঃ শীংথা চৈথারোল**— লাইরিক অসী ঈরাৎ থৌনিরোলনি ।। লাইনীংগী হিংগৎ ঈহৌ অম শাগৎপ তারবদি চহী ২০০ রোম চুপ্প হিন্দু লাইনীংদ লুপ্পুন লৈরুরব মীতৈ ফূরূপ অসীগী মীওই অমন পোকপদগী শিব ফাওবগী অমদি মীতৈ অমগী পুন্সিদ থাদোক্লব য়াদ্রব থৌরম কায়াগী ইথোক্লব ঈরাৎ থৌনিরোলগী লাইরিক অম লৈত্তব য়াদে ।। মরম অসী উবদগী লাইনীংহন্ন লাইরিক অসী ইখিবনি ।। মীতৈ ফূরূপকী ওইন পোকপ, লুহোংব অমদি শিবগী লাইগী থৌরমদ পারম পুরমচৎকী ওইন অমাইব অমাইবীন হৌজিক ফাওবদ মমাঙঙৈদগী চৎথরকলিব অদুদ য়ুমফম ওইরগ হৌজিক মতমগী য়াওলগ চাননব লাইনীংহন নাউরিয়ান *শীংথা চৈথারোল* ইখিবনি ।। মীতৈ ফূরূপকী অরিব সনামহী লাইনীংদ ১) তাইবংমপু য়াইবীরেল শিদব ২) ইমা লৈমরেল শিদবী ৩) লাইনিংথৌ সনামহী ৪) ইবুধৌ পাখংব ৫) মায়কৈ ঙাকপ লাই মরি — থাংজীং, মারজীং, ব্বাংবরেল অমসুং কৌব্রু ৬) মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈবাক, অতিংঙা হায়বসী তৎন থানব য়াদ্রব লাই ওইন লৌনরকই ।। মরম অসী লৈবন লাইনীংহল নাউরিয়ান

মহাক্কী লাইরিক অসীদ লাইশিং অসীগী মতীক ময়াই শৈথাব মিংখৈরোল কয়া য়াওরি ।। লাইয়িংথৌ সনামহীবু শৈথাব মিংখৈরোল মতেক অমত্তং লৌখৎচরি —

"মৈ তরং ঈশিং তরং, অতিংঙা নুংশিৎ তরং
মালেম লৈদ থৌশাব, য়েক্ল শরোয় লাল্লোইব
তোপ্ন লৈব তোংঙানব, তিন্ন লৈব অতিনব
তাইবংনুংদ লৈবনি, থব্বায় হায়ন কৌবনি
লাইনিংথৌ"

--- --- --- --- --- ---

"কোনসেং সনা পিবারেল, সনামহী ঙৌবরেল
ফৃহিং সনা লাইজরেল, সনা ফম্বাল মহীরেল
সম্বোংগীদি মোরিবা, ফুঙ্গাগীদি লাইরুবা
থোঙজিন্দবু লৈবনি, থোঙঙারেনবু কৌবনি
লাইনিংথৌ"

৯ঃ **সাকোক থিরেল**— লাইরিক অসী হৌজিক ফাওব (১/৪/২০০২) ফোঙদ্রিব লাইরিক্নি ।। লাইরিক অসী মীতৈগী শৈরেংদ য়াম্ন তোয়ন শীজিন্নব পরেং অমদ খোঙথাং ১৪ লৈব ৱাহৈ ৫/৬ন পরেং শাব শৈরেংদ ইব পঙচাউ চাউদব লাইরিক অমনি ।। লাইরিক অসী মতাং ১৩/১৪ রোম থোক্ল খায়দোকই ।। অহানব মতাংদ তোংবানব অসীদ করিসু লৈত্রিঙৈদ শিদব মপু পোকলেন পোকপা শাৎলেন শাৎপ মতোমত লৈরম্ব, মহাক্কী ৱাখলদগী অনীংব অমগী মতুংইন্ন মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ ওইখিদুন তেংবানব ওইখিবগী হৌরকফম ৱারী শীংথাই ।। অনীশুব মতাংদ তেংবানব মপুন তাইবং শেম্ব, সোরারেলন নিংথৌ ওইদুন কৌক্ল চীংদ খুন্দাবগী ৱারী মতাং উৎলি ।। অসূম্ন মথং মথং চৎথরকপন ৮শুব মতাংদ চয়োল অমগী মনুংদ লৈরিব নুমিৎ ৭নি অসীগী মমিং নোংমাইজীং, নিংথৌকাব, . . . . থাংজ হায়ন মমিং থোনখ্রিব অসী করম্ন থোনখিবনো হায়বগী ৱারী য়াওই ।। ১০শুব মতাংদ তাইবং মপুন ফৃহীংসি সন্নামহী ওইন শায়োন্দুন উপাল ৱাপাল, ঙমু, হঙোই য়োংনচিংব মথং মথং শেম্নব মতুংদ

অরোইব ওইন মপন পষ্টৌগী মমিং য়েংদুন তাইবংমী শেমখিবগী ৱারী য়াওরি ।। ১১শুব মতাংদ ঐখোয় অয়াম্বন খুঙনরব ৱারী সন্নামহীন নোংখোঙ কোয়ব, পাখংবন ফানখোঙ কোয়বগী ৱারী শীংথাই ।। মতাং অদুদগী পরেং খর লৌখৎচরি —

"মতীক লৈব মচাদা, ফম্বাল শীগে নীংলক্লে
ফম্বাল শিন্নরব্লগ, নোংগারগে খল্লক্লে ।।
ফৃহিংসিগা তুকথবগ, অনীমকপু কৌশিল্লে
ইপা ৱাখল তৌরক্লে, লাইরেবাক্ত চৎলগে ।।"

১৩শুব মতাংদ লাইয়িংথৌ সনামহীন তাইবং য়ুমথোঙ খুদীংদ ঙানথোইদুন লৈবীখিবগী মতাং ৱারী য়াওই ।। মখাদ মতেক অমত্তং লৌখৎচরি –

"হিংননব পুম্নমক নঙগী ওইরে খঙহৌরো
ঙসিদগী হৌদুন য়ুমগী নিংথৌ ওইহৌরো ।।
পাখংবগী শরুক্তি অমতনি খঙগনি
নঙগী পুক্কে লনগৈদি মশীং নাইখিদ্রবনি ।।
নচা ননাই তাইবংন নঙবু ঈরাৎ তৌগনি
তেংবানবগী মপুবু নহাকমক্লি খঙগনি ।।
নঙবু ঈরাৎ তৌদব নচা ননাই তাইবংন
নঙগী নতীক খঙদব তাইবং মরূপ খিবিক্ল ।।
মরু ফংন মাঙজনি নঙন হন্ন য়েংফরোই
অফ নুংঙাই য়াইফব কৈদৌঙৈদ ফংলরোই ।।
লৈমরেন্দি শিদবী নঙগী নতীক খঙবনি
নঙগী পুক্লীং থুংনব মহাক্তনা তৌগনি ।।"

১৪শুব মতাংদ, লিন নিংঙোন্ন পাখংবগী মচা ৭ পোক্তুন য়েক ৭কী লাইরেল মখল তরেৎ পোকখিব অসিনচিংব কয়া য়াওরি ।।০।।

***সাকোক খিরেল*** হায়রিব লাইরিক অসী ***মৈতৈ/মীতৈ গী অশেংব পুয়া/লাইরিক খনগৎপ লূপ*** ন খৃস্তকুম ১৯৯২ দ মৈতৈ/মীতৈগী অশেংব পুয়া/লাইরিক ৪(মরি) খনগৎপদ য়াওখ্রব লাইরিকনি ।। লাইরিক অসীবু **অখঙ-অহৈ**

*লূপ*কী মীওই ৯গী মনুংদ অম ওইরিব প্রো: সাইরেম নীলবীরন পুখৎখি ।। লাইরিক অসীবু পুখৎখিব প্রো: সাইরেম নীলবীরন শৃন্তকুম ১৯৯২ মার্চ ১৫দ শীশিনখিব লাইরিক অসীবু লাইনীংগী ওইব অশেংব লাইরিক অমনি হায়ন পুখৎপগী চেরোল অদুদ অসুম্ন হায় — "১) মীতৈ/মৈতৈগী ওইব করিগুম্ব লাইরিক অমত্তং খনগৎপ তারবদি লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোন খোমজিন্দুন লেংশিনবীরম্ব *সাকোক থিরেল* কৌব লাইরিক অসী খনফম থোকই অমসুং খনব পামই ।। মসীগী মরমদি — (১) লাইরিক অসী লাইনীংহল নাউরিয়ান·লেংশিন্দুন থম্বীরম্বনি ।। চহী ২০০ রোম মীতোপকী লাইনীং লীচত্ত লূপুন লৈরুবদগী মীতৈ (মৈতৈ) ঐখোয়গী লাইনীং লীচৎ লৌগদবনি অমসুং চৎকদবনি, মীতোপকী লাইনীং লাইশোল থাদোকদবনি হায়ব ঈহৌ অম শাগৎলকুন হৌজিক ঐখোয়ন অশেংব লাইরিক (লাইনীং লীচংকী ওইব) লৈফম থোকই হায়বনচিংবগী খোঙজঙ ফাওব চঙশিল্লক্লিব অসী লাইনীংহল নাউরিয়ান শাগৎলম্ব ঈহৌগী মহৈনি ।।০।।

(২) লাইরিক অসীদ কোরৌ নোংলিংলোন, মালেম লৈশেমলোন, নমু পোংশেমলোন ফজন য়াওই ।।০।।

(৩) লাইরিক অসী হৌজিক হৌজিকমক *অপোকপা মরূপ* কী মীওই খূদীংমক্ত অমসুং *মীতৈ মরূপ* হায়ন খঙনরিব লূপ অসীন অমসুং মসীগী মশা মরেংশিংন লাইনীংগী অশেংব লাইরিক অমনি হায়ন য়াম্ন থাজন লৌনে ।। লাইরিক অসীদ য়াওরিব ৱারীশিং অদু ঈশৈ ওইন শকনৈ, ৱারী ওইনসু লীনে ।।০।।

(৪) লাইনীংহল নাউরিয়ান ইব অতোপ্প লাইকিশিংদ য়াওরিব ৱাখল্লোনশিং অদুগী মচং ওইব ৱাখল পরেংশিং অদু লাইরিক অসীদ য়াওই ।।০।।"

লাইরিক অসীদ ফোঙদোক্লিব ৱারী ৱাখোঙ, থাজনবী, ৱাখল অমসুং ৱাহৈ ৱাতাশিং অসী লাইনীংহল নাউরিয়ান ইব অতোপ্প লাইরিকশিং মরুওইন *মীতৈ হৌভম ৱারী, তেংবানব অমসুং লাইনিংথৌ লাইপাউ, মীতৈ ঈশৈ, লৈমরেল লাইয়ুম* ন চিংবদ ফোঙদোক্লিব অদুগ ফজন মায়ৈ ।।০।।

[ *সাকোক থিরেল* হায়ব লাইরিক অসী মথং মথং খুৎথাঙ কয়া লান্ন শিন্তোক্লকপ মরম্ন চীৎথ-নানথ, অশোয়-অঙাম খর য়াওরম্বসু য়াই ।। অদুবু ৱারী মপুঙ অমসুং ৱাখল ফিদমদি থোইদোক্ল অশোয় অঙাম য়াওরোই হায়ন থাজজে ।। মরম অসীন লাইরিক অসী লৌখৎচবনি ।। — অয়ীব]

কাসারদ সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী হৌরকপগী ৱারী ৱাখোঙ অমসুং মসীগ লোয়নন লাইনীং ঈহৌ অসীগী অপোকপ মপা লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোগী পুন্সি ৱারী অমসুং মহাক্ল ইরম্ব মরুওইব লাইরিক খরগী মরমদ ৱাহে খরদং ফোঙদোকচরব মতুংদ সনামহী লাইনীং হিগৎ ঈহৌ অসীন কংলৈপাক মনিপুর য়ৌরকখিবগী অমসুং শন্দোক্লকপগী মরীক চুন্নব ৱারী ৱাখোঙ মথংগী পন্দুপ্ত থমজরি ॥০॥

**মচাক তানকম ওইব চেকোঙ অমসুং লাইরিকশিং**

১) ***মতমগী খোঙথাং*** (লাইনীংহল নাউরিয়াগী মরমদ অথন্নব চেফোঙ-থৱান, ১৯৯০) : অরেংব— সাইরেম নীলবীর
২) ***মীতে হৌজম ৱারী (১৯৪৮)ঃ*** অয়ীব — নাউরিয়া ফুলো (অফোঙব-মোইরেংজাম্বা মুনাল)
৩) ***তেংবানব অমসুং লাইনিংথৌ লাইপাউ (১৯৪৬)ঃ*** অয়ীব — নাউরিয়া ফুলো(অফোঙব-মোইরেংজাম্বা মুনাল)
৪) ***ঐপী ৱারেং (১৯৫১)ঃ*** অয়ীব — নাউরিয়া ফুলো(অফোঙব-মীতে মরূপ)
৫) ***পামহৈবা (১৯৫২)ঃ*** অয়ীব— নাউরিয়া ফুলো (অফোঙব-অখেল্লম্বা বোকুল)
৬) ***মীতে ঈশৈ (১৯৭৭)ঃ*** অয়ীব— নাউরিয়া ফুলো (অফোঙব— নোংথোম্বম নরান)
৭) ***থাইন নোংইন (১৯৮০)ঃ*** অয়ীব— নাউরিয়া ফুলো (অফোঙব —নোংথোম্বম নরান)
৮) ***অহল য়াথং (১৯৮২)ঃ*** অয়ীব— নাউরিয়া ফুলো (অফোঙব-নোংথোম্বম নরান)
৯) ***সাকোক খিরেল (ফোঙদ্রিব) ঃ*** থগ্নীবম্ব— নাউরিয়া -ফুলো
১০) ***শীংথা চৈথারোল - থৌরম লাইরিক (১৯৬৩) ঃ*** অয়ীব— নাউরিয়া ফুলো (অফোঙব নোংথোম্বম নরান)
১১) ***শীংথা চৈথারোল (১৯৮২)ঃ*** অয়ীব— নাউরিয়া ফুলো (অফোঙব-হিজম ইবুঙোয়াইমা)
১২) ***শীংথা চৈথারোল (১৯৮৬)ঃ*** অয়ীব— নাউরিয়া ফুলো (অফোঙব-হিজম গুনমনি)
১৩) ***ইনাংকী অশেংব পুয়া/লাইরিক খন্নব নৈনব(১৯৯২)ঃ*** অফোঙব— অসীন-অরাঙ লূপ, মীতে/মৈতৈগী অশেংব পুয়া/লাইরিক খনগৎপ লূপ
১৪) ***লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলো অমসুং লৈশেমলোনঃ*** প্রো: সাইরেম নীলবীর (সেমিনার পেপর- ২/৮/৯২): অশীনব— য়ুনিভর্সেল লিতরেরী এসোসিয়েসন, খুরায় লমলোং কৈথেল)।।
১৫) ***লাইনিংহল নাউরিয়া ফুলো অমসুং মহাক্ল ইরম্ব লাইরিকশিং :*** সাইরেম নীলবীর (মতমগী খোংথাং - থৱান, ১৯৯০)



# ১১

## কংলৈপাক মনিপুরদ সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ

**১ঃ মীতৈ মরূপ হৌরকপগী ব্বারী** – খৃস্তকুম ১৯৩০ দ লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোন কাসারদ *অপোকপা মরূপ* লিংখৎতুন মীতৈ ফুরূপকী পারম পুরমচৎকী শাগোন্নরকপ লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ চৎথরকপগী পাউ অসী খৃস্তকুম ১৯৩৪ দ কংলৈপাক মনিপুর য়ৌরকখি।। পাউ অসী তখেল্লম্বম বোকুলন কাসার চৎলুব মহাক্কী লৈকাইগী নুপা অমদগী তাব ফংখি।। মথং চহী খৃস্তকুম ১৯৩৫ গী কৃষ্ণ জন্ম নুমিত্ত তখেল্লম্বম বোকুলন পুখ্রম্বম সুরচান্দ অমসুং পুখ্রম্বম ইবোমচাগ লোয়নন কাসারগীদমক কংলৈপাক মনিপুর থাদোকখি।। মখোয়ন অসেম তোম্বী কৌব লাইনীংহল নাউরিয়াগ কোনথোঙ ২/৩ দ কান্নন লৈব নুপা অমগী ময়ুমদ লৈখি।। মরম অসীন মখোয়ন লাইনীংহলগ লাইনীং লম্বীগী মতাংদ ব্বারী ব্বাতায় শানবগী খুদোংচাব অদু মপুঙ ফান ফংখি।। মখোয়ন কাসারদ চহী ১ থা ৯ লোম লৈখি।। মখোয়ন মফম অদুদ লৈরিঙৈদ হিন্দু গৌরিয়া বৈষ্ণব লাইনীং থাদোকখি।। মখোয়ন কংলৈপাক মনিপুরদ হল্লক্লব মতমদ সনামহী লাইনীং হিঙ্গৎ ঈহৌ শন্দোক্লব য়াম্ন কন্ন হোৎনখি।। অদুবু পাকশন্ন শন্দোকপ ইঙম ঙমলমদে।।[১] অদুম ওইনমক, খৃ:কু: ১৯৩৯ দ লমদম অসীদ অনীশুব নুপীলাল থোকপদগীদি লৈবাক মীয়ামগী পুক্নীংদ লৈঙাক থৌশীলবু শীংনবগী ঈহৌ অম লাকপগ ঈরোয়নন লাইনীং লীচৎ অসীগী ব্বাখল্লোন শন্দোকপ হৌরম্মী।।[২] *মীতৈ মরূপ* কৌব লাইনীংলুপ অসী লিংখৎত্রিঙৈদ মীওই ৭ (তরেৎ)ন শাব ওরগেনাইজিং কমিতি অম মখাগী মীওইশিং অসীন শাদুন শেমলম্মী।। মখোয় অদুদি — ১) তখেল্লম্বম বোকুল ২) পুখ্রম্বম সুরচান্দ ৩) পুখ্রম্বম ইবোমচা ৪) অঙোম নুংশিরৈ ৫) অঙোম লিলা সিংহ ৬) লুক্রাম ইবোতোন অমসুং ৭) তোইজম য়াইমানি।।[৩] মতম অদুগী ব্রহ্মসভাগী কাহেনজিনব অমাং-অশেংগী থৌব্রোঙ, চন্দোল শেনখায়,

নাপেত শেনখায় হায়বনচিংব থৌশিলশিং অসীনসু সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী ৱাখল্লোন শন্দোকপদ নাকোইনন মতেং ওইখি ।। মতম অদুগী হিন্দু লাইনীং চৎপ মী অয়াম্বন মতম অদুগী লৈবাক ৱায়েল অমসুং ব্রহ্মসভাগী থৌশিলদ পেন্নরমদে ।। অদুম ওইনমক সনামহী লাইনীং হিঙ্গৎ ঈহৌ অসী শন্দোকপদ অৱাব অথিংব কয়া থেংনখি ।।[৪] মতম অদুৱাইদুদি কনাগুম্ব নিংথৌ মচা মশু অমসুং বামোনশিংনদি উমংলাই হরাউব ফাওবদ কয়া চঙনীংদব মতমনি ।।০।।[৪ক]

খৃস্তকুম ১৯৪২ মে ১০ দ মনিপুরদ অনীশুব মালেম লানজাউগী অহানব বোম ইম্ফালদ তাখি ।। লাল মনুংদ মী পুম্নমক মা মাগী থৱায় হিংনব কোয়চেল চেন্নরুরগ চহী অনীরোমগী মতুংদ লাল লোইখিদুন লানজেন্নরুব মী পুম্নমক হনজিল্লক্লদুন খর খর তঙতান লৈব ফংলব মতম অদুদ সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ খর কনশীন্ন শাগৎপ হৌরকখি ।।০।।[৫]

সনামহী লাইনীং হিঙ্গৎ ঈহৌগী কাউফদব নুমিৎ অমদি খৃস্তকুম ১৯৪৪ সেপতেম্বর ২ লাংবনগী থানিল নুমিৎ অসীনি ।। নুমিৎ অসীদ ৱাংখৈ থম্বালখোংদ লৈব লুক্রাম লীক্লাইগী মমাঙ শঙ্গোয়দ পুখ্রম্বম সুরচান্দন ময়ায় তাঙবল লৌদুন মীফম অম পাঙথোকখি ।। মীফম অদুদ সনামহী লাইনীং ঈহৌদ অচৌব মরুওইব থৌদাং কয়া লৌরগদব মীওই ১১ (তরামাথোই) তিনখি ।। মখোয় অদুদি ১) তখেলম্বম বোকুল ২) পুখ্রম্বম সুরচান্দ ৩) পুখ্রম্বম ইবোমচা ৪) অঙোম নুংশিরৈ ৫) লুক্রাম অঙাংহল ৬) তোইজম য়াইমা ৭) ৱাংখৈময়ুম মধুসুদোন (তেনবীরেন) ৮) সরাংথেম অঙৌ ৯) লুক্রাম মধুমঙ্গোল ১০) অঙোম যাদোব অমসুং ১১) হিয়াংথাং তোম্বা নি ।।০।।[৬]

মীফম অসীদ তখেল্লম্বম বোকুল, পুখ্রাম্বম সুরচান্দ অমসুং পুখ্রম্বম ইবোমচা মখোয় অহুম্ন কাসার চৎলুব, কাসার জারিবোন লাইশ্রমখুল মমাঙ লৈকাইদ লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোগ উনরক্লুন মীতৈ পারম পুরমচৎকী লাইনীং অমসুং ঈনাৎ হিংগৎনবগী ৱারী শানরকখিবশিং অদু মরীকচৃম্ন তমখি ।। পারম পুরমচৎকী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী মতাংদ মীফম অদুন কৃপ্ন খন্ন-নৈনখি ।। নুমিৎ অদুদ তেংবানব মপুদ লৃকসু কৎখি ।। ইমুং মনুং থারগ মী ৩৫ (কুম্বা মঙা) রোম্ন লুক ফংখি ।। চাক চারব মতুংদ মীফম অদু অমুক মখা চৎথখি ।। পৃং মরি চুপ্ন খন্ন-নৈনরব মতুংদ য়েৎনব অমত্ত য়াওদন মখাগী ৱারেপশিং অসী তাখি —

**১ব ৱারেপ** – হৌজিক হৌজিকমক ঐখোয় মীতৈশিংন চৎলিব লাইনীং (ধর্ম্ম) অসী অৱায়ব অতাংব লাইনীং (ধর্ম্ম) নি ॥ মসী থাদোক্লগ মীতৈ ঐখোয়গী য়েলহৌঙৈদগী লৈরক্লব লাইনীং লাইশোল ইনাত্ত হঞ্জিন্নব হোৎনব ॥

**২শুব ৱারেপ** – অহানব ৱারেপকী ৱাফম অসী লৈবাক মীয়ামদ অথুব মতমদ শন্দোক্লবগীদমক্ত মীফম য়াওরিব মীওই ১১(তরামাথোই) অসীন থম্বালখোংদ লৈব সরাংথেম অঙৌগী য়ুমদ নোংমাইজীং খূদীংগী অয়ুক পুং ৮ তাব মতমদ তিন্নদুন খন্ন-নৈনব ॥০॥[৭]

মীফম অসীদ য়াওব লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী লুচিংবশিং অদুন মখোয়গী পান্দম ফংনব থবক থৌরম পাঙথোক্লবগীদমক্ত লুপা: ৮৪০/- (লুপা চানিপাল নিফু) গী শেলফম খায়গৎনখি ॥ মীফম অসীগী মতুং থা অম লৈরগ হায়বদি খৃস্তকুম ১৯৪৪ মেরাগী থানিল নুমিত্তগী হৌরদুন মখোয়ন লমদম অসীগী তোংঙান তোংঙানব মফমশিং হায়বদি কমেং, লুৱাংশংবম, হিয়াংথাং, কৈশামপাৎ, তেরা কৈথেল, শগোলবন, য়াইরিপোক, তোপ চীংথা, উচেক্কোন, য়ুরেম্বম, লম্মাংদোঙ, তৌবুল, খোইজুমান, ফৌগাকচাউ ঈখাই, মোংশাংঈগে, ঈয়ামপান্নচিংব মফম কয়াদ চত্তুন পারম পুরমচৎকী ওইব লাইনীং হিঙ্গৎনবগী মতাংদ ৱা ঙাঙব হৌখি ॥ মীতিন কয়ারক তৌদুন মীতৈশিংগী হৌরকফম ৱারী ৱাখোঙ, অশেংব লাইনীং লীচৎ অমসুং ঈনাৎকী ৱাখল্লোন শন্দোকপ হৌখি ॥০॥[৮]

মীতৈ হায়ব ফৃরূপ অসীগী লাইনীং থৌরম অয়াম্বদি লাইগী মিংখৈরোল শোনবত নত্তন শকপগী চৎনবীসু লৈরকই ॥ মরম অসীন পুং ঈশৈগী থবক অসী লুক্রাম ইবোতোন, থম্বালখোং (পুংয়ৈব) অমসুং কোনজেংবম নবচন্দ্র (ঈশৈ শকপ) অনীদ মরুওইন শিন্নখি ॥ ঈশৈ ওইন পুথোক্লবগীদমক্ত মখোয় অনীদ লাইনীংহল নাউরিয়ান লেংব *লাইনিংখৌ লাইপাউ, থাইন নোংইন* অমসুং *ঈচেল* কৌব লাইরিক অহুম অদুগ লোয়নন নোঙ্গারোলগী ৱারীসু শিন্নখি ॥ মখোয় অনীন পূন্ন ফম্মিন্নদুন ঈশৈগী শৈহেক-শৈদা, ঈৱাই ঈনিল অমসুং পুংয়ৈ পুংলোন মৱোঙ তান ফজনব হোৎনরম্মী ॥ থবক অসীদ ঈশৈগী উজা চানম কলান মতেং য়াম্ন পাংখি ॥০॥[৯]

খৃস্তকুম ১৯৪৫ মে ১৩গী নুংথিল পুং ২ (অনী) তাব মতমদ থম্বালখোংদ লৈব পুখ্রম্বম সুরচান্দগী য়ুমদ মীতৈ পারম পুরমচৎকী লাইনীং লাইশোল অমসুং ঈনাৎ ঈরোল হিংগৎহনব পাম্ব মীওইশিংগী ওইব মীতিন অম পাঙথোকখি ।। মীতিন অদুদ মীওই ১৫০ (চাম য়াম্থে) রোম লাকখি ।। তখেল্লম্বম বোকুল, পুখ্রম্বম সুরচান্দ অমসুং পুখ্রম্বম ইবোমচা অহুম্ন মীতিন অদুদ খন্নগদব ব্রাফমশিং পুখৎলকখি ।। মদু ঙাশেপ্পম মনিকচান্দন মীয়ামদ পাথোকখি ।। ব্রাফমশিং অদুবু য়ারে হায়ন ব্রাংখৈময়ুম মধুসুদোন, চোংথাম গৌরো, সরাংথেম অঙৌ অমসুং নোংথোম্বম যোগিন মখোয় মরিন শৌগৎখি ।। মীতিন অদুদ তাখিব ব্রারেপশিংগী মনুংদ মরু ওইবদি মখাগী অসীনি —

২শুব ব্রারেপ– মহৌশা ইপা ইপুশিংন নীংলম্ব লাইনীং চৎপ ।। মীতৈ ঐখোয়গী ঈরোলন শকপ শোনবগী থবক তৌব ।।

৫শুব ব্রারেপ – লাই নীংবদ নাপল তৌব থাদোকপ, মীতৈলোন চাওখৎনব হোৎনব ।। হায়রিব পুম্নমক অসী লাইরিক লেংদুন ফোঙদোক্লগ লৈবাক মীয়ামদ খঙহন্নব হোৎনব ।। তত্তব, তন্দব অমসুং উয়ীন কনবগী মতেংন নুংঙাই য়াইফব ওইনব হোৎনব– হায়বসীনি ।।০।। [১০]

মথংগী নুমিৎ হায়বদি মে ১৪দ খন্নগদব ব্রাফমশিং অদুসু মে ১৩ দ কমিতিন মাঙজৌনন- লেপ্লখি ।।[১১]

৩শুব ব্রারেপকী মতুংইন্ন মখাগী থৌপুগদব মীওইশিং অসী খনখি ।।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১) | পুখ্রম্বম সুরচান্দ (থম্বালখোং) | – | থৌপুরেন |
| ২) | ঙাসেপম মনিকচান্দ (শগোলবন) | – | শিন্নরেম্বা |
| ৩) | নোংথোম্বম নরান (লুব্রাংশংবম) | – | শেল্লুংবা |
| ৪) | পুখ্রম্বম ইবোমচা (থম্বালখোং) | – | ঙমথং শিন্নরেম্বা |
| ৫) | চোংথাম গৌরো (খ্বাইললাম্বুং) | – | থৌপুবা |
| ৬) | লুক্রাম ইবোতোন ( থম্বালখোং) | – | থৌপুবা |
| ৭) | হাওবিজম ইবোতোন (কৈশামপাৎ) | – | থৌপুবা |
| ৮) | মোংজম ইবোতোন ( হোদাম লৈরক) | – | থৌপুবা |

৯) অসেম সেনাপতি ( সেগা লম্বী) – থৌপুবা

১০) সরাংথেম অঙৌ (থম্বালখোং) – থৌপুবা

১১) তোনা (হিয়াংথাং) – থৌপুবা

১২) গুরুময়ুম বিনেশ্বর (থাঙপাৎ মপান) – থৌপুবা

১৩) সনসেনবম নিত্যাই (কমেং) – থৌপুবা

১৪) তখেনময়ুম চাউবা(ফৌগাকচাউ ঈখাই) – থৌপুবা

১৫) তোংব্রম নিংঙোল সবি(নিংথেম পুখ্রী মপান) – থৌপুবা

৪শুব ব্রারেপকী মতুংইন্ন মখাগী মওইশিং অসী য়াওব ***পথাপ পীব কাঙলুপ*** অমসু শেমখি ঃ [১২]

১) তখেল্লম্বম বোকুল (কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই)– থৌপুরেল

২) নোংথোম্বম গৌরো (লুব্রাংশংবম) – শিন্নরেম্বা

৩) অঙোম নুংশিরৈ (থম্বালখোং) – থৌপুবা

৪) সরাংথেম ইবোমচা (থম্বালখোং) – থৌপুবা

৫) ঙাসেপম মনিকচান্দ (শগোলবন) – থৌপুবা

৬) পুখ্রম্বম সুরচান্দ (থম্বালখোং) – থৌপুবা

৭) পুখ্রবম ইবোমচা (থম্বালখোং) – থৌপুবা

**৫শুব ব্রারেপ্ত**– পুঙ ঈশৈ থৌরমগী ওইনসু মখাগী মীওইশিং অসী য়াওব লূপ অম শেম্ব য়ানখি ঃ

১) লুক্রাম ইবোতোন (থম্বালখোং) – থৌপুরেল

২) কোনজেংবম নবচন্দ্র (কমেং) – শিন্নরেম্বা

৩) চোংথাম গৌরো (খ্বাই ললাম্বুং) – থৌপুবা

৪) লাইরেলময়ুম নিত্যাই (কমেং) – থৌপুবা

৫) তোইজম য়াইমা (থম্বালখোং) – থৌপুবা

৬) অঙোম লিলাশিং (থম্বালখোং) — থৌপুবা

৭) রাইখোম কনহাই (লুৱাংশংবম) — থৌপুবা

**৬শুব রারেপ্ত**— মীতোপকী লাইনীং (হিন্দু লাইনীং) চত্তুন চন্দোন চিংথন থিনব, লুগুন মচা তরুক থাংব, মীগী মরোলন (মীতৈলোন নত্তবন) ঈশৈ শকপ থাদোকপ হায়ন লেপ্লখি ।।(১৩)

**৭শুব রারেপ্ত**— য়েক ৭কী মচু ৭ (তরেৎ) ন মথংগী নুমিত্ত শেমলগদব লাইনীং লূপ অদুগী ফীরাল ওইব হায়ন য়ানখি ।। (১৪)

**৮শুব রারেপ্ত** — মীতৈ পারম পুরমচৎকী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ লূপ অসীগী মমিং ***মীতৈ মরূপ***, কৌগনি হায়ন লেপ্লখি ।।(১৫)

**১১শুব রারেপ্ত**— "ঙসিদগী হিন্দু লাইনীং থাদোক্রব হায়ন লেপ্লরে" হায়খি ।। মে ১৩ গী রারেপশিং অসী মথং নুমিৎকী মীতিন্দ পুথোকপ হায়ন য়ানখি।।(১৬)

**লৈবাক মীয়ামদ *মীতৈ মরূপ* ফোঙবঃ** খৃস্তকুম ১৯৪৫ মে ১৪ কালেনগী হুমনি পানব নিংথৌকাব নুমিৎনি ।। মফম্না রাংখৈ থম্বালখোংদনি ।। নোং ফুং ঙানবদগী মীতৈ পারম পুরমচৎকী নাৎ, লোন অমসুং লাইনীং হিংগৎহনব পাম্ব মীওই কয়া মা মাগী মথৌ তৌবদ ইরাঙ লাংনৈ ।। কোয়চেন চেন্নে ।। অয়ুক পুঙ ৫ (মঙা) তাব অদুরাইদগী হৌন চীংঙু খোইয়ুম য়াইবীরেল শিদব পোকলেন পোকপ শাৎলেন শাৎপ তেংবানব মপু ইপুরোই শিদবদ কৎনব লূক হৌব হৌই ।। অয়ুক পুঙ ১১ (তরামাথোই) রোম তাবদ লূক কৎখি ।। মীওই ১৭০ (চামহুমফুতরা) রোম্না লূক ফংব য়াওখি ।। নুংথিল পুং ১ (অম) রোম তাবদ রাংখৈময়ুম মধুসুদোন্ন (তেনবীরেন) থৌরম মপু ওইদুন তেংবানব মপুগী মিংখৈ শকপগী থৌরম অম পাঙথোকখি ।। থৌরম মপুন ঈশৈ হৌরমদাইদ ***ঙসীগী য়াইফরব পুঙফম অসীদ সিদব মপুগী অথোইব মিংলেন শক শোনব হৌরসে*** — হায়ন লাউথোকপগ লোয়ননন ঈশৈ হৌখি ।। পুঙ য়ৈবন — ***হং সিদব মপু ইবুংঙো, অপোকপা পোকলেন পোকপা, শাৎলেন শাৎপ সিদব মপু*** — হায়ন চীন্দ শোল্লগ খুৎন পুঙগী মরোল ওইন খত্তুন য়ৈব হৌখি ।। ঈশৈ শকপন —***হংন নিংন নরোংনি*** — হায়ন শৈহৌখি ।। ঈশৈ শকপগী থৌরম অদুদ কোনজেংবম

নবচন্দ্রন ঈশৈ হনব ওইরগ নোংথোম্বম মোমোন্ন ঈশৈ হনব-লম্বা ওইখি ।। পূন্ন শৈশকপা ১৮ ন ঈশৈ শকখি ।। লুক্রাম ইবোতোন অমসুং ফূরাইলাৎপম সনাহনব অনীন মথংশিংন পুঙয়েব মকোক অমসুং তুংইনব ওইখি ।। অরোইবদ নোংগালম্বী শক্লা য়াইফরোল লাউদুন ঈশৈদু লোইশিনখি ।।[১৭]

নুংথিল পুঙ ৩ (অহুম) লোম তাবদ মীতৈ ফূরূপকী নাৎ অমসুং লাইনীং লীচৎকী মতাংদ *পথাপ পীব কাঙলূপ*কী থৌবুরেল তখেল্লম্বম বোকুলন লাইনীংহল নাওরিয়ান ইব *ঐগী ব্বারেং* দ য়ুমফম ওইদুন অদুগ লৈশেমলোনগী মতাংদন *সাকোক থিরেল* দ য়ুমফম ওইদুন ব্বারোল ফোঙখি ।। থৌপুবগী থৌবুরেল পুখ্রম্বম সুরচান্দন নুমিৎ অদুদ শক-শোনখিব ঈশৈগী নুং-পান অনীগী ঈচেলগী মতাংদ ব্বা ঙাঙখি অমসুং মীতৈ লোন্ন ঈশৈ শকখিবদুদ হরাউ নুংঙাইব ফোঙদোকখি ।। পুখ্রম্বম ইবোমচান (থৌপুব) ইনিংথৌ পামহৈব সনাহাক্তক্ত মতৌ করম্ন শ্রীহত্তকী নরসিংহ্‌ তিলা কৌব মফমদগী লাকখিব শান্তদাস গোসাইন মীতৈ লৈবাক কংলৈপাক অসীদ লাক্লুন মীতৈ ঐখোয়গী লাইগী মশক ওইরব অরিব লাইরিক পুয়া কয়ামরুম মৈ থাখিব অমসুং লৈবাক অসীদ মতৌ করম্ন রামান্দি লাইনীং (ধর্ম্ম) চৎনহন্নব হোৎনখিব হায়বগী মতাংদ মচা তান ব্বা ঙাঙখি ।। ঙাসেপ্পম মনিকচান্দন (শিন্নরেম্ব) মমাঙ নুমিত্ত লেপ্লখিব ব্বারেপশিং অদু পাথোক্লুন মীয়ামদ তাহনখি ।। তিল্লিব মীয়াম অদুন *য়ারে, য়াইফরে* হায়ন হৌন লাউর লাউরদুন য়াম্ন হরাউবগ লোয়নন ব্বারেপশিং অদুদ অয়াব ফোঙদোকখি ।। থৌরম অদুদ মীওই ১০০০ (লিশিং অম) রোম তিনখি ।। থৌরম অদু লোইশিল্লকপদ পুখ্রম্বম সুরচান্দন অহানবদ — **লাইনিংথৌ সনামহীন** হায়ন লাউখি ।। মীয়াম্ন *য়াইফরে* হায়ন খুমখি ।। মথংদ *অপোকপন* হায়ন লাউখি ।। মীয়াম্ন *য়াইফরে* হায়ন খুমখি ।। মথং অমুক *ইমা লৈবাক্ল* হায়ন লাউখি ।। মীয়াম্ন *য়াইফরে* হায়ন খুমখি ।। অরোইব ওইন মহাক্ল —*নাউরিয়া ফুলোন* হায়ন লাউরকপদ মীয়ামদুন *য়াইফরে* হায়ন খুমখি ।। অসুম্ন য়াইফরোল খোল্লাউ ৩/৩ লক হন্ন হন্ন লাউবগ লোয়নন থৌরমদু লোইশিনখি ।।০।।[১৮]

খৃস্তকুম ১৯৪৫ মে ২০ নোংমাইজীং নুমিৎকী পুং ১ (অম) তাব মতমদ পুখ্রম্বম সুরচান্দগী য়ুমদ *থৌপুব কাঙলুপ* অমসুং *পথাপ্পীব কাঙলুপ* অনী পূন্ন মীফম অম ফমখি ।। পুখ্রম্বম সুরচান্দ অমসুং তখেল্লম্বম বোকুল অনীন মথং শীৎন

ময়াই তাংবল অমসুং অথোইব তাংবল লৌখি ।। মীফম অদুগী ৫ শুব ৱারেপ্প মীওই তরেৎখকপু হায়বদি – ১) তখেল্লম্বম বোকুল ২) পুখ্রম্বম সুরচান্দ ৩) পুখ্রম্বম ইবোমচা ৪) গুরুময়ুম বিনেশ্বর ৫) ঙাসেপ্পম মনিকচান্দ ৬) নোংথোম্বম নরান অমসুং ৭) তেনশুবম লমফেনবু মীয়ামদ মীতৈ ফুরূপকী লাইনীং লীচৎ ঈনাৎ শন্দোক্লব খনখি ।। অদুগ নুপীগী ওইনদি তোংব্রম চনু শবি অমসুং অথোকপম চনু তখেল্লম্বম ওংবী যুবোতিবু খনখি ।। অদুগ ৩ শুব ৱারেপ্প ১) গুরুময়ুম বিনেশ্বর ২) ঙাসেপ্পম মনিকচান্দ ৩) পুখ্রম্বম ইবোমচা ৪) খুন্দ্রাকপম (সনসম ?) মনি অমসুং ৫) তখেলময়ুম চাউব মঙা অসীবু লাইশোন তীনশোল ঈরাৎ থৌনি থৌরম তৌননব অমসুং মীয়ামদ তাকপী তম্বীদুন খঙহন্নব খনখি ।। [১৯] কাসারগী ***অপোকপা মরূপ*** অমসুং লমদম অসীগী ***মীতৈ মরূপ*** অনী অসীগী লৈনব মরীগী মতাংদ তখেল্লম্বম উজা বোকুলন হায়–"লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোন ১৯৩০ দ ***অপোকপা মরূপ*** লিংখত্তুন মীতৈ জাতি, মীতৈ ধর্ম্ম, মীতৈ কলচরগী অকনব ঈহৌ অম পুরকখি - - - ***অপোকপা মরূপকী*** মশা অম ওইন তাং ১৪/৫/৪৫ ইংদ মীতৈ লৈবাক্তা ***মীতৈ মরূপ*** পোকখি ।। মরূপ অসীন মীতৈ ধর্ম্মগী মথক্কায় অমুক হাপ্তুন হিংগৎলকখি ।। হৌজিক্তি মীতৈ মরূপ্প – মীতৈ জাতি, মীতৈ ধর্ম্ম, মীতৈ কলচর হায়ব ঈহৌদু পুরক্লি ।। - - - অসভ্য তারগদবদগী মীতৈগী মিৎ পাঙদুনা মীতৈ ধর্ম্ম, মীতৈ কলচর হায়ব খোঞ্জেল অম তারিবসি ***মীতৈ মরূপ্প*** পুরকপনি হায়বদ হেঞ্জিন্ন হায়ব নত্তে ।। ৱাফম অসী চীন্দ য়ানিংদ্রবসু থম্মোয়দদি য়াদব ঙম্লোই ।।০।।" [২০]

**পোকপ সিবনচিংবগী থৌরম পথাপঃ** সনামহী লাইনীং চৎপ মীশক অমন পোকপদগী শিব ফাওবগী ওইন পাঙথোক্কদব মরুওইব লাইনীংগ মরী লৈনব থৌরমশিংগী মতাংদ ***মীতৈ মরূপ*** কৌব লাইনীংলুপ অসীন য়ানখিব চৎন পথাপকী মরু ওইব শরূকশিং মখাদ পীজরি ঃ ১) অঙাং অম হেক পোকপগ মাইবীন খোয়রী কক্তুন ঈরু শাদেংব লোইরবদ অঙাং অদুগী মপান অঙাং অদুগী মনাকোঙদ তেংবানব মপুগী মিংখৈ পীবীগনি ।। ২) ৬নি শুবগী অয়ুক্ত মাইবীন অঙাং অদুগী ঈপান থাগনি ।। নুমিদাংদ অঙাং অদুগী পুন্সি নুংশাংব য়াইফ নুংঙাইব ওইনবগীদমক্ত ঈরাৎফূ লাৎতুন ঈরাৎ থৌরম তৌগনি ।। ৩) ১০ নি শুব নুমিত্ত য়ুমশেংগনি ।। [শিবদ মৈ চঙদব অঙাং অমগী ৭নিদ লান্ন-থৌরম

পাঙথোক্লবগীদমক্ত নোংম ৱাংলিঙৈ ৬ নিদ য়ুম শেংবগী চৎনবী লৈব মরম্ল অঙাং অম পোকপগী ৬ নি ঈপাল থৌরমগী মমাঙ ৫নিদ য়ুম শেংবগী থৌরম পাঙথোকহন্নিংই ] ৪)থা ৬ তগী ৮ ফাওবগী মনুংদ চউমবীগনি ।। ৫) চহী ৩/৪ শুরকপদ নাহুৎ নারেং তম্বীগনি ।। ৬) চহী ৭ পু শুরবদি মপা মতোন্ন নত্তুগ শাগৈ পিবান ঈরাৎফ্ লাত্তুন তেংবানব মপুগী মিংখৈরোল লাইমীং পীবীগনি ।। মচা ৭কী লংহিং লংশেং শিবীগনি ।। ৭) ঈরাৎফ্ লাত্তুন লুহোংবগী তৌরম পাঙথোক্কনি ।। নুপীন নুপাবু ৩ লক নত্তুগ ৫রক নত্তুগ ৭রক কোয়গনি ।। লৈপরেং হকনগনি ।। নুপীন মাঙ থাদুন ইমুংচঙলগ লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং ইমা লৈমরেল শিদবী খুরুমগনি ।। নুপা নুপী অনীদু পোৎ লান্নদুন চামিন্নগনি ।।০।।

মী অম শিরবদি (১) অশিব মী অদু নাকথরোমদ পুথোক্কনি ।। অদুগ খাঙেনফমদ থমগনি ।। (২) ঈরু শাদেংবীব লোইরগ অশিব হকচাং অদু পিবান (অমাইব) নাহাইরোল শোন্দুন শেংদোক্কনি ।। (৩) অহনব ফীজোল হোংবীগনি ।। (৪) কৃদ পোৎচঙ চৈজঙ শুন হাপকনি (অশি-লৈবাক খোঙচৎকী) ।। (৫) পুং শেল য়ৈদুন তেংবানব মপুগী মিংখৈ শোন্দুন অশিব হকচাং অদু মংফম য়ৌন পুগনি ।। (৬) পিবান (অমাইব) মংদ শেমলিব শীং অদু নাহাইরোল শোন্দুন শেংদোক্কনি ।। (৭) মৈ ঈরাৎকনি ।। (৮) শিরিব মী অদুগী খ্বাইদগী নক্লব মরী মতা অমন মৈ চৃগনি ।। (৯) মিংখৈরোল শোনব লোইশিনগনি ।। মৈ থাব লোইরদুন ম ংফম অদু শেমজিন শাজিনব লোইরব মতুংদ (১০) পিবান (অমাইব) য়ুম্লাক শাগৈ অসীদ লৈরম্ব মমিং অসী কৌবগী ***য়াইবী থবায় মঙান মপুগী লৈরাং লৈকোন্দ লৈরাং লৈনম ওইন তিনশ্রে*** হায়ন য়াইফরোল লাউগনি ।। পোৎলোইব য়াওরিব মীয়াম্ন ***য়াইফরে*** হায়ন খুমগনি ।। অসুম্ন পোৎলোইবগী থৌরমদু লোইশিনগনি ।। (১১) শিব নুমিত্তগী নুমিৎ ১০ নি চূপ্প নুংথিলদ লাইনীং লাইশোলগী ওইব লাইরিক তাগনি ।। তেংবানব মপুগী মিংখৈসু শোনগনি ।। অদুবু ৫ নি শুব (লৈহুন) নুমিৎ অদুদি অয়ুক্ত ওইন লাইরিক তাগনি ।। (১২) ১০নিদ য়ুম শেংগনি ।। (১৩) ১১ নি শুব নুমিত্ত খম্লুং শৱা তানপ্রব য়াইবী থবায় অদুন তাইবং ঈপাক লানথোক্তুন তেংবানব শেম্বীব মপু য়াইবীরেল শিদব মাবু ফংজনবগীদমক মিংখৈরোল শক শোনবগ লোয়নন লান্ন-থৌরম পাঙথোক্কনি (১৪) লাইমিং লৌদ্রিব অঙাং শিবগী ওইরবদি ৬ (তরুক) নিদ য়ুমশেংগনি অদুগ

৭ নিদ লান্ন-থৌরম পাঙথোক্কনি ।। লান্ন-থৌরমদ মী অমগী শেৎন চানব, হিপ্পব ফিরোল, পোৎচঙ চৈজঙ হাপকনি ।। (১৫) লান্ন-থৌরম পাঙথোকখিব থা অদুগী মথং থাদগী হৌন থা ১০ ফাওব লৈজব চেঙ, এনশাং-নাপী, মনা-মশীং লাইয়িংথৌদ অথেনপোৎ কৎকনি ।। (১৬) লৈখিদবগী চহী ওল্লকপদ লাইগী মিংখৈরোল শক শোন্দুন, ঈরৎফূ লাৎতুন পিবান (অমাইব) লাইশোল থৌরম পাঙথোক্কনি ।। নোংগারোল শক্তুন তাইবং মপুদ লূকলেন কত্তুন ফীরোয় থৌরম পাঙথোক্কনি ।। অসুন্ন মী অম শিবগী মথৌ মঙম লোইশিনগনি ।।০।। [২১]

**সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী লুচিংবশিংবু ইম্নোকপ ঃ *মীতৈ মরূপন*** সনামহী লাইনীং অসী শন্দোক্লকপ মতমদ মীতৈ হিন্দু বৈষ্ণব পন্দিতশিংগ য়েৎন মীতিন কয়াসু থোকখি ।। ফূরূপ অসীগী শাগোন্নরক্লব পারম পুরমচৎকী লাইনীং হিঙ্গৎ ঈহৌ অসী ব্রহ্মাসভাগী মায়োক্ত লাকপ লাইনীং ঈহৌ অমগী মরোঙদ লাকখি ।। মীতৈ মরূপকী মরুওইব মীশক ১) কোঞ্জেংবম নবচন্দ্র ২) লাইরেনময়ুম নিত্যাই ৩) শঞ্জেনবম য়াইমচৌ অমসুং অতোপ্প লাইনীংলোয় অমগ মখোয় মরিগী মথক্ত মীওই শরন— মীতৈ মরূপকী মীওইশিং অসী সনামহী লাইনীং চৎলে, চন্দোল মথীল মান্নদ্রে, লুগুন মচা তরুক থাংদ্রে, গৌরধর্ম্ম চত্ত্রে হায়ন ব্রহ্মসভাদ ব্বাকৎচে থারকখি ।।[২২] মদুন মরম ওইরদুন ১৯৪৫ জুন থাগী কেস নং ৬১ গী মতুংইন্ন মখোয় মরি অসী সনামহী লাইনীং চৎলব অতোপ্প ***মীতৈ মরূপকী*** লুচিংব মীওইশিংগ লোয়নন ব্রহ্মসভাদ কারকউ হায়ন কৌখৎলকখি ।। লুচিংব কয়ামুক ব্রহ্মসভাদ কাখি ।। কুম্মৈ য়েংব ভাবোক ২০০ (চনী) রোমসু লাকখি ।। চহী অনীরোম ব্বাংহং পাউহং তৌনরব মতুংদ ব্রহ্মসভান সনামহী লাইনীংলোয় ৩৮ গী মথক্ত মখাগী ইনথোকপগী য়াথং অসী তাউথখি ঃ[২৩]

"মেমো নং ৬১ ব্র:স:র: তাং ৩১/১০/১৯৪৭ ইং প্রজা পুন্নমক্ত খঙহল্লি —ব্র: স: বাজে ১০৭/৪৫ নংগী কেসতা অমসুং অতৈ অতৈ প্রজান লাউনবদুদা মখাগী মীওইশিং অসী মীতৈ মরূপ নত্তগ সনামহী ধর্ম্ম চৎলবা ঙাক্তনি হায়ব খঙবা ঙমই ।। মখোয় অসী বেদ অমসুং ব্রাহ্মন থাদোক্লবা ঐখোয়গী উপাসনা দেবতাবু নিন্দা তৌদুন মানিদ্রব, চন্দোন মথিন মান্নদ্রবা, গৌরধর্ম্মগী অচার ব্যাবহার পুন্নমক থাদোক্লব ধর্ম্ম মান্নদ্রব কাঙবুনি ।। গৌরধর্ম্ম চৎপ মী অমত্তনা মখোয়বু উসব মেলা দেব কর্ম্মনচিংব চাবা থকপনচিংবদা তিন্নব য়াদে ।।

১) শ্রীঅহৈবম তোম্বাপু সিংহ
২) শ্রীলাইরেনময়ুম নিত্যাই সিংহ
৩) শ্রীশঞ্জেনবম য়াইমচৌ সিংহ
৪) শ্রীকোঞ্জেংবম নবচন্দ্র সিংহ
৫) শ্রীঅচোম গৌরোসিংহ
৬) শ্রীথৌচোম জাদোব সিংহ
৭) শ্রীনোংথোম্বম গৌরসিংহ
৮) শ্রীনোংথোম্বম নরান সিংহ
৯) শ্রীব্রাইখোম কহ্নাই সিংহ
১০) শ্রীব্রাইখোম তোম্বা সিংহ
১১) শ্রীঅহৈবম শামু সিংহ
১২) শ্রীমংসিদম তোম্বা সিংহ
১৩) শ্রীশরাংথেম অঙৌ সিংহ
১৪) শ্রীলাইরেনময়ুম য়াইমা সিংহ
১৫) শ্রীগোকুলচান্দ সিংহ
১৬) শ্রী তোম্বা সিংহ
১৭) শ্রীঙাসেপ্পম মনিকচান্দ সিংহ
১৮) শ্রীতখেল্লম্বম বোকুল সিংহ
১৯) শ্রীপুখ্রম্বম সুরচান্দ সিংহ
২০) শ্রীপুখ্রম্বম ইবোমচা সিংহ
২১) শ্রীলুক্রাম ইবোতোন সিংহ
২২) শ্রীশরাংথেম থম্বালয়াইমা সিংহ
২৩) শ্রীঅঙোম লিলা সিংহ
২৪) শ্রীঅচোম মনি সিংহ
২৫) শ্রীলুক্রাম ইবোতোম্বী সিংহ
২৬) শ্রীলুক্রাম মধুমঙ্গোল সিংহ
২৭) শ্রীঙাঙোম গৌরাঙ্গো সিংহ
২৮) শ্রীয়াইখোম খম্বা সিংহ
২৯) শ্রীয়েনদ্রেম্বম চাউব সিংহ
৩০) শ্রীব্রাকম্বম বোকুল সিংহ
৩১) শ্রীইরুংবম নোংয়াই সিংহ
৩২) শ্রীমোইরাংথেম চৌঙপরিজাৎ সিংহ
৩৩) শ্রীসাইরেম অমুলৈশং সিংহ
৩৪) শ্রীনাদ্দেবম ইবোতোন সিংহ
৩৫) শ্রীসনসম মনি সিংহ
৩৬) শ্রীমোইরাংথেম বোকুল সিংহ
৩৭) শ্রীহাওবিজম ইবোতোন সিংহ
৩৮) শ্রী য়াইমা নোংশাব সিংহ

লৈবাক্ত রাস্ত্র ওইহনবীনব শ্রীযুক্ত চিফ মিনিস্তর মনিপুর স্তেত কাউন্সিল খণ্ডহনবা লেপনরে ॥ ইতি ॥

তাং ২৫/৭/৪৭ ইং
সহি
তোনম্বা শর্ম্মা অমদি রাজ
পুরোহিৎশিং

***State Office Imphal***
Memo No. SG 6/47/D.26/11/47
and Public for Information
Copy Circulated to State Office
P.B.
Cheif Minister MS (Hom.)"

মথক্ত পীরিব মীওই ৩৮ অসী ব্রহ্মসভাগী কেসত মশা মশান ***মীতৈ মরূপ***য়াওরে হায়ন মখূৎ মখূৎন খূৎনম (সহি) পীখিব ঙাক্তনি ।। সহি তৌখিবশিংগী মনুংদ ৱাংখৈময়ুম মধুসুদোন(তেনবীরেন) অমসং গুরুময়ুম বীনেশ্বর অনীবুদি রাইদ মমিং হাপলকখিদে ।।০।।[২৪]

সনামহী লাইনীং চৎপ ***মীতৈ মরূপ***কী মীওই ৩৮ অসীবু ব্রহ্মসভান তানথোকপগী রাই অসী লৈবাক মীয়াম্ন হেক খঙলকপ মতম অদুদ থম্বালখোংদ লৈব মীতৈ হিন্দু গৌরিয়া লাইনীং চৎপ মীওই ১০/২০ ন পুখ্রম্বম সুরচান্দ অমসুং পুখ্রম্বম ইবোমচা অনীবু লৈকাই অসীদ লৈহল্লগুমসী হায়দুন মখূত্ত চৈ-লাং পায়দুন তানথোক্লব হোৎনখি ।। মীতৈ হিন্দু গৌরিয়া লাইনীং চৎপ মীওই খরগ সনামহী লাইনীং চৎপ মীওইশিংগ মূক্লবগী ফীভমদ লাকখি ।। সুরচান্দ অমসুং ইবোমচা অনীন পুলিসত ৱাকৎখি ।। ***মীতৈ মরূপ***কী মীওইশিংন ঈশৈ শকপ, ৱা ঙাঙবশিং অদু মতম খরদি পুলিসকী মীওই ২/৩, ২/৩ লাক-লাক্তুন মৱোঙ য়েংলখি ।। কাঙলূপ অনীমক্কী মীওইশিং ৱারী শানরব মতুংদ পুলিসশিং অদুন গৌর লাইনীং চৎপ মীওইশিংদুদ – মা মাগী লাইনীং (ধৰ্ম্ম) চৎচবনি, মীগী ময়ুম ইংখোল চঙদুন খৎনব হৌরুগনু হায়খি ।।০।।[২৫]

***মীতৈ মরূপ***কী মীওইশিংন মীতৈ ফূরূপকী পারম পুরমচৎকী ওইব সনামহী লাইনীং হিঙ্গৎ ঈহৌ অসী শন্দোক্লকপ মতমদ খুন্নাই অসীদ খুদোংচাদব মূক্লব কয়া মীতৈ হিন্দু লাইনীং চৎপশিংগ খুল লৈকাই কয়াদ থোকখি ।। খুঙ্গং লৈকাই অয়াম্বদ হিন্দু লাইনীং থাদোক্তুন সনামহী লাইনীং চৎলব মীতৈশিংগ লৌউ-শীংউদ খুৎলঙ তিন্নদব, অসি-অনাগী থৌরম কয়াদ চঙনদব, চামিন থকমিন্নদব, হায়ন-শীংনদুন ৱারোইপোৎ পুনখ্রব চনু নিংঙোল কয়া চারৌ মৌরৌনব তোক্লখিব, নৌন চেল্লকপ নুপী কয়া ফাদোক খাইদোক্লখিব, মচা মনাউ কয়া তোঙান পীজনরকপ, য়ুমলোন কৈরোন্নব কয়া শম্বল খাজীন্নরকপ, লৈকাই শীংলূপ্তুগী তাম্থোক্লকপ, উমংলাই হারাউব ফাওবদ চঙহন্দবগী থৌদোক কয়া থোকখি ।।০।।[২৬]

**২ঃ মৈতৈ লাইনীং মরূপ** – হৌজিক্কী কংলৈপাক মনিপুর অসীদ সনামহী লাইনীং হিঙ্গৎ ঈহৌ শন্দোকপ লূপ কয়ামরুম লৈরে ।। খ্বাইদগী ইহান

হানব লাইনীং লূপ অম ওইহিব *মীতৈ মরূপ* হায়বসী লৈবাক মীয়ামদ ফোঙদোকপ্রব মতুংদ ইকান কান্নদন মথং মনাউ ওইন লাকখিব লাইনীং লূপ অমদি *মৈতৈ লাইনীং মরূপ* হায়ব অসীনি ।। লূপ অসী খৃস্তকুম ১৯৪৬ শজিবুগী থানিল লৈপাকপোকপ নুমিত্ত ব্রাংখৈ অয়াঙ পল্লিদ লৈব ব্রাংখৈময়ুম গুলাপমচাগী য়ুমদ ফোঙদোকখি ।। ফোঙদোকপগী থৌরম অসী তৌদ্রিঙৈগী মমাঙদ থৌরম অসীবু মপুঙ ফান পাঙথোক্লবগীদমক কমিতি অম মখাগী মীওইশিং অসীন শেমখি ঃ(২৭)

১) লাইখুরাম ইবুংঙোহল (খগেন্দ্রজিৎ) – থৌবুরেল
২) ব্রাংখৈময়ুম গুলাপমচা – ঙমথং থৌবুরেল
৩) লাইখুরাম ইবোবী – থৌশীল্লেন
৪) ব্রাংখৈময়ুম বীরচন্দ্র – থৌশীনব
৫) চোংথাম মেরামচা – থৌপুব
৬) রাজকুমার সনামচা – থৌপুব
৭) কারাম বিদুর – থৌপুব
৮) ব্রাংখৈময়ুম তিনবীরেন(মধুসুদোন) – থৌপুব
৯) লাইশ্রম মেরা – থৌপুব
১০) কোংবম গুলামজাৎ – থৌপুব

*মৈতৈ লাইনীং মরূপকী* মীওইশিংন হিন্দু গৌরিয়া বৈষ্ণব লাইনীং থাদোক্তুন ফৃরূপ অসীগী শাগোন্নরক্লব পারম পুরমচৎকী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ শন্দোক্লকপ মতমদ ব্রহ্মসভাগ মুক্লব কয়া থোকখি ।। লমদম অসীগী খ্বাইদগী ব্রাংলব সিভিল কোর্ত চিফ কোর্তত কেস তৌনখি ।। কেস অদুগী হৌরকফমদি অসীনি – ব্রাংখৈ লাইশ্রম লৈকাইদ লৈব য়েংখোম গৌরকিশোর কৌব *মৈতৈ লাইনীং মরূপকী* মীশক অমগী মচা পোকপগী তরুকনি ইপাল থাবদ মৈতৈন হৈকৎ লৈকৎ তৌই, লাইরিকসু মৈতৈন তৌই ।। তৌপ্রিব পুন্নমক অসীবু য়াব্র হায়ন মীওই খরন ব্রহ্মসভাদ ব্রাকৎপদগী ব্রাথোক অসী ওইরকখিবনি ।। ব্রহ্মসভান য়েংখোম গৌরকিশোরবু ব্রহ্মসভা নং ১৬৭/৪৬ কী রাই মতুং ইন্ন 'ব্রাংখৈ লাইশ্রম লৈকাইদ লৈব য়েংখোম গৌরকিশোর হায়বসী মহাক্কী মচা পোকপগী ষষ্ঠি পুজা অমসুং য়ুমশেংবগী থবক্ত বেদগী হৌনবী তৌব তোক্তুন মৈতৈন পুরোহিত ওইদুন থবক তৌপ্রে, ব্রহ্মভান বিচারগীদমক সমন থাবদসু সমন লৌদ্রে ।। মরম অসীন বেদ

অমসুং ধর্ম্ম শাস্ত্র চৎত্রব মীশক অসী ব্রহ্মসভান পাষন্দিনী হায়ন লৌরে ।। গৌরকিশোর হায়ব মীশক অসী ধর্ম্ম শাস্ত্র চৎলিব, বেদ মার্গদ লৈব মীশিংন তিন্নব য়াদে, নোতিশ তৌদুন লৈবাক্ত খণ্ডহনবীয়ু'—হায়দুন দরবারগী প্রসিদেন্তত ব্রহ্মসভান হায়জবগী মতুং ইন্ন দরবারগী প্রসিদেন্তকী ওফিসতগী ৱারোল অসী ১৯৪৭ জনুৱারী ২৩ দ নোতিশ থোকখি ।। ব্রহ্মসভান মখা তাব ওইন য়েংখোম গৌরকিশোরগী থৌরম তৌরুরিব মীশক ১) ৱাংখৈময়ুম গুলাপমচা, ২) কারাম বিদুর অমসুং ৩) চোংথাম মেরামচাবু বেদ মার্গদ লৈব মীওইশিংন তিন্নরোইদৌবনি হায়ন খৃস্তকুম ১৯৪৭ জনুৱারী ২৩দ অতোপ্পা নোতিস অমা থোকখি ।। ব্রহ্মসভাগী রাই অদু মৈতৈ লাইনীং মরূপকী মীওশিংন মনিপুর স্তেতকী চিফ কোর্তত শীংনখি ।।০।। (২৮)

খৃস্তকুম ১৯৪৭ অসীদ মৈতৈ লাইনীং মরূপ্প চিফ কোর্তত অশেং-অমাংগী মরমদ অতোপ্প কেশ অমসু থাংগৎখি ।। কেশ অদুগী হৌরকফম ৱারীদি — খ্বাই লমাবম লৈকাইদ লৈব মৈতৈ লাইনীং মরূপকী লুচিংবশিংগী মরক্ত অম ওইরিব চোংথাম মেরামচাগ নকনন উরিপোক্ত লৈব বামোন অমগী নৌন শাব লাইশঙ অম হোঙবগী থৌরমদ থৌরম পুম্নমক লোইরদুন লূক খুনবগী মতাং য়ৌরকপ মতমদ বামোন অদুন— মেরামচা নঙদি অমাংব লাই নীংব মীনি, ময়ামগ পংতি ভোজন তৌব য়াদে অদুন নঙদি লূক খূনব য়াওগনু — হায়দুন য়াওহনবীদে ।। মীয়াম মমাঙদ ইকাইব পীবীরে হায়বগী ৱাকৎ অম মেরামচান চিফ কোর্তত বামোন অদুগী মথক্ত কেশ থাংগৎখিবগী ৱানি ।। কেশ অদুগী অহানব নুমিত্ত চোংথাম মেরামচা অমসুং মাগী সাখিগী জাবান লৌখি ।। মথংগী তারিকত বিবাদি ওইরিব বামোন অদুগী জবান লৌফম থোকপনি ।। অদুবু লাইবক থীবদগী বামোন অদু লৈখিদবন (শিখিব) মরম ওইদুনি কেশ অদু মখা চৎথখিদ্রে ।।০।।(২৯)

***মৈতৈ লাইনীং মরূপ*** শেমখ্রিব অসী ***মীতৈ মরূপন*** চৎথরকপ সনামহী লাইনীং হিঙ্গৎ ঈহৌগী ঈথিল মৱোঙ অম নত্তুগ অমদ চঙলমগদ্র হায়ন অয়ীবন খল্লি ।। মদুগী মরমদি — ১) ***মীতৈ মরূপ*** ফোঙখিব মফম অসী ৱাংখৈ থম্বালখোংদনি ।। খৃস্তকুম ১৯৪৫ কালেনগী হুমনি পানবদনি ।। লূপ অসীগী লুচিংবশিংন লপ অসী শেমদ্রিংঙৈ চঠী ৬/৭ কী মমাঙদগী সনামহী লাইনীং অসী হিংগৎনব হোংনবক্লবনি ।। অদগ ***মৈতৈ লাইনীং মরূপ*** ফোঙখিব অসীসু ৱাংখৈ

অয়াং পল্লিদনি, খৃস্তকুম ১৯৪৬ শজিবুগী থানিল নুমিত্তনি ।। ২) ***মৈতৈ লাইনীং মরূপ*** কী লুচিংবশিংগী মনুংদ অম ওইরিব ব্রাংখৈময়ুম তিনবীরেল/তেনবীরেল (মধুসুদোন) হায়ব মীশক অসী অহানবদ ***মীতৈ মরূপ***কী লুচিংব ১১ (তরামথোই) গী মনুংদ অম ওইরম্ব মীশক্তি ।।০।।

লমদম অসীদ পারম পুরমচৎকী ওইব মীতৈ ফূরূপকী মশাগী ওইব লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ অম শাগৎলকপদ মশাগী ওইজব কান্নব কয়া থাদোক্তুন মীয়ামগীদমক্ত অব্রাব কয়া মায়য়োক্লখিব মীওই কয়া লৈখি অদুবু লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ অসীগী মপুঙ ওইব ব্রাখল ফিদম অম পীখিবদি তাখেল্লম্বম উজা বোকুলনি হায়বসী মহাক্ল পাঙথোক্লম্ব থবকশিং, ইরম্ব লাইরিকশিং অমসুং হায়রম্ব ব্রারোলশিংদগী খঙব ঙমই ।। লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগ মরী লৈনব লাইনীংহল উজা বোকুলগী ব্রারী ব্রাখোঙ অমসুং মহাক্ল ইরম্ব লাইরিকশিংগী শন্নপ্প ব্রারোল খরদং মথংগী পন্দুপু পীজরি ।।০।।

### মচাক তানফম ওইব লাইরিক অমসুং চেফোঙশিং


১) (১-৫) – ***অনীশুব মালেম লানজাউ মতুংদ মনিপুরগী লাইনীং পুব্রারী ঃ*** অয়ীব - সাইবেম নীলবীব (মতমগী খোঙথাং -৩৫ শুব মশীং শজিবু/কালেন ১৯৮১)

২) (১) (৩) (৪) – ***Manipur Past and Present, Vol. -II*** : Edited by Dr N Sanajaoba

৩) (৪ক)– ***য়াকাইরোল – মে, ১৯৩২(১৯৯১)ঃ*** খোমজিনব– রাজকুমার সনাহল বি:কম:

৪) (১-৫)– ***সনামহী লাইনীংগী সেমিনার (২০০০)ঃ*** অফোঙব – সনামহী লাইনীংকোল, ইম্ফাল

৫) (৬-১৯) (২১-২৬) – ***মীতৈ মরূপ হৌরকপগী ব্রারী*** (১৯৯৩)ঃ অফোঙব– মীতৈ মরূপ, থম্বালখোং

৬) (২০)– ***মতমদ মীতৈগী শক্তম (১৯৬৮)*** ঃ অয়ীব –তখেল্লম্বম বোকুল

৭) (২৩)– ***ঙসি*** (চয়োলগী পাউচে- ১৯/১২/১৯৪৭– নোংথোম্বম নরানগী মথৃত্ত লৈব)

৮) (২৭-২৯) – ***পাখংবা লাইনীং*** (১৯৯৫)ঃ অয়ীব – লাইখুবাম ইবোবী




# ১২

## সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ
## অমসুং
## অহল ইবুংঙো লাইনীংহল তখেল্লম্বম বোকুল

হৌজিক ঐখোয়ন কংলৈপাক মনিপুর হায়ন খঙনরিব লৈবাক অসী চহী লীশীং মরীরোমগী মমাঙদগী লৈরক্লব য়াম্ল কুইরব অরিব লৈবাক অমনি ।। লৈবাক অসীদ মীতৈ কৌব মচু তাবব মীওই কাঙলুপ অম লৈরকখি ।। অসীগুম্লব মীতৈ কৌব ফুরূপ (লৈসন) অসীগী মনাৎ অমসুং লাইনীংগী তোপ তোপ্প মশক অসী খৃস্তকুম ১৭২০/৩০ অদুৱাইদগী মীতৈ অয়াম্ববু হিন্দু লাইনীং লৌহনখিবদগী শিথব হৌরকখি ।। মশাগী নাৎ অমসুং লাইনীংগী শক্তম মাঙশিল্লকখি ।। মীতৈগী শিথরুরব লোল, নাৎ অমসুং লাইনীংবু হিংগৎহন্দুন মালেম অসীদ মীতৈ কৌব ফুরূপ অম হিংলি লৈরি হায়ব খঙহন্নবগীদমক্ত লমদম অসীদ নাৎ অমসুং লাইনীংগী হিংগৎ ঈহৌ অম চৎথরকখিব লুচিংব মীওইশিংগী মনুংদ শীংথাহৌদব য়াদব মীশক অমদি অহল ইবুংঙো তখেল্লম্বম বোকুলনি ।। লমদম অসীদ পারম পুরমচৎকী ওইব মীতৈ ফুরূপকী মশাগী ওইব লাইনীংগী হিংগৎ ঈহৌ অম শাগৎলকপদ মশাগী ওইজব কান্নব কয়া থাদোক্লুন মীয়ামগীদমক্ত অৱাব কয়া মায়য়োক্লখিব মীওই কয়া লৈখি ।। অদুবু লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ অসীগী মপুঙ ওইব ৱাখল ফিদম অম পীখিবদি তখেল্লম্বম বোকুলনি হায়বসী মহাক্ল পাঙথোক্লম্ব থবকশিং, ইরম্ব লাইরিকশিং অমসুং হায়রম্ব ৱারোলশিংদগী খঙব ঙমই ।।০।।

সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী লুচিংব তখেল্লম্বম বোকুল খৃস্তকুম ১৯০৭ মার্চ থাগী চৈচৎ ৫ লমতাগী ২০ নি পানব লৈপাকপোকপ নুমিত্ত কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাইদ পোকখি ।।[১] অপোকপগী মিংন মেরা অদুগ অপোকপীগী মিংন লৈমজম নিংঙোল অমুবী কৌই ।।[২] অহল ইবুংঙোগী ইমুং অসী নুংঙাই য়াইফব

ইমুং অমদি ওইরমদে ।। মহাক্র পাখং ফারক্লবদ থবক সৃ-নোমদুন ইমুং মনুং পুনব হোৎনরম্মী ।। উজা বোকুলদি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌন করিগুম্ব থবক অম তৌবদ হেক্ত তৌশিনব হায়বসী সুকয়া য়ারক্তে ।। থবক অম তৌবদ য়াম্ন ৱাখল তৌরগ মমুৎ তান তৌব পাম্ব মীশক ওইরম্মী ।। থবক অম তৌবদ য়াম্ন চেকশিনব মীশক অম ওইরকখি ।। [৩] মহাক মশাগী চহী ২৮ লোম সুরক্লব মতমনি ।। নোংম মখোয়গী লৈকাইগী মুতুম জামিনি কৌব নুপা অমন উজা বোকুলবু শম ককপিরম্মী ।। নুপা অদুন শম কক্ল কক্ল ৱারী শাখি ।। নুপা অদুন শারিব ৱারী অদুদি অতৈ করিসু নত্তে; কাসারদ ***অপোকপা মরূপ*** কৌব মী কাঙবু অমন মীতৈগী লোন, নাৎ অমসুং লাইনীং হিংগৎহনগদৌরিবনি হায়দুন কোয়চেন চেন্দুন হোৎনহৌই হায়বগী ৱারীনি ।।[৪] ৱারী অদু তারুবদগী উজা বোকুলগী মপৃক্ত কাসার চৎনিংবগী অপাম্ব ৱাখল অম ফাওরকখি ।। ৱারী শারিব নুপা অদুনদি ইচম চম্ন মতম লেন্নব লীজব ৱারীনি অদুবু ৱারী তারিব নুপা অদুনদি য়াম্ন হকচিনব ৱারী ওইন লৌগ্রে ।। মসীন তাকলিবদি উজা বোকুলগী থম্মোইদ মীতৈশিংগী নাৎ অমসুং লাইনীংবু নুংশিবগী হিংগৎহন্নিংবগী ৱাখল হান্ন লৈরমলে হায়ব অসীনি ।। খৃস্তকুম ১৯৩৫ কৃষ্ণ জন্ম নুমিত্ত মহাক্র ১) পুখ্রম্বম সুরচান্দ অমসুং ২) পুখ্রম্বম ইবোমচাগ লোয়নন কাসারদ চৎখি ।। [৫] মখোয়ন কাসারগী জারিবোন লাইশ্রমখুল মমাঙ লৈকাইদ লৈব অসেম তোম্বী কৌব নুপা অমগী য়ুমদ লৈখি ।। হায়রিব নুপা অসীগী ময়ুম অসী লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোগী ময়ুমগ ইথাপ থাপ্লদন থোঙ্গাল ২/৩ দং চৎলগ লৈরম্মী ।। অসূম্ন নক্লন লৈব মরমদগী লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোগ ৱারী ৱাতাই ফজন শানবগী খুদোংচব অসী তখেল্লম্বম উজা বোকুলন ফজন ফংজখি ।।[৬] মফম অদুদ লৈন লৈন উজা বোকুল, পুখ্রম্বম সুরচান্দ অমসুং পুখ্রম্বম ইবোমচা– মখোয় অহুম্ন লাইনীংহল নাউরিয়াগী ৱারী অদু তারুবদগী মপুক্লীং মপুঙ ফান ওনখিদুন হিন্দু লাইনীং থাদোকখি ।। মখোয়ন কাসারদ চহী ১ থা ৯ লৈরম্মী ।। [৭] কাসারদগী হল্লক্তুন ইম্ফালদ লৈরব মতমদ নোংম ১৯৩৯ দ লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোন উজা বোকুলগী মফমদ ইপানাৎ ইপুনাৎকী লাইনীং শন্দোকপদ থৌনা হাপ্পিরকপগী চে অম থারকখি ।।০।।[৮]

তখেল্লম্বম উজা বোকুলগী কুচুদি পুলৈ কুচুনি ।। শাৱোঙ শাদা ফজে ।। ময়ায় ওইন ৱাং চাউই ।। মশা নাল্লি ।। শেঙ্তোক চাথোক্লকপদ ইপক্ত পকচব মীতানি ।।

মশাগী চহী ৩০ খর হেল্লকপ খৃস্তকুম ১৯৩৯ অদুব্রাইদগী ইপানাৎ ইপুনাৎকী ওইব লাইনীং মীচৎপু হিংগৎনবগীদমক্ত থবক পায়খৎপ হৌরকখি ।।[৯] অদুবু য়াম্ন পরম পথাপ নাইব মবোঙদ লূপ্নচিংব শেমদুন থবক পায়খৎপমক্তি নত্তে ।। ব্রারী ব্রাতাই শানদুন মাগী ব্রাখল্লোন অদুগ চানব মী ঘিবগী ব্রানি ।। খৃস্তকুম ১৯৪২ মে ১০ দ ইম্ফালদ অনীশুব লানজাউগী বোম তারে ।। লানজেন্নরে ।। মী পুম্নমক মা মাগী থব্রায় হিংনব অথাপ্ন খুঙ্গংগী লমদ কোয়চেন চেন্নরে ।। অসূম্ন লানজেন্নরুবদগী লান লোইরদুন মী অয়াম্ব ময়ুম ময়ুমদ হন্নরক্লে ।। লান হঞ্জিন্নরক্কুন খর নে-তাব পুন্সি অম ফংলকপগ লোয়নন খৃস্তকুম ১৯৪৫ মে থাগী চৈচৎ ১৪দ *মীতৈ মরূপ* শেমগ্রব মতুংদগীদি *পথাপ পীব কাঙলুপ* কী থৌপুরেল ওইরিব উজা বোকুলন অয়াম্ব মতমদ ময়ুম থাদোক্কুন কংলৈপাক মনিপুরগী মফম কয়াদ কোয়ন চত্তুন লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোগী লাইরিক কয়া পুদুন সনামহী লাইনীং শন্দোকপ হৌরকখি ।। [১০] উজা অসী ব্রা ঙাঙব, মরৈ য়েৎনব হৈব, মীয়াম থেংনব কিন্দব অমদি অচুম্বগীদমক্ত মথব্রায় থাদোকপ ফাওব কিন্দব মীশক অমনি ।। [১১] খৃস্তকুম ১৯৪৭ ত ব্রহ্মসভান সনামহী লাইনীংচৎপ লুচিংব ৩৮ বু মীতৈ হিন্দু গৌরিয়া লাইনীং চৎপশিংগ চাকচা হৈজানব অমসুং অশি-অনানচিংব লাইগী থৌরম কয়াদ তিন্নব য়ারোই হায়ন মীতৈ হিন্দু খুম্নাইদগী তানথোকপ অদুদ উজা বোকুলসু তানথোকপিরবশিংগী মনুংদ য়াওরম্মী ।।[১২] মতম অদুদদি ব্রহ্মসভান য়াদব থবক তৌব হায়বসী অরায়ব থবক অম নত্তে ।। অদুবু অহল ইবুংঙো অসীন হনব লৈতন লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ অসী শন্দোক্লম্মী ।। মতমদুগী মীতৈশিংন — ঐখোয় মীতৈনি, ঐখোয় আর্য্য নত্তে, ঐখোয় ইশাগী ময়েক, নাৎ অমসুং লাইনীং লৈজে হায়ন থৌনা লৈন হায়জব ফাওব ঙমজদ্রব পঙথদুন লৈরুবব মীতৈশিংবু মীৎকপ থোকহনখিব মীওইশিংগী মনুংদ তখেল্লম্নম উজা বোকুল য়াম্ন মরু ওইব লুচিংব অমনি ।। সনামহী লাইনীং ঈহৌগী শরূক অম ওইন মহাক্ল হিন্দু লাইনীং চৎপ মীতৈ অমসুং বামোন পন্দিত কয়াগ মফম কয়াদ য়েৎন- মীফম পাঙথোকখি ।। য়ুম্নাম লৈকাইগী মান্দোবত নুমিৎ নীনি চুপ্ন চাউরব য়েৎন-মীফম অম পাঙথোকখিব অদু খুদম ওইন পানব য়াই ।।[১৩] হিন্দু গৌরিয়া পন্দিত কয়ান মহাকপু মায়থীব পীব ঙমখিদে ।। মতমদুদ হিন্দু লাইনীং থাদোক্কুন ইপানাৎ ইপুনাৎকী লাইনীংচৎপ মীতৈশিংবু মীতৈ হিন্দুশিংন *সনামহী কাঙবু* হায়ন খণ্ডনখি ।। মরম অসীন অহল

ইবুংঙো তখেল্লম্বম বোকুলবুসু ইশম শন্ন ***সনামহী বোকুল*** হায়ন খঙনখি ॥ অহল ইবুংঙোন লমদম অসীদ ***সনামহী লাইনীং হিঙৎ ঈহৌ*** গী দমক্ত পাঙথোক্লম্ব থবকশিং অদু য়েংলুরগ ***লাইনীংহল*** হায়ব মিংথোল অসী নোংগাল্লব তখেল্লম্বম উজা বোকুলদ ইকাই খুম্নবগ লোয়নন সনামহী লাইনীংলোয়শিংন পীক্ষম থোকই হায়ন অয়ীব ঐন খঞ্জে ॥৩॥

নহা ওইরিঙৈদগী হৌন লমদম অসীদ চৎনরিব হিন্দু লাইনীংগী বর্ন ভেদদ য়ুমফম ওইদুন খুন্নাইদ অনেম অৱাং খায়ব অমসুং অমাং-অশেংগী ৱাফম্বু য়াদব, মান্নব খুন্নাই অমগী চৎন-কাঙলোন পামজব অমসুং মীতে ফুরুপকী মশাগী শক্তম ঙাকপ পামজব মীশক অম ওইরকপ মরম্ন অহল ইবুংঙো অসী লৌমী শিনমী লৈবাক মীয়ামগী লুচিংব হিজম ইরাবতক নকশিন্নখি ॥ মহাক লময়ানব ইরাবতন খৃস্তকুম ১৯৪৬ ত শেমখিব ***কৃষক সভা*** গী মেম্বর অম ওইখি ॥ মনিপুর মশাগী কন্সতিতুত্যসনগী মখাদ ইহান হান্ন পাঙথোকখি খৃস্তকুম ১৯৪৮ জুন ১১ গী এসেমব্লী ইলেকসন্দ মহাক কৃষক সভাগী মীরেপ অম ওইন পাঙ্গে কেন্দ্রদ ইলেকসন লেপখি ॥ মায় পাকখি ॥[১৪] ওক্তোবর ১৮দ এসেমব্লীগী অহানব মীফম ফমখি ॥ মহাক মনিপুর লেজিসলেতিব এসেমব্লীগী দিপুতি স্পিকর ওইখি ॥ [১৫] খৃস্তকুম ১৯৪৮ আগস্ত ২৩দ কৈশামথোং হোদাম লৈরক্ত হিজম ইরাবতন প্রসিদেন্ত ওইদুন ফমখিব কম্যুনিস্ত মেম্বরশিংগী জেনরেল বোদি মিতিং অদুন উজা বোকুলবু সেক্রেতরি খন্দুন মনিপুর কম্যুনিস্ত পার্তি দিস্ত্রিক ওর্গেনাইজিং কমিতি শেমখি ॥ [১৬] মহাক কম্যুনিস্ত পার্তিগী অহানব সেক্রেতরিনি ॥ লময়ানব ইরাবতন অন্দরগ্রাউন্দদ লৈল্লব মতমদ ফমখিব ১৯৪৮ ওক্তোবর ২৯গী দিস্ত্রিক ওর্গেনাইজিং কমিতি মিতিংদ মহাক্ন মনিপুর লেজিসলেতিব এসেমব্লীগী দিপুতি স্পিকর ওইখিবন মরম ওইরদুন থোকচোম বোরোবু মহাক্কী মহুত্ত সেক্রেতরি খনখি ॥ [১৭] মমৈথংদদি অহল ইবুংঙো উজা বোকুল অসুম অসুম সনামহী লাইনীং ঈহৌগী থবক থৌরমদ মপুক্লীং চঙশিল্লকখি ॥ রাজনিতিগী পুন্সিদগী অসুম অসুম থাপতোক্লকখি ॥ মসীগী মরমদি — নাৎন ফুরুপ অমগী থৱায়নি ॥ লাইনীংন নাৎকী থৱায়নি ॥ ফুরুপ অমন মশাগী লাইনীং থাদোক্লবদি মশাগী মনাৎ মাঙশিল্লকই ॥ মশাগী মনাৎ মাঙলব ফুরুপ অদুদি অশিব ফুরুপনি ॥ অশিব ফুরুপ অমগী অহিংব মীওইশিং অদুদি শিন শিন হিংবনি ॥ মশাগী নাৎকী শক্তম লৈজদ্রব ফুরুপ অদুদি থৱায় য়াওদ্রব হকচাংগ

পাংথক্লি – হায়বসী অহল ইবুংঙো তখেল্লম্বম উজা বোকুলগী পুক্লীং ৱাখলগী ফিরেপ ওইখি ॥০॥

অহল ইবুংঙোন সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী মপাংগল কনখৎনবগীদমক্ত লাইরিক ২০ (কুন) লোম ইবিরম্মী ॥[১৮] মখোয়শিং অদুগী মনুংদ মরুওইব খরদং মখাদ লৌখৎচরি –

**১ঃ *মীতৈ ঈনাৎ*–** মসী লামায় ১২৫ রোম পানব খৃস্তকুম ১৯৬০ দ মীতৈ মরুপকী ***হিস্তরিকেল রিসার্চ কমিতিন*** অহানব ওইন ফোঙথিবনি ॥ লাইরিক অসী মীতৈগী হৱাউকুম্মৈ কয়াগী ফজব অমসুং অৱাঙব ৱাখল্লোন অদু হৌজিক্কী খুন্নাইদ উহন্নিংবদগী উজা বোকুলন ইবিরম্বনি ॥ লাইরিক অসীদ মীতৈ ঈনাৎকী হৱাউ কুম্মৈশিং হায়বদি – উমংলাই হৱাউব, থাবল চোংব, চৈরাউব শরোয় খাঙব, কাং শান্নব, হীয়াং কুম্মৈ, কাক তানব অসীনচিংব কয়াদ য়াওরিব ফুরুপ অসীগী নুংগী ওইব অৱাঙব ৱাখল্লোন ৱাংউরোল অদু ফোঙদোক্লি ॥০॥[১৯]

**২ঃ *শঙ্গোংলোন*–** মসী লামায় ৩০ মুক্ত পানব অপাব লাইরিক অমনি ॥ খৃস্তকুম ১৯৬৪ দ অয়ীব মশান ফোঙথিবনি ॥ লাইরিক অসিদ শজিবু চৈরাউব, সনামহী কাংদোংব অমসুং মেরা শন্দুবগী সাইন্তিফিক ইন্তরপ্রিতেসন পীনব হোৎনব খুৎই অমনি ॥ লাইরিক মচা অসীদ উজা বোকুলগী কুপশিনব মীৎয়েং উব ফংই ॥০॥[২০]

**৩ঃ *মোইরাং থাংজীং হৱাউব*–** মসী লামায় ৬৫ রোম পাল্লি ॥ খৃস্তকুম ১৯৬৪ দ অয়ীব মশান ফোঙথিবনি ॥ মীতৈ ঈনাৎ অমসুং মীতৈ ৱাংউরোনবু হনথব থাক্ত থমদুন হুন্দুন কনাগুম্বন ঙাঙলক্লবদি নত্তগ ইরক্লবদি অহল ইবুংঙো বোকুলদি খাঙব ঙমদে ॥ মসী মহাক মশাগী ঈ তোংদ য়াওরক্লব লীচৎনি ॥ মরম অসীন পন্দিত রাজ অতোম্বাপু শর্ম্মান মীতৈলোন্দ হন্দোকপ গীতাগী ৱাহৌদোক পীবদ– "গীতাদি থাইন খম্বগা থোইবীগা অনিমক্লা য়াম্না ৱানা থুংনখি হায়দুন শক্লবা অদুগ কনাগুম্বনা মদু কাউদনবা ইথোকপা অদুগুম্বা লাইরিক নত্তে" – হায়দুন গীতাবু থাগৎপদ মীতৈ পুয়া ইনথুরমলিব অসী করিগীনো– হায়ব ৱাখল অম উজা বোকুলদ ফাওখি ॥ মরম অসীদগী মোইরাং কংলৈরোনগী শরূক খম্ব-থোইবীগী ৱারী অসীগী নুংগী ওইব ৱাংউরোলগী মীৎয়েংদ লাইরিক অসী ইখিবনি ॥০॥[২১]

**৪ঃ ‘ঐ’ গী মোইরাং** — মথক্ত পনখিব ***মোইরাং থাংজীং হরাউব*** হায়ব লাইরিক অসী ***‘ঐ’গী মোইরাং*** হায়ব লাইরিক অসীগী শরুক অমনি হায়রবসু থোইন লাল্লোই খঙ্গে মরমদি অয়াব উজা মশান অসূম্ন হায় — “মোইরাং কংলৈরোনগী এক্সপোজিসন অসী পন্দুপ পন্দুপ নাইন ফোঙব তারকই ।।” লাইরিক অসী লমায় ৪০০ হেন্ন পানব খৃস্তকুম ১৯৬১ দ ইন ইন নম্ব হৌখিব অচৌব লাইরিক অমনি ।। শেল য়াম্ন চঙমনখিবন মতম চান পুথোকপ ঙমখিদবনি ।। মসী মোইরাং কংলৈরোলগী বারীদ য়ুমফম ওইরগ মীতৈগী অবাঙব ফিলোসোফি অদু উৎনব হোৎনব লাইরিক্নি ।।০।।[২২]

**৫ঃ *মনিপুরী মুসলিম*** —মসী লামায় ৫৩ পানব খৃস্তকুম ১৯৭৪ জনুৱারী থাদ ফোঙখিবনি ।। লাইরিক অসী ইখিব অমসুং ফোঙখিবগী মরমদি — জি: পি: কুইমেন্স কলেজগী ওজা অমন ***মনিপুরী মুসলিম*** কৌব লামায় ৭২ পানব লাইরিক অম খৃস্তকুম ১৯৭২ দ ফোঙখি ।। লাইরিক অদুদ য়াওরিব লৈবাক অসীগী পুৱারী অমসুং মীতৈ ইনাৎকী মরমদ অশোয়-অঙামশিংগী মতাংদ সনামহী লাইনীংগী লমদম অসীগী মাঙজিল থাব লাইনীং লূপ অম ওইরিব ***মীতৈ মরূপন*** লাইরিক অসীবু শীংনখি ।। লূপ অসীগী ***হিস্তরিকেল সোসাইতি*** গী প্রসিদেন্ত তখেল্লম্বম উজা বোকুলন লাইরিক অসী ইখিবনি ।।০।।[২৩]

**৬ঃ *মতমদ মীতৈগী শক্তম*** — লাইরিক অসী য়াম্ন পায় ।। লামায় ২৩ খক্ত পানব লাইরিকনি ।। অদুবু পাজবগী বানি ।। অথৌব শমকোক থাঙগুম্বনি ।। লাইরিক অসী খৃস্তকুম ১৯৬৮ দ ফোঙখিবনি ।। সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী ওইনদি মসী য়াম্ন মরুওইব লাইরিক অমনি ।। ইনিংথৌ গরিবনিৱাজন হিন্দু লাইনীং লৌরুব্বন মরম ওইরদুন মীতৈশিংবু চাঁওখৎতব মী কাঙলুপ ওইন মীন খনবত নত্তুন ঐখোয় ইশান ফাওব খনজরকপগী মতাংদ লাইরিক অসীগী বাহৌদ উজা অসীন অসুম্ন হায় “সান্তদাস গোসাইগী থৌইনশিন্দগী গরিবনিৱাজ নিংথৌন মীতৈ লাইরিক মৈ থাদুন মীতৈগী হিস্তরি, ধর্ম্ম, সাহিত্য, কলা, অফাওব মী পুম্নমক্কী মরী মখোঙ মুৎথৎখরে ।। মদুন হৌজিক ঐখোয়ন ঙানথোকহনবদ বানা থোকপনি ।। গরিবনিৱাজগ সান্তদাসগনা শীল্লম্বদি — মীতৈগী সংস্কৃতিবু মরু ফুত্তোক্তুন মাঙহনগে থৌরাংলম্বনি ।। লাইরিক মৈ থাব হায়ব থবক অদুন মরম ওইদুন মীতৈগী সংস্কৃতি মাঙব হায়ব মহৈদু পুরকই ।। মীতৈগী সংস্কৃতি মাঙখিবন

মরম ওইদুন মীতৈগী লারী পুরীগী খোঙ্গুল মুৎথিব হায়ব মহৈদু পুরকই ।। লারী পুরী মুৎথিবন মরম ওইদুন মীতৈবু য়াইফ নুংঙাই খঙদব লৈবাক মচা তাদব হায়বদুগী লোংদ পুরকলিব অসীনি ।।" মীতৈশিংন হিন্দু লাইনীং লৌদুন য়েক শলাইবু গোত্রদ ওহোকখিব অসী ইপা ইপুবু মীনম্বনি হায়বসীগী মতাংদ অসুম্ব হায়– "মীতৈন ইশাগী ধর্ম্ম থাদোক্লুন হিন্দু ধর্ম্মন হুক্লব মতম অদুদ মীতৈবু হিন্দু ধর্ম্মদ ওহোকপ থবক অদুন মীতৈগী য়েকপু গোত্রদ ওনথোকপিখি ।। মৌ নিংঙোল হায়বদ য়েক চৎনরি; অদুগ অরুব লাইগী ওইব থবক থৌরমদ গোত্র চৎনৈ ।। মসিদি লঙজব ওইব অমনি ।। লাই ওইখ্রব ইপা ইপুদ মীনম্ব অমসুং ইকাইব পীবনি ।। মসিমক্ল ঐখোয় ইপা ইপু মরী মখোঙ খঙদব হায়বদু ওইগদৌরিবনি ।। অমুক হেন্না অমাঙব অমন ইপা ইপুদু থাদোকপগ লোয়নন ইরোলসু মাংখ্রিব অসীনি ।। য়েকপু লোকপ অপোকপদ কৎলবদি মীতৈলোন্ন কৎপ য়াগদবনি ।। গোত্রদা কৎলবনিনা গোত্র মরোলদ কৎপ তারে ।। গোত্রদ মীতৈলোন্ন কৎপদি মাংই তৌহৈদে হায় ।। ইমালোনবু মাংই হায়রবদি গোত্রদুদি মীতৈন তুকপু তুক্কচৈ ।। মীগী মমারোলবু মাংই হায়রিব অসী তাংজরুব ওইবন হায়ব ঙম্বনি ।।" ঐখোয় মীতৈন করি তৌগদগে হায়বগী মতাংদ অসুম্ব হায় – "- - - ইপা ইপুগী মমল য়ামখ্রবা লেমফু অদো তাইবংপানবদা লৈরিবা ইমান্নবশিংগী মরক্ত ঙানথোকহনবনা মচা মসু ওইবা ঐখোয়গী ইথৌনি ।।" সনামহী লাইনীং ঈহৌ হৌরকপগী মতাংদ অসুম্ব হায় – " মীতৈ ধর্ম্মনা অমসুং কলচরনা খর খর ওইন শিথরক্লুনা অরোইবা নুংশা হোন্দোক্লমদাইদ লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোনা কাসারদা ১৯৩০ ইংদা *অপোকপা মরূপ* কৌব লিংখত্তুনা মীতৈ জাতি, মীতৈ ধর্ম্ম, মীতৈ কলচরগী অকনব ঈহৌ অমা পুরকখি ।। - - - - *অপোকপা মরূপ* কী মশা অমা ওইনা তাং ১৪/৫/৪৫ ইংদা মীতৈ লৈবাক্ত *মীতৈ মরূপ* লোকখি ।। মরূপ অসীনা মীতৈ ধর্ম্মগী মথৱায় অমুক হাপ্তুনা হিংগৎলকপনি ।। হৌজিক্তি *মীতৈ মরূপ* না– মীতৈ জাতি, মীতৈ ধর্ম্ম, মীতৈ কলচর হায়ব ঈহৌদু পুরক্লি ।। *মীতৈ মরূপন* অকিব, অহনব, অতনব নাইদন লৈপাক্কী থম্মোইদ মীতৈ কৌব মরূদু হুনজিল্লগা মরূদু লোকখায়ব ঙম্ব লৈহাউ হাপ্তুনা ঈশিং চাইরি ।। হিন্দুদা পুন্নুপ লূপশিন্দুন ইপা ইপু মশক খঙদদুনা মাঙখ্রগদব, হিন্দুদ তাংজবগী মনমসু কোক্ত তৌদুনা অসভ্য তারগদবদগী মীতৈগী মিৎ লাঙক্লুনা মীতৈ ধর্ম্ম, মীতৈ কলচর হায়বা খোঞ্জেল অমা তারিবসে *মীতৈ*

*মরূপ* পুরকপনি হায়বদ হেল্লিম হায়ব নত্তে ।। ব্রাফম অসী চীন্দা য়ানিংদে হায়রবসু থম্মোইনদি য়াদব গুমলোই ।।"[২৪] ব্রাফম অসী অচুম্বনি ।। হৌজিক্তি, মীতৈদি আর্য্যগী চাদা নাউদানি, মীতৈগী ইমালোন্দি সংস্কৃতনি, মীতৈগী লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা পুম্নমক হিন্দু লাইনীংগী লাইশিংনি হায়ব ওইদব ৱারীশিংদুগী পন্দুপ্তু থুপচিনখ্রে ।। লৈরোল চনখ্রে ।।০।।

অহল ইবুংঙো উজা বোকুলন লাইরিক কয়া ইবিরম্বত নত্তন *য়াওন* কৌব থা থাগী ওইব চেফোঙ অমসু পুথোক্লুন ফোঙবীরম্মী ।।[২৫] চেফোঙ অদুদ মীতৈশিংগী পুৱারী, নাৎ অমসুং লাইনীংগী মরমদ ৱারেং কয়াসু ফোঙবীখি ।। অসূম্ন চহী ৪৪ রোম সনামহী লাইনীং ঈহৌগী থবক কয়া পাঙথোকপিবগ্লগ খৃস্তকুম ১৯৮১ জুন থাগী চৈচৎ ২১ ইঙাগী ১৯ নি পানব নোংমাইজীং নুমিৎকী নুমিদাং ৱাইরম মশাগী চহী ৭৫ বোম সুরকপদ মহাক মশাগী শঙগাইদ লাইনীংহল তখেল্লম্বম উজা বোকুল তাইবং কুম্মে লোইরদুন কোরৌ নোঙ্গা তানখি ।। তাইবং মপুগী লৈকোন্দ লৈরাং লৈনম ওইন তিনখি ।।[২৬] লমদম অসীগী সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী লুচিংব অহল ইবুংঙো অসীন লৈখিদব নুমিৎ জুনগী ২১ নত্তুগ ইঙাগী ১৯নি পানবদ কংলৈপাক মনিপুরদা লৈরিব সনামহী লাইনীংলোয় পুম্নমক্ক লৈখিদ্রবগী থৱায় মিরেলদ ইকাইখুম্নব উত্তুন হৈরাং লৈরাং কৎফম থোকই ।।০।।

সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ শন্দোক্লকপ মতমদ খুদোংচাদব কয়া মায়য়োক্লখ্রিব অসী হিন্দু গৌরিয়া বৈষ্ণব লাইনীংগী চৎন-পথাপ শেমলিব খ্বাইদগী ৱাংব থাক্কী লাইনীংলূপ অমা ওইরিব ব্রহ্মসভাগী য়াম্ন কাহেনজিনমনব থৌৱোঙ থৌসীলন থোকহনবা ওইগনি হায়ন অয়ীবন লৌই ।। পাবিরিবশিংন ব্রহ্মসভাগী মরমদ খরদং ওইরবসু খঙনীংলমগনি হায়ন খনজবদগী লাইনীংলূপ অসীগী হৌরকপগী শন্নপ্প ৱারী ৱাখোঙ অমসুং মসীগী চৎনলোনগী মতাং মথংগী পন্দুপ্ত থমজরি ।।০।।

**মচাক তানফম ওইব লাইরিক অমসুং চেফোঙশিং**

১) (১-৫) (৮) (১১) (১৫) (২৬)– *অখেল্লবম বোকুল(১৯৮৬)*: অফোঙব-নহারোল মীতৈ মরূপ

২) (১)(২)(৫) (১৩) (১৫) (১৮) (২৫) (২৬)– *মীতৈ বোকুল (১৯৯৪)*: অয়ীব-কোনসবা ইবোচৌ

৩) (৫-৭) (৯) (১৩)– *অনীতব মালেম লানশ্রাউ মতুংদ মনিপুরগী লাইনীং পুৱারী*: সাইরেম নীলবীর (মতমগী খোঙথাং ৩৫ শুব মশীং এপ্রিল/মে ১৯৮১)

৪) (৫) (৭) (৯) (১২) (১৩)– ***সনামহী লাইনীংগী সেমিনার (২০০০)***: অফোঙব– সনামহী লাইনিংকোল, ইম্ফাল

৫) (১০)– অয়ীব মশান নহা ওইরিঙেদ উহৌ ভাহৌব

৬) (১২)– ***ঙসি*** (চয়োলগী পাউ চে-১৯/১২/১৯৪৭): ইদিত্র– কুঞ্জবিহারি

৭) (১২)– ***মীতৈ মরূপ হৌরকপগী বারী*** (১৯১৩): অফোঙব– মীতৈ মরূপ, থঙ্গালখোং

৮) (৫) (৭) (৯) (১২) (১৩)–***Manipur Past and Present Vol. II (1991)*** Edited by Dr N. Sanajaoba

৯) (১৪) (১৬) (১৭)– ***মনিপুর ইতিহাসতা ইরাবত (১৯৯৬)*** : অয়ীব- সোয়াম ছত্রধাৰি

১০) (১৯)– ***মীতৈ চিনাৎ (১৯৬০)***: অয়ীব -তখেল্লম্বা বোকুল

১১) (১৫)– ***মনিপুর পুয়ারী ২০ শু চহীচা (১৯৯৭)***: অয়ীব– দা: এন. সনাজাওবা

১২) (২০)– ***শজোংলোন (১৯৬৪)*** : অয়ীব – তখেল্লম্বা বোকুল

১৩) (২১)– ***মোইরাং থাংজীং হরাউবা (১৯৬৪)***: অয়ীব– তখেল্লম্বা বোকুল

১৪) (২২)- ***'ঐ'গী মোইরাং (১৯৬১)*** : অয়ীব– তখেল্লম্বা বোকুল

১৫) (২৩) ***মনিপুরী মুসলিম (১৯৭৪)***: অয়ীব– তখেল্লম্বা বোকুল

১৬) (২৪)– ***মতমগ মীতৈগী শকম (১৯৬৮)***: অয়ীব– তখেল্লম্বা বোকুল



# ১৩

## ব্রহ্মসভা অমসুং মসীগী চৎন-পথাপশিং

ব্রহ্মসভা হায়বসী হিন্দু গৌরিয়া বৈষ্ণব লাইনীং চৎপ মীতৈশিংগী লাইনীংগ মরী লৈনব চৎন-লোনচৎ শেম্ব অমসুং চৎন-লোনচৎশিং অদু ঙাক্ল চৎহন্নবগীদমক্ত শেমখিব লমদম অসীগী ওইব খ্বাইদগী ৱাংব লাইনীং লূপ অমনি ।। লাইনীং লূপ অসী নিংথৌ চীংথংখোম্ব/ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদ মরু হুনখিবনি হায়ব য়াই ।। নিংথৌ অসীন শ্রীগোবিন্দ নির্পন তৌপ্রব মতুংদদি পঞ্চ রতন (রতন মণ্ডা) লৈরে ।।[১] গৌরিয়া বৈষ্ণব লাইনীংগী চৎনবী শেম্ব হৌরে ।। চৌরজিৎকী সনা হাক্তত্তদি পঞ্চ রতন অদু নবরতন ওইরে ।। রতন ৯ লৈরে ।।[২] গমভীর সিংহগী সনা হাক্তক চহী ৭ খুন্তাকলুরবগী মতুংদ (খৃস্তকুম ১৮২৫-৩৪) মমাঙঙৈগী নবরতনগী ফমথোনশিং অদুন অদুমক কায়দন লৈজরগ লোয়শঙগী মমিংদি খর হেন্ন পাকসন্ন *ব্রহ্মসভা* হায়ন খঙনরকখি ।।[৩] খ্বাইদগী হেন্ন কনশিনব মৱোঙদ মীতৈ হিন্দু গৌরিয়া বৈষ্ণব লাইনীংগী চৎন-লোনচৎপু পাকশন্ন চেৎশিনহনখিবদি নিংথৌ চন্দ্রকির্ত্তিগী মতমদনি ।। নিংথৌ অসীগী সনাহক্তত্ত চীংথংখোম্ব/ভাগ্যচন্দ্র মতমগী *ব্রায়েল লাইরিক* কৌব মীতৈ হিন্দু গৌরিয়া লাইনীংগী চৎনরোল ইব লাইরিক অদু খর হেন্ন চাউথোকহন্দুন ইব *ব্যাবস্থানর্ব* কৌব লাইরিক্তু চৎনহনখি ।। হিন্দু লাইনীংগ মরী লৈনব লাইনীং লাইশোল চৎন-লোনচৎ অসী লাইরিক অসীদ য়ুমফম ওইরগ ৱায়েল্লি ।।০।।[৪]

ব্রহ্মসভান শেম্ব মীতৈ হিন্দুশিংগী লমদমসিগী ওইব মরুওইব চৎন-লোনচৎ খর মখাদ পীজরি —[৫]

১) অঙাও অফৈ, চীংমী, পাঙল অমসুং য়াইথিবীশিং উনবদ মাংই হায়দুন শেংদোক্লরম্মী ।। মখোয়গ তোংন তিন্নব য়ারমদে ।।

২) হূই অমসুং ওকপু অমাংব শানি হায়বগী চৎনবী লৈরম্মী ।।

৩) মনিপুরগী মপান্দ লৈব মীওইশিংবু অমাংবনি হায়বগী চৎন-লোনচৎ লৈব মরমন মখোয়গ হীদাকফু ফিদা তিন্নরমদে ।।

৪) ফি-রোলগী মতাংদসু সূরগ থম্ব ফি-রোল, শামতু অমসুং মুগা ফি নত্তন অতৈদি মাংহল্লম্মী ।।

৫) থী নেৎপ, চীংমী থেংনব, ইংরাজী লোলওাংব, খোঙগ্রাউ শেৎপ মাংই হায়বগী চৎনবী লৈরম্মী ।।

৬) লাইনীং লাইশোলগ মরী লৈনব থবক থৌরমদ কোল (তোতি) গী ঈশিং মাংই হায়দুন খোইরু খনব ফি তিংলগ নোংগী ঈশিং য়ারম্মী ।। সাপোন মাংই হায়বগী চৎনবী লৈরম্ব মরমন উতী চুমদুন ফি সূনরম্মী ।। কৈথেল কাবদ শীজিন্নরুব ফি-রোল মাংই হায়দুন ইমুংদ পুশিনব য়াদে ।। মাঙ্গোল মচিদ থন্নগ নোংঙাল্লগ সূদোক্করম্মী ।। ময়াং শোক্লব, ওফিস কাব, হোতেল চঙব, সিনেমা অমসুং দ্রমা য়েংবসু মাংনরম্মী ।।

৭) মমা ৭কী মনুংদ ব্রাহ্মনী (বামোন নিংঙোল) সু অমনি হায়দুন মীতৈন বামোন নুপী লৌব য়ারমদে ।। অদুবু বামোন নুপানদি লৌনীংব কাঙলূপকী নুপী লৌরগ শেংদোকপ য়াবগী চৎনবীদি লৈরম্মী ।।

৮) লমদম অসীগী থুমখোংদগী ফংব থুম নত্তব মপান্দগী পুনিশল্লকপ থুম মখলশিং মাংই হায়দুন লাই তীনগী থৌরমদ কৎনদবগী চৎনবী লৈরম্মী ।।

৯) থাংজিং, মরোয় নাপাকপী, তিলহৌ, চনম, আতা অসী বামোন লাইগী থৌরমদ শীজিন্নরমদে ।।

১০) গুরুময়ুম, ব্রহ্মচারিময়ুম অমসুং হিদংময়ুম শাগৈগী বামোনশিংন শ্রীশ্রী গোবিন্দগী পুজারি ওইরম্মী ।। লাইময়ুম অমসুং হঞ্জবম শাগৈদি পুজারি হাপ্পদ শিত্র য়েংলম্মী ।। লাইপুবম, শীজগুরুময়ুম অমসুং ফূরাইলাৎপমদ পুজারি হাপনদে ।। লাই থৌগল তৌরিব অমসুং পুজারি কারিব বামোনশিংগী য়ুম্নাক শাগৈ, নুপী তূরৌ অফব য়েংনরম্মী ।।

১১) পোকপ, লুহোংব অমসুং শিবগী চৎনরোল সভা অসীন লেপলম্মী ।। পোকপগ শিবগ য়ুম্মাং-য়ুমশেংগী মতাংদদি শিবন কল্লী হায়ব সভাগী চৎনরোল লৈরম্মী ।।০।।

ব্রহ্মসভাগী ফম কয়ামরুম লৈরম্মী ।। মখোয় অদুগী মনুংদ মরুওইব খর মখাদ পীজরি–[৬]

১) *ব্যাবস্তকারী* – লৈবাক পুম্বগী অমাং-অশেং থায়ব, শেংদোকপীবগী থবক পুম্নমক ফম অসীন তৌই ।। ফম্বদ নোংপোক থংব মায়কৈদ খ্বাইগী মকোক ওইন ফমই ।।

২) *আচার্য্যগুরু* – নিংথৌগী লাইমীং পীব পুরিতনি ।। প্রজা মীয়ামদ ব্যাবস্তকারীন চাউবদুমুক নিংথৌগী লাইমীং পীব নাম পীবদ মান মচাউরে ।। ফক অমদ তোপ্প নোংপোক ওন্দুন ফমই ।।

৩) *রাজ পুরোহিত* – পাল্লিব নিংথৌ শাগেগী শোনব ঈরাৎ পুজাগী থবক মহাক্ক তৌই ।।

৪) *অন্তুথারি* – যাগ যজ্ঞদ লাইরিক থীব, পাব পুরোহিতকী ফম অমনি ।।

৫) *ব্রহ্ম* – যজ্ঞদ হোম পীনব, ময়ামগী অশোয় অঙাম লৈবদু য়েংশিন্নবগী ফম অমনি ।।

৬) *থামান্দি গুরু* – সংকীর্ত্তন কয়াদ গুরুগী ফমফমদ ফমই ।। নিংথৌগী প্রনালিকাদি ফম অসী পায়ব মীন তৌই ।।

৭) *বিদ্যারত্ন* – ব্রহ্মসভাগী রত্ন, গোবিন্দ সেবাগী পুজারি ময়াম হাপ্পব, ময়ামগী মথক্ত অশীন-অরাঙ ওইবগী থবক তৌব ফম অসী চুরাচান্দগী মতমদ শেমখিবনি ।।

৮) *হনজব*–সভাগী রত্ন ময়ামগী মকোক ফম্ব ফমনি ।। মায় অব্রাং ওল্লি ।। সংকীর্ত্তন লাউব, চৎনরোল পীবগী থবক তৌই ।।

৯) *হিদং* – হনজবগী হেক মখাদ লৈ ফমনি ।। চুরাচান্দগী মতমদ ব্রহ্মসভাগী ফম ১০০ (চামা) রোম লৈরম্মী ।।০।।[৭]

ব্রহ্মসভাগী ব্যাবস্তাকারী, আচার্য্য গুরু অমসুং রাজপুরোহিত্ত নিংথৌন *ননাই ঐ* হায়দুন খুরুম্মী ।। মখোয়ন হায়ব ঈনগদবনি হায়বগী ব্রাখল নিংথৌসু পুরম্মী ।। মখোয়ন হায়ব য়াদ্রগ কোনুং কাদব, মখোয়নসু লৈপাক নিংথৌ ইহ্বোকপগী মরোঙ তৌখি ।। অদুবু মমৈথঙদদি নিংথৌন ব্যাবস্তকারী, পুরোহিত অমসুং বামোন কয়াবু ইহ্বোকপ, য়ানরগ লৌখৎপিব হেক হেক তৌখি ।।০।।[৮]

**ব্রহ্মসভান থোকহনখিব অমাং-অশেংগী অব্রাব—** সভা অসীন ইহ্বোক্লব মীশক অদু খ্বাই মীয়াম্ন তিন্নবীদে ।। খ্বাই মীয়াম্ন তিন্নবীদবগী মরমদি ইহ্বোক্লব মীশক অদুগ তিন্নরুরবদি তিন্নরুব মীশক অদু অমুক ব্রহ্মসভান ইহ্বোকপগী

চৎনবী লৈবদগীনি ।। মীয়ামগী খুঙ্গং লৈকাইগী চাকচা-হৈজানব, দেব-কর্ম্ম, উসোব-মেলাদ মাবু বার্তোন তৌনরমদে ।। চঙহল্লমদে ।। মমৈদদি মাংবগী মিংদ তোকঙা শন্দোক্লুন মী অমবু মাংহন্দুন ইছোকপগী মবোঙ ওইরকখিব য়াওখি ।। মী অমবু মাংই হায়রিব অদু তশেংব বাফম অমর হায়বগী মরম খঙননবগীদমক্ত ব্রহ্মসভাদ চে থাদুন হংনৈ। সভান মী অদুগী মথক্ত থিগৎপগী থবক লোইদ্রিকাওব 'মাংবগী তোকঙা' ফংলিব মীশক অদু খ্বাইন ইছোকপি, অমাংব ওইন লৈব তাখি ।। মমৈদ শেল পীরগ শেংদোক্লে হায়রগ খ্বাইন তিন্নবি ।।[১] ব্রহ্মসভাগী অসীগুম্লব তমথিরব অমাং-অশেংগী মবোঙ অসীন মরম ওইরদুন লাইরব প্রজা মীওই লীশীং কয়া অবাব তারম্মী ।।০।।[৯ক]

ব্রহ্মসভান ইছোক্লব মীশক অদু পাপ চেল্লব মীশক অমগুম্ম খল্লরম্মী ।। পালা লোয়শঙনসু মাবু ইছোকলম্মী ।। অসীগুম্ব অশোয়ব কা হেনজিনব থবক অসী চত্তনব স্তেত সরকারন বারেপ কয়া তাখি ।। পোলিতিকেল এজেন্ত অমসুং আসাম গবর্নরগী মীৎয়েং চিংশিনখি ।। অদুবু চুরাচান্দ মহারাজনদি মতম কুইনদগী চৎনরক্লব চৎনরোল অসী ঙাক্কদবনি হায়ন কন্ন য়েংখি ।। খৃদম অমত্তং লৌখৎচরি–খ্বাইরম্বন কৈথেলগী মরীদ মীতে নুপীশিংগ মারবারীশিংগ খৎনবদ নুপী কৈথেল কাখিদে ।। পোলিতিকেল এজেন্তকী মী খরন শীন্দুন নুপা কৈথেল কাব হৌদোক্লুই ।। লমজীংলুব নুপা অদু খ্বাইন ইছোকখি ।। ইছোকলিঙৈ মতমদুদ মহাক শিরে ।। পোৎলোইবীনব মী লৈতদুন মহারাজ অমসুং ব্রহ্মসভাদ চংজখি ।।[১০] ব্রহ্মসভান ইছোক্লব মী অমগী পোৎলোইব য়াওরুব নত্তুগ শম্নরুব মীদুসু মাংনরম্মী ।। অতোপ্প খৃদম অমতংগ – ইছোক্লব বীরচন্দ্র সনাগী পোৎলোইব য়াওরুব মী মাংহনখি ।। ঈশৈ শক্লুব সনাখ্যাহন্দ শ্রীগোবিন্দগী লূক থিনখিদে।। চুরাচান্দ মহারাজন খোমদোন দুহোনবু চঙলুবগী উরিক লুকুন থৎখি ।।০।।[১১]

খৃস্তকুম ১৯৩৯ অদুবাইদগী ব্রহ্মসভান মরম ইয়াও য়াওদন ইছোকপগী থবক অসী লমদম অসীগী মফম অয়াম্বদ পাক শন্ন শন্দোক্লম্মী ।। মী ১/২ ইমুং ৬/৭ ত নত্তন খুল অম ইছোক্লে হায়বদগী পোৎলোইব, সোরাৎ শোনব, চাকথোংব অমসুং ঈশৈ শকপনচিংব য়াহনখিদে ।। শেংদোক্লবগীদমক্তা ব্রহ্মসভাদ লুপা ৮২ শিকি ৩ অনা ৩ পাই ৩ পীরবদি শেংদোক্লব মতুংদ মীয়ামগ তিন্নব য়াহল্লম্মী।। [মতমদু লুপা ১ গী ফৌ শঙবায় ২/৩ তৌনরিঙৈ মতমনি ।।০।।[১১ক]]

ব্রহ্মসভাগী য়াম্ন হেনজিনমনব চৎন-লোনচৎপু শীংনব মুরুব মীওইশিং লাকখি ।। ১) বামোনতন বর্ন পূম্বগী মকোক থোংব, লাইমীং পীব,ওঁ হায়ব অমসুং ধর্ম্মগী লাইরিক পাব য়াই হায়ব ৱাফম অসী গৌরিয়া লাইনীং য়াম্ন নৈনব পক্কোত কাওবুন য়ানিংলমদে ।। হিন্দু গৌরিয়া বৈষ্ণব লাইনীংগী হান্নগী চৎনবী কয়াদ মখোয়ন মরৈ য়েংখি ।। কাওলূপ অসী গৌরিয়া লাইনীংদ য়াম্ন য়ৌশিনব অমসুং ৱাহৈ ৱাতাদ বঙ্গালী শীজিন্নব কাওবুনি ।।[১২] ২) খৃস্তকুম ১৯৩০ দ লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোন *অপোকপা মরূপ* কৌব লাইনীংলূপ অম লীংখত্তুন মীতৈ ফূরূপকী শাগোন্নরক্লব পারম পুরমচৎকী সনামহী লাইনীং শন্দোকপ হৌরকখি।। খৃস্তকুম ১৯৩৭ ত কংলৈপাক মনিপুর য়ৌরকখি ।। খৃস্তকুম ১৯৪৫ গী মে থাদ *মীতৈ মরূপ* লীংখৎখি ।। হিন্দু গৌরিয়া বৈষ্ণব লাইনীং চৎপ মীতৈ কয়া হিন্দু লাইনীং থাদোক্তুন সনামহী লাইনীং হিঙ্গৎ ঈহৌদ য়াওশিল্লকখি ।।[১৩] ব্রহ্মসভাগী অশেং-অমাংগী কা হেনজিনব চৎনলোনবু শীংনখি ।। মীতৈ মরূপন চীংমী, পাংগল অমসুং লোইবু শোক্ল-শম্নব য়াদব অমাংবনি হায়ন খন্দে ।।[১৪] ৩) মালেমগী অনীশুব লানজাউ লমদম অসীদসু শোক্লখি ।। মালেমগী মী কয়া তিল্লখি ।। লালগী মীশী মীনা মরক্ত ব্রহ্মসভাগী মীশি মীনাগ মরী লৈনব অকনব চৎনলোনচৎশিং অদু ইনব ঙমখিদে ।। 'ফীভম্ন য়াদ্রবদি য়াদব কয়াসু য়াবোইরে' হায়ব ৱাখল অম লমদম অসীগী মীয়ামদ পোকখি ।। ৪) মীয়ামগী লুচিংব হিজম ইরাবতন অশেং-অমাংগী কা হেজিনব চৎনবী অসী মুৎথৎন য়াম্নমক কন্ন হোৎনখি ।। খৃস্তকুম ১৯৩৮ থাবানগী ৭নি পানব নুমিৎত ব্রহ্মসভাগ ইরাবতকা অশেং-অমাংগী য়েৎনবদ ইরাবতন চুমখি ।।[১৫] অসীগুম্ব কয়া অসীন মরম ওইরদুন অমাং-অশেংগী ৱাফম অসী খর খর মপাঙ্গল শোনথরকখি ।।০।।

ব্রহ্মসভাগী কা হেনমনব চৎন-লোনচৎশিং অসী লৈরমদ্রবদি চীংমী কাওলূপন খৃস্তিয়ান লাইনীংদ চঙশিনখ্রিব অসী থোক্লমদবসু য়াই ।। চীংমীশিংবু ব্রহ্মসভান থাপতোক্ল থমখিবগী অশোয়ব অম লমদম অসীগী পুৱারীদ ঐখোয়ন উরি ।।[১৬] হৌজিক (২০০২) ব্রহ্মসভা অসী *শ্রীগোবিন্দ তেম্পল বোর্দ* কী মখাদ থবক তৌরি ।। বোর্দন পাওথোকপ কুম্মৈশিং— ক্লাক তানব, কাংচিংবনচিংবদ সভাগী বামোনশিংগ তিন্নদুন চৎন-লোনচৎ ঙাকলি ।। মমাওঙৈদ অকনব শক্তি পায়দুন লৈপাক মথক মখা ওনহনব ঙমলম্ব অদুমক্তি হৌজিক্তি ওইদ্রে ।। অদুবু

য়াম্নমক হোংবদি ওইদ্রি ।।[১৭] মমাঙওঙৈগী চৎনবীদু ঙাকপদগী অনৌব লাইনীংগী মীতিন তৌব অমসুং খন্ন-নৈনবদ শরূক য়াদ্রি ।। লাইশঙ অমসুং মান্দোবশিং অতোপ্পগী থবক্ত শীজিন্নব তৌদ্রি ।। অদুবু মতমগী মতুংইন্ন ব্রহ্মসভাগী চৎন-লোনচত্তসু অহোংব কয়া লাকখিগনি হায়বগী থাজবদি লৈরি ।।০।।

লমদম অসীগী মীতৈ অয়াম্বন গরিবনিবাজগী মতমদ হিন্দু রামান্দি লাইনীং লৌখিব অদু নমদুন মখূত্ত নোংপ্রুং মশা পায়হল্লগ য়ানীং য়ানীংদন ব্রাশকহল্লগ লৌহনখিবনি হায়বসী সনামহী লাইনীংলোয়শিংন খক কাউদবগুম তৌই ।। মরম অসীন অদুগুম্ব ব্রাশক কিশি অদু পরেংহনবগী থৌরম *নোংপ্রুং পরেংহনব* কৌব থৌরম অম খৃস্তকুম ১৯৭৪ দ পাঙথোকখি ।। মথংগী চহীদ হায়বদি খৃস্তকুম ১৯৭৫ অদুব্রাইদগী, চহী ৪৫ রোম চৎথরক্লব সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌদ অনৌব ঈনোং অম লাকখি ।। মতম অসীদ হিংগৎ ঈহৌদ মীফা মীপুন, মীশি মীন, য়ৈখায় থুগাইব অমসুং অকনব মূক্লব কয়া থোকখি ।। অসীগুম্ব *অনৌব ঈনোং* অসীগী থৌদোক বারীশিং মথং মথং *নোংপ্রুং পরেংহনব*গী শমলপ্প ব্রারোলগ লোয়নন মখাগী পন্দুপ্ত পীজরি ।।০।।

### মচাক তানফম ওইব লাইরিক অমসুং চেক্সোঙশিং


১) (১-৩)– ***মৈতৈ যামোন থৌরককম (১৯৯৫)*** : অমীখ– ইবোচৌবা, চিত্রেশ্বর অমসুং কুঞ্জচন্দ্র

২) (৪-১৭) – ***মীতৈ যামোন অমসুং ব্রহ্মসভাগী থৌরকলোন*** দা: মোইরাংথেম কির্তি (মতমগী খোঙথাং-৩৫ শুব মশীং এপ্রিল/মে, ১৯৮১: অরেংব-সাইরেম নীলবীর)

৩) (৯ক)– ***Social and Religious Reform Movement in Manipur in the 19th and 20th Centutury***: Prof. Gangmumei Kabui (Bulletin of the Division of History– 1974-75, JNU Centre Manipur)

৪) (৯ক) – ***Manipur Past and Present, Vol.-II(1991)***: Dr. N. Sanajaoba

৫) (১১ক) – য়াকাইরোল- মে, ১৯৩২ (১৯৯১) : থোমজিনব – রাজকুমার সনামহল বি:কম:

৬) (১৫) – চৈথারোল কুম্বাবা (১৯৬৭): শিন্দোকপ-ইবুংঙোহল অমদি খেলচন্দ্র




# ১৪

## সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌদ অনৌব ঈনোৎ

**১ঃ নোংশ্রঙ পরৈহনব** – নোংশ্রঙ পরৈহনব হায়বসীগী থাঙ্গৈশেংব পুয়াগী ৱাহৈদি শরী পরৈহনব হায়বনি ।।[১] মীতৈ ফুরূপকী য়েক শলাই, চৎন লোনচৎ, লাইনীং লাইশোল মুথৎপদ য়ানিংদ-য়ানিংদন মীতৈশিংবু নমদুন ৱাশকহনখিব অদুবু হন্দোকপ হায়বনি ।। য়েক শলাই, লীচৎ শাজৎ, লাইনীং লাইশোল মুথৎপ অমসুং অরিব লাইরিক পুয়া মৈ থাব হায়বসী য়াম্ন তৌহৈদব লৈবাক মীয়ামগী ওইন অনম অহা চুব থবক্কি হায়ন মীতৈ অহল্লমন অখণ্ড অহৈশিংন লৌই ।। মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ/পামহৈবগী সনাহাক্তক্ত নোংশ্রঙ মশা পায়দুন শরী নামুংনখিব থৌদোক অদুবু নোংশ্রঙ ঈরুপ্প কৌই ।।[১ক] নোংশ্রঙ ঈরুপ্পগী থৌরম অদু খৃস্তকুম ১৭২৯ ৱাকচীংগী থানিল য়ুমশকৈশ নুমিত্ত পাঙথোকখিবনি ।। নুমিত্তুদ মীতৈ মচাশিংবু মথৱায়ন য়ানীংদ য়ানীংদন মখুত্ত নোংশ্রঙ মশা পায়হন্দুন সনামহী মিংখৈ থাদোক্লগে রাম নাম শোল্লগে হায়ন লিলোং তুরেল ঈরোঙদ ঈরূপহনখি ।।[২] খোঙৱাই মতম অদুদ মমাঙগী মায়চৌ ৭কী লাংওলনি হায়ন থাজনব মায়চৌ তরেৎ অদুদি সনামহী মিংখৈ থাদোকখিদে ।। রামান্দি ধর্ম্ম চৎখিদে, রাম নাম শোনখিদে ।।[৩] থৌদোক অসী *চৈথারোল কুম্বাবা* দদি ইচম চম্ব মৱোঙদ অসুম্ন হায় – "শাদোকপম শাইপুগী কুম শক ১৬৫১- - - ৱাকচীং থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ ।।- - - থানিল নোং য়ুমশকৈশদা গুরুসুং নিংথেমসুং লিলোংদা ঈরূপএ ।। অদু নুমিত্তা মহা পুরুষনা লুকুন থাংবিএ ।।[৪] নোংশ্রঙ ঈরূপখিব অসী শকাব্দ ১৬৫৫ (খৃস্তকুম ১৭৩৩) ৱাকচীং থাগী ৫নি পানব য়ুমশকৈশ নুমিত্তনি হায়ন হায়নবসু য়াওই ।।[৫] অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু নোংশ্রঙ ঈরুপ্পগী অহানব থৌদোক অসী ইনিংথৌ পামহৈবগী মতমদনি হায়বসিদি অচুম্ব ওইরগনি ।। ইনিংথৌ পামহৈবগী তরেৎশুব মপোক য়ৌরবদ লৈবাক মীয়াম্ন মশাগী অরিব লাইনীং লীচত্ত অমুক হনজিনগে হায়ববু নিংথৌ অমসুং শান্তদাস গোসাইন য়ারবদ

লৈবাক মীয়াম্ন শরী ব্বাশক্তুন সনামহী মিংখৈ থাদোক্লগ রাম নাম শোন্দুন রামান্দি লাইনীং লৌখি ।।[৫] নোংপ্রঙ ঈরুপ্প মতমদ — লাইনিংথৌ সনামহী শরী শিদবগী মিংখৈ থাদোক্লগে রাম নাম শোল্লগে হায়খিব ব্বাফম অসীদগী ঐখোয়ন খঙলে মদুদি— মীতৈশিংন রাম নাম শোনব রামান্দি লাইনীং লৌদ্রিঙৈদ সনামহী মিংখৈ শোনব সনামহী লাইনীং চৎলম্মী ।।০।।

ইনিংথৌ চীংথংখোম্বগী হাক্তক্তসু অমুক হন্ন *নোংপ্রঙ ঈরুপ্প* অম পাঙথোকখি হায়নৈ ।। অদুবু *নোংপ্রঙ ঈরুপ্প* অনী অসী চংদম্নদুন য়েংবদ অহানবগী অসীন হেন্ন শাথিব থৌদোক্নি হায়ন অখঙ অহৈশিংন লৌনে ।।[৬] *নোংপ্রঙ ঈরূপখিব* অসীন ফৃরূপ অসীবু অনম-অহা চুহনখিবনি হায়ন সনামহী লাইনীংলোয়শিংন লৌই ।।০।।

নোংপ্রঙ ঈরুপখিবগী অনম-অহা চুরিব, ব্বাখল লৌশিং ফকচিল্লিব অসী কোক্লুবগীদমক্ত খৃস্তকুম ১৯৭৪ ফেব্রুবারী ৬ ফাইরেল থাগী য়ুমশকৈশ নুমিত্ত নোংখ্রঙ শরী পরৈহনবগী থৌরম পাঙথোকখি ।। নুমিৎ অসীদ ইনিংথৌ ওকেন্দ্রজিৎন লৈবাক মীয়ামগী মহৎ শিন্দুন অয়ীব চেরোল অম পাথোকখি ।। মদুদ পন্দিত লোয়শঙন চৎনগদব ব্বারোল য়াওই ।।[৭] থৌরম অসী পাঙথোকখিবগ লোয়নন নোংখ্রঙ ঈরূপখিব অদু ঈহল্লে, চীন্দ রাম নাম শোল্লগে হায়ন শরী ব্বাশকখিব অদু শরী হল্লে অমসুং ইনিংথৌ পামহৈবগী মপোক হায়বদি চারোল সুরোল নিংথৌরোল তরেৎ হেনখ্রবনিন অকায়ব করিসু লৈত্রে হায়ন মীতৈ অহল্লমন সনামহী লাইনীংলোয়শিংন থাজনরে ।। থৌরম অসী হিন্দু লাইনীংগী লীপুন্দগী নাম্থোক্ল বগীদমক্ত অমসুং অনম-অহা চুব কোক্ল বগীদমক্ত সনামহী লাইনীংলোয়শিংন হিংগৎ ঈহৌগী শরূক অম ওইন পায়খৎলকপ থবকশিংগী মনুংদ য়াম্ন নুংগী ব্বাহন্দোক লৈব শীংথাব য়াব থবক অমনি হায়ন অয়ীবন লৌই ।।০।।

**খৃস্তকুম ১৯৯২ গী পরৈহনব** — খৃস্তকুম ১৯৯২ এপ্রিল ২৩ শজিবুগী ২১ নি পানব নুমিত্ত, মনিপুরগী মতমদুগী নিংথৌ ওকেন্দ্রজিৎ মশাগী সহি তৌব পরৈহনবগী লাউথোক চেরোল অম লৈবাক মীয়ামদ চাইথোকখি ।। চেরোল অদুন অসূম্ন হায় মদুদি— খৃস্তগী ১৮ শুব চহী চাদ মৈদিংঙু পামহৈব (গরিবনিব্বাজ) অমসুং মৈদিংঙু চীংথংখোম্ব (ভাগ্যচন্দ্র) গী হাক্তক্ত হিন্দু লাইনীং লৌরুবন মরম

ওইরদুন নমথবীদুন মচু মমেন থোক্তন লৈরম্নব মুৎথরকলিব মৈতৈ/মীতৈ ইনাৎকী লাইনীং, নাৎ, চৎনবী অমসুং পারম পুরমচৎকী চৎনলোনচৎ অসী নুমিৎ অদুদগী হায়বদি ১৯৯২ এপ্রিল ২৩, শজিবুগী ২১ নি পানব নুমিত্তগী হৌদুন অমুক নৌন হনজিল্লে অমসুং হিংগৎহল্লে হায়দুন লাউথোকখি ।। লৈখিদ্রব বোধচন্দ্র নিংথৌগী মচানুপা মনিপুরগী নিংথৌ ওকেন্দ্রজিৎন শিথরকলিব লিরব নাৎ অসী কম্নবগীদমক্ত মনিপুর মীয়ামগী লাইনীং অমসুং চৎনবীগ মরী লৈনব মহাক্কী থবক তৌব ওস্বগী পাঙ্গল থৌনা শীজিন্নবনি হায়খি ।। মতম অমদ পানখিব নিংথৌশিংন পরৈ লৈশিনখিব অদু মহাক্ক লৈবাক মীয়ামগী য়াইফনবগীদমক্ত পরৈ হল্লে হায়ন চেরোল অদুদ লাউথোকখি ।। হিন্দু লাইনীংন লৈবাক্কী লাইনীং (স্তেত রিলিজিয়ন) ওইরিব অসী থাদোক্লে অমসুং সনাকোনুংগী চৎনবী আয়িন্ন (রোয়েল কস্তমরি লো) লাইনীং অসীবু লৈবাক্কী লাইনীং অমনি হায়ন শকথঙলিব অসী হল্তোক্লে (বিথদ্রো) হায়ন চেরোল অদুদ হায়খি ।। হিন্দু লাইনীংবু স্তেত রিলিজিয়ন অমনি হায়ন শকথঙবগী মহুত্ত সনাকোনুংগী চৎনবী আয়িন্ন লাইয়িংথৌ সানমহী অমসুং পাখংব নীংবগী লাইনীং অসীবু লৈবাক্কী লাইনীং (স্তেত রিলিজিয়ন) ওইন হিংগৎহল্লে অমসুং লাইনীং অসীবু লৈবাক্কী লাইনীং ওইন শকথঙব পীরে হায়ন লাউথোক চেরোল অদুন হায় ।।[৮] মনিপুরগী নিংথৌ ওকেন্দ্রজিৎন অসুম্ন লাউথোকখি –" I open the Lubak Tabu and abandon Hinduism as state religion and recognition is hereby withdrawn by the ***Royal Customary Law*** of the country, instead the ***Royal Customary Law*** revives the Lainingthouism as state religion and do hereby give recognition as state religion."।।০।।[৯]

পারম পুরমগী অরিব লাইনীং অসী হিংগৎহনবগ লোয়নন, হিন্দু লাইনীং অমসুং গোবিন্দ নীংবন লৌশিন্দুন লৈরম্ব পোৎ-চৈবু ওইরবসু চৎনলোনচৎকী ৰায়েলবু ওইরবসু পুম্নমক অদু পাখংব চৎনলোনচৎকী ৰায়েলদ অমুক হনজিনহল্লে হায়খি ।। অকক্নব লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিংবু হিন্দু লাইনীংগী লাইশিংগী মমিংদ ওনথোকখিব খুদম ওইন মোংবহনববু মহাবলি, হীয়াংথাং লাইরেম্বীবু কামাখ্যা, নোংপোক নিংথৌবু বারুনী মহাদেব, লাইয়িংথৌ থাংজীংবু থাংজীং মহাদেব, পাখংববু যবিস্ত, লাইনিংথৌ সনামহীবু বিষ্ণু হায়বনচিংবদ ওম্থোকখিব অসী

তোক্তুন লাইশিং অসীগী হান্নগী অশেংব মশা মশাগী মমিং অদুদ অমুক হনজিল্লে হায়ন লাউথোকখি ।।০।।[১০]

মতম অমদ হিন্দু পন্দিতশিংন অনীথোক্ল খায়দোক্লব্ব চীং-তমগী অপূনব শক্তম অদু অমুক হিংগৎহন্নিংবগী অপাম্ব মহাক্ল ফোঙদোকখি ।। হিন্দু লাইনীংন নমদুন চৎনহল্লব্ব অমাং-অশেং, শোক্ল-পন্ন য়াদব হায়ব ৰাফমদু চীংমী তম্মীগী মরক্ত লৈররোয় হায়না চেরোল অদুন হায় ।। কংলা হায়ব মফম অসী মৈতৈ/মীতৈশিংগী লাইনীংগীদমক্তদি খ্বাইদগী হেন্ন শেংলব মফমনি ।। মৈতৈ/মীতৈ লাইনীংলোয়শিংন অরিব মশাগী লাইনীং মতুংইন্ন মফম অসীদ লাইনীং থৌরম পুন্নমক পাওথোকপ য়াই হায়খি ।।০।।[১১]

মহাক্ল লাইয়িংথৌ পাখংবগী মমিং পল্লদুন ৰাশক্লগ হায়খি মদুদি — মৈতৈ/মীতৈ নাৎকী অমুক নৌন হিংগৎহল্লকলিব নাৎ অমসুং লাইনীংগী চৎনবীন হায়ব অদু ইন্ন মহাক্ল চৎকনি অমসুং মীচঙ মীখায় নাইদন থবক তৌগনি; লৈবাক মীয়ামগী তুংগী ফহৌনবগীদমক্ত মহাক লৈবাক মীয়ামদ অচুম্ব থবক তৌগনি হায়খি ।।০।।[১২]

মরম পুন্নমক অসী লৈব মরমদগী তেংবানব শেম্বীব মপু অমসুং লৈবাক মীয়াম্ন পীবীব পাঙ্গল থৌনা অদুগী মতুংইন্ন মহাক্ল পরৈহনবগী থবক অসী পায়খৎপনি হায়খি ।। অসীগুম্ব পরৈহনবগী লাউথোক চেরোল অসীন চীংমী তম্মী অনীগী মরক্ত পূক্লীং অমসুং হকচং অনীগী ওইব অপূম্বগী শক্তম অম পুরক্লগনি অমসুং মদু তোমথিল ওইব মশক অম ওইন লৈহৌরগনি হায়খি ।। লাউথোক চেরোল অদু ***ডিক্লারেসন ওফ রিভাইভেল (পরৈহনব)*** হায়ন মমিং থোল্লি ।।০।।[১৩]

**মচাক তানফম ওইব লাইব্রিক অমসুং চেরোলশিং**

১) (১) (২) (৬)– ***লোংগ্রুঙপরৈহনব (১৯৬৮)*** : ৰারী পুথোকপ - মায়চৌ ওক্রম নিত্যাই
২) (১ক)– ***অরিব মনিপুরী লোনগৈ (১৯৭৮)*** : খোমজিনব– নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র
৩) (৩) (৪) – ***খাগেম্বা লাঙজে পুয়াগী শন্নগ্না*** : ইথোকপ– দিনচন্দ্র পন্দিত (খাগেম্বা লাঙজৈ-১৯৬৭: শিন্দোকপ–ওইনাম ভোগেশ্বর)
৪) (৫) (৭) – ***কংলৈ লীক মুংথংলকপা (১৯৭৫)***: অয়ীব– খুমনমচা পুয়াম ইবোতোন
৫) (৪)– ***চৈথারোল কুম্বাবা (১৯৬৭)***: শিন্দোকপ– ইবুংঙোহল অমসুং খেলচন্দ্র
৬) (৮-১৩)– ***ডিক্লারেসন ওফ রিভাইভেল(২৩-৪-১৯৯২)***: লাউথোকপ - নিংথৌ ওকেন্দ্রজিৎ, সনাকোনুং, ইম্ফাল ।।

**২ঃ লাইয়িংথৌ সনামহী লৌশিনব** –নিংথৌ খাগেম্বন (খৃস্তকুম ১৫৯৭-১৬৫২) তরেৎ শেলহিংন হৈদুন শারম্ব লাইয়িংথৌ সনামহীগী চেংলৌ শকপানথোং অদু নিংথৌ গরিবনিৱাজ/পামহৈবন (খৃস্তকুম ১৭০৯-১৭৪৮) হিন্দু রামান্দি লাইনীং শন্দোকপ লাকপ শান্তদাস গোসাইগী থৌইনশিন্দগী থুগাইখি।।[১] মদুগী মঁহে ওইন নিংথৌগী মচানুপা অমসুং তাম্নোয় লৈমদ অৱা- অনাগী চৈথেং ফংলবদ নিংথৌ অসীন অমুকহন্ন লৈমি তমদুন লাইয়িংথৌ সনামহীগী চেংলৌ শকপানথোং অদু তরেৎ শেলহিংন হৈখি ।।[২] হায়রিব শক্তম অদু কংলৈপাক মনিপুরগী হিন্দু লাইনীং লৌরব নিংথৌশিংন বামোন্দ ঈরাৎ থৌগল তৌহনখি ।। অরোইব ওইন লাইয়িংথৌগী শকপানথোং অদু কৈশামথোং মোইরাংনিংথৌ লৈরক, ইম্ফালদ লৈব লৈহাউথাবম সূর্যামনি শর্ম্মাগী ইংখোল্দ লৈব লাইশঙদ লাৎলখি ।।[৩] হায়রিব "লাই সনামহী হায়বসী মীতৈগী অশেংব লাইনি ।। মাইব মাইবীন তাইরেল পোংফাইন নহাইদুন ঈরাৎ থৌরম পাঙথোক্কদবনি ।। বামোন্ন তুলসী মনান তৌগদব নত্তে ।।" হায়দুন সনামহী লাইনীংলোয়শিংন খৃস্তকুম ১৯৭৫ গী মেরা চাউরেল হৌবদ লাই অসীবু হয়িং খোঙবাল তোলোং য়ুমফমদ লৈরিব মশাগী অশেংব লাইশঙ অসীদ পুশিন্দুন ঈরাৎ থৌগল ফংজনব থবক পায়খৎখি ।।[৪] লাই অসী মথক্ত পনখিব বামোন অদুগী লাইশঙদগী লৌশিল্লুনব খৃস্তকুম ১৯৭৫ গী মেরা চাউরেল কুম্মৈগীদমক্ত নহারোল অহল্লোন সনামহী লাইনীংলোয় কয়া চৎখি ।। থৌদোক অদুদ পুলিসন নুপী ১৩ য়াওন মীওই ১৫৭ (চামা য়াম্খৈ তরেৎ) ফাজিনখি ।। অদুবু মথোয় পুম্নমক নুমিৎ অদুগী অথেঙব অহিংদ থাদোক্লকখি ।।[৫] চহী অদুগী ওইনদি লাইয়িংথৌ সনামহীবু তোলোং য়ুমফম লাইশঙদ পুশিল্লকপ ঙমখিদে ।। মেরা চাউরেল হৌবগী থৌরম পাঙথোকপ ঙমখিদে ।।০।।

খৃস্তকুম ১৯৭৬ কী মেরা চাউরেল হৌব নকশিল্লক্লবদ লাইয়িংথৌ সনামহীগী ৱাথোক অসী অমুক হন্ন লাকখি ।। মতম অদুদ মীতৈ নহারোল লাইনীংলোয়শিংন চাইখিব চেরোল অমন অসুম্ন হায় – "- - - মীতৈশিংন ঙসি অনম অহা চুদুন লৈরিব অসীগী মরম অমদি লাইয়িংথৌ সানমহীগী মূর্ত্তি (শক্তম) অমখক লৈরিব অসিদ তৌহৈদব লীচৎ শাজৎ চৎশিনব অসীন ওইগনি হায়ন থাজনৈ।। মীতৈগী মৈহৌরোলদগী চৎনরক্লব চৎনবীগী মতুং ইন্ন তাইরেল

পোংফাইন নাহাইদুন থৌনিজগদব লাইনিংথৌগী মূর্ত্তি (শক্তম) অসিদ লাইনিংথৌগী মমিংদ লৈবা লৌচা অদুতমক মিকাব বামোন অমখক্ক তুলসীন সংস্কৃত শ্লোক্ক লানাই থৌনিব অসীন মীতৈগী মরেক মহাউ য়াউহনদবনি হায়ন থাজনৈ ।।"[৬] লামায় অনী পানব চেরোল অদুন মখা তান অসুম্ন হায়– "কুমসি অসীদি মীতৈ পুম্নমক্কী লাইনিংথৌ সনামহীগী মূর্ত্তি (শক্তম) অসী লাইনিংথৌগী হান্ন খুভম ওইরম্ব অহানব মনিপুর রাইফলস মনুংদ লৈরিব লাইশঙ অসীদ অমুক হন্ন মীতৈগী হৌনবী মতুংইন্ন মেরা চাউরেল হৌব মনুং অসীদ ঈরাৎলগনি ।।[৭]"
ঈরাং অম থোক্ককদব উবদগী ওইব য়াই মদুদি – নোংম বাংলিঙৈদগী ইম্ফালগী মফম পুন্নমক্ত সীআর:পি:সি: গী ধারা ১৪৪ থমজিনখি ।। অদুবু হায়রিব অথিংব অদু থুগাইদুন সেপতেম্বর ২৪গী নুংথিল পুং ২.৩০ রোম তাব অদুবাইদ মীতৈ নহারোল অহল্লোনশিংন বামোন অদুগী লাইশঙদ লৈব লাইয়িংথৌ সনামহীগী চেংলৌ শকপানথোং অদু লৌব চঙশিল্লকখি ।। মাঙজীল থাব ওইব *মীতৈ নেসনেল ফ্রন্ত* কী মীওই য়াওন নহা মরিন লাইশঙ তম্ন চঙশিল্লকখি ।।[৮] লাই লৌশিনবগী খোঙজঙ অসীদ পুলিসন নোংমৈ কাপ্পদ লাই লৌব লাকপ মীওইশিংগী মনুংদগী ১) হৈঙাংদগী হৈম্নাম কুমার অমসুং ২) ওইনামদগী ওইনাম চাউব কৌব লাইনীংলোয় পাখং অনী অসী শিখি ।।[৯] লৈপাক অসীগী ওইন সনামহী লাইনীং হিঙ্গৎ ঈহৌ পুবারীদ পাখং অনী অসীগী মমিংদি চোইনৌ সনাগী মুৎনাইদ্রব মূক্ক ইদুন লৈহৌরগনি ।। থৌদোক অসীদ লাইশঙগী সুমাঙদগী মীওই ৭ (তরেৎ) পুলিসন ফাজিনখি ।। মখোয় অদুদি – (১) খুরায় সোইবম লৈকাইদগী চীংসুবম অকাব (মীতৈ নেসনেল ফ্রন্তকী চিয়ারমেন) (২) হাওরৈবীদগী হেমন্ত (৩) হৈঙাংদগী বিনোই (৪) কৈবিদগী বিনোই (৫) মোইরাংখোমদগী রোথো (৬) কাংমোংদগী নিলকোমোল অমসুং (৭) লমশাংদগী ইবোমচা অসীনি ।।[১০] নুমিৎ নীনী লৈরগ ১) নিংথেম পুত্রী মপান্দগী যুমলেম্বম পশোত ২) নিংথেমচা রোনেন্দ্র ৩) অঙৌ অমসুং ৪) নিংথেমপুত্রী মপান্দগী গৌরচান্দবুসু ফাজিনখি ।।[১১] ফখিব মীওইশিং অসীগী মনুংদ মীওই খরদি নুমিৎ ২৬ (কুনতরুক) নি রোম থাদোক্ককখিদব য়াওখি ।।০।।[১২]

মথক্কী খোঙজঙ অসীগী মহৈ ওইন খৃস্তকুম ১৯৭৬ দিসেম্বর তাং ৩ দ মনিপুর লেজিসলেতিব এসেমল্লীদ মতম অদুগী লোকেল সেলফ গবর্নমেন্ত মিনিস্তর

নিংথেমচা রনবীরন ***লাইনিংথৌ সনামহী তেম্পল বিল*** পুথোকখি ।। বিল অদুন ***দি লাইনিংথৌ সনামহী তেমপল এক্ত, ১৯৭৬ (মনিপুর এক্ত ২ ওফ ১৯৭৭)*** কৌদুন এক্ত ওইখি ।।(১২ক) এক্ত অদুগী ব্যারোল মতুংইন্না লাইয়িংথৌ সনামহী অসী লনাই বামোন অদুগী মফমদগী লৌথোক্লগ *বোর্দ* অমদ শিন্নব তাখি ।। বিল পুথোকপগী মরম অদু লৈঙাক্ল মখাগী অসুম্ন নী – "There has been claims and counter claims over the possession of Lainingthou Sanamahi now located in a temple situated inside the Inkhol of Leihaothabam Surjamani Sharma son of Late Swarup Sharma of Keisamthong Maoirangningthou Leirak, Imphal. Consequently there has been a demand from the general public that a Trust should be constituted for the better management of the said temple. Hence this Bill."[১৩] (কৈশামথোং মোইরাংনিংথৌ লৈরক, ইম্ফালদ লৈব লৈখিদ্রব স্বরূপ শর্ম্মগী মচানুপা লৈহাউথাবম সূর্য্যমনি শর্ম্মগী ইংখোল্দ লৈব লাইশঙদ হৌজিক হৌজিক লৈরিব লাইনিংথৌ সনামহী অসী কনাগী ওইন লৈগদগে হায়বগী মতাংদ য়েৎনব লৈরক্লি ।। মরম অসীদগী লাইশঙ অসীবু হেন্ন ফগৎনব মওঙদ শীল্লাঙদুন থম্নবগীদমক্ত *ত্রস্ত* অম শেমনবগী লৈপাক মীয়ামগী ওইব অপান্ব লৈরক্লি মরম অসী লৈবদগী বিল মসী ।।)

***লাইনিংথৌ সনামহী তেম্পল এক্ত*** অদু পাস তৌখ্রবসু খৃস্তকুম ১৯৭৭ কী সেপতেম্বর ২৮ দ সনামহী লাইনীংলোয়শিংন লাই অদু লৌব চৎলুব মতমদদি বামোন অদুন শীরক্লে ।।(১৪) মরম অসীন "অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু লৈবাক মীয়ামদি-(প্রজাশিং) কুমসী অসী লাইনিংথৌগী থৌগল ফংজনিংই ।। সরকারন প্রজাশিংগী অপাম্বা অসী থুংহনবীয়ু ।। লাইনিংথৌগী ঈরাৎ থৌনিবগী মতাংদ করিগুম্ব ফত্ত-নুংদ থোক্লবদি মদু সরকারগী য়াম্ন শেংব দায়িত ওইগদবনি" হায়ন খৃস্তকুম ১৯৭৭ ওক্তোবর ৮ দ ***লাইনিংথৌ সনামহী থৌগল কাঙলুপ*** ন লামায় অনী পানব চেরোল অম লৈপাক মীয়ামদ চাইথোকখি ।।(১৫) চহী অসীমক্কী ওক্তোবর থাগী অহানব চয়োলদ মনিপুর লৈঙাক্ল ***লাইনিংথৌ সনামহী তেমপল বোর্দ*** অদু মুৎথৎলম্মী অদুগ *বোর্দ* অদুগী থবক তৌব ঙম্বগী পাঙ্গল পুম্নমক *বোর্দ* অদুগী সেক্রেতরী ওইরম্ব মীশক অদুদ শিন্নরম্মী ।। খৃস্তকুম ১৯৭৭ ওক্তোবর ১৩গী নোংঙাল্লমদাই পুংফম অসী সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌদ কাউব য়াররোইদৌব

পুঙফম অমনি ।। হায়রিব পুঙফম অসীদ লাইয়িংথৌ সনামহীবু লনাই মীওই অমগী লাইশঙদগী পুরক্কুন হয়িং খোঙবান তোলোং য়ুমফমদ লৈব লাই অসীগী অশেংব লাইশঙ অসীদ পুশিল্লকখি ।। নুমিৎ অদুগী নুংথিল্দ মতম অদুগী মনিপুরগী চিফ মিনিস্তর য়ংমাশো শৈজান লাইফম অদুগ লাক্কুন— মতম কুইনগী মমাঙদগী লৈবাক্কী ওইন লাৎচব ঙল্লক্লুব লাইয়িংথৌ সনামহী অসী ঙসীদী লৈপাক মীয়াম্ন ফোংন লাৎচব ফংজরে — হায়খি ।।[১৬] লাই লৌবগী থবক অসী পাঙথোকপদ মহাক্ক অকনব শরূক য়াখিবগী মতাং পনখি ।।[১৭] তশেংবমকসু লাই লৌশিনবগী থবক অদু লৈঙাক্কী মায়কৈদগী য়াম্ন লোন্ন অমসুং থুন পায়খৎখিব থবক অমনি হায়ন লৌব য়াই ।। কুম অদুদগী হৌদুন ***লাইনিংথৌ সনামহী মেরা চাউরেল হৌব*** হায়বসী মনিপুর লৈঙাক্ক ***লৈপাক মীয়ামগী পোৎথা নুমিৎনি*** হায়ন লাউথোকখি ।। লাইয়িংথৌ সনামহীবু তোলোং য়ুমফমগী লাইশঙদ লাৎচনবগীদমক্ত চঙশিনখিব খোঙজঙ অসীমক্তি সনামহী লাইনীং হিঙ্গৎ ঈহৌ পুব্বারীদ অনৌব ঈনোৎকী অহানব মায় পাকপনি হায়ন অয়ীবন লৌই ।।০।।

সনামহীগী লাইশঙ অসীবু শেমজিন শাজিনবদ লমদম অসীগী মীওই কয়ান শেলগী মতেং পীবীরকখি ।। হৌজিক লৈরীব সনামহীগী লাইশঙ অসীমক্তি নিংথৌ গরিবনিবাজ/পামহৈবন শারম্ব অদুমক্তি নত্তে ।। মসীদি নিংথৌ কুলচন্দ্রগী মতমদ (খৃস্তকুম ১৮৯০-৯১) শাখিবনি ।।[১৮] সনামহীগী ফূরা হোঙবগী মতাং অসী ***চৈথারোল কুম্ববা*** দ অসুম্ন ই — "অহোংশাংব দুহোবকী কুম সক ১৮১৩, ৫ নি নিংথৌকাবদগী শজিবুগী পালোক ওই ।। - - - ১৭ নি নোংমাইজিংদ সনামহীগী ফূরা হোঙএ ।।০।।"[১৯]

লৈবাক নিংথৌগী লাই অম ওইন নিংথৌরোল কয়া লাৎনরকখিব লাইয়িংথৌ সনামহীগী চেংলৌ শকপানথোং অসী ***দি লাইনিংথৌ সনামহী তেম্পল এক্ত ১৯৭৬*** পাস তৌরব মতুংদ, কৈশামথোং মোইরাং নিংথৌ লৈরক্ত লৈব লনাই মীওই অমগী ইংখোল্দ লৈব লাইশঙ অমদগী পুরক্কুন লাই অসীগী মশাগী তোলোং য়ুমফমদ লৈব লাইশঙ অসীদ লাৎচব ফংজব অসী সনামহৌ লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী য়াম্ন চাউরব মায় পাকপ অমনি ।। মসীদ মায় পাকলিব অসী লনাই মীওই অমগী লাইশঙদগী পুরক্কুন লৈবাক মীয়ামগী ওইব লাইশঙদ লাৎচব ফংজরে হায়ব ৱাফম অসীথক্কিদ ওইব নত্তে। মরূওইব ৱাফম অমদি —

মনিপুর লেজিসলেতিব এসেমব্লীদ পাস তৌব এক্ত অমন সনামহী লাইনীং হায়ব মীতৈশিংগী পারম পুরমগী ওইব শাগোন্নরকপ লাইনীং অসীবু য়াম্ন শেংন শকথণ্ডব উৎলিব অসীনি ॥ সনামহী লাইনীংবু লাইনীং অম ওইন শকথণ্ডলে হায়বসী এক্ত অসীদ য়াওরিব সেক্সন অমসুং সব-সেক্সনশিংদগী শেংন খণ্ডবীগনি ॥[২০] এক্ত অসীগী সেক্সন ৩৪ সব-সেক্সন (১) ন পীরিব থবক তৌব ওস্ব পবার শীজিন্নবব পথাপশিং মনিপুর লেজিসলেতিব এসেমব্লীন *দি লাইনিংথৌ সনামহী তেম্পল বোর্দ রুলস,* ১৯৮২ হায়ন মিংথোনব পথাপশিং (রুল) শেমখি ॥[২১] হায়রিব রুলশিং অসীগী মতুংইন্ন করম্ব মীশকপু একজিকিউতিব ওফিসার ওইন খনগদগে হায়বগী মতাংদসু সনামহী লাইনীং হায়বসী য়াম্ন শেংন পল্লি ॥ করম্ব মীশকপু বোর্দকী ওফিসার নত্ত্রগ থৌগল্লোয় ওইন খল্লোইদগে হায়বগী মতাংদ *তেম্পল বোর্দ রুলস,* ১৯৮২ অসীগী রুল ৭ সব-রুল (১) অমসুং (১) (এ) দ ইরি ॥ রুলশিং অসীগী মতুং ইন্ন ওফিসার নত্ত্রগ থৌগল্লোয় অদু সনামহী লাইনীং পুমশেং চৎপ ওইগদবনি হায়রি ॥ মীতৈ হিন্দুন ওইব য়াদ্রে ॥০॥[২২]

তেম্পল বোর্দন শেম্ব পথাপ মচাশিং (bye law) অমসুং লেপ্পব ৱারেপশিংগী (resolution) মখা পোন্ন রুল ৪ সবরুল ২গী মতুং ইন্ন লোইশঙ ৪ হায়বদি (১) উমংলাই লোয়শঙ, (২) পেনা লোয়শঙ, (৩) অমাইব লোয়শঙ অমসুং (৪) অমাইবী লোয়শঙ অসী *বোর্দ* ন শেম্ব য়াই ॥ [২৩] অসূম্ন লোইশঙ ৪ অসী শেম্বগী মতীক লৈব অসীন মরম ওইরদুন সনামহী লাইনীংগী অশেংব মশক লেপ্পদ য়াম্ন মতেং ওইরগনি ॥ য়াম্ন মরু ওইরিবদি — উমংলাই লোয়শঙ লিংখৎপ য়াবগী মতীক (power) লৈব অসীনি ॥ মরমদি উমংলাই হরাউবগী ঈরাৎ থৌরমদ সনামহী লাইনীংগী মচাক য়াম্ন মরাং কায়ন হৌজিক ফাওবদ য়াওরি ॥ উমংলাই লোইশঙবু অতোপ্প লাইনীং চৎপ মীওইশিংগী মখুত্ত শিন্নব হায়বসী অচুম্ব থবক ওইরোই ॥ মথক্ত পনজখিব কান্নরব মহৈশিং অসী লাইয়িংথৌ সনামহী লৌশিনবগী খোঙজঙন পুরকখিবনি ॥

**মচাক তানফম ওইব লাইরিক, পাউচে অমসুং চেরোলশিং**

১) (১) (২) — *অরিব মনিপুরীসাহিত্যগী ইতিহাস (১৯৬৯)* : অরীব — নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র
২) (১) (২) — *বালেন্দ্রা লাউজৈ (১৯৬৭)* : শিন্দোকপ— ওইনাম ভোগেশ্বর
৩) (১) (২) — *সনামহী লাইকন (১৯৭২)* : শিন্দোকপ-ওইনাম ভোগেশ্বর

৪) (৩) (১৩)– *Manipur Gazette Extraordinary No. 149 dt. 6/12/76.*
৫) (৪) – *মীতৈ পুন্নমকী লাইনিংথৌ সনামহী*-(সনামহী লাইনীংলোয়শিংন মীয়ামদ চাইথোকরকখিব চেরোল)
৬) (৫)– *Manipur Past and Present Vol. - 2 (1991)*: Edited By Dr. Naorem Sanajaoba.
৭) (৬) (৭) – মীতৈ নহারোল লাইনীং লোয়শিংন মীয়ামদ চাইথোকখিব চেরোল (২৫/৯/৭৬)
৮) (৮) (১০-১২) – *মতমগী খোঙথাং* চেকোঙগী ইন্দিত্র অম ওইন অমীবন *মীতৈ নেসনেল ফ্রন্টকী* চিয়ারমেন চীংশুবম অকাবগ অতম্বন বারী শানখিব (ফেব্রুবারী, ১৯৮০)
৯) (৯)– *Resistence* (১৪/৯/৭৬) অমসুং *প্রাজাতন্ত্র* (১২/১০/৭৬)
১০) (৯)– *লাইনিংথৌ সনামহী লাইনীং (১৯৮২)* : অকোঙব– সনামহী ত্রেষণল বোর্দ
১১) (১২ক) (২০)– *Manipur Gazette Extraordinary No. 213 Feb., 24, 1977.*
১২) (১৪) (১৫) – লাইনিংথৌ সনামহী যৌগল কাঙলুপ্ন মীয়ামদ চাইথোকখিব চেরোল-(৮/১০/৭৭)
১৩) (১৬) (১৭) – *মতমগী খোঙথাং* চেকোঙগী ইন্দিত্র ওইন অমীব মশামক পাউখোমজিন্নব মকমদুদ লৈখি ॥
১৪) (১৯)– *চৈথারোল কুম্বাবা (১৯৬৭)* : শিন্দোকপ– ইবুংঙোহল অমসুং খেলচন্দ্র
১৫) (২১-২৩)– *Manipur Gazette Extraordinary No. 182 August 21,1982.*

## ৩ঃ কোংমরু (কোংব মরু) লাইফম লৌশিনব –

ইম্ফালদগী অবাংলোমদ কি: মি: ১৬ লোম চৎলগ লৈব কোংব তুরেলগী হৌরকফম মরু লোকথেন্দ লৈরিব লাইফম অসী লাইয়িংথৌ কোংলৌতোন লৌথিবগী লাইফমনি ॥[১] লৈশেমলোনগী বারীগী মতুংইন্ন, চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীন মপন পন্থৌ তেংবানব মপুগী য়াথং মতুংইন্ন মালেম লৈশেম্ব মতমদ মনাউ কোনজিল তিংথোকপ হরাবন হন্ন হন্ন মালেম লৈথীনগায়রবদ হরাববু থিংনবগীদমক্তে লাইয়িংথৌ সনামহীন মখোঙ খোঙশা মরক্তগী নূরা তাথোক্তুন মশা পানব পাইব ঙম্ব সামদোল অয়াঙব কৌব শগোল অম পুথোকখি ॥ শগোল অদুন হরাববু নেৎথৎকে হায়ন থৌরাংখি ॥ থৌরাং অসীবু মমালৈমরেল শিদবীন হান্ন উরদুন মপারী অতোনব কোনজিল তিংথোকপ হরাববু তাংজ লিনজাউ অম ওইন শায়োলহনখি ॥ শামদোল অয়াঙবন তান্নবদ কোনজিল তিংথোকপ হরাবন কোংব তুরেলগী হৌরকফম কোংব মরুগী লোকথেল য়ৌন চেনশিনখি ॥[২] থৌদোক অসীগ মরী লৈনন মফম অসী কোনজিল তিংথোকপ কোংলৌতোন লৌথিবগী লাইফম ওইখি ॥ অদুবু কংলৈপাক মনিপুরগী মী অয়াম্বন

হিন্দু লাইনীং চত্তুন শিব মহাদেব নীংবগী চৎনবী লৈরক্লবং মতমদ লাইয়িংথৌ কোংলৌতোন লৌথিবগী লাইফম অসীবু শিব মহাদেবগী লাইফমনি হায়ন ওয়্পোকখি ॥ মসীমক্তি চন্দ্রকির্ত্তি নিংথৌ (খৃষ্টকুম ১৮৫০-১৮৮৬) গী মতমদগী ঙনখৎফম থোক্তে ॥ মরমদি নোংমাইজীং চীংথক্ত লৈরিব লাইয়িংথৌ নোংপোক্কী লাইফম অসী ফাওব শিব মহাদেবগী লাইফমনি হায়ন ওয়্পোকল্লিব অসী নিংথৌ চন্দ্রকির্ত্তিগী মতমদনি ॥[৩] নিংথৌ খোঙতেকচাগী মতমদ (৭৬৩-৭৭৩) শিব দুর্গা লাৎলক্ষ্মী হায়ন *ফম্নেং কোরী কোমপাক*কী মতুং ইন্ন হায়নরম্ব অদুগী মরমদদি শাংন নৈনফম থোক্তে ॥ কোরী কোমপাক অদু অচুম্ব নত্তে শেমজিল শাজিনবনি হায়ন প্রোং গাংমুমৈ কবুই অমসুং সরোজ নলিনি পারেতন য়াম্ন কৃপ্ন নৈনরব মতুংদ হায়ল্লবনি ॥[৪] মরম অসীন *ফম্নেং কোরী কোমপাক*কী মরমদ খন্ননিংঙাই ওইদ্রে ॥ শিব মহাদেবগী লাইফমনি হায়ন লান্ন ঈরাৎ থৌনি তৌরক্লব কোংমরুগী লাইফম অসীবু খৃস্তকুম ১৯৭৯ মার্চ ২২ দ সনামহী লাইনীংলোয়শিংন শেম্ব *কোংমরু লাইফম থৌপূ কাঙলূপ*ন লৌশিনখি ॥ [৫] কাঙলুপ অসীগী থৌবুরেল অমদি থৌপাংবদি মথংশিংন শঞ্জেনবম লুপো (শগোলমাঙ) অমসুং ইবুংঙো অভীরাম (শগোলমাঙ) অনীন ওইখি ॥[৬] লাইফম অসীবু শিব মহাদেবগী লাইফমনি হায়দুন হান্ন অশীন-অরাঙ ওইরম্ব মীশক অদুদগী *কোংব মরু লাইফম থৌপূ কাঙলূপ* ন লৌশিনবগী য়ানচে অদু সাইখুল এস: দি: সী: ওফিসত সিবিল মিসেলেনিয়স কেশ নম্বর ৩ ওফ ১৯৭৯ গী মতুং ইন্ন ১৯৭৯ এপ্রিল ২২দ য়ানখিবনি ॥ [৭] য়ানচে অদুবু খঙহৌ— উহৌব মীশক ওইন (ব্বিতনেশ) ১) নান্দেবম পিশক (য়ুম্নাম পাৎলৌ) ২) ব্বাহেংবম মীখু (খূরায় নিংথৌবুং) অমসুং ৩) চীংসূবম অকাব (খুরায় সোইবম লৈকাই) অহুম অসীন মশা মশাগী খুৎই মিং পীখি ॥[৮] য়ানব অসী পুরক্তিঙৈগী মমাঙদ হান্নগী লাইফম পান্নব কাঙবুন কেশ অম তৌরকপগ মরী লৈনন পুলিসন মীওই ৪ ফাজিনখি ॥ মখোয় অদুদি — (১) শগোলমাঙদগী অভীরাম (২) ঈশিং থেম্বীদগী রাধে (৩) য়ুম্নাম পাৎলৌদগী সোইবম য়াইম অমসুং ৪) শগোলমাঙদগী তথোংনি ॥ নুমিৎ অদুমক্তদ মখোয় ৪ বু থাদোকললকখি ॥[৯] লাইফম অসী লৌশিনবগী খোঙজঙদ হান্ন শিব মহাদেবনি হায়ন খুরুম্নরম্ব নুঙ অদু উফুল ওইন মাঙহল তাকহনখি ॥ হৌজিক্তি লাইফম অসী সনামহী লাইনীং লোয়শিংগী মখূত্ত মপুঙফান লৈরে ॥০॥[১০]

**মচাক তানফম ওইব লাইরিক অমসুং চেফোংশিং**


১) (১) *মৈতৈ লাইহরাউবা (১৯৬৩)* : অয়ীব – ওারিয়ানবম কুলচন্দ্র
২) (১)(২) – *লাইহরাউবা (১৯৮৯)* : অয়ীব – রাজেংবম লুখোই
৩) (৩)- *চীজোই টক্লামা* : মোইবাংথেম চন্দ্রসিং পন্দিত অচৌব (মীংয়েং ১১ শুব মশীং ১৯৮১)
৪) (৩ক)– *ইনাংকী হরাউ কুম্মৈ (১৯৯৪)* : খুলেম চন্দ্রশেখর
৫) (৪) – ***Religion of Manipur (1980)***: Dr. Saroj Nalini Parratt
৬) (৪) – ***History of Manipur Vol.-I. (1991)***: Prof. Gangmumei Kabui
৭) (৫)– ***Notes on Phayeng Copper Plates*** : Prof.Gangmumei Kabui (Cultural Flow, Vol. IV-January, 1972)
৮) (৫)(৬)(৯)(১০) – *সনামহী লাইনীং ঈহৌদ অনৌব ঈনোং*: সাইবেম নীলবীর (মতমগী খোঙথাং মার্চ/এপ্রিল ১৯৮০)
৯) (৭)(৮) – *কংলৈখোল (অহানব চেফোঙ-১৯৭৯)*: ইদিতর- প্রো: এলঙ্গি: কংজীম
১০) (৭)(৮)– ***Manipur Past and Present Vol.-II. (1991)***: Edited by . Dr. Naorem Sanajaoba


**৪ঃ লাইয়িংথৌ মোংবহনবগী উমংলাইকোন লৌশিন্নবগী খোঙজঙ** – লাইয়িংথৌ মোংবহনব হায়বসী পারম পুরমচংকী শাগোয়বকপ মীতৈ ফুরূপকী লাইনীংদ য়াম্ন মরুওইব মতীক ময়াই লৈব লাইনি ।। লাইয়িংথৌ মহাক্তি উমংলাই হরাউবগী উমংলোন্দ য়াওব উমংলাই মাপলগী মনুংচনব লাইনি ।।[১] *লাইশ্রা ফমলোন* কৌব অরিব লাইরিক (পুয়া) অদুদ লাইয়িংথৌ মোংবহনব পোক্লকপগী মতাংদ অসূম্ন ই — " লাইশ্রা ফমলোন ফমলুপ কৌবদি কুরুগী (তাইবংমপুগী) হকচাংদগী থোক্লকপনে ।। মিৎ য়েত্তগী মুন্না নিংথৌ থোকএ ।। নাকোঙ য়েত্তগী মোংবহনব থোকএ ।।[২] " নোংদ লাইরেল পাখংবগী মতমদ নিংথৌ পোংব তরান মহাক্কী লৈবাক ন্নায়েল থৌদাদ মতেং পাংলম্মী ।। নিংথৌ পোংব তরাগী মনুং চল্লিব ন্নাংখৈরাকপ হায়রিব ফম অসী *ফমলোন* কৌব অরিব লাইরিক্ত পল্লিব খুনপাংথৌ মাপলগীসু মনুং চল্লি ।। খূরায়দ হৌজিক উমংলাই অম ওইন লৈরিব লাইয়িংথৌ হনব হায়রিব লাই অসী খূরায়লাকপ হায়রিব খুনপাংথৌ অসীগ মান্নবগুম লৌবগী থাজনবী লৈরম্মী অদুগ ন্নাংখৈরোমদ লৈরিব লাইয়িংথৌ মোংবহনববুন ন্নাংখৈরাকপ হায়রিব খুনপাংথৌ অসীগ মান্নবগুম্ন লৌবগী থাজনবী লৈরম্মী ।।[৩] অসীগুম্ন থাজনবী অমসুং চংনবী

অসী লৈরম্ব মরম্ন লাইয়িংথৌ হনব হায়বসী খূরায়গী উমংলাই ওইরিব অসীগুম্ন লাইয়িংথৌ মোংব হনব হায়ব অসীসু ব্রাংখৈগী উমংলাই অম ওইগনি ।। উমংলোনগী লাইশোন্দ লাইয়িংথৌ মোংব হনববু— "নচি খা নিংথৌ মোংবহনব লাললোই খনবা মরুম্বী খোইমোম লাইরেম্মা হাউনুখু হাউনুহন ।। লাইতোংখু লাইতেংহন্না য়েনয়োম খোমহানগা, সিংপাক মাইতৈগা, চাদুম চাঙানগা, হোংনেম চাউনেৎকা, মেরা মেনদোংগা, সাচুং লাললংগা, লাংহৈবী কাকলেন মীগুম্বৰু কাইনা হনবিবু লুমনব - - - মৈদিংঙু খাগেম্বা হুইয়েন লাল্লোয়নবা কবে: কিয়াংঙম্বা চাওবা শুমজাই ফাব - - - " হায়ন লাইয়িংথৌ মাগী মতীক ময়াইবু শৈথাই ।।৩।।(৪)

লাইয়িংথৌ মোংবহনববু নীংনরকপগী মতাংদদি — লাইয়িংথৌ অসী য়াওন উমংলাই মাপলখক্ক পাংখক ওইব পাখংবগী ফম্লুপ অম লৈরম্মী ।। হায়রিব ফম্লুপ অসীন নোংদা লাইরেল পাখংবগী লৈঙাক থৌশিলদ মতেং পাংলম্মী হায়বগী ব্রাফম মথক্তসু পনজখ্রে ।। মসীদগী ঐখোয়ন খঙলিবদি নোংদা লাইগী মতমদ হায়বদি খৃস্তগী অহানব চহী চাদ লাই অসীবু নীংনরমলে হায়বসীনি ।। ব্রাফম অসী *লৈহৌ নোংহৌ* গী ব্রারোল অমন অমুক্ক চেৎশিলহল্লি ।। *লৈহৌ নোংহৌ* পুয়াদ হায়— "পাখংবন মহাক্তগী লাইফংথৌ মাপন চিংথোক্লে ।। অমদি লাইয়িংথৌ হনবনে।। অমদি খন্নাংবনে ।। অমদি মোংবাহনবনে ।। অমদি চাখাবনে । অমদি নাউকন্নে ।। অমদি মুব্রা নিংথৌনে ।। অমদি লূব্রাং পুন্সিবনে ।। অমদি মারজীংনে ।। অমদি কৌক্রুনে ।। লাইয়িংথৌ ৯ মাদি অসিনে ।। ৯ মা মসিনা মীদা শিন্নবদি খুনফাংথৌ ৯ মানে ।।"(৪ক) লৈবাক অসীদ লৈব করম্ব লাইবু করম্ব অমাইবন লাংকদগে হায়বগী মতাংদ নিংথৌ লোয়য়ুম্বন (খৃস্তকুম ১০৭৪-১১১২) লাংশঙদ ফমদুন মীশিংগী মহাক মহাক্কী মশিল য়েনখোকপদ *লোয়য়ুম্বা সিনয়েন* ন হায় "তমপাক মাইব নঙদি মোংবা হনবা লাংলো - - - !"(৫) লাইরিক অসীদগী ঐখোয়ন খঙলিবদি লাইয়িংথৌ মোংবহনবগী ঈরাং থৌনি থৌরম অসী তমপাক অমাইবন তৌরম্মী হায়ব অসীনি ।। অদুগ উমংলোনগী লাইশোন্দ য়াওখিব লাইশোল মদুদগী খঙব ঙমলিবদি মৈদিংঙু খাগেম্বন (খৃস্তকুম ১৫৯৭-১৬৫২) লান চৎপদ লাইয়িংথৌ মাবু লোয়নন চৎলি ।। কবো কিয়াং ঙমলকখি হায়বসীনি ।। মরম অসীন লাইয়িংথৌ অসী মৈদিংঙু শেম্বী খাগেম্বগী মতম ফাওবদ য়াম্ন মতীক

ময়াই লৈব লাই অম ওইন নীংনরকখি হায়বসীনি ।। লাইফম অসীদ শ্রী শ্রী হনুমানগী মূর্তি শাদুন লাৎনখিবগী মতাংদদি *চৈথারোল কুম্বাবা* ন অসুম্ন পাউদম্মী –" কুম শক ১৬৫১(খৃস্তকুম ১৭২৯) - - - ১৬ নি লাংমাইজীংদা সনা কৈথেলদা য়ুংবা নুঙবু হনুমানগী মূর্তি শানবা মোংবহনবা তানা চিংশিনএ ।।"[৬] মথক্ত হায়খ্রিব ব্রারোল পুন্নমক অসী পারব মতুংদ অয়ীবন হায়নীংলিবদি– ইনিংথৌ গরিবনিৱাজ পামহৈবন হিন্দু রামান্দি লাইনীংদ লাইমিং লৌদ্রিফাওবদি থেঙলবদ নোংদা লাইরেল পাশংবগী মতমদগী লাইয়িংথৌ মোংবহনদ প্রনী যাম্ন মকওইব লাই অম ওইন নীংনরকখি হায়বসীনি ।। লাইয়িংথৌ মোংবহনবগী উমং হায়ন খঙনব মফম অসীবু মহাবলিউমং হায়ন কৌখিবগী মতাংদদি পন্দিত মুতুম ঝুলোন্ন হায় – "মহারাজন (পামহৈব) পাল্লম্ব মতম অসিদ -- - বকদস্ত বন্দা হনুমান ঠাকুরগ কোন্ননা ফুরা অমসু লিংখৎলে ।। শান্তিদাস গোসাইনা মহাফলমলদগী (য়াম্ন কনবা) লৌদুনা মহাবলিউমং হায়খি ।।০।।"[৭]

হিন্দু লাইনীং লৌরুবদগী মহাবলিউমং হায়ন হনুমানগী লাইফম ওম্ভোকখ্রব লাইফম অসীবু লৌশিন্নবগীদমক্ত খৃস্তকুম ১৯৭৯ মে ৬ নোংমাইজীং নুমিত্ত সনামহী লাইনীংলোয় অহল্লোল নহারোলশিংন *মোংবহনব উমংলেন কনব লূপ* কৌব লূপ অম শেমখি ।। লূপ অসীন লুচিংদুনা খোঙজঙ কয়া চঙশিনখি ।।[৮] খৃস্তকুম ১৯৭৯ জুন ২৬ ত সীআর: পি: সী: গী ধারা ১৪৪ থমখি ।। অদুবু অথিংব অদু থুগায়দুন লাইনীংলোয়শিংন মোংবহনবগী লাইফমদ চঙশিনখি ।।[৯] মখোয়বু সী:আর: পি: ন ফাজিনখি ।। মীতৈ লাইনীংলোয়শিংন মনিপুর লৈঙাক্ক ব্রারী শানবদগী মী ৪/৪ থাজিন্দুন নুমিৎ অদুগী অয়ুক পুঙ ১১দগী ১২.৩০ ফাওব উশিনপুঙদ চঙদুন লাইখুরুম্ব য়াহনখি ।।[১০] সনামহী লাইনীংলোয়শিংন– *মোংবহনবউমংলেন কনব লূপ্ন য়াইফরে* হায়ন লাউদুন খ্বাইরমবন কৈথেল কোয়ন চৎখি ।।[১১] চহী অসীমক্কী জুলাই ৩ দ মোংবহনবগী উশিলপুঙদ ঈরাৎ থৌরম তৌগে হায়ন চৎখিব *মীতৈ নেসনেল ফ্রন্ত* কী প্রসিদেন্ত চীংশুবম অকাবা য়াওন মী ১০ খক পুলিসন পুখি ।।[১২] মখোয় পুন্নমক নুমিৎ অদুদ থাদোক্লকখি ।। লাইয়িংথৌ মোংবহনবগী উমংলাইকোন্নুং লৌশিন্নবগী খোঙজঙ অসী খৃস্তকুম ১৯৮০ গী জুলাই অদুব্রাই ফাওব চঙশিন্দুন হোৎনখি ।। অদুবু খোঙজঙ অদু মায় পাকপ অমদি ওইখিদ্রে হায়ব তাই ।। খৃস্তকুম ২০০২ এপ্রিল ফাওবগী মনুংদ লাইফম অসীবু লৌশিন্নব হোৎনবগী থোইদোকপ ঈ পাউ তাখিদ্রে ।।০।।

**মচাক তানফম ওইব লাইরিক অমসুং পাউচেশিং**

১) (১) (২) (৩)– ***কমলোন (১৯৮৭)*** : শিন্দোকপ - খেলচন্দ্র
২) (১) (৩) (৪)– ***লাইহরাউবা (১৯৮৯)*** : অয়ীব - বাহেংবম লুখোই
৩) (১) (৩) (৪)– ***খুনুং লিচৎ শাজৎ (১৯৭০)*** : অয়ীব - মাধব অমসুং খেলচন্দ্র
৪) (১) (৪)– ***লাইহরাউবা লাইশোল (১৯৮২)*** : খোমজিনব - খুলেম চন্দ্রশেখর
৫) (২) (৩) (৫)– ***লোয়ম্বা শিনয়েন (১৯৭৫)*** : শিন্দোকপা - খুলেম চন্দ্রশেখর
৬) (৪ক) – ***লৈহৌ লাউকমলোন (১৯৮১)*** : শিন্দোকপা - ইরোম অমুবী
৭) (৬) – ***চৈথারোল কুম্বাবা (১৯৬৭)***: শিন্দোকপা - ইবুংঙোহল অমসুং খেলচন্দ্র
৮) (৭)– ***বিজয় পঞ্চালি মনিপুর ইতিহাস (১৯৪৭)*** : অয়ীব– মুতুম ঝুলোন
৯) (৮)– ***ঈরৈপাক মচাশিংদ পীজব পাউজেল*** (যেক্র: ১৯৭৯ দ য়েনখোকপীব চেরোল): মীতৈ নেশনেল ফ্রন্ট
১০) (৮)– ***Manipur Past and Present Vol. II.(1991) :*** Edited By Dr. N Sanajaoba
১১) (৯-১০)–হুইয়েন লানপাউ (২১ ৩/১৯৭৯)
১২) (১২) – ***শলাই তবেৎ*** (৯/৭/১৯৭৯)

৫ঃ হীয়াংথাং লাইরেম্বী লাইফম লৌশিন্নব হোৎনব – হৈবোক চীংদ লৈব হীয়াংথাং লাইরেম্বীবু মীতৈশিংন হীরৈমা কৌই ।।[১] লাইরেম্বী অসীবু শান্তদাস গোসাইন পামহৈব নিংথৌদ দেবীনি হায়দুন কামাখ্যা দেবীগী খুভম ওস্লোকখি ।।[২] কামাখ্যা দেবীগী লাইফম ওস্লোকখ্রব হীয়াংথাং লাইরেম্বী হীরৈমগী লাইফম অসীবু লৌশিন্নবগীদমক্ত খৃস্তকুম ১৯৭৯ সেপতেম্বর ২২ মেরাগী নোংম পানবদগী হৌন হীয়াংথাং লাইরেম্বীগী লাইফমদ মীতৈ ঈনাৎকী অশেংব থৌরমন ঈরাৎ থৌনিজব হৌরগনি হায়ন সনামহী লাইনীংলোয় কাণ্ডবু অমন চে চাইখি ।। চেরোল অদুন অসুম্ন হায়– "ঙসিদি হীয়াংথাং লাইরেম্বী ইমাগী খুভমদ অৱায়ব মমিং কামাখ্যা দেবী হায়জীন্দুন দেবী দুর্গাগী পুজা তৌব য়াররোই।। ঐখোয় য়েক শলাই মচা অশেংবশিংন কামাখ্যা হায়বদু মশক খঙদে ।। - - - মেরাগী নোংম পানব (তাং ২২/৯/৭৯) দগী হৌন হীয়াংথাং লাইরেম্বী ঈরৈমা ইমাগী খুভমদ মীতৈ ইনাৎকী অশেংব থৌরমন ঈরাৎ থৌনিজব হৌরগনি ।। [৩] খোঙজঙ অসী ***হীয়াংথাং ঈরৈম (হীরৈমা ?) থৌগল লূপ*** ন শীনবনি ।। লূপ অসীগী লূচিংপুরেল অমদি থৌবুরেলদি মথংশীংন থৌনাউজম কোন্দুম (লাংথবান) অমসুং মাইস্নাম ইবো (হীয়াংথাং) ন ওইরম্মী ।। [৪] ***মীতৈ নেশনেল ফ্রন্ট*** কী প্রসিদেন্ত চীংশুবম অকাবা য়াওব মী ৭ ন শাব ***পোয়ম শীনব কাঙলূপ***

অম লৈরম্মী ।। চহী অসীগী সেপতেম্বর ২২ দ লাইরেম্বীগী লাইফমদ সনামহী লাইনীংলোয়শিংন ঈরাৎ থৌরম পাঙথোকখি ।। ***মীতৈ নেসনেল ফ্রন্ত*কী** প্রসিদেন্তক মায়কৈ অমরোমগী ***লাই কমিতি*গ** য়ানখিব চেরোল অমগী মতুংইন্ন সনামহী লাইনীংলোয়শিংনসু ঈরাৎ থৌরম পাঙথোকপ য়ানখি ।।[৫] অদুবু খৃস্তকুম ১৯৮০ দগী হৌজিক ফাওবগী (এপ্রিল ২০০২) ওইন য়েংবদ লাইফম অসীবু সনামহী লাইনীংলোয়শিংন খূদুম চনশিনবগী মরোঙ উব ফংদে ।। লাইফম অসী লৌশিন্নবগী খোঙজঙ অদু মায় পাকখিদ্রব খোঙজঙ অমনি হায়ব তাই ।।০।।

**মচাক তানফম ওইবা লাইরিক অমসুং চেরোলশিং**

১) (১) (২) – ***অরিব মনিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস*** (১৯৬৭): অয়ীব - নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র

২) (৩) – ***ইরেপাকমচাশিংগী পীজব পাউজেল*** (য়েনখোকখিব চেরোল - সেপ্তেম্বর : ১৯৭৯): হীয়াংথাং ঈরেমা থৌগন্নুপ

৩) (৪) (৫) -- অয়ীব মশান ***মীতৈ নেশনেল ফ্রন্ত*** *কী প্রসিদেন্ত*, চাংশুবম অকাবগ অভ্মন উনদুন বারী শাব (ফে: ১৯৮০) দ মুমফম ওইব

## ৬ঃ হিন্দু লাইনীংগী লাইশঙ অমসুং লাইগী শক্তম

**মৈথাব**– *মীতৈ নেসনেল ফ্রন্ত* হায়বসী মীতৈ ফুরূপকী শাগোন্নরকপ পারম পুরমচৎকী লাইনীং- সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ শন্দোকপ লূপ অমনি ।। লূপ অসীগী ***য়াফোং লোয়শঙ*** দগী থোক্লকপ চেরোল অমন হায়খি মদুদি – কংলৈপাক্ত (মনিপুর) অর নব পাম্বৈ শীজিন্নদুন নীংহনখিব লাইগী মুর্তিশিং থুগাইবগী থবক অসী ফ্রন্ত অসীগী ***খুৎথা লূপ*** ন খৃস্তকুম ১৯৮০ ওক্তোবর ২১ মেরাগী ১২ নি পানব লৈপাকপোকপ নুমিৎকী অহিং নোংয়াইদগী হৌখি হায় ।। [১] খৃস্তকুম ১৯৮০ ওক্তোবর ২১ গী অহিং নোংয়াইদ সৌগাইজম লৈরক্ত লৈব বামোন অমগী লাইশঙদ খঙহৌদন মৈ হৌরক্তুন লাই অহুমগ মোইবুং অমগ লৌব য়াদন মৈ চাকথ্রে হায়খি ।। সো ফক্কায়রগ লাইশঙ মনুংদ চঙলগ থারম্বনি হায় ।। [২] ***মীতৈ নেসনেল ফ্রন্ত*কী** প্রসিদেন্ত চাংশুবম অকাবন ফ্রন্তকী ***খুৎথা লূপ*** কী মথৌ খঙলব থৌমীশিংবু থাগৎলি হায়ন চেরোল অম প্রেসত পীরকখি ।। চেরোল অদুদ হিন্দু লাইশঙ অমসুং লাইগী মুর্তি মুৎথৎকনি হায়খি ।।[৩] মহারাজ বোধচন্দ্রন নিরুপন তৌরম্ব গৌরনগরগী শ্রী শ্রী গৌরগোবিন্দবু খৃস্তকুম ১৯৮০ গী নবেম্বর ২৩গী

অহিংদ মৈ থারমখি ।। অদুগ কাংমোং, হৈক্রুজম, লৈত্রাম, লমাংদোঙ, কোদোমপোকপী, ব্রাইরি, ব্রাইতোন, পুখাউ, নোংমৈবুং, য়াইস্কুল, লাংথবান্নচিংব মফমদ চাউরাক্ল লাইগী মন্দির ১০ (তরা) রোম মৈ থাখি অদুগ লাইগী মুর্ত্তি ১০০ (চামা) রোম মৈ থাব অসীদ অমাঙ অতা থোকহনখি হায় ।। [৪] খৃস্তকুম ১৯৮০ গী লোইরমদাই থা ৩/৪ গী মনুংদ হিন্দুগী লাইশঙ ১০ (তরা) রোম অদুগ লাইগী মুর্ত্তি ১০০(চাম) রোম মৈ থাখি হায়ন *বৈষ্ণব ধর্ম্ম রক্ষ সমিতি* কৌব নৌন শেম্ব সংস্থান অমনসু হায়খি ।। অসীগুম্ব লাইশঙ অমসুং লাইগী মুর্তি মৈথাব থবক অসীগীদমক্ত শ্রীগোবিন্দজীগী ব্রহ্মসভা অমদি পালা লোয়শঙনচিংবন পেন্দব ফোঙদোকখি ।।[৫] অসীগুম্ব মীতৈ হিন্দুগী লাইশঙ অমসুং লাইগী মুর্ত্তি মৈ থাব অমসুং অমাঙ অতা থোকহনবগী থবক অসী হিন্দু লাইনীংদ চেৎন থাজব মীওইশিংন তৌরমগনি হায়ব অসী অয়ীবন কয়া থাজদে ।। থবক অসী কা হেন হকচিনব সনামহী লাইনীংগী মীওই খরন নত্রুগ হিন্দু লাইনীং চৎলবসু হিন্দুগী লাইবু তাথীন খনব মীতৈ হিন্দুশিংন, গরিবনিব্রাজ মতমদ মীতৈগী শাগোল্লরকপ লাই কয়া থুগাইখি, মোংবহনব উমংদ লৈরোলচনখি অমসুং লাইয়িংথৌ সনামহী কোল্লু য়ৈখায়খি হায়বগী হকচিনব লমনশিংনিংবগী ব্রাখল্লোন অমদ য়ুমফম ওইরগ পাঙথোকখিব ওইরমগদ্র হায়ন অয়ীবন খল্লী ।। থবক অসী কনান নত্রুগ করম্ব লূপ্ন তৌবনো হায়বগী চপচাব খূদম চাংদমদি অয়ীবন ফংদে ।। অদুম ওইনমক থবক অসী মীতৈশিংগী নত্রুগ মীতৈ হিন্দুশিংগী লাইনীং পুব্রারীগী শরূক অমদি ওইরে ।। মরম অসীন লাইরিক অসীদ তঙাইফদব অম ওইন হাপলবনি ।।০।।

**মচাক তানফম ওইব লাইরিক অমসুং পাউচেশিং**

১) (১)– ***প্রজাতন্ত্র*** (নুংতিগী পাউচে—২৩/১০/১৯৮০)
২) (২)– ***হুইয়েন লানপাউ*** (নুংতিগী পাউচে-২৩/১০/১৯৮০)
৩) (৩)– ***প্রজাতন্ত্র*** (নুংতিগী পাউচে—২৫/১০/১৯৮০)
৪) (৪) (৫)– ***প্রজাতন্ত্র*** (নুংতিগী পাউচে– ৮/১২/১৯৮০)
৫) (১-৫)– ***Manipur Past and Present Vol. II. (1991)***: *Edited by Dr. N.Sanajaoba.*

৭ঃ **পুয়া মৈথাব নীংশিং নুমিৎ থৌরম**– গরিবনিৱাজ নিংথৌগী হাক্তক্ত খৃস্তকুম ১৭৩২ মেরাগী ১৭ নি পানব নুমিত্ত, মীতৈ মায়চৌশিংগী ময়ুমদ লৈব লাইরিকশিং অদু পুখৎলকউ, করিগুম্ব পুখৎলকপদ লেমহৌব য়াওরবদি মশম কোক্কনি, মতীক চাব চৈরাক পীগনি, অৱাফম তাহনগনি হায়দুন শামু তোংদুন পাউজেলহল্লগ নিংথৌন লাইরিক কয়ামরুম খোমগৎলগ কংলা উত্ত্রা মমাঙদ মৈ থাখি ।।[১] থৌদোক অসী *চৈথারোল কুম্বাবা* দ অসুম্ন ই –"কুম শক ১৬৫৪ - - - মেরা থাদি থাংজনা হনএ ।। - - - ১৭ নি লংমাইচিংদা মৈতৈ লাইরিক মাঙহনএ ।।"[২] অদুগ লামায় অসীগী চেনীংদ *চৈথারোল কুম্বাবা* বু লেংশিনবীরিবন অসুম্ন অমুক ই – "মহারাজ গরিবনিৱাজগী গুরু শান্তদাসগী থৌইনশিন্দগী অফংব মৈতৈ লাইরিক মখৈ শামু তোংদুন পাউচেল্লগা কংলা উত্ত্রা মমাঙদ পৈরগ মৈ থাখি ।।"[৩] লাইরিক ১২০ (চামাকুন) লোম মৈ থাখি ।। [৪] মমিং মান্নদব লাইরিক কয়াসু লৈব মরম্ন মৈ থাখিব লাইরিক মশীং অসী ৭০০ (চাতরেৎ) মুক্তি হায়বগী ৱাফমসু লৈ ।। [৪ক] য়াম্ন থম্মোই শোকনিংঙাই ওইব অৱাব থৌদোক অসীবু নীংশিংব ওইন খৃস্তকুম ১৯৭৮ ৱাকচীং ২৩ নি পানব নুমিৎকী নোংঙাল্লমদাই মতমদ অহানব *পুয়া মৈথাব নীংশিং নুমিৎ* লাইয়িংথৌ মোংবহনব উমং লাইকোন্দ পাঙথোকখি ।। সনামহী লাইনীংগী মীতৈ নহারোলশিংন শীঙ্গায়বাক অমমম পুরক্লগ শীংখল তরেৎ শেমলগ মীতৈশিংগী নাৎ অমসুং লাইনীংবু মুৎথৎলগ হিন্দুগীদ ওহ্নোক্লবগীদমক্ত ফোঙব লাইরিক ৫০০ (চামঙা) রোম মৈ থাখি, মীতৈ ফ্রূপকী মচু ৭গী ফীরাল তংখাই চিংথখি হায় ।। নীংশিং থৌরম অদু অরোনব ওইন পাঙথোকখিবনি ।। [৫] মথংগী অনীশুব ***পুয়া মৈথাব নীংশিং থৌরম*** অদু কংলা উত্ত্রা লৈরমফমগী মমাঙদ খৃস্তকুম ১৯৭৯ জনুৱারী ২১ দ পাঙথোকখি ।। থৌরম অদুগী শরুক অম ওইন সনামহী লাইনীংবু মাঙনব শীনখিব অমসুং তৌখিব সান্তদাস গোসাই অমসুং গরিবনিৱাজ অনীগী শক্তম্ব পোৎলোইবগী মতৌগুম শীং শেল্লগ মৈ থাখি ।। মৈ থাদ্রিঙৈগী মমাঙদ থৌরম অদুগী অথোইব লেঙবীরকপন হিন্দু লাইনীংগী অশেংব লাইরিক গীতা, মহাভারত অমসুং সানমহী লাইনীংবু মুৎথৎনবগী মশক ওইব লাইরিক কয়া শেগায়রগ মৈদ লংশিনখি ।।[৬] থৌরম অসী লোইশিল্লকপদ ***মীতৈ নেসনেল ফ্রন্ত*** কী ফিমু শেংপ নহারোলশিংন মীতৈ ময়েক্ল ইব ফেস্তুন অমসুং মচু তরেৎকী ফীরাল

পায়দুন ইম্ফাল সহরগী অকোয়বদ অপূনব খোঙচৎ অম চৎখি ।।[৭] *পুন্না মৈথাব নীংশিং নুমিৎ* থৌরম অসী চহী খুদীংগী *মীতৈ নেসনেল ফ্রন্ত* ন পাঙথোক্লুন লাকই ।। অহুমসুব নীংশিং থৌরমদগীদি হিন্দু লাইনীংগী লাইরিক মৈ থাবগী ব্রাফমদি তাব ফংখিদ্রে ।। ২১শুব চহী চাগী অহানব ওইব পুন্না মৈথাব নীংশিং থৌরম অদু ব্রাকচীংগী ২৩নি পানব জনুৱারী ২৮ ইরাই নুমিত্ত *মীতৈ নেসনেল ফ্রন্ত* কংলৈপাক্ল শীন্দুন অরিব কোনুং ওইরম্ব মফম কংলাদ অয়ুক পুং ১১ তাবদ পাঙথোকপ হৌখি ।। থৌরম অদুদ ঐচ: এ: অঙায়ুং (হুনফুনগী নিংথৌমচা) থাংজম শামুঙৌ (ইদুকেসন এসকী দাইরেক্তর) অমসুং দি: তালু মরাম্ন মথংশিংন অথোইব লেঙবীরকপ, মীতিন মপু অমসুং ইকাইখুম্নরব লেঙবীরকপ ওইখি ।।০।।[৮]

**মচাক তানফম ওইব লাইরিক অমসুং পাউ-চে শিং**

১) (১) (৪)– ***অরিব মনিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস (১৯৬৯):*** অয়ীব- নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র
২) (২) (৩) – ***চৈথারোল কুম্বাবা (১৯৮৯):*** লেংশিনব-ইবুংঙোহল অমসুং খেলচন্দ্র
৩) (৪)(৪ক) – ***ব্রায়েৎ চবুল (১৯৯৩):*** অয়ীব– এনজী: কাংজীয়া মঙাং
৪) (৫-৭)– ***Manipur Past and Present Vol.-II (1991)***: Edited by: Dr. Naorem Sanajaoba
৫) (৬) (৭)– ***সীমান্ত পত্রিকা*** (২৩/১/৭৯)
৬) (৬) (৭)– ***খোল্লাও*** (২৫/১/৭৯)
৭) (৮)– ***হুইয়েন লানপাউ*** (২৯/১/২০০০)

**৮ঃ নোংমাইজীংগী নোংপোক নিংথৌ লাইফম লৌশিম্নব খোঙজঙ**—চীংগোই বারুনী কাব নক্তগ বারুনী হায়নসু হৌজিক ঐখোয়ন খঙনরিব চীংগোই তুরেলদ ঈরূপ্প অমসুং নোংপোক নিংথৌ খুরূমজবগী কুম্মৈ অসী লমতা থাগী ২৮ নি পানবদ পাঙথোক্লরি ।। হরাউ কুম্মৈ অসীগী ব্রারী ব্রাখোঙ থিগৎলবদি মসী মীতৈ ফূরূপকী ওইব শাগোম্নরকপ লাইনীংগ মরী লৈনব কুম্মৈ ফিবোং অমনি হায়বসী য়াম্ন শেংন খঙব ঙমগনি ।। নোংমাইজীং চীংজাউদ লাইফম কয়া লৈরবসু লাই খুরুম্বগী ওইব হরাউ কুম্মৈ অসীগী মরুওইব শরূক্তি

চীংগোই তুরেল মরীলদ ঈরূপুন ঈরূ শাদেংলগ নোংমাইজীং চীংদোন্দ লৈরিব নোংপোক নিংথৌবু খুরূমজবনি ।। হরাউ কুম্মে অসীমক্তি লাই ব্বারী অনীগ মরী লৈনে ।। নোংমাইজীংগী চীংদোল অসীদ চীংভু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীগী লাইওল লাইচং ওইরিব লাইয়িংথৌ নোংপোক নিংথৌ কায়নৌ চীংশোম্বগ য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা নোংথাং লৈমগী লাইওল লাইচং ওইরিবী লাইরেম্মা পাম্বোইবীগ অনীন ফম্বাল তোংখি ।।[১] লাইয়াম্ন নোংপোকপু নিংথৌ হাগুন লৈ লাংলগ তাইবং থব্বায় পানব পুম্নমক্ত পুন্সি লৈরাং য়েনখি ।।[২] মরম অসী লৈবন মফম অসীদ চহীগী ওইন পুন্সি নিব ওইন খুরূম্নবনি ।।[৩] চীংগোই তুরেল ঈরূগুন ঈরু শাদেংবগী ব্বারীন কোনজিল তিংথোকপ পাখংবগী লাইওল লাইচং ওইরিব লাইয়িংথৌ নাউথিংখোং অমসুং য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা লৈমরেল শিদবীগী লাইওল লাইচং ওইরিবী লাইরেম্মা পীতঙঙাগ মরী লৈনে ।। নোংমাইজীং চীংদোনগী মীয়াম্ন মেন সুরুং হায়ন খঙনব মফম অসীদগী হৌরক্লগ অব্বাং নোংপোক পাংন চেল্লিব তুরেল অদুবু চীংগোই নত্তগ চীংগোই মরীল কৌই ।। কোম্ন বারুনী নদী ওম্বোকখিবনি ।। য়োইবু খোইমোম য়ুমজাউ লাইরেম্বী ওইন মোংব লপয়ান কা শারোং পুংয়ান খাদ চঙন শমু মহকচাং তিনখিবী মশানৌ লাইরেম্মা পীতঙঙাবু নীংশিংব ওইন লৈবাক হুপ্ন চীংগোই মরীল ঈরূপসী হায়ন নাউথিংখোংন লাউথোকখি ।। মতাং অসী *নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা* দ অসুম্ন ই – "অদু নোংগীবু লাইরেল মৈদিংঙুন --- চীংগোই নারল ঈদা হয়েং লোইদাম মনুং ওই কুমচা ময়াই কাচানা তোং ঈপান তোংলেন লাইসংপাল চীংহাউ লমসাংপানবু লৈরাং তর্মলে ওননা লোইদাম কুম ওইরকপা খুদিংদা মদাইরেম পোইরে পুম্না হুম্না তানথোঙ চেননা কুমসাবা লেমথোঙ চেননা কুমওইবা খোংফে য়াংলৌ লমগা চেননা অয়াং ঈরেন ঈরূপনয়ে হাদবরা ।।[৪] মথক্কী ব্বারী অনী অসীদগী ঐখোয়ন খঙলে মদুদি – চীংগোই ঈরূপ্ন হায়ব অসীদি খৃস্তগী ৭শুব চহীচাদগী হেন্ন ঙনখৎনিংঙাই মরম লৈতে ।। মরমদি নাউথিংখোংগী মতম অসী খৃস্তগী ৭/৮ শুব চহীচাদনি ।। অদুগ নোংপোক নিংথৌ খুরুম্বদি খৃস্তগী মমাঙ ফাওবগী মতমদগী ওইব য়াই ।। মরমদি লাইহরাউব হায়ব কুম্মে অসী খৃস্তগী মমাঙ চহী চামরি অদুবাইদ নোংপোক মালং হম্মোইব কায়নৌ চীংসোম্ববু নোংমাইজীং চীংদোন্দ লাইয়ামগী নিংথৌ হাগুন লাইয়াম্ন লৈ লাংদুন হরাউন

শান্নখিব মবোঙ মতৌ অদু তমদুন খৃস্তগী মরি শুব চহীচাগী অদুবাইদ খাবশিংন হৌদোকখিবনি হায়ন থাজনৈ ॥[৫] লাইয়িংথৌ নোংপোক নিংথৌ খুরুম্বগ চীংগোই ঈরুপ্পগ থৌরম অনী অসী পূনশিন্নখিবগী বানি ॥ পীতঙঙাগী য়াইবীন য়ুমজাউ লাইরেম্বীদ তিনখিব নুমিৎ অসী লমতা থাগী মাকমৈ ১৪(১৩?) নি পানব নুমিৎনি ॥[৬] মাকমৈ হায়বগী বাহন্দোক অনী লৈ ॥ অমন থা অমগী লোইশিল্লকপ মমৈ থানিল মতুং হায়বনি ॥ মসীগী খূদমদি "--- লোইদাম থারেন খূদিংগী থাশিং থানিল মাকমৈ নিপান্নি পানবনা খোইয়ুম লাইথোঙ মরিমক্তা --- বারম তাঙনা খঙজরে ॥" (খম্লাং পাবারী অহুইরোন-লা ৪২) ॥ মফম অসীদ শীজিন্নরিব মাকমৈ হায়রিব অসী থানিল মতুং নিপান্নি পানব হায়বদি ২৩নি পানব হায়রিবনি ॥ মরম অসীন করিগুম্ব মফম মতমদ মাকমৈ হায়বগী বাহন্দোক অমন থাগী মমৈ ওইব শরূক হায়বনি ॥ অতোপ্প বাহন্দোক অমন থাবান হায়বনি ॥ অয়ীবন মতাং অসীদ মাকমৈগী বাহন্দোক অসী অহানব বাহন্দোক হায়বদি মমৈ ওইব শরূক নিন্দুং থামৈ ওইন লৌরি ॥ নোংপোক অমসুং পাম্বোইবীবু খুরুমবগী মতাংদ পন্দিত মাধব অমসুং খেলচন্দ্রন হায়– "লমতা থা ২৮ নি পানবদ নোংপোক সনা চীংদোনপোক শেল্লোই লংমাইচীং--- লৈকোই চিকংলেন অসিদা নোংপোক মালং হুমওইব --- নোংপোক নিংথৌ মশানৌ ইবেম্মা --- নোংপোক পাম্বোইবীবু মৈতৈ পোইরৈ হনু হন্না, নহা নুপী পুম্নমকনা চিংদুনা চীংঙু মরমবু খোইয়ুম মমাইবনা ঈরাৎলি - - - ॥"[৭] অসূম্ন থৌরম অনীসীগী থাবান মান্নব নম্ভগ থংনব অসীন মরম ওইদুন পূনশিনখিব ওইগনি ॥০॥

নোংপোক নিংথৌ খুরুম্ব অমসুং চীংগোই ঈরূপ্পবু চন্দ্রকির্তি সনা হাক্তক্ত (খৃস্তকুম ১৮৫০-৮৬) শিব মহাদেব খুরুম্ব চীংগোই বারুনী হায়ন ওম্বোকখি ॥[৮] নিংথৌ অসীগী হাক্তক্ত য়ুম্নাব কৈকংবন গোসাইদ পীথোক্তুন সেবা চৎহনখি ॥ অসূম্ন বামোন্ন সেব চৎখি ॥[৯] খৃস্তকুম ১৯৭৮ দ লাইফম অসীদ লাইয়িংথৌ নোংপোক নিংথৌ লাৎপ হিংগৎহন্নবগী খোঙজঙ অম সনামহী লাইনীংলোয়শিংন চঙশিনখি ॥ গোবিন্দ তেমপল বোর্দপু অথিংব পীখি ॥ ***মীতৈ নেসনেল ফ্রন্ত*** কী ফিমু শেৎপ নহারোলশিংন ঈরাৎ থৌরম অদু কায়দনব য়াম্ন চেকশিন্ন ঙাকশেনখি ॥[১০] ওল্লকপ চহী খৃস্তকুম ১৯৭৯ দ লাইফম অসী মুন্নবগী মতাংদ মুক্লব থোকখি ॥ ***মীতৈ নেসনেল ফ্রন্ত*** কী নহারোলশিংন কম্ন হোৎনবদগী

***গোবিন্দ তেম্পল বোর্দ*** অমসুং ***অন্দ্রোগী কাণ্ডবু*** অনীমক লাইফম অসীদ খুৎ থিংজিনহনখিদে ।।[১১] অদুম ওইনমক লাইফম অসীবু মখোয়ন মপুণ্ড ফান খুদুম চনশিনবদি ঙমখিদে ।। ***গোবিন্দ তেম্পল বোর্দ*** ন বারুনী মহাদেব হায়ন লাৎলম্ব অদু খৃস্তকুম ১৯৯৭ তদি ***নোংপোক নিংথৌ থৌগল লৃপ*** ন লাইফম অসী লৌশিনখি ।। মসী গৌহাতি হায়কোর্তকী রাই অমগী মতুংইন্ন ***গোবিন্দ তেম্পল বোর্দ*** ন পায়ব য়ারোই হায়খিবদগীনি ।।[১২] মসীন তকলিবদি নোংমাইজীং চীংদোলগী লাইফম অসী শিব মহাদেবগী লাইফম নত্তে, লাইয়িংথৌ নোংপোক নিংথৌগী লাইফমনি হায়বসীনি ।। খৃস্তকুম ১৯৯৮ দগীদি অন্দ্রোগী মরু ওইব লাইনীংলোয়শিং য়াওব ***নোংপোক নিংথৌ থৌগল লৃপ*** ন চাং নাইন লীশাংশীৎন লাইফম অসীগী অশীন অরাঙ ওইখ্রে ।।[১৩] গোবিন্দ তেম্পল বোর্দকী মখৃত্তগী শিব মহাদেবনি হায়দুন খুরুম্মরম্ব নোংমাইজীংগী নোংপোক নিংথৌ লাইফম লৌশিনবগী খোঙজঙ অসী মীৎয়েং অমরোমদ য়েংলগ, মায় পাক্লব খোঙজঙ অমনি হায়ন অয়ীবন লৌই ।। মসীগী মরমদি লাইফম অসীদ লৈরিব লাই অসীবু লাইশক খঙন ঈরাৎ থৌবম তৌরক্লিব অসী সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী ওইনসু মায়পাকপ অমনি ।।০।।

পান্দুপ অসীদ সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌদ অনৌব ঈনোৎক লোয়নব থৌদোক খরগী ৱারী পীজস্ত্রব মতুং অসীদ সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ অসীন মরম ওইদুন নৌহৌন হিংগৎলকপ নত্ত্রগ ইনৌ নৌন হৌদোক্লকপা হরাউ কুম্মে খরগী পাউদম মখাগী পন্দুপ্ত থমজরে ।।০।।

**মচাক তানফম ওইব লাইরিক অমসুং চেফোঙশিং**

১) (১) (২) – ***পাম্মোইবী খোজুল (১৯৭২)*** : শিন্দোকপ- মোইরাংথেম চন্দ্রসিং

২) (২) (৩) (৮) (৯)– ***ইনাৎকী হরাউকুম্মে (১৯৯৪)*** : অয়ীব-খুলেম চন্দ্রশেখর

৩) (৩) (২)– ***লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিংগী ৱারী শীংবুল (১৯৯৯)***: অয়ীব-সাইরেম নীলবীর

৪) (৪)– ***নাউথিংখোং ফম্বালকাবা (১৯৬৭)***: শিন্দোকপা-নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র

৫) (৫)– ***মনিপুরী জগোই সেমিনারগী নৈনখিব মশক (১৯৭১)***: লেৎশিনব-এলাংবম নীলকান্ত (মনিপুর স্তেত কলা একাদেমি)

৬) (৬)– ***চীজোই ঈরাম*** : ওইনাম ভোগেশ্বর (মীতৈগী হরাউ কুম্মে - সেমিনার পেপর - ১৯৮০: য়ুনিভর্সেল লিতরেরী এসোসিয়েসন, খুরায় লমলোং কৈথেল)

৭) (৭)– *খুনুং লীচং শাজং(১৯৭০)* : অয়ীব-মাধব অমদি খেলচন্দ্র
৮) (৭)– *মৈতৈ খৌনি লীচং (১৯৯০)* : অয়ীব- ইরোম অমুবী
৯) (৮)– *চিজোই লৈরাম* : মোইরাংথেম চন্দ্রসিং (মীৎয়েং-২১শুব মশীং ১৯৭৮)
১০) (১০) (১১)– ***Manipur Past and Present Vol.-II (1991)*** : Edited by: Dr. Naorem Sanajaoba
১১) (৬) (৮) (১২) (১৩)– *মীতৈ মাংকী শকময় হরাউ কুম্মৈ* : সাইরেম নীলবীর (সেমিনার পেপর ২৩/১২/২০০০): অশীনব–মনিপুর স্তেত আর্কাইভস



# ১৫

## সনামহী লাইনীংগী হরাউ কুম্মে হিংগৎলকপ

সনামহী লাইনীং অসী অসুম অসুম শন্দোক্লকপগ লোয়নন লাইনীং অসীগী শিধরুবব হরাউ কম্মে অমসুং থৌরম খবদি ফজন পাঙথোক্লরক্লে ।। মখোয়শিং অদুগী মনুংদ শীংথাব য়াব খর মখাদ লৌখৎচরি –

**১ঃ শজিবু নোংম পানবদ চৈরাউব** – চৈরাউব হায়বগী ৱাহন্দোক্তি অনৌব চহী অম হৌরে হায়নন লাউথোকপ হায়বনি ।। *চৈ* হায়রিব অসী *চহে* হায়বগী শমজীল্লকপ খোম্লোক্কী ৱাহেনি ।। *চহে* হায়বসী অরিব ৱাহেনি, *চহী* হায়বনি ।।[১] চৈথাব হায়রিব অসীসু চহী+ থাব হায়বদি অনৌব চহী অমবু থাব (হৌহনখিব) হায়বনি ।। থাবগী ৱাহন্দোক্তি অককুব মফম অমদগী পম্বুংফম অম য়ৌনব খোঙচৎ নত্ত্রগ খোঙজেল অমবু হৌহনখিব, চৎহনখিব হায়বনি ।। মদুগী খৃদমদি– লমজেল থাব ।। লমজেল চেনবগী লমথাব ওইরিব নুপা অদুবুসু লমথাব হায়নন হৌজিকসু হায়নরি ।। চৈথাব হায়নন কৌনরিব অসীগী মতাংদ অয়াম্বন অসূম্ন হায়নৈ মদুদি– নিংথৌ কিয়াম্বগী মমাঙগী মতমদদি– ঙসীদগী চহী হৌরে– হায়দুন পানা মরিগী নুপা মরিন মতোন্দ শরীক থাংব খোকৱাগী চৈ পায়দুন কোয়ন চত্তুন লাউরম্মী ।। অদুবু কিয়াম্বগী মতমদগীদি চৈ পায়দুন লাউব অদু থাদোকপ্রে, মদুগী মহুত্ত নিংথৌন মহাক্ক মপোক ময়ি মান্নব নুপা অমবু সনাকোনুংদ লৈপাক্কী অৱা অনা পুম্নমক মহাক্ক পুরগে মমাঙগী চহীদগীদি অনৌব চহী অসীন হেন্নফব ওইরসুনু হায়নন লাউহল্লে, চৈ থাদোকপ্রে হায়বদগী চৈথাব কৌখিবনি হায়নরি ।।[২] অদুবু চৈথাব নুপা অদুন লাউরিব ৱাহৈশিং অসীদগী ঐখোয়ন খঙব ঙমই মদুদি – কিয়াম্বগী মতমদবু ওইরবসু মমাঙঙৈদ চৈথাব নুপা অসীন অনৌব চহী হৌব নুমিত্ত ৱাহৈ খর নিংথৌগী মমাঙদ লাউব মতমদ মহাক্ক পায়রিব চৈ অদুবুদি খক থাদোক্তে ।। মদুগী খৃদমদি চৈথাব নুপা অদুন লাউবদ "--- শরীক খীং খীং থাংন লৈরক থৌগাই চৈবু *খোক্লাং লেংদ থোংন চৈথাব কুম*, কুমজা অনৌবন চৈগারকপ

অসীদ ফত্ত হাওদি, শাবাউ লানপাউ কল্পক য়েক্র পুন্নমক্তি থরে লেমলে তারসুনো ----- " হায়ন লাউই ।।[৩] *খোক্লাং লেংদ থোংন চৈথাব কুম* হায়ব অসীন তাকলিবদি চৈথাব নুপা অদুন চহী থাবদ চৈশাং অদু থাদোক্তে মরেংবান্দ থোংদুন মাগী লাইশোল অদু লাউই হায়বসীনি ।।

মথক্কী শম্ন নৈনব অসীদগী খণ্ডলে মদুদি চৈরাউব হায়বগী ব্রাহন্দোক্তি অনৌব চহী অম হৌরে হায়ন লাউথোকপ হায়বনি ।। ব্রান মখোক পানব শরীক অদুদি লৈঙাক নিংথৌগী মতীক ময়াই তাকপ খুদম পোৎশক ওইগনি ।। অদুগ চৈথাব হায়বন অনৌব চহী অমবু থাব, খোঙচৎ হৌহনব নুপা অদুবু খণ্ডনফম থোকই ।। অদুন হৌজিকসু ঐখোয়ন কুমসীগী চৈথাব কনানো হায়ন হংনবদ কুমসীগী চৈথাবদি তোম্বনি চাউবনি হায়ন খুন্নরিব অসীনি ।। নুপা মরিন শরিক থাংব চৈ পায়দুন লাউরম্ব অদু তোক্তুন অকক্লব নুপা অমন চৈথাব ওইন লাউবগী চৎনবী অসী কিয়াম্ব নিংথৌ হাক্তক্তগীনি ।। অহানব চৈথাব নুপা অদুগী মমিং হীয়াঙলোই কৌই ।।০।।[৪]

কংলৈপাক মনিপুরদ চরক পূজা নুমিত্ত চৈরাউনরকখিব অসীদী ১৮ শুব চহীচা হৌগৎলকপদ মীতৈশিংন হিন্দু লাইনীং লৌরুবদগী ওইরকখিবনি ।। শ্রী অতোম্বাপু শর্ম্মন মহাক্কী *মনিপুর ইতিহাস-অনীশুব খন্দ*দ অসূম্ন হায় "চৈরাউব হায়ব চহী হৌবগী থবক অসী হৌজিক্তি বৈশাখ সংক্রান্তিদ তৌরে ।। মদুদি মৈতৈন গৌরিয়া দিক্ষা তৌঙেদগী ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী সনাহাক্তক্তগী বঙ্গদেশ অমসুং অসামগী মতৌ তমদুন সৌরমান চত্তুন তৌবনি ।।"[৫] মখা চৎথন মহাক্ক হায়— "মৈতৈন ষচিফু থাদ চহী হৌরমই ---- মখোয়ন মোকাং শলকানা নুমিৎতাবা মতমদা থোকপা এংদুনা থা অদুগী অহৌব *নোংম পানবদ* চহি হৌরে হায়ন প্রজাশিংদা তাক্লম্বদগী কাইনথংদা ক্যাম্বা হাকথক্তা মী অমমমনা চৈথাবা অসি হৌদোকখি ।।" [৬] সনা কোনুংগী পন্দিত ইরোম অমুবীন মাগী *শজিফু চৈরাউবা*দ হায়— " চৈরাউব নুমিৎকী নোংমা বাৎলিঙৈ নুমিত্তুগী নুমিদাং য়াচঙব মতমদা অমাইবশিংনা খোইয়ুম হৈবোক চীংদ লৈরিব লাইফম অসিদা চত্তুনা ঈরাংথৌনিগনি ।। ---- থৌরম অসীবু শীংশৎপা কৌই ।। ---- শজিবুগী নোংম বাৎলিঙৈ শীংশৎপগী থৌরম অসীদ চঙগদবা পোৎচঙ চৈজঙ থৌরমশিংদি--- অসি খৈবিক্কী পোৎলন্না থৌনি ।।" পন্দিত খুলেম চন্দ্রশেখরন মহাক্কী *ইনাৎকী*

হুরাউ কুম্মে দ অসুম্ন হায় — " - - - শগোল তোংদুনা চৈ মতোন্দা শরিক য়াম্নগা, ওসিদগী হৌনা অনৌব চহি অম হৌরে হায়ন লাউগনি ।।- - - নুমিৎ অসিবু - - - শজিবু লাকয়েন তাইবা অসুম্ন হায়নৈ ।। - - - থৌরম অসি শজিবু থা অহানব হৌগৎলকপদা তৌই ।।"[৮] পন্দিত অহুম অসীন হায়খিব ব্রাফমশিং অসীদগী ঐখোয়ন য়াম্ন শেংন খঙলে মদুদি— ফুরূপ অসীন চরক পুজা নুমিত্ত চৈরাউনদ্রিংঙৈ মমাঙদ শজিবুগী নোংম পানবদ চৈরাউনরম্মী ।। (১) শজিবু চৈরাউব মতুংদ নুমিৎ ৫নি শিল হেন্নরম্মী ।। থবক সূনরমদে ।। কাং শান্নদুনা লৈনরম্মী ।।[৯] হিন্দু লাইনীংগী চরক পুজা নুমিত্ত চৈরাউবদি শজিবু থা শিরমদাইদ চৈরাউবসু য়াওই ।। অদু ওইরবদি শিল হেনব অসী কালেন থা য়ৌব ফাওব পাঙথোক্নরকপ য়াওফম থোকই ।। খূদম ওইন খুস্তকুম ১৯৯৯ গী এপ্রিল ১৪ দ চৈরাউনখিব অদু শজিবুগী ২৮ নি পানব নুমিত্তনি ।। অদুন শিল হেনব অসী কালেনগী হুমনি পানব ফাওব চৎথফম থোক্লকই ।। (২) লাইগী থৌরম অয়াম্ব থাবান্দ পাঙথোক্লে ।। কুমসীগী শজিবু নোংম পানবদ অহল অম শিরবদি অহল অদুগী কুমওন ফীরোয় নোংমৈগী শজিবু নোংম পানবদ পাঙথোক্নরকই ।। (৩) শজিবু নোংম পানবদ চৈরাউবগী চৎনরোল অসীদি খুৎথেক্ত পারগ থাবান্দ চৈরাউবগী মরোঙনি ।। নুমিৎকী চহীন থাগী চহীদগী নুমিৎ ৫ নিগ পুঙ খর হেল্লি ।। চহী ৬ কী মতুংদদি নুমিৎ ৩১½ রোম হেল্লে ।। অসুম্ন হেল্লকপ মতমদ শজিবু থারোম্নব হায়দুন চহী অমদ শজিবু অনী লৈগনি ।। অসুম্ন তৌরবদি অকোনবগী শজিবু নোংম পানবদ চৈরাউগনি ।। [১০] পুন্নমক অসীগী অকূপ্ন কুম্বারোল অমগী তঙাইফদব লৈ ।।০।।

শজিবু চৈরাউবগ মরী লৈনব কোংব লৈথোঙ ফাৎপ শজিবু লৈখুন ফুনব হায়ব লাইগী থৌরম অসী লৈনুং লোনজা অরিবগী মতমদদি কংলা মনুঙদ পাঙথোক্নরম্মী ।।[১১] হৌজিক কোংবরোমদ পাঙথোক্নরিব অসীদি খুন্তগী অহানব চহীচাদ নিংথৌ ওইখিব নোংদা লাইরেল পাখংবগী হাক্তক্তগীনি ।।[১২] মরম অসীন শজিবু চৈরাউব হায়ব থৌরম অসী ঙসীদগী চহী ২০০০ রোম গী মমাঙদগী লৈরমলে হায়ব অসীদি য়াম্ন শেংলব ব্রাফমনি ।।০।।

মথক্ত হায়খ্রিব মরম কয়ামুক অসী লৈব মরম্ন ফূরূপ মসীগী শাগোম্নরক্লব পারম পুরমচৎকী লাইনীং— সনামহী লাইনীং চৎপ মীওই অয়াম্বন শজিবু নোংম পানবদ চৈরাউব লাইনীংগী ওইব কুম্মে অসীবু মালেমগী অনীশুব লানজাউ

মতুংদগী অমুক হিংগৎহনখি ॥ খৃস্তকুম ১৯৭০ গী মতুংদগীদি শজিবু নোংম পানবদ চৈরাউবগী মীশীং তপ্প তপ্প হেনগৎলকখি ॥ হিংগৎ ঈহৌ অসীগী শরূক অমওইন লূপ নিপান হায়বদি— ১) হৌরকফম থিজিনব কাঙলুপ, ২) শজিবু নোংম পানব চৈরাউব থৌপাঙ লূপ, ৩) ঈনাৎ কনব লোয়শঙ, ৪) লৈমরোল শিন্থা মরূপ, ৫) চৎনরোল থিগৎপ কাঙলূপ, ৬) নোর্থ ইস্তর্ন কলচরেল রিসার্চ এসোসিএসন, ৭) কংলৈ ঈনাৎ কনবা ফূরূপ অমসুং ৮) শজিবু নোংম পানব চৈরাউব এদহোগ কমিতি হায়রিব লূপ ৮ অসীন পূনশিন্দুন ***শজিবু নোংম পানব চৈরাউব এল্লন কমিতি*** কৌব লূপ অম শেমদুন "খৃস্তকুম ১৯৮০ মার্চ তাং ১৭ নিংথৌকাবা নুমিত্ত চৈরাউবিয়ু" হায়ব চেরোল অম মীয়ামদ চাইথোকখি ॥[১৩] কমিতি অসীন ***শজিবু নোংম পানব নুমিৎ*** অসীবু পোৎথা নুমিৎ (হোলিদে) ওইহনবীয়ু হায়ন মতমদুগী চিফ মিনিস্তরদ নীংশিং চেরোল অম পীশিনখি ॥[১৪] মনিপুর লৈঙাক্ল নুমিৎ অসী ***অপাম্বশিংগী পোৎথা নুমিৎ (রেস্ত্রিকতেদ হোলিদে)*** ওইরে হায়ন ওল ইন্দিয়া রেদিও ইম্ফালদ লাউথোকখি ॥ [১৫] খৃস্তকুম ১৯৮০ দগীদি হিন্দু লাইনীং চৎপ মীতৈশিংসু শজিবু নোংম পানবদ চৈরাউব ফন য়াম্ন য়াওনরকখি ॥ চহী অসীগী শজিবু নোংম পানবদ সনা কোনুংসু চৈরাউখি ॥ নুমিৎ অদু হৈনৌখোঙনেম্বী কোনজেং লৈকাইদ লৈব অকোইজম পিবান চৈথাখি ॥[১৬] খৃস্তকুম ১৯৮২ শজিবু নোংম পানব অসী মীতৈ চৈরাউব নুমিৎ ওইবন লাইরিক তমফমশঙ লৈঙাক লোয়শঙ কয়া পোৎথা নুমিৎ ওইখি ॥ অসুম্ন নোংম পানবদ চৈরাউবগী মীশীং অসী অসুম অসুম হেনগৎলপদগী ওইগনি মদুদি খৃস্তকুম ২০০০ গী শজিবু নোংম পানব ***মীতৈ চৈরাউব*** নুমিৎ অসী মনিপুর লৈঙাক্কী ***জেনরেল*** অমসুং পাব্লিক হোলিদে লিস্তত য়াওরে ॥[১৭] শজিবু নোংম পানবদ চৈরাউব অসীবু ***মীতৈ চৈরাউব*** হায়ন কৌই ॥[১৮] খৃস্তকুম ২০০১ গী শজিবু চৈরাউখ্রে ॥ শজিবু নোংম পানব মার্চ ২৬ নিংথৌকাব নুমিত্ত মীতৈ য়ুমথোঙ অয়াম্বদ অনৌব কুমগী য়াইফ থৌজাল থৌনিখ্রে ॥ লৈপাক্কী ওইন ইনিংথৌ ইবুংঙো মৈদিংঙু লৈশেম্ব সনাজাউবন চীংঙা তেজপুরদ লৈব হিজম য়াইমবু চৈথাহনখ্রে ॥ চীংমী তম্মী য়েক শলাইচাশিংগী চৈরাউব চৈথাব লোইখ্রে — হায়ন উত্রা শঙলেন সনা কোনুং ইম্ফালগী চেরোল অমদ হায়খি ॥[১৯] চেরোল অদুন মখা তান অসুম হায়খি —" শজিবু ৭নি চনব (১/৪/২০০১) নোংমাইজীং নুমিত্ত লৈপাক নিংথৌ য়াথং পুদুন লৈপাক্কী

য়াইফনব কোংব লৈথোঙ ফাং শজিবু লৈখুল ফুনবগী থৌরম অদু পাঙথোক্লগনি ॥ মসী লৈপাক নিংথৌগী মশিলনি ॥ নুমিৎ অসীদ ***গোবিন্দ তেম্পল বোর্দন*** তোংঙান্না মহৌশাগুম নিংথৌ য়াওদন কোংব লৈথোঙ ফাৎচিন্নকপ থোক্লবদি মদু চীং-তম ইনাৎপু করেম্নবনি ॥ নিংথৌবু শীংনবনি হায়ন লৌগনি ॥"[২০] কুমসি চহীগী ওইব ***মীতৈ চৈরাউব*** শজিবু নোংম পানব খৃস্তকুম ২০০২, এপ্রিল ১৩, থাংজ নুমিত্ত পাঙথোকখি ॥ নুমিৎ অসীদ কংলৈপাক মনিপুরগী নিংথৌ সনাজাউব লৈশেম্বন ময়ায় তাঙবল লৌদুন কংলা মনুংদ চৈথাবগী থৌরম পাঙথোকখি ॥ খুরায় থোইদিংজম লৈকাইদ লৈব অহলথেম পাকচাওন চৈথাখি ॥ থৌরম অদুদ ইনিংথৌন লৈবাক মীয়ামদ য়াইফ পাউজেল পীবগ লোয়নন নুংঙাইব ফোঙদোকখি ॥[২১] লৈঙাক্কী মায়কৈদগী গবর্নর অমসুং চিফ মিনিস্তরন লৈবাক মীয়ামদ য়াইফ পাউজেল পীখি ॥০॥ [২২]

মথক্কী থৌদোক ঝারীশিং অসীদগী ঐখোয়ন খঙলে মদুদি – সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী শরূক অম ওইন ***শজিবু নোংম পানবদ চৈরাউব*** গী খোঙজঙ অসী মায় পাক্লে ॥০॥

**মচাক তানফম ওইব লাইব্রিক অমসুং পাউচেশিং**

১) ***(১)– অরিব মনিপুরী লোনশৈ (১৯৭৮)*** ঃ খোমজিনব - নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র
২) ***(২) (৩) (৪) (৭) (১০-১২)– শজিবু চৈরাউবা (১৯৮০)*** ঃ অয়ীব - ইরোম অমুবী
৩) ***(২) (৩) (৪) (১০-১২)– কংলৈ নিংথৌ চহী (১৯৬৯)*** ঃ শিন্দোকপ - ওয়াংখৈরাকপম কুলচন্দ্র
৪) ***(২) (৩) (৫) (৬) – মনিপুর ইতিহাস-২তুয় খন্দ (১৯৪২)*** ঃ অয়ীব - শ্রীঅতোম্বাপু শর্মা
৫) ***(৮) (৯)– ইনাংকী হরাউ কুম্মৈ (১৯৯৪)*** ঃ অয়ীব – খুলেম চন্দ্রসেখর
৬) ***(৯) (১০)– সনামহী লাইনীংগী শজিবু চৈরাউব (১৯৮২)*** ঃ অয়ীব – ওয়ারিয়াম্বম কাংজীয়া মঙাং
৭) ***(৯)– খুনুং লীচৎ শাজৎ (১৯৭০)*** ঃ অয়ীব - মাধব অমদি খেলচন্দ্র
৮) (১০)– ***মীতৈগী নাংকী শক্তমদ হরাউ কুম্মৈ*** : সাইরেম নীলবীর (সেমিনার পেপর ২৩/১২/২০০০ ): অশীনব – মনিপুর স্তেত আর্কাইবস
৯) (১৩) (১৪)– ***হুইয়েন লানপাউ*** (১৭/৩/৮০)
১০) (১৫) – ***ওল ইন্দিয়া রেদিও, ইম্ফালগী*** মীতৈরোনগী ন্যুজ পাউদ লাউথোকখিবদ অয়ীবন তাহৌব
১১) (১৬)– ***শজিবু নোংম পানবদ চৈরাউব*** (মতম্গী খোঙথাং - মার্চ/এপ্রিল ১৯৮০ -ইদিতর: এস.নীলবীর)
১২) (১৬)– পাথৌ (২১/৩/৮০)
১৩) (১৭) (১৮)– ***মনিপুর গবর্নমেন্তকী জেনরেল অমসুং পব্লিক হোলিদে লিস্ত*** ২০০০গী য়েংখীয়ু ॥
১৪) (১৯) (২০)– ***হুইয়েন লানপাউ*** (৩১/৩/২০০১)
১৫) (১৩-১৬) – ***সনামহী লাইনীংগী সেমিনার (২০০০)*** : অশীনব – সনামহী লাইনীং কেন্দ্র, ইম্ফাল

১৬) (২১) – হুইরেম লালপাউ (১৬/৪/২০০২)
১৭) (২২) – লোক্লকম (১৩/৪/২০০২)
১৮) (২২) – হুইরেম লালপাউ (১৩/৪/২০০২)

**২ঃ পাম্হৈবী ঈরাৎপ–** লাইরেম্মা পাম্হৈবী কৌবী মহাক্তি য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা নোংথাং লৈমগী লাইওল লাইচং ওইবীনি ।।[1] লাইরেম্বী মাদি তমফা পাম্ব কৈরেল ফাবী, কৈরেল কৈজাউ তোংবী, খীকলোই মপালথক্ত, লাংগোই শগোল থৌবদ, লাংগোই খোঙ্গুল তাদবী, খমকোন খোঙনেৎনবী, মালং চৈরোয়নবী, নুংনাং খুদানবী, নোং চুদন শাইচোৎপী, নুংশা শাদন ফৌকংবী, তমফা কোরৌ অবাঙবী, মালেম লৈবু লূম্বী, কোরৌ নোংবু খোনবী, ঝাংবল মতৌ য়াম্বী লাইরেম্বীনি ।।০।।[2]

য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা পাম্হৈবী অসী ফূরূপ অসীগী ওইন উমংলাই হরাউবগ শাগোম্নরকপ লাইরেম্মানি ।। উমংলাই অম ওইনদি লমদম অসীগী তোংঙান তোংঙানব মফমশিংদ লাইরেম্মা অসী উমং লাইকোম্নুং কয়াদ লাইয়িংথৌ নোংপোক নিংথৌ কায়নৌ চীং শোম্বগী ওইরম ফম্বাল ঙাম্ন লৈ ।।[3] পামহৈবগী হাক্তক্ত শান্তদাস গোসাইন হীয়াংথাং লাইরেম্বী হীরৈমগী লাইফম্বু কামাখ্যা দেবীগী লাইফম ওম্থোকখি ।।[4] অদুবু দুর্গা দেবীগী শক্তম শাদুন চহী খূদীংগী মেরা চাউরেল হৌব নুমিত্তগী পূজা তৌব হৌনখিব অসীদি ইনিংথৌ চন্দ্রকির্ত্তিন হৌদোকখিবনি হায় ।।[4ক] অদুগ মীতৈ হিন্দু অয়াম্বগী য়ুমদ দুর্গা/দেবী পূজা পাঙথোক্লরকপ অসীদি বঙ্গালীশিংন লমদম অসীদ বাবু ওইদুন লৈরকপদগী মখোয়ন দুর্গা পূজা তৌবগী মতৌ তমদুন চৎনরকপনি হায়নৈ ।।[5] মরম অসীন অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু পাক শন্ন দুর্গা/দেবী পূজা তৌনরকপ হৌরকপসি ঙল্লবদ খৃস্তগী ১৯ শুব চহী চা লোয়শিল্লকপ অদুবাইদগী ওইগনি ।।০।।

মেরা থাদ দুর্গা পূজা মতমদ খূদোংচাগদৌব মফম য়েংদুন মতম মতমগী ওইব লাইয়িম লাইশঙ শাদুন পাম্হৈবী ঈরাৎপগী কুম্মৈ পাঙথোক্লরকপ অসীমক্তি সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ লাকপগ লোয়নন ঙসীদগী চহী ৪০ গী মমাঙ খৃস্তকুম ১৯৬১ দ থাঙমৈবন্দগী হৌদোক্লকপনি ।।[6] ঈরাৎ কুম্মৈ অসীমক্তি লমদম

অসীদ হিন্দু লাইনীং শন্দোক্লকপ মতমদ পাম্মৈ অম ওইন লাইয়িংথৌ নোংপোকপু শিব মহাদেবনি অদুগ লাইরেন্মা পাম্থোইবীবুন দুর্গানি হায়জিল্লুব অদুগী খুদোংচাব লৌরগ লাইরেম্বী অসীন দুর্গাগী মহুৎ শীনজিন্দুন দুর্গা/দেবী পুজাগী মহুত্ত পাম্থোইবী ঈরাৎপ ওইন সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী মীওইশিংন পাঙথোক্লরকপ ওইগনি ।।[৭] *হৌজিক্তি পাম্থোইবী ঈরাৎপ* সু যূরূপ অসীগী অচৌব হরাউ কুম্মৈ ওইশিল্লক্রে ।। পাম্থোইবী ঈরাৎ কুম্মৈ অসী মফম খরদদি অয়ুক্ত পেনান য়াকাইরোল শকপ অমসুং মাইবীন লাইমাঙ ফমদুন লাইবাউ চেনবগী মবোঙ য়াওশিল্লকপসু উরে।। দুর্গা পুজা তৌরম্ব লমপাক খরদি পাম্থোইবী ঈরাৎফম ওইশিল্লকপগী মবোঙ উব ফংই ।। *দুর্গা পুজা* হায়বগী মহুত্ত *পাম্থোইবী ঈরাৎপ* হায়ন ইব ফল্লাং কেলেন্দর লৈবা য়াওরে ।। থৌবোঙ অসী সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী ঈথিল অমনি ।।০।।

**মচাক তানফম ওইব লাইরিক অমসুং চেফোঙশিং**

১) *(১)— লৈহৌ নাউফমলোন (১৯৮০) ঃ* শিন্দোকপ - ইয়োম অমুবী
২) *(২)— পাম্থোইবী খোজুল (১৯৭২)ঃ* শিন্দোকপ- মোইরাংথেম চন্দ্রসিং
৩) *(৩)— লাইহিংথৌ লাইরেম্মশিংগী য়ারী শীংবুল (১৯৯৯) ঃ* অয়ীব - সাইরেম নীলবীর
৪) *(৪)— অরিব মনিপুরী সাহিত্য ইতিহাস (১৯৬৯)ঃ* অয়ীব —নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র
৫) *(৪ক)— মনিপুরগী শুমাংলীলা অমসুং থিয়েটর (১৯৮০) ঃ* অয়ীব— অয়েকপম শ্যামসুন্দর
৬) *(৫-৭) — মীতৈগী নাংকী শক্তমদ হরাউকুম্মৈ-(২৩/১২/২০০০) সেমিনার পেপর ঃ* অয়ীব - সাইরেম নীলবীর ঃ অসীনব-মনিপুর স্তেত আর্কাইভস

**৩ঃ সরস্বতি পুজা তোকখিব** — সরস্বতি হায়বী লাইরেম্বী অসী হিন্দু লাইনীংগী লাইরেম্বী অমনি ।। মহাক অসী হিন্দু লাইনীংগী অথোইব লাই অম ওইরিব ব্রহ্মা কৌব লাই অদুগী তল্লোয় লৈমনি হায়ন থাজনৈ ।। কংলৈপাক মনিপুর অসীগী হিন্দু লাইনীং চৎপ মীতৈশিংন লাইরেম্বী অসী মহৈগী লাইরেম্বী অম ওইন মহৈ তমফমশঙ স্কুল কলেজশিংদ সরস্বতি পুজা নুমিৎ হায়বদি ফাইরেলগী ৫ নি পানব নুমিত্ত পুজা তৌনরকই ।। সরস্বতি পুজাগী কুম্মৈ হৌরকফমদি জোনস্তোন স্কুলদগীনি হায়নৈ ।। স্কুল অসীদ লাইরিক তম্ব অসী বেঙ্গোলীলোন অমসুং বেঙ্গোলী ময়েক্লা মরুওইব শরূক অম ওইরম্মী ।। চৎনবী

অদু খৃস্তকুম ১৯২৪ ফাওব চৎথখি ।।[১] স্কুল অসীদ ওজা ওইব বেঙ্গোলীশিংগী নাৎ পামজবশিংন সরস্বতি পুজা তৌব অসী হৌদোকখিবনি হায়নৈ ।। জোনস্তোন স্কুলদি মিদল ইংলিস স্কুল অম ওইন খৃস্তকুম ১৮৮৫-৮৬ ত লিংখৎখিবনি ।। অদুবু খৃস্তকুম ১৮৯৩ দ ফাওব মহৈরোয় কাবগী চাংদি নোংমদ ৫৭ খক্তনি ।।[২] মরম অসীন হরাউ কুম্মৈ অসী কংলৈপাক মনিপুরদ ওল্লবদ খৃস্তগী ১৯শুব চহিচা লোইশিল্লকপ নত্তগ ২০শুব চহীচা হৌরকপদগী হৌরকপনি হায়ব তাই ।। কোম্ন লমদম অসীদ স্কুল কয়া অমসুং খৃস্তকুম ১৯৪৬ ত দি:এম: কলেজ লীংখৎলক্লব মতমদ জোনস্তোন স্কুলদ তৌব সরস্বতি পুজাগী কুম্মৈ অদুগী মতৌ তমদুন কলেজ অসীদ অমসুং অতৈ অতৈ মহৈ তমফমশিংদসু পাঙথোক্লখি ।। হরাউ কুম্মৈ অসী য়াম্ন চাউন পাঙথোক্লবগী চৎনবী লৈরম্মী ।। সরকারগী স্কুল কলেজশিংদদি সরস্বতিগী শক্তম লৈবাক্ল শাদুন শক্তম অদু মহৈরোয়শিংন পুরগ প্রোসেসন চত্তুন *সরস্বতি মাতাগী– জয়, মহৈ লাইরেম্বীগী—জয়* হায়বনচিংব খোল্লাউ কয়া লাউদুন স্কুল কলেজ ফাওব পুরকনৈ ।। অথুম অহাউ তলনচিংবা মহৈরোয়শিংদ য়েনথোক্তুনা চামিন থকমিন্নৈ ।। নুমিৎ অদুগী নুমিদাংদ হরাউ কুম্মৈ কয়া তৌই ।। অসীগুম্ব হরাউ কুম্মৈ অসী খৃস্তকুম ১৯৭০ অদুবাই ফাওবদি য়াম্ন চাউন তম্পাক্কী স্কুল কলেজশিংদ পাঙথোক্লরম্মী ।। অদুবু খৃস্তকুম ১৯৭০ গী মতুং অদুবাইদগীদি হরাউ কুম্মৈ অসী শিথব হৌরকখি ।। মসীগী মরুওইব মরম অমদি হিন্দু লাইনীং চৎলম্ব মীতৈশিংন হিন্দু লাইনীং থাদোক্তুন সনামহী লাইনীং চৎপ য়াওরকপগ লোয়নন মখোয়গী মচাশিংদু মখোয় মখোয়ন তমলিব স্কুলশিং অদুগী মিংচনব মতমদ লৌরিব 'পুজা ফী' হায়বদি সরস্বতি পুজা তৌনব শেল অদু পীফম থোক্তে পীরোই হায়ন য়েৎলকপদগীনি ।। অসীগুম্ব থবক অসী অহানব ওইন নোংমৈবুং চেক্কোন্দ লৈব আনন্দ সিংহ একাদেমীদ থোকখি হায়নৈ ।। স্কুল অসীদ থোকখিবগী মরমদি স্কুল অসীগ নক্লন লৈব সোইবম লৈকাইদ হিন্দু লাইনীং থাদোক্তুন সনামহী লাইনীং চৎলব মীওইশিং ফন নীংথিজন লৈব অসীন ওইগনি হায়ন অয়ীবন খল্লী।। অসীগুম্ব বাখল্লোন অসী অতৈ অতোপ্প স্কুলশিংদসু লৈরকখি ।। মনিপুরগী খ্বাইদগী হেন্ন চাউরব কলেজ অম ওইরিব দি: এম: কলেজ ওফ আর্তসত খৃস্তকুম ১৯৭৬ ত সরস্বতিগী শক্তম শাদুন পুজা তৌবগী মহুত্ত শিন্নৈম কৌবী পাম্বোইবীগী শায়োল ওইবী অম শাদুন পুজা তৌখি ।।[৩] খৃস্তকুম ১৯৮০ দগীদি অসুম অসুম

সরস্বতি পুজা শিথব হেনজিল্লকখি ।। স্কুল, কলেজ অয়ান্বদ পুজা ফী হায়দুন মিংচনব মতমদ লৌরম্ব সরস্বতি পুজাগী শেলখায় অদু লৌব তোক্লরকখি ।। অসূম্ন অসুম হেনজিল্লকপন সরস্বতি পুজা হায়বসী চুম্ন কেলেন্দরদদ য়াওব ইচম চম্ব, হুরাউ কুম্মৈ য়াওদব ছুতি নুমিৎ ওইরকখি ।। মতম অমদ স্কুল কলেজশিংদ য়াম্ন চাউব হুরাউকুম্মৈ অম ওইরম্ব সরস্বতি পুজান মুৎথ্রিব অসীগী অচৌব মরম অমদি সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ লাকপদগীনি হায়ন অয়ীবন লৌই ।। সরস্বতি পুজাগী অহাঙব মফম মেনশিন্নব অতোপ্প লাইরেম্বী অমবু ঈরাৎপ হুরাউ কুম্মৈ অম সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌন হৌদোকপ ঙমদে ।। ঙমফমসু থোক্তে ।। মসীগী মরমদি সরস্বতি পুজা কুম্মৈদি মহৈ তমফমশঙশিংদত মহৈরোয়শিংন পাঙথোক্লরকপ কুম্মৈনি ।। খুন্নাইগী ওইব লাইনীং কুম্মৈ নত্তে ।।০।।

**মচাক তানফম ওইবা লাইরিক**

১) (১) (২) – *মনিপুরগী নোংচুপলোমগী শিক্ষা (১৯৮৯)* : খোমজিনব – খোকচোম মঙোলজাও
২) (৩) – মতম অদুদ অয়ীব মশামক দি:এম:কলেজ ওফ আর্তসকী ওজা অম ওইন কলেজ অসীগী *স্টুডেন্টস য়ুনিয়ন*গী ভাইস প্রসিদেন্ত ওইরম্মী ।।

**৪ঃ ইমোইনু ঈরাৎপ** – য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা ইমোইনু অহোঙ অচাউবী মাদি তরা চাক্লিং খাক্ল চাকশৌবী, শংলৌ এম্নীংখাক্ল এনশৌবী, ব্রাংলৈ য়ুনিংখাক্ল য়ুশৌবী, মরাল য়ুমলেন ঙমচিংবী লাইরেম্মানি ।। লাইরেম্মা মাদি লৈম তরেৎ শায়োনবীনি ।। তরেৎ শেনফুনুংদ লল্লৈমা, লোইমোম ফৌগেনুংদ ফৌওইবী, লেমলৈ ঙায়োক্লোমদ ঙারৈম, নোইনু থুমখোংদ থুমলৈম, মশিন শিনসুফমদ শিল্লৈম, লাইজ ঈরেলপুঙদ ঈরৈম, হুইয়েন লানফমদ লাল্লৈম ওইবী লাইরেম্বীনি।। লাইরেম্মা মাদি অচী তত্তবী, অরায় কংদবী, হীপোকপী, য়াইপোকপী, হীরৈমা, য়াইরৈমা, হীকুবী, য়াইকুবী, য়াইসনা কৌন শায়োনবী, নাকথ লৈম পাউতোইবী, ফুরেপ লৈম লূজাউবী, অয়ূক চরা নোংদম্বী, নুমিদাং চরা নোংখাইবী, অহোঙ অচাওবী লাইরেম্বীনি ।।০।।[১]

ইমোইনু লাইরেম্বী মহাক্তি য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা নোংথাংলৈমগী লাইওল লাইচৎ ওইবীনি ।।[২] ইমোইনু লাইরেম্বীবু ব্রাকচীংগী ১২নি পানব নুমিত্ত ঈরাৎ থৌনি থৌরম পাঙথোক্লরিব অসীমক্তি ফুরূপ অসীগী য়েলহৌঙেদগী

শাগোন্নরক্লব লাইনীংগ মরী লৈনব কুম্মৈ থৌরমনি ॥ ব্রাকচীংগী ১২ নি পানব নুমিত্ত লাইরেম্বী অসীবু ঈরাৎ থৌরম তৌনবগী মরমদি লাইরেম্বী অসীবু লুব্রাং পুন্সিবগী মরালয়াইদগী খয়োইরোল ওান্নু থুম্বীগী মপারী সেনব মিমাবন খূমনপুওদ পুরক্লুন ঈরাৎখিব নুমিৎ অদু নীংশিংদুন পাওথোক্লরকপনি হায় ॥[৩] অদুবু অয়ীবনদি, লুব্রাং শলাইন ব্রাকচীংগী ১২নি পানবদ মখোয়গী অপোকপ খুরুম্ব অদুদ লাইরেম্বী অসীবুসু ঈরাৎনবদগী চৎনবী অসী লৈখিব ওইগদ্র হায়ন খল্লী ॥[৪] অসূম্ন খনবগী মরমদি পন্দিত মাধব অমসুং খেলচন্দ্রন *খুনুং লীচৎ শাজৎ* কৌব লাইরিক্ত অদুগ পন্দিত ইরোম অমুবীন *মৈতৈ থৌনি লীচৎ* কৌব লাইরিক্ত অসূম্ন হায়– "ব্রাকচীংগী ১২নি পানব লুব্রাং শলাইগী অপোকপ খুরুম্মৈ ॥ অদুদ মৈতৈ পোইরৈ অপুম্বনা ফুঙ্গা লাইরুন্দ লৈরিবী ইমোইনু অহোংবী তরা চাকনীংখাক্ল চাকশৌবী, ব্রাংলৈ য়ুনিখাক্ল য়ুশৌবী, শংলৌ য়েন্নীং খাক্ল য়েনশৌবী, অচি তত্তবী, অরায় কংদবীবু ঈরাৎ থৌনি তৌজেএ ॥"[৫] ব্রাকচীং থাদ ইমোইনু ঈরাৎ থৌরম তৌবগী মতাংদ অরিব লাইরিক *থালোয় নোংখায়লোন* ন অসুম্ন হায় "ইমোইনু অহোংবী খোইমোম অচাওবীবু পোইরৈ পুন্ন হুপ্ন তরা মথেল লূক্লোয় কৎ, খাম্বী মৈওক্লন পুন্সি ললনি থানে ॥"[৬] য়ুমথোও খূদীংগী লাইরেম্বী অসীবু ঈরাৎ থৌনি থৌরম পাওথোকহনখিব অসী নিংথৌ খূঞ্জাউবগী হাক্তক্তগীনি (খৃস্তকুম ১৬৫২-১৬৬৬) ॥[৭] মীতৈ অয়াম্বন হিন্দু লাইনীং লৌরুবন মরম ওইরদুন লাইরেম্বী অসীবু ঈরাৎপ অসী অসুম অসুম শিথখি ॥ অদুবু লমদম অসীদ সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈথৌ লাকপগ ঈরোয়নন ঈরাৎ থৌরম অসী তপ্ন তপ্ন হিংগৎলকখি ॥ খৃস্তকুম ১৯৮০ অদুব্রাইদগীদি চহী ২৫০ রোম খর মীরায়ন থম্বীরুরব মীতৈ ফূরুপকী শাগোন্নরকপ লাইয়িংথৌ লাইরেম্বীশিংসু মীতৈ হিন্দুশিংগী থম্মোইদ নীংঙমদব নুংশিব অম লাকপ মাল্লি ॥ খৃস্তকুম ১৯৮০ অদুব্রাইদগীদি হিন্দু লাইনীং চৎপ মীতৈশিংসু লাইরেম্বী অসীবু মহাক্কী খুভম ফুঙ্গা লাইরু মনাক্ত খাম্বী মৈরা থান, লেমলৈ শরেং কৎ লল্লৈমা অম ওইন পাকশন্ন ঈরাৎ থৌনি খুরুম খাজঙনরে ॥ *ইমোইনু অহোংবীগী তুঙনফম* কৌব লাইরিক অম অহল ইবুংঙো সনামহী লাইনীংলোয় য়ুম্নামচা বুদ্ধিচন্দ্রন পুথোকপিরকপ অসীন লাইরেম্মা ইমোইনু ঈরাৎপগী ঈহৌদ য়াম্ন মতেঙ ওইবগুম তৌই ॥ হৌজিকফাওবদ লাইরিক অসীগী মশীং (কোপী) ২০,০০০ (লীশীং কুন) লোম চৎম্লে ॥ হৌজিক্তি য়ুম য়ুমদ ঈরাৎ

থৌনি পাঙথোকপদগী হেন্দোক্নুন লম্বী লমজাওদ মৈরা পরেং থানবগী চৎনবীসু লৈরক্লে ।। হুরাউ কুম্মৈ হায়বদু তশেংন ওইরে ।। খৃস্তকুম ২০০০ বাকচীং ১২নি পানব ইমোইনু ঈরাৎপ নুমিৎ অসী জেনরেল অমসুং পাব্লিক হোলিদে লিস্তত য়াওরে ।।(৮) পারম পুরমগী ওইব লাইনীংগী হুরাউ কুম্মৈ হিংগৎলকপগী মতাংদ মায়চৌ পন্দিত খুমল্লম্বম য়াইমা অমসুং ইরোম অমুবী অনীন হায়– হৌজিক্তি ফৃরূপ অসীগী লাইরিক হৈব নহারোল কাঙবুন ইপালাই ইপুলাই, লাইরোল তীল্লোন থিগৎনরক্নি ।। ইপা ইপু খঙদ্রবদি লাইনীংবসু অরেম্বনি হায়ন পুয়ান হায়রিবদু হৌজিক্কী নহারোলশিংন খর মখৈদি ভাব তারক্লমাল্লে হায়ন নুংঙাইজে ।।(৯)

কনাগুম্বশিংন মীতৈ ফৃরূপকী পারম পুরমচৎকী মচু তারব মনাৎ, মরোল, লীচৎ শাজৎ, লাইনীং অমসুং পুবারীবু হম্বুন য়েংব মীৎয়েংদ নত্ত্রগ অতম্মন অরানব মরোঙদ বারেং নত্ত্রগ লাইরিক ফোঙলক্লবদি অদুগুম্ব বারেং নত্ত্রগ লাইরিকশিং অদু সনামহী লাইনীংলোয়শিংন ঈহৌগী শরূক অম ওইন শীংনবগী থবক পায়খৎখি।। করম করম্ব বারেং অমসুং লাইরিকশিংবু করম্ম শীংনখিবগে হায়বগী শন্নপ্প পাউদম মখাগী পন্দুপ্ত পীজরি ।।০।।

**মচাক তানফম ওইব লাইরিক অমসুং চেফোঙশিং**


১) *(১) (৭)– ইমোইনু অহোঙবীগী তুঙনফম (১৯৯২)*: পুথোকপ-য়ুম্নামচা বুদ্ধিচন্দ্র
২) *(১) (২) – লাইম্নিংথৌ লাইরেম্মশিংগী বারী শীংবুল (১৯৯৯)*: অয়ীব -সাইরেম নীলবীর
৩) *(২)– লৈহৌ নাউফমলোন (১৯৮০)*: শিন্দোকপ– ইরোম অমুবী
৪) *(৩)– য়ুমোইনু অহোঙবী*: ওইনাম ভোগেশ্বর (মতমগী খোঙথাং-৪৩ শুব মণীং পোইন্নু/বাকচীং ১৯৮৪-ইদিত্তর - সাইরেম নীলবীর)
৫) *(৪) (৫) – খুনুং লীচৎ শাজৎ (১৯৭০)*: অয়ীব- মাধব অমসুং খেলচন্দ্র
৬) *(৪) (৫)– মৈতৈ থৌনি লীচৎ (১৯৯১)*: অয়ীব - ইরোম অমুবী
৭) *(৬)– থালোয় নোংখায়লোন (১৯৮৬)*: শিন্দোকপা : য়ুম্নামচা বুদ্ধিচন্দ্র
৮) (৮) – *মনিপুর গবর্নমেন্তকী জেনরেল অমসুং পাব্লিক হোলিদে লিস্ত* ২০০০
৯) (৪)– *মীতৈগী মাংকী শকুমদ হুরাউ কুম্মৈ* : সাইরেম নীলবীর (সেমিনার পেপর-২৩/১২/২০০০) : অশীনব – মনিপুর স্তেত আর্কাইবস
১০) (৯) – *মৈহৌরোল পুকোক (১৯৭২)* : অয়ীব– খুমন্থম য়াইমা
১১) (৯) – *মৈহৌরোল পুকোক (১৯৯১)* : অয়ীব – ইরোম অমুবী




# ১৬

## লাইরিক ফোঙলকপদ শীংনব

**১ঃ মহাভারতকী অশেংব মনিপুর (১৯৬৬)**– মসী ৱারেংনি ।। *লৈকোল* কৌব চেফোঙ অমগী ১৯৬৬ কালেন থাদ পুথোকখিব অহানব মশীংদ য়াওখিব শ্রী চীঙাংবম কলাচান্দ শাস্ত্রিন ইবনি ।। ইম্ফালন কোনুং ওইব মনিপুর অসী মহাভারতকী মনিপুর অদু নত্তে; লৈপাক অসীগী মমিং মনিপুর কৌরিব অসীদি খৃস্তগী ১৮শুব চহী চাদ গরিবনিৱাজগী মতমদ থোনজিনখিব মমিংনি; মতম অদুদ ফাওব মমিং অসী ইসী সীজিন্নরম্ব নত্তে– হায়ব ৱাফম অসী মীতৈ সনামহী লাইনীংলোয়শিংগীসু ওইব ফিরেপনি ।। মীতৈ হিন্দু গৌরিয়া বৈষ্ণব সংস্কৃত পন্দিত শ্রীচীঙাংবম কালাচান্দ শাস্ত্রিন *লৈকোল* কৌব চেফোঙদুগী *মহাভারতকী অশেংব মনিপুর* হায়ন মিংথোনব ৱারেং অদুদ ইম্ফালন কোনুং ওইব মনিপুর অসী মহাভারতকী মনিপুর অদুনি হায়ন য়াম্ন কন্ন ইখি ।।[১] খৃস্তকুম ১৯৬৬ দিসেম্বর ২৫ দ তেরা কৈথেল লমপাক্ত ৱায়েৎ ৱাফংনব লৈবাক মীফম অম পাঙথোকখি ।।[২] শীংনব মীফম অদু তেরাদ লৈব শক্লাইরব সনামহী লাইনীংলোয় অয়েকপম তোম্বা মীতৈন শ্রীকালাচান্দ শাস্ত্রি অমসুং শ্রীনিংথৌখোংজম কেরানি সিংহ অনীবু শীংনদুন পাউকৎচে (বার্তোন) পীরগ চৎথখিবনি ।। মীফম অদুগী চিফ গেস্ত অমসুং প্রসিদেন্ততি তখেল্লম্বম বোকুল অমসুং ইরুংবম ভীম অনীন মথংশীংন ওইখি ।।[৩] তেরাগী মীফমদ অয়েকপম তোম্বা মীতৈন ঐখোয়গী মনিপুর অসী মহাভারতকী মনিপুর অদু নত্তে হায়ব অকনব ৱাফম পীখি ।। য়েৎন-মীফম অদুগী অকুপ্প ৱারোল য়াওব লামায় ২০ (কুন) লোম পানব *মহাভারতকী মনিপুর* কৌব লাইরিক মচা অম *মীতৈ মরূপ হিস্তরিকেল রিসার্চ কমিতিন পীব ৱারোল* অদু *নহারোল মীতৈ* ন খৃস্তকুম ১৯৬৭ ত ফোঙখি ।।০।।[৪]

**২ঃ মনিপুরী মুসলিম (১৯৭২)**– লাইরিক অসী প্রো: মহম্মদ আলি জনাব খান ইফম, এম:এ:, লেকচরর জি: পি: কুইমেন্স কলেজ, ইম্ফাল ন ইদুন ফোঙবনি ।।[৫] লামায় ৭২ পানব লাইরিক অসীদ য়াওরিব পুৱারীগী অমসুং মীতৈ নাংকী মরমদ অশোয় অঙামশিংগী মতাংদ লমদম অসীগী সনামহী লাইনীংগী মাওজীল থাব লাইনীংলূপ অম ওইরিব ***মীতৈ মরূপ*** ন লাইরিক অসীবু শীংনখি।। লূপ অসীগী ***হিস্তরিকেল রিসার্চ কমিতি***গী প্রসিদেন্ত তখেল্লম্বম বোকুলন ইব ***মনিপুরী মুসলিম*** কৌব লামায় ৫৩ পানব লাইরিক অম খৃস্তকুম ১৯৭৪ জনুৱারী থাদ ***মীতৈ মরূপ*** ন ফোঙদোক্নুন পুথোকখি ।।[৬] লাইরিক অসীদ প্রো: জনাব খানগী লাইরিক্ত য়াওরিব অশোয় অঙামশিং অদু খৃদম চাংদম পীদুন পুথোকখি।। [ মীতৈ পুৱারী অমসুং লাইনীং লীচংকী মরমদ খঙহৈরব মীতৈ মায়চৌ মোইরাংথেম চন্দ্রসিং পন্দিত অচৌবনসু ***মনিপুরী মুসলিমদ*** কৌব লামায় ৩০ রোম পানব লাইরিক অম প্রো: জনাব খানগী লাইরিক্ত য়াওরিব অশোয়বশিং অদু পুথোক্নুন খৃস্তকুম ১৯৭৩ দ ইদুন পুথোকখি ।।[৭]]

**৩ঃ দি হিস্ত্রি ওফ মনিপুর (১৯৮৮)**– লাইরিক অসী দবলিউ: ইবোহল সিংহন ইংরাজীদ ইব লামায় ৬০০(চাতরুক) লোম পানব কংলৈপাক মনিপুরগী পুৱারীনি হায়ব লাইরিক অমনি ।। লাইরিক অসীবু শীংনবগী মীফম অদু খৃস্তকুম ১৯৮৮ ওক্তোবর ১৬ মেরাগী ৬নি পানব নোংমাইজীং নুমিত্ত থম্বালখোং ***মীতৈ মরূপ শঙলেন*** দ পাঙথোকখি ।।[৮] শীংনবগী মীফম অদু ***লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলো মপোক নুমিৎ নীংশিং থৌরাং লূপ*** ন শীনখিবনি ।। য়েৎন মীফম অদুদ শক্লাইরব সনামহী লাইনীংলোয় প্রো: ঙারিয়াম্বম কাংজীয়া মঙাংন লাইরিক অদুদ য়াওরিব অশোয় অঙাম কয়া পুথোক্নুন ৱা ঙাঙখি ।।[৯] লাইরিক অসীবু ইরিব ৱাহেংবম ইবোহলসু ৱা ঙাঙখি ।। য়েৎন মীফম অদুদ ১) দাক্তর লাংপোকলাকপম ভাগ্যচন্দ্র (ইম্ফাল কলেজগী ফিলোসোফিগী ওজা) ২) প্রো: সাইরেম নীলবীর (দি:এম: কলেজ ওফ আর্তসকী পোলিতিকেল সাইন্সকী ওজা) অমদি ৩) ৱাংখেম চীংতমলেন (এদভোকেৎ) অহুমন প্রসিদিয়মগী মেম্বর ওইখি ।।[১০] য়েৎনরিব ঙাঙনরিব ৱাফমশিং অদু তারব অমসুং লাইরিক অদু পারব মতুংদ মখোয় অহুম্ন লাইরিক অদুগী অশোয় অঙামশিং পুথোক্নুন মশা মশাগী অয়ীব চেরোল পীখৎখি ।। চেরোলশিং অদু লামায় ২০(কুন) পানব লাইরিক মচা

অম ওইন *দবলিউ ইবোহলন হৈব দি হিস্ত্রি ওফ মনিপুরগী মরমদ য়াফম খরা* হায়ন মিংথোন্দুন খৃস্তকুম ১৯৮৯ দ *লাইনীংহল ফুলো মপোক নুমিৎ নীংশীং থৌরাং লূপ* ন পুথোকখি ॥[১১]

**৪ঃ মনিপুর থিবা (১৯৯৪)**– লাইরিক অসী মহারাবীদ লৈব শ্রীকৈশাম বীরচান্দ সিংহন ইবনি ॥ লাইরিক অসীদ ইম্ফালন কোনুং ওইব ঐখোয়গী মনিপুর অসী মহাভারতকী মনিপুর অদুনি হায়ব উৎনব অতম্নন হোৎনৈ ॥[১২] লাইরিক অসীবু মীতৈ ফূরূপকী লাইনীং অমসুং নাৎকী ওইব লূপ ৯ (মাপল) ন পূনশিন্দুন শেম্ব *ঈরেপাক ঈনাৎ কনব অপূম্বুপ* ন শীংনখি ॥ য়ায়েৎ য়াফংনব মীফম অদু খৃস্তকুম ১৯৯৮ মে ১০গী অয়ুক পুং ১১.৩০ রোম তাব মতমদ কোনুংগী গেত ময়াদ লৈব গবর্নমেন্ত দান্স কলেজদ হৌখি ॥[১৩] শকনাইরব সনামহী লাইনীংলোয় ইরেংবম লুখোইন প্রসিদেন্ত ওইখি ॥ য়েৎন মীফম অদুদ ১) য়াংখেম চীংতমলেন (এদভোকেৎ) ২) প্রো: দাক্তর হাওবম ইন্দ্রকুমার(মোদর্ন কোলেজগী পোলিতিকেল সন্সাইকী ওজা) ৩) চীংসুবম বীরচন্দ্র (দিভলপমেন্ত ওফিসার) অহুম্ন য়ায়েল মপু ওইখি কৈশাম বীরচান্দসু মাগী ফিরেপকী য়ারোল পীখি ॥[১৪] ইম্ফালন কোনুং ওইব মনিপুর অসী মহাভারতকী মনিপুর অদু নত্তে হায়বগী মরমদ শক্লাইরব সনামহী লাইনীংলোয় তরেৎ হায়বদি – ১) অয়েকপম তোম্বা মীতৈ ২) প্রো: এনজি: কাংজীয়া ৩) প্রো: দাক্তর থৌদাম লাইব ৪) মোইরাংথেম নাউতালেনখোম্বা ৫) মোইরাংথেম রাজেন ৬) কৈশাম ইবোমচা মঙাংচা অমদি ৭) য়ুম্নাম তোমথিম্ন বা ঙাঙখি ॥ কৈশাম বীরচান্দগী লাইরিক *মনিপুর থিব* কৌব মীগী মতেংন ফোঙব লাইরিক অদু অরানবনি হায়বসী অয়াব মশান য়াজপ্রে হায়ন তাং ১১/৫/১৯৯৮ গী 'হুইয়েন লানপাউ', তাং ১৪/৫/৯৮ অমসুং তাং ১৫/৫/১৯৯৮ গী 'ইম্ফাল ফ্রী প্রেস' পাউচেদ লাউথোকপ্পবনি হায় ॥[১৫] য়ায়েন মপু তরেৎকী অপূনব য়ায়েন্দ *ইম্ফালন কোনুং ওইব হৌজিক্কী মনিপুর অসে মহাভারতকী মনিপুর নত্তে* হায়ন য়ায়েল তাখি ॥ য়েৎন মীফমগী য়ারোল পুম্নমক য়াওব লামায় ১১৮ পানব লাইরিক অম *ঈকল* ন জুন ২৮, ১৯৯৯ দ ফোঙখি ॥০॥[১৬]

লাইনিংথৌ সনামহী তেম্পল এক্ত, ১৯৭৬, লাইনিংথৌ সনামহী তেম্পল বোর্দ রূলস, ১৯৮২ নসু অমসুং খৃস্তকুম ১৯৮১ গী মীকোক থীবদসু

***সনামহী লাইনীং*** হায়বসী মীকোক থীবগী লোয়শঙনসু শক খঙগ্রবনি ।। অদুবু খৃস্তকুম ১৯৯১ গী মীকোক থীবদদি লাইনীং অসীগী মমিং য়াওরকখিদে।। সনামহী লাইনীংলোয়শিং থম্মোই শাথিন শোকহনখি ।। মরম অসীন খৃস্তকুম ২০০১ গী মীকোক থিবদদি ***সনামহী লাইনীং*** য়াওহন্দব য়ারোই হায়ন অচৌব খোঙজঙ অম চঙশিনখি ।। খোঙজঙ অসীগী অশম্ব পাউদম মথংগী পন্দুপ্ত লৈজরে ।।০।।

**মচাক তানফম ওইব লাইরিকশিং**

১) (১)– ***মহাভারতকী অশেংব মনিপুর:*** শ্রীকালাচান্দ শাস্ত্রি (লৈকোল, অহানব মশীং, কালেন, ১৯৬৬)
২) (১-৪)– ***মহাভারতকী মনিপুর (১৯৯৮):*** অকোঙব - নহারোল অইবা তিরূপঙ
৩) (৫)– ***মনিপুরী মুসলিম (১৯৭২):*** অয়ীব- প্রো: মহম্মদ আলি জনাব খান ইফম, এম: এ:
৪) (৫) (৬) – ***মনিপুরী মুসলিম (১৯৭৪):*** অকোঙব- মীতৈ মরূপ
৫) (৭)– ***মনিপুরী মুসলিমদা (১৯৭৩):*** অয়ীব – মোইরাংথেম চন্দ্রসিং (পন্দিত অচৌব)
৬) (৮)– ***The History of Manipur (1988)*** : W. Ibohal Singh
৭) (৮-১১)– ***দি হিস্ট্রি ওফ মনিপুরগী মরমদ (১৯৮৯):*** পুথোকপ– লাইনীংহল ফুলো মপোক নুমিং নীংশিং থৌরাং লূপ
৮) (১২)–***মনিপুর থিবা (১৯৯৪) :*** অয়ীব – শ্রী কৈসাম বীরচান্দ সিংহ
৯) (১২-১৬)– ***ইস্লামন কোনুং ওইব থৌজিকী মনিপুর অসে মহাভারতকী মনিপুর নত্তে (১৯৯৯):*** অকোঙব– ঈরেপাক ঈনাং কনব অপুনুপ (ঈকল)



# ১৭

## মীকোক থীবদ সনামহী লাইনীং য়াওহন্নবগী খোঙজঙ

সনামহী লাইনীংবু খৃস্তকুম ২০০১ গী ভারত পুন্নমক্কী ওইব মীকোক থীবদ লাইনীংগী মমিং অম ওইন য়াওহনগদবনি হায়বগী খোঙজঙ অম খৃস্তকুম ২০০০ গী ময়ায় চনশিল্লকপ অদুব্রাইদগী চঙশিল্লকখি ।। খোঙজঙ অসী চঙশিল্লকখিবগী অহকপ মরম অমদি – খৃস্তকুম ১৯৮১ গী মীকোক থীবদদি সনামহী লাইনীংবু লাইনীং অম ওইন মশক খঙদুন লাইনীংগী মমিং পরেংদ য়াওখি ।। অদুবু খৃস্তকুম ১৯৯১ গী মীকোক থীবদদি লাইনীং অসীগী মমিং অসী য়াওরকখিদব অসীনি ।। খৃস্তকুম ১৯৯১ গী মীকোক থীবদ সনামহী লাইনীংবু য়াওহল্লক্তব অসীগী মরমদ লমদম অসীগী পাউচে কয়াদ ইনখি ।। লমদম অসীগী মীতৈলোন্দ নুমিৎ খৃদীং ফোঙব খ্বাইদগী হেন্ন মশীং য়াম্ন চৎপ পাউচেশিংগী মনুংদ অম ওইরিব গোপাল শর্ম্মান ইদিতর ওইবা *পোক্নফম*গী ইদিতরিএলদ ব্রাফম অসীবু য়াম্ন অরুব অম ওইন লৌদুন (২৬/৭/২০০০) অসুম্ন ইখি[১]–"সেন্সস দিপার্তমেন্তত থবক তৌরিব মীওইশিং অসীন সনামহী লাইনীং চৎপশিংদ ঙাকপীফম থোক্নব মরাল অম লঙজদুন লাকপসী হন্দক্কী মীকোক থীব অসিদদি চুমথোক্নব হোৎনহৌবা ফৈ ।। নক্নবদি মুৎথৎপ ব্রাগদব মৈ অম সেন্সস দিপার্তমেন্তন রাজ্য অসীদ চুখৎলে হায়বসী ময়াম খঙহৌব কান্নগনি ।। - - - ইংকুমজা ১৯৮১ গী মীকোক থীবদ ধর্ম্মগী কাখলদ *সনামহী* হায়ব কাখল অম তোঙান্ন য়াওরম্মী ।। মদু ইং কুমজা ১৯৯১ গী মীকোক থীবদন *সনামহী* হায়ব ব্রাহে অসীফাওব হাপলকখিদে ।। মসী লৈবাক অসীদ চৎনরিব কন্সতিত্যুসন্ন ধর্ম্মগী মতাংদ আর্তিকল ২৫ অমসুং ২৬ ত পীরিব হক অদু ভাইওলেত (থুগায়ব) তৌবনি হায়রোইদৌবগী মরম লৈতে ।। মীকোক থীবদ রাজ্য অসীদ সনামহী লাইনীংচৎপ মী অমত্ত লৈতে হায়ন হায়বগুম্বনি ।। মসীন সনামহী লাইনীং চৎপশিংগী পুক্নীং অমদি ব্রাখলবু নমথগনি অমদি আইনগী ব্রাংমদ অতম্নন সনামহী লাইনীং চৎপশিংবু সপপ্রেস (নমথব)

তৌনব হোৎনবনি হায়ন লৌব তাবনি॥ মনিপুর হায়ব রাজ্য অসীগী মিং অসী থোন্দ্রিঙেদ হিন্দু ধর্ম্ম লাক্ত্রিঙেদগী লৈরক্লব সনামহী লাইনীংবুন হাপত্রগ হিন্দুগী, খৃষ্টিয়ানগী, মুসলমানগী লাইনীংদি থব্রায় য়াওন হাপলি ॥ সনামহী লাইনীং অসী মফম মরাঙ খঙদব লাইনীংনি হায়ন মনিপুরদ লৈব সেন্সস দিপার্তমেন্তন লৌবরা হায়ন হংনীংই ॥ --- ইংকুমজা ১৯৮১ গী মীকোক থীবদ সনামহী লাইনীংচৎপশিংগী মশীংনি হায়রিবদুসু মমীংদগী ওইন হাপ্ল ওইন তৌই ॥ নীংথীন লৌরগ হাপ্তুব মাপ্লি ॥ হন্দক্তী নীংথীন কুপ্ন লৌরগ হাপকদবনি ॥ মমাঙঙেগুম্ন ভাবন শারগ পঙতৌ তৌবদু তৌহন্নিংদে ॥ লাখ কয়াগী মথক্ত লৈরবনি ॥ সেন্সস দিপার্তমেন্তকী মীওইশিংন রেসপোনসিবিলিতি থীক্ল তৌগদবনি ॥ - - - হৌজিক হৌজিক খ্বাইদগী সেন্তিমেন্তেল ওইব ধর্ম্মগী ইসু (ব্রাফম) অসী খঙন লৈপাক ব্রাথোক থোক্তনব ধর্ম্মগ মরী লৈনব থবক্ত মীচঙ মীখায় নাইদন তৌফম থোকপ মথৌ অদু নীংথীন তৌগনি হায়ন থাজে ॥ হন্দক অমুক য়াওরক্রুবদি শোয়ব নত্তে, তৌগে হায়ন তৌবনি হায়ন লৌব তাবনি ॥০॥"[২]

খৃস্তকুম ২০০১ গী মীকোক থীবদ সনামহী লাইনীংবু ভারতকী মনুংদ লৈব লাইনীং অম ওইন য়াওহন্নবগীদমক্ত ***জোইন্ত এক্সন কমিতি ফোর ইনক্লুজন ওফ সনামহী রিলিজন ইন দি সেন্সস ওফ*** ২০০১ কৌব কম্মিতি অম অয়েকপম তোম্বা মীতৈন জেনরেল সেক্রেতরি ওইদুন খৃস্তকুম ২০০০ গী সেপতেম্বর ২৪ দ শেমখি ॥[৩] (হুইয়েন লানপাউ–৮/২/২০০১) তকশিল্লুপ অসীন খৃস্তকুম ২০০০গী ওক্তোবর থাদ মীয়ামদা য়েনখোকখিব চেজাই অমন অসূম্ন হায়–
"- - - হিন্দু লাইনীং চত্তব মীতৈ/মৈতৈশিংন খৃস্তকুম ২০০১ গী মীকোক থীবগী চেরোলদ য়াওব ইশা ইশাগী লাইনীং থাবগী কাখলদুদ ইন্দিয়া গবর্নমেন্তন খৃস্তকুম ১৯৮১ দ ময়েক শেংন শকখঙব্রব ***সনামহী*** হায়ব ব্রাহৈসী নত্তুগ সনামহী লাইনীং/ সনামহীজম হায়ন ইদুন মেনশিনবীনব নোল্লুক্ল হায়জরি ॥ মীকোক থীব চৎপীরিব মীওইশিংনসু মথক্কী খুদোংথীবসী অমুক হন্ন থোক্তনব ইমুংগী মীওই খূদীংমক্ত মশাগী লাইনীং তশেং তশেংন হংবীরগ হপচিনবীয়ু॥ মসী নত্তুবদি লাইনীংসীবু মশা মশাগী মথব্রায়দগী হেন্ন লুন অমসুং পামজন খনজরিব মীওইশিংবু হিংন হিংন হাৎপগ পাংথক ওইরগনি ॥ মসিদগী লমদম অসীদ থোকহন্নিংদব থৌদোক কয়া থোক্লক্লবগী অকিব অম চাউন লৈ ॥০॥"

সনামহী লাইনীং হিঙ্গৎ ঈহৌ কনখৎনবগী পান্দমদ অমদি খৃস্তকুম ২০০১ গী মীকোক থীবদ সনামহী লাইনীং য়াওহন্নবগীদমক্ত শেমখিব মথক্ত পনখিব কমিতি অসীন খৃস্তকুম ২০০১ গী ফেব্রুবারী ৮ ফাওবগী মনুংদ তোঙান তোঙানব লাইনীংলূপ ১৫ দগী মীহুৎ ১৫ ন লৈবাক অসীগী দিস্ত্রিক খুদীংমক্কী জোইন্ত সেক্রেতরি অমমম হাপ্তুন শেমগ্রব ভূংদ চহী অসীগী (২০০১) ফেব্রুবারী ৮ ফাওবগী মনুংদ পাব্লিক মিতিং ৬০ (হুমফু) গী মথক্ত পাঙথোকখি ।। খুঙ্গং লৈকাই ২১১ দ তোঙান তোঙান্ন পাঙথোকখিব মীতিন কয়াদ মীওই লীশীং কয়ান শরুক য়াখি ।। ২০০১ গী মীকোক থীবদ 'সনামহী লাইনীং' হায়ন য়াওহন্নব ব্বারেপ লৌখি ।। খৃস্তকুম ২০০১ গী ফেব্রুবারী গী অহানব চয়োল ফাওবদ তকশীল্লুপ অসীন মরী লৈনব চেজাই ৫০,০০০, ব্বাল পোস্তর ৫,০০০, রোদ বেন্নর ১০০ কংলৈপাক মনিপুরগী তোঙান তোঙানব মফমশিংদ য়েনথোকখি, থেৎখি অমসুং তিংখি ।। তম্পাক্কী লমদমশিংদ মাইক শীজিন্নদুন পাব্লিসিতি চৎখি ।। দাইরেক্তর জেনরেল অমসুং সেন্সস কমিস্নার, ইন্দিয়া, মিনিস্ত্রি ওফ হোম এফিয়ারস গবর্নমেন্ত ওফ ইন্দিয়া, নিউ দিল্লিদ চে চাং চৎনখি ।। *জোইন্ত এক্সন কমিতি* অসীগী মীহুৎ থাদুন হায়রিব ওফিস অসীদ মরী লৈনব ব্বাফম তকশিনখি অমসুং য়ানব পুরকখি ।।[৪] খোঙজঙ অসী কদায়ফাওব মায় পাক্লবগে হায়বদুদি খৃস্তকুম ২০০১ মীকোক থীবগী রিপোর্ত য়েংলগ খঙগনি ।। মীকোক থীবগী রিপোর্ত অদুদ য়াওরক্লবদি খোঙজঙ অসী মায় পাক্লে হায়ন লৌগনি ।।০।।

খৃস্তকুম ২০০১ গী মীকোক থীবদ সনামহী লাইনীংবু য়াওন্নবগীদমক্ত শেমখিব *জোইন্ত এক্সন কমিতি* অসীগী থবক লেপ্প লৈতে ।। খৃস্তকুম ২০০২ গী ফেব্রুবারী থা হৌগৎলকপদসু সনামহী লাইনীং হায়বসী স্কুল কলেজগী মিংচনবগী ফোর্মদ পারম পুরমচৎকী শাগোন্নরকপ লাইনীং চৎপ মীতৈ/মৈতৈ মহেরোয়শিংন লাইনীংগী ব্বারোল ইব মতমদ মেনশিনবীনব ওল ইন্দিয়া রেদিও, ইম্ফাল অমসুং পাউচেগী খুৎথাঙদ মীয়ামদ হায়জবগী ব্বারোল ফোঙদোকখি ।। খৃস্তকুম ২০০২ ফেব্রুবারী ৮ গী 'পোক্লফম' পাউচেদ অসুম্ন হায়খি – " স্কুল কলেজগী সিলেবসতা অতোপ্প লাইনীং কয়াগী মরমদ হাপ্পগুম্ন সনামহী লাইনীংগী মরমদসু হাপ্পীনব *জোইন্ত এক্সন কমিতি সনামহী সেন্সস* ২০০১ মনিপুরন এস: সি: ই: আর: তি: মনিপুর, এন: সি: ই: আর:তি: নিউ দিল্লী অমসুং মরী লৈনব দিপার্তমেন্তশিংদ তকশিল্লি ।।০।।

***জোইন্ত এদ্মন কমিতি*** অসীগী চেরোল অমন চৎলিব চহী ২০০২ গী একাদেমিক সেসন অসীদগী হৌদুন মহৈরোয়শিংন অমসুং অহল লমনশিংন স্কুল কলেজগী মিংচন্নগী ফোর্ম মেনশিনবদ রিলিজিয়ন (লাইনীং/ধর্ম্ম) গী মায়োল ইবদ ***সনামহী লাইনীং*** ইবিয়ু অমসুং মহৈলোয়শঙশিংগী হেদমস্তর, প্রিনসিপালশিংনসু মাফম অসী য়াম্ন চেকশিন্ন য়েংশিনবীয়ু হায়ন আপিল তৌরি ॥০॥

সনামহী লাইনীং অসী মনিপুর সরকার অমসুং ভারত সরকারন লিগেল্লি এন্দ কন্সতিত্যুস্নেল্লি শকখঙলব মীঁতে ফূরূপকী ওইব অমত্ত ঙায়রব অশেংব লাইনীং অমনি ॥ অসীগুম্ব থাক মাংলব লাইনীং অসীবু য়োকখৎপন মালেম অসীদ মীঁতে কৌব ফূরূপ অম মথৌনা লৈন হিংলি অমসুং হিংখিগনি হায়ন খঙহনবদ অচৌব তেঙবাঙ ওইগনি হায়ন চেরোল অসীন হায়রি ॥০॥”[৫]

সনামহী লাইনীং হায়বসী মনিপুর লৈঙাক্ন শকখঙলব লাইনীং অমনি হায়ব অসীদি *দি লাইনিংথৌ সনামহী তেম্পল এক্ত, ১৯৭৬ (মনিপুর এক্ত ২ ওফ ১৯৭৭)*[৬] অমসুং *দি লাইনিংথৌ সনামহী তেম্পল বোর্দ রুলস, ১৯৮২*[৭] দ য়াম্ন ময়েক শেংন ইদুন য়াওরে ॥ ***তেম্পল বোর্দ রুলস ১৯৮২*** অসীগী মতুং ইন্ন তেম্পল বোর্দকী এক্সিক্যুতিব ওফিসার অদু নত্তন অতৈ মেম্বরশিং অমসুং থৌগল্লোয়শিং খনবগী মতাঙদ মখোয়শিং অদু করম করম্ব লাইনীং চৎপ মীওই ওইগদগে হায়বগী মতাংদ রুলস অসীগী সেক্সন ৭ সব সেক্সন (১) (এ) দ অসুম্ন হায়রি “(1) The Board shall not appoint a person as an officer or servant, other than the Executive Officer, thereof unless:– (a) he possesses the Sanamahi Religion and accepts the form of worship practised at the temple.”[৮] (মহাক অদুন সনামহী লাইনীং চত্তবদি অমসুং লাইশঙ অসীদ চৎনরিব ঈরাৎ থৌরম অসীবু য়াদ্রবদি, এক্সিক্যুতিব ওফিসার নত্তন অতৈ ওফিসার অমসুং থৌগল্লোয় ওইন মীশক অমবু বোর্দন খল্লোয়দবনি) ॥ এক্সিক্যুতিব ওফিসার অদু নত্তন অতৈ অতোপ্প ওফিসারশিং অমসুং থৌগল্লোয়শিং অদুদি সনামহী লাইনীং পুমশেং চৎপ মীশক ওইগদবনি হায়বনি ॥ ইন্দিয়ান কন্সতিতিউসন ভারত লৈঙাক পথাপকী মতুংইন্ন ভারত অসী সেক্যুলর স্তেত হায়বদি লাইনীং খুদীংমকপু ইকাইখুম্নব, লাইনীং খুদীংমক্ত মীচঙ মীথায় নাইদব মীৎয়েং

য়েংব লৈবাক অমনি॥[৯] মরম অসীন সনামহী লাইনীংবু মীকোক থীবদ য়াওহনব হায়বসীদি মশান য়াওকম থোক্লবনি॥ হান্ন য়াওসু য়াওখ্রবনি॥ অমুক য়াওহল্লক্তবগী ৱাফমনি॥ য়াওহন্দব হায়বসী অচুম্ব মীৎয়েং নৎতে॥ – ঐখোয় ময়াম পূনশিন্দুন অনৌব ঈনোং কয়া পীদুন সনামহী লাইনীং অসী মপুঙ ফাহন্দুন মালেমগী লাইনীং কয়াগী মরক্ত অচৌবা মফম অম ফংনব হোংনব মতম চপ চারে– হায়নন খৃস্তকুম ১৯৮২ দ সনামহী তেম্পল বোর্দকী প্রসিদেন্তন হায়খিব ৱাফম অসী সনামহী লাইনীংলোয় খূদীংমক্ত কাউথোকফম থোক্তে॥[১০] সনামহী হায়ব লাই অসীদি তাইবংমীওইব পুম্নমক্কী ওইব লাইনি॥ মহাক্ত তেংবান মপুগী মমি য়েংদুন শাখিব অদু তাইবংমীবুনি॥ মীতৈ (মৈতৈ) খক্তবু শাখিব নত্তে॥ মহাক্ত শেমখিব কোরৌ নোংদোল অমসুং মালেম লৈপাক অসী মীতৈ (মৈতৈ) খক্কীদ নত্তে; তাইবং মীওইব পুম্নমক্কীনি॥ সনামহী লাইনীংদি মালেমগী থাক্ত লৈবদ মতীক চাব লাইনীংনি॥০॥

মীতৈ ফুরূপকী শাগোন্নরক্লব সনামহী লাইনীংগী থৌরমশিংদ লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিংগী মিংখৈরোল শক-শোনব নত্তগ শকপ নত্তগ শোনব হায়বসী থাদোক্লব য়াদ্রব শরূকনি॥ মরম অসীন শক্লব অমসুং শোন্নব মিংখৈরোল থৌনিরোল য়াওব লাইরিক ফোঙদোকপ হায়ব অসীসু হিংগৎ ঈহৌগী শরূক অমনি॥ শক্ল-শোন্নব লাইরিকশিং ফোঙলকপগী ৱারোল মথংগী পন্দুপ্তু ফংবীগনি॥০॥

**মচাক তানকম ওইব লাইরিক, চেরোল, পাউচে অমসুং এক্তশিং**


১) (১) (২)– *পোক্লফম* (নুংতিগী পাউচে-২৬/৭/২০০০: ইদিত্র- গোপাল শর্মা)
২) (৩) (৪)– *হৈরেন লাসপাই* (নুংতিগী পাউচে- ৮/২/২০০১)
৩) (৫)– *পোক্লফম (নুংতিগী পাউচে- ৮/২/২০০২):* ইদিত্র-গোপাল শর্মা
৪) (৬)– ***Manipur Gazette Extraordinary No. 213 Feb. 24,1977.***
৫) (৭) (৮)– ***Manipur Gazette Extraordinary No.182 Aug. 21, 1982,***
৬) (৯)– ***Introduction to the Constitution of India (1999):*** Durga Das Basu.
৭) (৯) – ***Constitution of India (1967):*** Govt. of India, Manistry of Law.
৮) (১০)– *লাইয়িংথৌ সনামহী লাইনীং (১৯৮২)* : পুথোকপ– সনামহী তেম্পল বোর্দ, ইম্ফাল॥




# ১৮

## শক্ল-শোম্নব লাইরিক ফোঙব

থাজবন লাইনীং অমগী থব্রায়নি; থৌরম্ন লাইনীং অমগী হকচাংনি ।। সনামহী লাইনীংগী থৌরম পাঙথোকপদ শকপ নত্তগ শোনব, নত্তগ শকপ শোনব অনীমক চঙই ।। অমাইব অমাইবীশিংগী মফমদ অমসুং ঈশৈ শকপশিংগী মফমদ লাইশোলশিং অমসুং ঈশৈশিং অদু চীনফা পুদুন লৈজরবসু অদুগুম্ব থৌনিরোল লাইশোলশিং অমসুং ঈশৈশিং অদু ইথোক্লব লাইরিক ওইন লৈবগী তঙাইফদব লাকই ।। লাইরিকশিং অদুন লাইনীং হিংগৎ ঈহৌদ য়াম্ন মতেং ওই ।। অসীগুম্ব লাইরিকশিংবু সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী অহানব ওইন পুথোকখিবদি লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোনি।। লাইরিকশিং অদু অহানবদদি খুৎইদ ওইন মথং মথং শিন্দোক্তুন শন্দোক্লকখি ।। কোন্নদি লমদম অসীদ লৈব সনামহী লাইনীংলোয়শিংন উনম তৌদুন ফোঙদোকপ য়াওরকখি।। খুদম ওইন লাইনীংহন্ন থম্বীরম্ব ঈরাৎ থৌনি লাইশোল *শীংথা চৈথারোল* হায়বদু নোংথোম্বম নরান্ন খৃস্তকুম ১৯৬৩ দ অদুগ হিজম ইবুংঙোয়াইমা মীতৈন খৃস্তকুম ১৯৮২ দ অদুগ হিজম গুনমনিন খৃস্তকুম ১৯৮৬ ত তোপ্প তোপ্প লাইরিক অহুম ফোঙলকখি ।।[১] লাইনীংহল নাউরিয়ান থম্বীরম্ব *মীতৈ ঈশৈ* কৌব লাইনীং থৌরমদ শক্লব ঈশৈ য়াওব লাইরিক অদুসু কোন্নদি নোংথোম্বম নরান্ন খৃস্তকুম ১৯৭৭ ত ফোঙলকখি ।।[২] সনামহী লাইনীংগী মী অম পোকপ, লুহোংব অমসুং শিবগী লাইনীং থৌরমদ শক্লরিব ঈশৈ অয়াম্ব লাইনীংহলগী *তেংবানবা অমসুং লাইনিংথৌ লাইপাও, থাইন নোংইন* অমসুং *সাকোক থিরেল* দগীনি ।।[৩] *সাকোক থিরেলদি* হৌজিকসু লাইরিক ওইন ফোঙদোক্ত্রি ।।[৩ক] হৌজিক্তি লৈশেম লোনগী বারী অমসুং অহল্লমনশিংগী চীনবুঙদ লৈব বারী কয়াসু ঈশৈ শকপদ য়াওরে ।। ০।।

সনামহী লাইনীংগী ওইব মমিং পনব য়াব ঈরাৎ থৌনিরোলগী লাইরিক খরদি থোকচোম থৌকাচানবা মীতৈগী খৃস্তকুম ১৯৬০ দ ফোংখিব *থৌরম পরেং অসুব*[৪] খৃস্তকুম ১৯৮০ দ লাইশ্রম মনাউবীগী *মীতৈ ঈনাৎ*[৫] খৃস্তকুম ১৯৮৭ ত ফোংখিব মোইরাংথেম ইবুংঙোতোম্বীগী *ঈরাৎ থৌনিরোল অমদি লাইশোন তীনশোন*[৬] খৃস্তকুম ১৯৭৪ দ ফোংখিব শগোলশেম রাজমুহোন মৈতৈগী *পুম্বারী খাবী থীরেল থৌনিরোল*[৭] অমসুং শৌগাইজাম্বা ইবোয়াইমা (রুহিনীকুমার) ন খোমজীন্দুন ইব *ইমা লৈমরেল শিদবী* হায়ন মিংথোনব লাইরিক অহুম ওইন খৃস্তকুম ১৯৯২ দ পুথোকখিব থৌনিরোল লাইশোল লাইরিক [৮] অসীনচিংবনি ॥ থৌকাচানব মীতৈগী লাইরিক অসীদি লাইনীংহলগী *শীংথা চৈথারোল* দ খর হেন্না অমুক হাপচিনব লাইরিকনি অদুগ লাইশ্রম মনাউবীগী অসীদি লাইনীংহলগী লাইরিক অদুগী শমজীনব মরোওনি ॥ হৌজিক্তি পোকপ, লুহোংব অমসুং শিবনচিংব থৌরমগী ঈরাৎ থৌনিরোল লাইরিক ফন য়াম্না লৈরে হায়ব য়ারে ॥ ঈরাৎ থৌনিরোল লাইরিক ফোঙদোকপগী মতাংদ হায়জনীংব ৱাফম অমদি – অহল্লমন মাইচৌ অমাইব অমাইবীশিংন শীজিন্নরক্লিব ঈরাৎ থৌনিরোল অমসুং অরিব লাইরিকশিংদ য়াওব লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিংগী মিংখৈরোলশিং অসী খর কুপ্ন থিজিল্লব মতুংদ লৌশিনব য়াব লৌশিন্দুন হৌজিক ফোঙদুন লৈরব লাইরিকশিং অসীদ হেন্না ফগৎনবগীদমক্ত হপচিনহন্নিংই ॥ ঈশৈগী অমসুং ঈরাৎ থৌনিরোলগী লাইরিক ফোঙব হায়বসীসু সনামহী লাইনীং হিংগং ঈহৌগী শরুক অমনি ॥ মরম অসীন হীরম অসীদ হান্না লৈরম্বদ হেন্না ফগৎনব থিজিল হুমজীন্দুন হাপচিনব হায়বসীদি ঈহৌ অসী হেন্না মপাঙ্গল কন্নব থৌরাংনি হায়ন অয়ীবন লৌই ॥ থৌরাং অসীন ঈহৌ অসীগী মপাল মরা তাশিনবদ হেন্না চেংশিনহনব ওইগনি ॥ লাইনীংহল নাউরিয়া মশামক্ল – অহেনব লৌথোকপিয়ু অৱাংপ মেনশিনবিয়ু – হায়ন হায়বীরম্মী ॥০॥[৯]

য়াম্না মরুওইব ৱাফম অমদি– মালেমদ লৈরিব লাইনীং অয়াম্বগী অশেংব লাইনীং লাইরিক (হোলিবুক) লৈনে। সনামহী লাইনীংগী লৈজরিব লাইরিকশিংগী মরক্তগী খনগৎলগ *অশেংব লাইনীং লাইরিক* থম্ব হায়ব অসীসু লাইনীং হিংগং ঈহৌগী তঙাইফদব থবক অমনি ॥ অশেংব লাইনীং লাইরিক খনগৎপগী ৱারী ৱাখোঙ মথংগী পন্দুপ্ত থমজরে ॥০॥

## মচাক তানকম ওইব লাইরিকশিং

১) *(১)— শীংথ চৈথারোল— থৌরম লাইরিক (১৯৭৪)* : অকোঙব- নোংথোম্বম নরান (থগ্নীরম্ব— লাইনিংহল নাওরিয়া)

২) *(১)— শিংথা চৈথারোল (১৯৮২)* : পুথোকপ- হিজম ইবুংঅোয়াইমা (থগ্নীরম্ব -লাইনিংহল নাওরিয়া)

৩) *(১)— শিংথা চৈথারোল (১৯৮৬)* : পুথোকপ - হিজম গুনমনি (থগ্নীরম্ব -লাইনিংহল নাওরিয়া)

৪) *(২)— মীতৈ ঈশৈ (১৯৭৭)* : পুথোকপ- নোংথোম্বম নরান (থগ্নীরম্ব -লাইনিংহল নাওরিয়া)

৫) *(৩)— তেংবানবা অমসুং লাইনিংথৌ লাইশাও (১৯৭৮)* : পুথোকপ— নোংথোম্বম নরান (থগ্নীরম্ব লাইনিংহল নাওরিয়া)

৬) *(৩)— থাইন-নোংইন (১৯৮০)* : পুথোকপ-নোংথোম্বম নরান (থগ্নীরম্ব -লাইনিংহল নাওরিয়া)

৭) *(৩) (৩ক)— সাকোক থিরেল (কোঙগ্রিব)* : থগ্নীরম্ব- লাইনিংহল নাউরিয়া (মথং মথং শিন্দেক্লমক্নুন অয়ীবশী খুত্তসু লৈব)

৮) *(৪) (ক) — থৌরম পরেং অসুবা (১৯৬০)* : অফোঙব— থোকচোম থৌকাচানবা মীতৈ

৯) *(৫)— মীতৈ ইনাৎ (অহানবা)—ঈয়াং থৌনিলোম (১৯৮০)* : অয়ীব- লাইশ্রম মনাওবী

১০) *(৬)— ঈয়াং থৌনিরোল অমদি লাইশোন ঊনশোল (১৯৮৮)* : অয়ীব-মোইরাংথেম ইবুংগ্নেতেম্বী

১১) *(৭)— পুরারী থাবী থিরেল থৌনিরোল (১৯৭৪)* : অয়ীব -শগোলশেম রাজমুহোন মৈতৈ

১২) *(৮)— ইয়া লৈমরেল শিফবী-১ম, ২তম, ৩তম শরুক (১৯৯২)*: অয়ীব- শৌগাইজম ইবোয়াইম (রুহিনিকুমার)



# ১৯

## লাইনীংগী অশেংব পুয়া/লাইরিক খনগৎপ

সনামহী লাইনীং চাওখৎলকপগী পুবারীদ য়াম্ন মরুওইব তাংকক অমদি মীতৈ ফুরূপকী শাগোন্নরকপ পারম পুরমচৎ লাইনীংগী ওইব অশেংব পুয়া/লাইরিক (হোলি বুক) খনগৎখিব অসিনি।। খনগৎপগী থবক অসী *মৈতৈ/মীতৈগী অশেংব পুয়া/লাইরিক খনগৎ লূপ* ন পায়খৎখিব থবক্নি।। লূপ অসীগী *অশীন অরাঙ লূপ* কী য়ায়তোঙবদি শক্লাইরব লাইনীংলোয় ইরেংবম লুখোইনি।। খৃস্তকুম ১৯৮৭ এপ্রিল ১৯ দগী থবক চৎথরকখি।। খৃস্তকুম ১৯৮৮ মে ২৭ তগী লাইয়িংথৌ সনামহী লাইশঙ, তোলোং য়ুমফমদ নোংমাইজীং নুমিৎ অয়াম্বদ ঈনাৎ লাইনীং চৎলব লৈবাক্কী মায়চৌ মায়নৌ পুন্ন ফম্মিন্নদুন পুয়া লাইরিক খোমজিন্দুন খন্ন নৈনবগী থবক পায়খৎলকখি।। *অশীন অরাঙ লূপ* ন মীতৈ অমসুং মৈতৈ লূপ অনীমকপু মীফম ৬(তরুক) লক ফম্মব শীনখি।। *মীতৈগী অশেংব লাইরিক খনগৎলূপ* কী মীওইশিংদি– ১) লাইনিংব মঙ্গী ২) কোনসবা ইবোচৌ অমদি ৩) থোঙাম ইবোতোম্বী নি।। অদুগ মৈতৈগী *মায়চৌ লূপতিন* গী মীওইশিংদি – ১) য়ুম্নামচা বুদ্ধিচন্দ্র ২) মোইরাংথেম নরেন্দ্র ৩) অরাম্বম হৈরাংঙৌ অমদি ৪) চোংথাম ঙানবনি।। চৎথরকপ থবক্কী মতুং ইন্ন মথৌতারকপদগী লৈবাক্কী অখণ্ড অহৈশিংদগী পাউতাক *লৌব* তারকখি।। ১) প্রো: দাক্তর মোইরাংথেম কির্তি ২) প্রো: সাইরেম নীলবীর অমদি ৩) প্রো: দাক্তর লাংপোকলাকপম ভাগ্যচন্দ্র অহুমদগী অশেংব পুয়া/লাইরিক খনগৎনবগী য়ুমফম ওইব য়াব পরম পথাপশিং কৌখি।। খৃস্তকুম ১৯৯১ জুন ২৩ দ লৈপাক অসীগী ঈনাৎ লাইনীং চৎলব অখণ্ড অহৈ ৭৮ দ পাউজেল পীদুন মীওই ৯ (মাপল) ন শাব *অখণ্ড-অহৈ লূপ* অম শেমখি।। মখোয় অদুদি লৈপাক্কী শক্লাইরব লাইনীংলোয় —১) নিংথোম্বম মনিজাউ (সনা কোনুং) ২) অকোইজম নদিয়াচান্দ শিবা (নুমিৎ খরনি য়াওরম্লগ লাকখিদ্রে) ৩) অয়েকপম তোম্বা মীতৈ (তেরা) ৪) মোইরাংথেম নরেন্দ্র (খোংমন)

৫) অথোকপম য়াইমা (লংদুম) ৬) শগোলশেম লৈবাকমচা (শগোলবন) ৭) চোংথাম নিলো (নম্বোল) ৮) প্রো: দাক্তর লাংপোকলাকপম ভাগ্যচন্দ্র (পিসুমথোং) অমদি ৯) প্রো: সাইরেম নীলবীর (খূরায়) অসীনি ।। তোলোং য়ুমফমদ লৈব লাইয়িংথৌ সনামহীগী শঙলেন্দ ***অখণ্ড-অহৈ লূপ*** অসীগী মীফম ৩১(কুম্ভামাথোই) রক পাঙথোকখি ।। লূপ অসীগী ২৮ শুব মীফম্ম (খৃস্তকুম ১৯৯২ মার্চ ১৫) পুয়া/লাইরিক মরিখকপু ঈনাৎ লাইনীংগী ওইব অশেংব পুয়া লাইরিক্কি হায়ন খনগৎখি ।। পুয়া লাইরিক মরি অদুদি:

১) ইরেং পুৱারী– পুখৎলকপ: অশীন-অরাঙ লূপ ।।

২) সাকোক থিরেল (থম্বীরম্ব-লাইনীংহল নাউরিয়া)—পুখৎলকপঃ প্রো: সাইরেম নীলবীর ।।

৩) ৱাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক— পুখৎলকপ: প্রো দা: লাংপোকলাকপম ভাগ্যচন্দ্র ।

৪) ৱাকোকলোন হীলেল থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক– পুখৎলকপ: মান্নব অপুনব মরূপ, শগোলবন ।।

পারম পুরমচৎকী ওইব লাইনীংগী অশেংব পুয়া/লাইরিক খনগৎপ ঙমখিব অসীমক্তি ***মৈতৈ/মীতৈগী অশেংব পুয়া/লাইরিক খনগৎপ লূপ*** কী হনব লৈত্রব হোৎনজমনগী মহৈনি ।। অশেংব পুয়া/লাইরিক খন্নবগী চৎথরকপ থবকশিংগী অকুপ্প ৱারোল য়াওব লামায়-৯০ (মরিফুতরা) পানব ***ঈনাৎকী অশেংব পুয়া/ লাইরিক খন্নব নৈনব*** কৌব লাইরিক অম ***অশীন-অরাঙ লূপ*** ন খৃস্তকুম ১৯৯২ সেপতেম্বর ১২ দ ফোঙখি ।।০।।

মী মরক্ত লাই য়াওই ।। মী মরক্ত শা য়াওই ।। মী মহাক্কী লীচৎ শাজৎ অমসুং তৌথোরকপ থবক্কী মতুংইন্ন তাইবং মীওইব খরন অৱাঙব থাক্ত কাখিদুন লাইগুম্ন মীয়াম্ন ইকাই খুম্নৈ ।। নীংশিংনৈ ।। শোন্নৈ ।। মী খরদি মহাক মহাক্কী লীচৎ শাজৎ অমসুং তৌথোক্লকপ থবক্কী মতুং ইন্ন অনেম্ব থাক্ত কুমথখিদুন শাগুম্ন খন্দুন মীয়াম্ন মখোয়বু কি-তুক্কচনৈ ।। হংগোইন খঙ্নৈ ।। মী অয়াম্বন মীগী থাক্ত লৈনব ফিদমনীংঙাই ওইরব লমচৎ শাজৎ কয়া চৎনব হোৎনরি ।। লমচৎ লীচৎ শাজৎ

হায়বসী লাইনীং অমগী য়াম্ন মরুওইব মচাক অমনি ।। সনামহী লাইনীংগী ওইনসু ফৃরূপ অসীগী লাই ওইগ্নব মায়চৌশিংন ইদুন থগ্নীরম্ব পারম পুরমচংকী ওইব লমচং লীচং শাজং কয়া লৈরি ।। পুন্নমক অসীগী মথক্ত, ফৃরূপ অসীগী ওইন পাথাং পুথাং লান্ন চাদা নাউদা সন্ন মীরোল অমদগী মীরোল অম মথং মথং চংথরক্লিব ফিদমনীংঙাই ওইরব লমচং লীচং শাজং কয়া অমসু লৈরি ।। পুন্নমক অদু খোমজিনজরগ সুপচীনব মৱোঙদ মচং ওইবশিং অদু মথংগী শন্দুগু থমজরি ।।০।।

### মচাক তানফম ওইব লাইরিকশিং

১) *ইনাংকী অশেঙব পুন্না/লাইরিক খানব নৈনব (১৯৯২)* : অফোঙব– অসীন-অরাঙ লৃপ (মীতে/মৈতৈগী অশেঙব পুন্না/লাইরিক খনগংপ লৃপ) ।।

২) *সাকোক খিরেল (কোঙগ্রিব)* : থগ্নীরম্ব–লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলো ।।

৩) *য়াকোকলোন খিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক (১৯৬১)* : অফোঙব – খোকচোম থৌকাচানশা মীতৈ

৪) *য়াকোকলোন হীলেল খিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক(১৯৭২)* : অফোঙব-ভেরা মীতৈ ময়েক সিনতম সঙলেল ।।

৫) *লৈথক লৈখারোল (১৯৬৭)* : শিন্দোকপ–য়েংখোইব ভাগা ।।

৬) *পুতীন পুন্না (১৯৯২)* : পুথোকপ – অকোইজম নদিয়াচান্দ (শিবা) ।।



# ২০

## সনামহী লাইনীংলোয় অমগী লাইনীং লমচৎ

সনামহী লাইনীং চৎপ মীশক অমন লাইনীং অসীগ মরী লৈনন করম করম্ব লাইনীং লমচৎ চৎকদগে, মরুওইন মহাক্ন নোংমগী মনুংদ করম্ন লাই খুরুমগদগে অমসুং মী অম ওইন মহাক্কী লমচৎ পুক্নীং ৱাখল ৱাঙাঙ করি ওইগদগে হায়বদু মখাদ শমজীন্ন পীজরি ঃ

**১ঃ সনামহী লাইনীংলোয় অমন নোংমগী মনুংদ তৌগদব লাইনীং লাইশোল**– (ক) নোংঙাল্লদুন য়াহৌরকপ ফমুংদগী কৃমথদ্রিৗঙদ নোংমদুগী ওইন য়াইফ থৌজাল পীবীয়ু হায়ন লাইয়িংথৌ সনামহী, ইমা লৈমরেল শিদবী, খুঙ্গং লৈকাইদুবু কোল্লিব লাইয়িংথৌ লাইরেম্বী, ইপা-ইপু-ইপুথৌ অমসুং অপোকপী ইমাবু নীংশিদুন মথং মথং খুরুজগনি ।। অরোইবদ, মায়কৈ ঙাকপ লাই মরি হায়বদি – ১) থাংজীং ২) মারজীং, ৩) ৱাংবরেল অমসুং ৪) কৌব্রুবু নীংশিংদুন ফত্তব অমসুং খুদোংথীব কয়াদগী ঙাকপী শেনবীয়ু হায়ন খুরুমজগনি ।। নিংশা কদোমদ লৈবগে য়েংগনি ।। খুৎ য়েৎকী খুৎনিংথৌন মালেম লৈমায় শোক্তুন লাইবক কৎকনি ।। লৈমায় লাম্ব ফংদ্রবদি খুৎ লামথরগ পুক্নীংদ লৈমায় শোক্লে খনগনি ।। নাতোন হোব নাকলগী খোঙন হান্ন থাংথদুন ফমুংদগী কৃমথগনি ।।

(খ) ইমুংদগী মাঙ্গোল য়ৌরগ ঙসীগী ওইন তৌজরুব থবক পুন্নমক অফব মায়পাকপ ওইহনবিয়ু, থৌজানবীয়ু হায়ন থবী শেনকোয়রেল অপানব কোরৌহনব নুমিৎপু খুরুমজগনি ।।

(গ) ৱাইশীৎ লমশেংব, চীন-য়া শেংব, মীৎ-মায় তাব লোইরগ শীংঙেল লৈরাং, লাইজ ঈশিং অথনব অমসুং খাম্বী শীংচেপ মৈরা য়াওন মঙাংশিদবগী পুঙলূপ পুরিব কোরৌহনব নুমিৎপু ইমুংদুগী ওইন খুরুমজগনি ।।

(ঘ) নুমিৎয়ুংব মতম য়ৌরক্লবদ লুবাংশিদবগী পুঙলূপ পুরিব কোরৌহনব নুমিত্ত, পায়রম্ব শিনফম ঙৈহাক্তং থাদোক্তুন খুরুমজগনি ॥

(ঙ) নুমিদাং য়াচঙলকপ মতমদ পায়রম্ব শিনথা ঙৈহাক লেপ্তুন খুমন শিদব কোরৌহনব নুমিৎপু খুরুমজগনি ॥ ইমুংগী ওইনসু খাম্বী মৈরা কত্তুন খুমনশিদবগী পুঙলূপ পুরিব কোরৌহনববু খুরুমজগনি ॥

(চ) নুমিদাং তূম্নবগীদমক্ত ফমুং চঙলব মতমদ অৱা-অনা তাহনবীগনু অকি-অখং থোকহনবীগনু, মঙলাক হারাক্লব তৌহনবীগনু হায়ন লাইয়িংথৌ সনামহী, ইমা লৈমরেল শিদবী, খুঙ্গং লৈকাইদুবু কোনবীরিব লাইয়িংথৌ লাইরেম্বী, ইপা-ইপু-ইপুথৌ অমসুং অপোকপী ইমাবু নীংশিংদুন খুরুমজগনি ॥ অহিং অদু হুরান চীনথী, তীনমু লাইমু, শরোয় ঙারোয় ফত্তব কয়াদগী ঙাকথোকপীয়ু হায়ন মায়কৈ ঙাকপ লাই মরি— থাংজীং, মারজীং, ৱাংবরেল অমসুং কৌব্রু নীংশিংদুন খুরুমজগনি ॥০॥

সনামহী লাইনীং চৎপ মীওই অমগী ইমুং অমদ লাইফম কয়ামরুম লৈ ॥ অদুবু খ্বাইদগী মরুওইন থাইনঙৈদগী নুমিৎ খুদীংগী নোংঙাল্লকপ অমসুং নুমিদাং য়াচঙলকপ মতমদ লাই-থাউমৈ থাম্দুন খুরুমনরক্লিব লাইদি— (১) লাইয়িংথৌ সনামহী (২) ইমা লৈমরেল শিদবী (৩) ফুঙ্গা অপোকপগী খুভম ফুঙ্গা লাইরু (৪)ফুঙ্গা লাইরু ময়াদ লৈব ইমোইনু লাইরেম্বীগী খুভম (৫) থবী শেনকোইরেল অপানব কোরৌহনববু খুরুমফম মাঙ্গোল মপাল ফমেল-উখোক তেনগী অৱাংথংব নাকল (৬) চীংঙু খোইয়ুম শিদব তেংবানব মপু খুরুমফম সূমাঙ মথৌপুঙগী ময়ায় সুমতোংপাল অমসুং (৭) থোঙজীনগী খাথংব থোঙঙারেল খুরুমজফম মফম তরেৎ অসীনি ॥ অয়ুক অঙনব অমসুং নুমিদাং য়াচঙক্লকপ মতমদ লাইফম/মফম তরেৎ অসীদ উচাল মৈরা নত্ত্রগ খোইরু থাউমৈ য়াওন খুরুমনরকই ॥ কম্বীমচা অমদ খম্বী মৈত্রেং অরাব য়াওন খুরুম্বসু য়াই ॥ অয়ুক অমসুং নুমিদাংগী চাক চারমদাইদ পুখম-তেংকোৎতগী চাক য়েনশাং খর খর লৌদুন য়ুম্বুরেললন ফুংগা অপোকপগী খুভম ফুংগা লাইরুদ অমসুং ফুংগা লাইরুগী মনিংদ লৈব ইমোইনু লাইরেম্বীগী খুভমদ চাকথা কৎকনি ॥০॥

## ২ঃ সনামহী লাইনীংচৎপ মীওই অমগী লমচৎ শাজৎ–

মী অমগী লমচৎ শাজৎ হায়বসী সনামহী লাইনীংদ য়াম্ন মরুওইব অম ওইন লৌই।। সনামহী লাইনীং চৎলব মী অদুদি অচুম্ব, অফব অমসুং ফজব লমচৎ শাজৎন মাগী ওইগদবনি।। অচুম্ব, অফব অমসুং ফজব লমচৎ শাজৎ হায়বসী সনামহী লাইনীংগী থৌনা লিংজেলনি ।। সনামহী লাইনীংলোয় অমন চৎকদব মরুওইব লমচৎ শাজৎশিং অদু মখাদ পীজরি –

(১) চরৈ ফীজিকিগুম খোইয়ুম লাইবু কাউদব (২) তাকপী তম্বীব উজা নাইন খন্নাং পাৱারী খঙজব (৩) খন্নাংব পাপল্লোনগী সাগৈ হৌন-মরমচৎপু হুল্লান্দব (৪) অহল ৱায়েল লমচৎ খঙবসিংগ পায়ম পুক্নীং লীতিন্নব (৫) পলেম পম্বৌ অনীমকপু মীৎন উব লাইনি খন্ন থৌগনজব (৬) ইচা মীচা য়োংলৈ মেলৈ নাইদব (৭) মীগী পুক্কে লনগৈদ কাল্লক মিহৌ থমদব (৮) নমু চিনগোয় ইয়াথংদগী থৱায় কনাগুম্ববু অৱা মৈশা লাম্নংহন্দব (৯) উনবী পুক্নীং চুম্ব পায়ম লৌথুপ লৌকোই লৈতব (১০) য়াথং ৱাচুম সুব পুক্নীং ৱারক চেৎপ (১১) নমু পোংওইব ঐগী ইরালবু থৱায় কনাদ পাউথৈদব (১২) নমু পোংওইব অতোপ্পগী মরালবু থৌজাল ঙাকপিহৈব (১৩) লাইব অতোন তারবাশিংবু থৌজাল লনকুবীব (১৪) উনবী পুক্নীং তপ্প ৱারম অনী লৈরোংদব (১৫) ঐন ময়াই কাবদি ৱাংলৈ য়ুবু হেল্লি খঙন থক্তব (১৬) নাপল ময়াই কাবগী কঞ্জাউ ঈথক হৌদব (১৭) পায়ম নাইনু থমদব কল্লক মিহৌ লৈতব (১৮) থকসী কারল ৱা খাসী লীক্লেং ৱাবু ৱাকাউদব (১৯) য়ুম্লোন কৈরোন্নবশিংবু পলেম পীতিন্নবনি খন্ন ঙাইরোইনব (২০) লাইর অতোন তারবশিংদ থম্মোই লৈগুম থোৎপ (২১) নমু তাইবং মীহিংচাশিংদ সারেল নোংসাগুম কলহৈব (২২) তম্ব নুপা থোক্ল থৌরম অরোই তানব (২৩) থৌনা লিংজেল থোক্ল মিংচৎ উরোং খিনব (২৪) হনু লমলোই তাল্লবশিংবু পলেম পম্বৌ শক্ল লমলোইনব (২৫) মোম্মু নুজা ওইবীশিংবু পলেম ইমা শক্ল লম্লোইনব (২৬) শমু হকচাং শেংব চেংলৌ মীৎয়েং চুম্ব (২৭) তম্ব ওইবশিংন লৈরাং লৈশক খঙন লৈচিনব (২৮) মরাল য়িমশেংব শমু হকচাং মকহন্দব (২৯) হাউন চমফুৎ চাব লূন ফদী শেৎপ (৩০) য়াহীপ চাকচা ঊৌখিব অমম্বদ ইকাইব (৩১) য়াইবী থৱায় খঙন য়াইবী থৱায় ঙাকপ (৩২) মরাল ইংখোল চাউগোইনুং তরা কৈথেল কাহনব

(৩৩) কোরৌ নোংজা ৭ নুমিৎ শীংবুম ৩০ লোইদাম থাজ ১২ বু লাংলম খঙন থৌনিব ॥ (৩৪) মোমনু নুজা ওইবীন মথংলেন মপুরোইববু খোইয়ুম লাইগুম থৌগনজব (৩৫) মোমনু চীনগোই মবাহৈবু চীংশাং খোইরেন হীগুম থুমখোইব ॥ (৩৬) মোমনু নুজা ওইবীন মথংলেন মশাবী নত্তন চেংলৌ মকা ফোংদব ॥ (৩৭) মীগী তাল্লোয় লৈমদ কল্লক মীৎয়েং থমদব (৩৮) পুক্লীং ঈশৌ লাংদব পায়ম খোঙফম চেৎপ ॥ (৩৯) কোরৌ নুমিৎ খুদীংগী পুন্সি লানফম চৎপদ লাইয়িংথৌ সনামহীগী তুংইনজব ॥০॥

সনামহী লাইনীংলোয় অমগী অপান্বদি তাইবংমালংপান্দ লৈরিঙৈদসু নুংঙাই য়াইবী মরাঙ কায়ন পানজবনি অদুগ শিরব মতুঙদসু য়াইবী থব্রায়ন তেংবানব মপু য়াইবীরেল শিদব মপুগী থম্মোই লৈকোন্দ লৈরাং লৈনম ওইন তিনজব নত্তুগ তাইবংদ য়াইফথোইব মপোক অমদ লাংওল্লক্তুন তেংবানব মপুগী কুম্মৈ য়াওজব ফংজবনি ॥ অসীগুম্ব পোকপ শিব অমসুং অরান-খুভম ফংবগ মরী লৈনব পন্দুপ্তু মথংদ লৈজরে ॥০॥

**মচাক তানফম ওইব লাইরিকশিং**


১) *লৈথক লৈখারোল (১৯৬৭)* : শিন্দোকপ— য়েংখোইবা ভাগ্য
২) *থল্লাং পাব্বারী অহইরোন (১৯৭৯)* : শিন্দোকপ— ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র
৩) *থিরেল লায়াং (১৯৮১)* : শিন্দোকপ — এন: ইবোচৌবা
৪) *ইমোইনু অহোঙবীগী তুংনফম (১৯৬৩)* : পুথোকপ — য়ুম্নামচা বুদ্ধিচন্দ্র
৫) *সনামহী লাইনীংগী সেমিনার (২০০০)*: পুথোকপ— সনামহী লাইনীংকোল, ইম্ফাল
৬) *সনামহী লাইনীংগী শজিকু চৈরাউবা (১৯৮২)* : অয়ীব — ভারিয়াম্বম কাংজীয়া মঙাং
৭) *লাইয়িংথৌ লাইরেম্মাশিংগী য়ারী শীংবুল (১৯৯৯)* : অয়ীব — সাইরেম নীলবীর
৮) চীনথাঙ লান্ন লাকপ পারম পুরমচংকী পাউতাক পাউরৌ খোমজিনব




# ২১

## সনামহী লাইনীংদ নোংগুম নোংগারোল

তেংবানব মপু মহাক্তি হয়ি (হৈ) অমসুং হয়া (হা) গী মতীক ময়াই লৈরব হয়ুম (হুং) গী মশক্তি ॥ মহাক্ত মহাক মশাগী মমি য়েংদুন মপারী অহনব অতিংকোক শিদব লাইয়িংথৌ সনামহীদ তাইবংমী শাহনখি ॥ তাইবং মীওইববু মীংন উব লাইগী মশক ওইরব পষ্টো মপা পলেম মমা অনীগী মতেংন তাইবং মাগী চাদা নাউদা শন্দোকহনখি ॥ তেংবানব মপু য়াইবীরেল শিদব মহাক্ত তাইবং মীওইবগী য়াইবী থবায় অদুবু কোরৌ নুমিত্ত শিন্নখি ॥ কোরৌ নুমিৎন লোইদাম থাজদ অমুক শিন্নখি ॥ লোইদাম থাজন শজীক্ত, শজীক্ত থাবাদ, থাবান থায়ায়দ, থায়ায়ন থাদোন্দ, থাদোন্ন ওকপুরোইদ, ওকপুরোইন তাউহুইরেংদ অসুন্ন মথং মথং শিন্নরকপন তাউহুইরেংন পষ্টো মপাদ শিন্নরকখি ॥ তাইবং মালেমদ লৈরিব পষ্টো মপাদ য়াইবী থবায় অদুন লোইদাম থাবুম ২ (অনী) লৈরম্লগ পষ্টো মপাগী ফন্বী লীক্লাদ শাদোং ওইদুন পলেম মমাগী পীবুক শিয়োম্নুংদ খোঙ্গুমখি ॥ [ অঙাং নাউবাগী য়াইবী থবায় অসী চীংভু খোইয়ুম য়াইবীরেল শিদব মপুদগী লাকপনি হায়ব থাজনবী লৈব মরম্ন লাইহরাউব লাইবৌগী হকচাং শাগৎলকপদ শিদব মপুদগী থবায় নিবগী চৎনবী লৈ ॥] পষ্টো মপাগী ফন্বী লীক্লাগ পলেম মমাগী লৈরাং লৈরিক্ক অনীদ শাদোং ওইদুন য়াইবী থবায় মহাক্ত পলেম পীবুকনুংদ লোইদাম থাবুম ১০ (তরা) লৈখি ॥ তেংবানব মপু য়াইবীরেল শিদব মহাক্কী য়াথং মতুং ইন্ন লাইয়িংথৌ সনামহী মহীরেলন অঙাং নাউবা মহাক্কী হকচাং কায়াৎ পুম্নমক শেন্বী শাবীখি ॥ কৌক্ত, মারজীং, অপানব, থাংজীং অমসুং বাংবরেল কৌব লাই মঙাবু লাইয়িংথৌ মহাক্ত অঙাং নাউবাগী হকচাং লাংপুমগী থবায় মঙা ওইন মফম মঙাদ হায়বদি লুবাই লেমফুদ, থবাক্ত, খোয়দৌদ, পীরাইদ অমসুং ঈশিংথোঙদ মথংশীংন লৈহনখি ॥ লোইদাম থাবুম ১০ কোরৌ শীংবুম ৩০০ নিবু ঈফা ঈমেল্লে ॥ কোলোয় মমিংবু অঙাং-ও কৌন হুং-*আ* খোঞ্জেলগ লোয়নন

মখুৎ য়েত্ত *হয়ি* মিংলেন, মখুৎ ওয়দ *হয়া* মিংলেনবু খুদুম চেৎন পায়রগ পলেম পীবুকনুংদগী মালেম অঙাই তাইবংপান্দ খোঙদারকখি ।। তেংবানব শেন্নীব মপু মাগী মিংলেন মিংখৈ শোন্দুন অঙাই তাইবংপান্দ নোংদম্ব মপু মান নোংদম্নীরকপ তাইবং কুম্মৈ শান্নরে ।। তাইবং চেঙজেল লোইরদুন তাইবং কুম্মৈ লোমলবদ খম্নুং কৈকোই লৌওনবী নুরা পাউথেম হৈবী লাইরেম্বীন য়াইবী থব্রায় মহাকপু তাইবং হকচাং নুংদগী থেমদুন নৌদুন কৌথোকখি ।। খম্নুং থোঙঙাক লাইরেম্বীগী মশাইকোন য়ৌখি ।। উপ্ন পানব অচঙথোঙ থিংখি ।। লোংন পানব অশি থোঙ হাংখি ।। খোঙহামপাত্ত ঈরু শাদেংদুন ফিসু ফীজান্নগ চরৈ ফীশেঙ শেত্তুন অশি লৈবাক খম্নুং য়ৌনব খম্নুং লম্বী চৎখি ।। মসীবু খম্নুং শব্রা তানব কৌই ।। খম্নুং লৈবাক্কী মপু খম্নুং থোঙঙারেলগী মশাইকোন য়ৌখি ।। তাইবং থব্রায় মহাক্ক তাইবং পুন্সিদ লৈরিঙৈদ তৌজখিব থবক, চৎখিব লীচৎ শাজৎকী মতুংইন্ন খম্নুং নিংথৌ ব্রাচুম সূব লাইয়িংথৌ থোঙঙারেন্ন ব্রায়েল্লি ।। তাইবং মী মহাক্ক অঙাই তাইবং মালেমদ লৈরিঙৈদ লীচৎ শাজৎ চুন্নকপ, অফব থবক তৌরকপ, খোইয়ুম লাইবু নীংলকপ, হয়ি হয়া মিংলেনবু শোল্লকপ, কোরৌ নোংলিংব মালেম লৈশেম্ব নমু পোংশেম্ব চীংঙু তাইবংখায়ব লাইয়িংথৌ সনামহী মিংলেনবু থাগোন্নরকপ মী মহাক অদুদি অদুঙৈ নহাল নোং মালেম লৈশেমঙৈগী ব্রাবু ব্রাকাউদন খোঙলৌ পল্লৌব লৈহন্দন কোরৌ নোংগা তমহল্লকই ।। নমু তাইবং মীওইবগী মশাদ কল্লকপ, য়েংথিব, অপাম্ব, অশাওব অমসুং নাপল হায়ব য়েক্রুব কয়া অসী লৈব মরম্ন অচুম্ব লীচৎ শাজৎ মপুঙফান চৎপ ঙমদে ।। মী মহাক্ক লাইয়িংথৌ সনামহীদ নীংজ-চঙজদ্রবদি অরান খুভম ফংব ঙমদে ।। মরমদি মী মহাক্কী মশাদ তেংবানব মপুগী তৌবীমনবু খঙদবগী নাপল য়াওরি ।।০।।

হকচাং পোলাং য়াওদ্রব য়াইবী থব্রায় অদুন খোঙলৌ পল্লৌব য়াওদন কোরৌ নোংগা তানখিদুন তেংবানব মপু য়াইবীরেল শিদবগী থম্মোই লৈরাং লৈকোন্দ লৈরাং লৈনমগী মশক ওইন তিনখিনবগীদমক্ত মালেম তাইবংদ লৈহৌব মপারী মামোম, পলেম পম্বৌশিংন অমাই অশোন য়াওন অঁশৈ খোঙফাঙ লেংন তিন, তরেৎ শেনফাঙ য়ৈ, ব্রাংলেন পুঙখৎ তোয় তেংবানব মপু মাগী মিংখৈরোল শকশোল্লি ।। মী মহাক্ক অঙাই তাইবং মালেমদ লৈরিঙৈদ অরাল অহুই লমচৎনখিববু ঙাকপীনব খম্নুং শব্রা তানখিব চহী কুমজা অদুগী মনুংদ থৌনি থৌরম

অহমলক পাঙথোক্লে ॥ অসুম্ন তৌরবদি য়াইবী থরায় অদুন কোরৌ নোংগা তানখিদুন তেংবানব মপু য়াইবীরেল শিদব ফংজখি নত্তুগ য়াইবী থরায় অদুন অনৌব অফব মপোক অম ফংজখি হায়ব সনামহী লাইনীংগী থাজনবী লৈ ॥ কোরৌ নোংগা লম্বীদি নহাল নোং য়াইবী থরায় মান চীংঙু খোইয়ুম য়াইবীরেল শিদবগী মফমদগী লাক্লগ পলেম মমা য়ৌরক্তুন মালেম তাইবংদ খোঙদারকখিব লম্বী অদুদ হনখি ॥ পলেম মমাদগী পন্থৌ মপাদ, পন্থৌ মপাদগী তাউহুইরেংদ, তাউহুইরেংদগী ওকপুরোইদ, ওকপুরোইদগী থাদোন্দ, থাদোন্দগী থায়ায়দ, থায়ায়দগী থাবাদ, থাবাদগী শজীক্ত, শজীক্তগী লোইদাম থাজদ, লোইদাম থাজদগী কোরৌ নুমিত্ত, কোরৌ নুমিৎন শেংদোকেপিরগ চীংঙুখোইয়ুম য়াইবীরেল শিদব মপুদ ঈথক্ল ঈপাক্ত তিনখিবগুম তিনখি ॥ শিদব মপু মহাক্ল মহাক্কী অনৌব তাইবং কুম্মে অম শাম্লগে খল্লবদি য়াইবী থরায় অদুবু অনৌব মপোক লাংওল অম ওইন পোকহল্লকখি ॥ অসীগুম্ব অনৌব মপোক লাংওলগী থাজনবীসু সনামহী লাইনীংগী রাংউরোলদ লৈ ॥ [মায়চৌ ৭ কী লাংওন, মোইরাং শায়োল (লাংওল)৭, ফৌওইবী লাংওলগী রারীশিং] ॥০॥

তাইবং মীওইবন শিরব মতুংদ য়াইবী থরায়ন কোরৌ নোংগাখিবগী মতাংদ *পোনবীলাং* ন অসুম্ন হায়–" লাই অরেঙব (মীওইবগী থরায়) অদুন লেঙদব লাই (য়াইবীরেল শিদব) অদুদ হনজিনখিগদবনে ॥ নহাননোংদ লাকপ লমদাং লম্বী থিন কোরৌথক্ত লাই (মীওইবগী থরায়) মহাকপু থিনগৎকদবনে ॥ পলেম য়ীমাদগী হৌরগ পন্থৌ য়ীপাদ থিনগৎকদবনে ॥ য়ীপাদগী তাউহুইরেংদ, তাউহুইরেংন অমুক রোকপুরোইদ, রোকপুরোইন থাবাদ, থাবান অমুক শজিক্ত শজিকন লোইদাম থাজদ, লোইদাম থাজন কোরৌ নুমিত্ত, কোরৌ নুমিৎন শেংদোকপিরগ তেংবানব মপুগী মশাদ তিনশিনখিগদবনে ॥ মরূন মরুদ তিনশিনখিববু মথৌ খময়াংব কৌবনে ॥ মসীবু অতাই য়ীরাংপ লাইরকচন লূতীন (লাইরমলেন্দ তিনব) কৌবনে ॥ ঐন লাকখিব লম্বীদ অমুক হনখিগদবনে ॥" অসীগুম্ব থাজনবী অসী লৈব মরম্ন মী অম শিখিব কোরৌ নোংগাখিববু য়াম্ন শম্ন ***শজিক মতুং ইনখিব থবা মমৈ রায়খিব*** হায়ন পারম পুরমচৎকী অহল্লমনশিংন হায়নরমলিব অসীনি ॥ শিরব মতুংদ তাইবং থরায়ন কোরৌ নোংদোল লাইরেপাক কাখিদুন অরান খুভম ফংখিবগী মতাংদ পন্দিত থোংঙাম মাধব অমসুং

নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রন মখোয়গী ***খুনুং লীচৎ শাজৎ*** কৌব লাইরিক্ত অসূম্ন হায়–" পুরোই লৈকোয়- ও ।। মথৌ য়াংগেল-ও ।। কোরৌ নোংথৌদা কাসা পাউতাক্কদবনে ।। হী মরু য়াই মরুগী ফম্বী অথোইবদ থিনকৎপিএ ।। অসুম তৌন থবায় অয়াম্ববু লানবীএ ।। শক্লিং শোম্নিংব তানিং খোৎনিংব ***সনামহী লাইহুই, পাখংব লাইহুই, নোংশাব লাইহুই*** শক্কনি শোনগনি তাগনি ।। অসুম তৌরগ শিদব মপুরেলন পেনবিএ ।। কুবিএ ।। য়েংবীদুন নুংঙাই য়াইবী মথোই তোংএ ।।" তাইবং মীওইবগী মপোক্ক হেম্ন নকশিন্নব লাইদি চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহী ওইব মরম্ন ***সনামহী লাইহুই*** শক-শোনবন হেম্ন অফব ওইগনি ।।০।।

অমন শিকুমলোন কোরৌ নোংগারোল য়াইবী থবায়ন খম্নুং শবা তানখিব অমসুং কোরৌ নোংগা তানখিবগী বাখল্লোন অসী সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈশৌগী অপোকপ মপা লুচিংপুরেল লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোন মখাগী অসূম্ন শৈথারম্মী ঃ

নুংশি লাঙ্গোল চীংশাংনি
ইপুরোইন শেম্বনি ।।
পারী লাইবক ফবনা
লাইগী লমদাং ফংবনা
হরাউখেন চৎখিবা
হরাউ খোংথাং থাংখিবা ।।
লাইবক থীবী পলেমগী
তাইবং মৈশা লাংবীগী
থম্মোই লৈকোল কিনথখি
পুক্লীং লৈরাং মনথখি ।।
পারী কামজাউ হুনগনি
লমজেল খৌরাং হেনগনি ।।
খোঙঙারেলবু য়ৌরগা
ইবেনথৌবু ফংলগা
ফুরেল ঙাংখ য়েংদুনা
লমজেল কোরেক পায়দুনা
খমদা ঈশিং থক্কনি
অরাম খৌরাং কোক্কনি ।।
--- --- ---
খোঙহামপাৎপু লানগনি
মকোই নুংঙোল কাগনি ।।
--- --- ---
পারী নাউবা তোনবনা
তাইবং থারে খণ্ডুনা
মপি তরং শিনথনা
হিক্র হিক্র কপ্তুনা
ইপুরোইবু নীংজখি
খুয়া চেৎন কোনজখি ।।
সম্নখোঙবু য়ৌরগা
লাইরেপাকপু ফংলগা
ইপুরোইগী য়াথংনা
লাইরেম্বীদি তরেৎনা
লৈরাং খুজোক পুরক্লে
পারী থক্ত চাইথরে ।।০।।

শিরব মতুংদ তাইবং থবায়ন নোংদোল লাইরেপাক য়ৌগ্রবদ তাইবং থবায় মহাক্ল তেংবানব মপু য়াইবীরেল শিদব মপুদ চঙজখিববু লাইনীংহল নাউরিয়ান মখাগী অসূম্ন অমুক শৈথারম্মী ঃ

ইবুংঙোগী উমংদা লৈরাংতবু ওইদুনা
হৌজগেনে লৈকোন্দা কুন্থী কালেন নাইদনা ।।

ইবুংঙোগী লমচৎনা খোইমু খোইবু ওইবীরো
লৈরাং লৈরিক চুপ্তুনা থৌজাল মহে পীবীরো ।।

--- --- --- --- ---

চনজরোই লৈমনসু ইবুংঙোগী থৌজালনা
পৎথজরোই লৈনাসু তাইবং মৈশা লাংবনা ।।
ইপুরোইদি ইবুংঙো ননাই ওইন লৈজগে
লাইনিংথৌদি ইবুংঙো পুক্লীং পেন্না নীংজগে ।।

ওইজনিংঙি ননাইবু
ফংজনিংঙি মঙালবু ।।
তিনজনিংঙি থৌব্রায়না
নীংজনীংঙি পুক্লীংনা ।।
হৌফম শাংফম ওইরিব
লোইফম লেপফম লেপ্লিবা ।।

য়াংবী লৌশিং পীনবীয়ু
পাংগল ঈচিক হুনহনবীয়ু।
নশাদগী হুনবনি
নয়োন্দগী শাৎপনি ।।
লৈরাং লৈশক খঙজগে
য়াইবী মনম তিনজগে ।।

অসূম্ন তাইবং থব্রায়ন মপুগী থম্মোই লৈকোন্দ লৈরাং লৈনম ওইন তিনখিদুন চীংঙু খোইয়ুম য়াইবীরেল শিদব মপুগী মনাক্ত অরান-খুভম ফংজদুন ইঙন-চীক্ল লৈখিব মতাংবু লাইনীংহল নাউরিয়ান অসূম্ন শৈথারি ঃ

লাইগী লৈপাক্ল নীংথিরে
মপুগী মঙান্ন ঙানখরে ।।

মায়কৈ মায়থোঙ লংখরে
মপুগী মীংয়েং তামখরে ।।

লৈকোনগী লৈরাং শাংখরে
নুংশিব লৈনম শিনখরে ।।
খোইগী মরূম ঙংখরে
লাইগী পুক্লীং থুংখরে ।।
নীংন উপাল মথক্ত
উমংগী লৈকোল লাইফমদা ।।
লাইগী শরীক খীংখরে
মপুগী খৌগল তৌখরে ।।
কুম্বী কালেন নাইখিদরে
অব্রা মৈচাক লৈখিদরে ।।
মপুগী লমদম য়েংখিবদ
লমদমগী কুম্মৈ উরুবদা
তাইবং কুম্মৈ লোয়খরে
খমুং পাউজেল হনখরে ।।

মীতৈশিংগী পারম পুরমচংকী ওইব অমন শিকুমলোন কোরৌ নোংগারোলগী থাজনবী অসীগী ব্রাখল পরীং কায়দন সনামহী লাইনীংলোয়শিংন লাইনীং অসী চংপ মীওই অম শিব মতমদ অমাইব অদুন— য়ুম্লাক শাগে অসীগী মমিং অসী কৌবগী য়াইবী থবায় ৫ (মঙা) ন মপুগী লৈকোন্দ লৈরাং লৈনম ওইন তিনখরে — হায়ন লাউদুন অশিব অদু নাকথরোমদ পুথোক্লগ সুমাঙগী খাঙেনফমদ থমনৈ ।। মংফমদ শীংশেমদুন মৈ থাব লোইরবদসু অমাইব (শিবা) অদুন— য়ুম্লাক শাগে অসীদ লৈরম্ব মমিং অসী কৌবগী য়াইবী থবায় ৫ (মঙা) ন মপুগী লৈরাং লৈকোন্দ লৈরাং লৈনম ওইন তিনখরে — হায়ন অমুক লাউই ।। পোংলোইব য়াওরিব মী খূদীংমক্ত *য়াইফরে* হায়ন লাউবগ লোয়নন পোংলোইবগী থৌরম অদু লোইশিল্লি ।। মপুগী লৈকোন্দ লৈরাং লৈনম ওইন তিনখরে হায়রিব অসীগী ব্রাহন্দোক্তি — চীংঙু খোইয়ুম য়াইবীরেল শিদব মপুগী থম্মোই লৈকোন্দ তাইবং হকচাং পোলাং থাদোক্লম্লব য়াইবী থবায়ন লৈনম ওইন তিনপ্লে হায়বনি ।। সনামহী লাইনীংগী লান্ন থৌরমগী পাউকংচে (বার্ত্তন) দসু ব্রাখল্লোন অসী য়াম্ন ময়েক শেংন ফোঙদোকই ।। য়াইবী থবায়ন তেংবানব মপু য়াইবীরেল শিদবদ তিনখিনবগীদমক্ত লান্ন-থৌরমগী মিংখৈরোল শকলিঙেদ মতাং চান অমাইবন শোন্নপুঙ ময়ায়দ চঙশিন্দুন পুঙয়ৈব অনী, ঈশে শকপা, ঈশে লম্বা অমসুং খোনপাংব — মখোয় ৫ (মঙা) অসীদ কা লাকোয় অমমম কত্তুন শিপ্লব মী অদুগী য়াইবী থবায় মঙা অদু কোরৌ নোংগা তানখিনবগীদমক্ত শিন্নবগী চংনবী লৈবসু য়াওই ।। মী অম শিখিবগী মরুওইব থৌরম অহুম হায়বদি — ১) লৈহুন ২) লান্ন-থৌরম ৩) ফীরোয় অহুম অসীগী অরোইব কুমওন ফীরোয়গী থৌরমদসু কনাগুম্বন নোংগাপরে খিনগংপগী অকক্লব থৌরম অম য়াওশিনবসু চংনৈ ।।

মথক্তসু হায়জগ্রে মদুদি মী অম শিবগীদমক্ত শকপ শোনবগী থৌরম কয়া পাওথোক্লবগী চৎনবী লৈরিব অসীগী ৱাখল্লোন্দি শিগ্লিব মী অদুগী য়াইবী থৱায়ন তেংবানব মপু চীংঙু খোইয়ুম শিদব মপুদ তিনখিনব নম্ত্রগ তেংবানব মপু মহাক্ত তাইবং কুম্মৈ অমগীদমক্ত অনৌব অফব মপোক লাংওল অমদ পোকহনবীনবগীদমক্তনি ॥০॥

**মচাক তানফম ওইব লাইরিকশিং**

১) *অমন শিকুমলোল (১৯৭৭) :* অয়ীব – নাউরেম অমুয়াইমা ॥
২) *লোনবী লাং (১৯৭২) :* শিন্দোকপ – নিংথোম্বম মনিজাউ ॥
৩) *খুনুং লীচং শাজং (১৯৭০) :* অয়ীব – থোংওাম মাধব অমদি খেলচন্দ্র ॥
৪) *লীংথা চৈথারোল (১৯৮৬) :* অফোওব – হিজম গুনমনি (থম্বীরম্ব - লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলো) ॥
৫) *লীংথা চৈথারোল(১৯৮২) :* অফোওব– হিজম ইবুংঙোয়াইমা (থম্বীরম্ব- লাইনীংহল নাউরিয়া) ॥
৬) *মীতৈ ঈশৈ (১৯৭৭) :* অফোওব– নোংথোম্বম নরান (থম্বীরম্ব –লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলো) ॥
৭) *সাকোক খিরেল (ফোওম্লিব) :* থম্বীরম্ব – লাইনীংহল নাউরিয়া ॥
৮) *পুয়ারী থাবী খিরেল থৌমিরোল (১৯৭৪) :* অয়ীব– শগোলশেমচা রাজমুহোন ॥
৯) *মৈতৈ লাই হরাওবা (১৯৬৩) :* অয়ীব– ওরিয়ানবম কুলচন্দ্র ॥
১০) *লাইহ্মিংথৌ লাইরেম্মনিংগী ৱারী লীংখুল (১৯৯১) :* অয়ীব – সাইরেম নীলবীর ॥
১১) *মীতৈ মরূপ থৌরকপগী ৱারী (১৯৯৩):* অফোওব – মীতৈ মরূপ, থম্বানথোং ॥

*লাইহ্মিংথৌ সনামহী অমসুং সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ* হায়ন মিংথোনব পন্দুপ ২১ (কুনমাথোই) লৈব লাইরিক অসী ওসী খৃস্তকুম ২০০২, এপ্রীল ১৬, শজীবুগী ৪নি চনব লৈপাকপোকপ নুমিৎকী অয়ুক পুঙ ১০ তাব মতমদ ইব লোইশিনজরে ॥০॥

*হে অতিংকোক মরূসিদব*
*চীংঙু খোইয়ুম অসীব*
*সনামহী মহীরেল ॥০॥*
*তোয়ু ননাই ঐহাক্ত*
*পুক্লীং লৈরাংজনুন*
*হয় হয় খুরুমজৈ ॥০॥*



MANIPUR UNIVERSITY LIBRARY
IMPHAL




(লোইরব)

## অৱাবগী মরমদ

*সাইরেম নীলবীর*— ১৩।১।৪১, বাকচীং থানিল নুমিত্ত পোকখি ॥ মেট্রিক (১৯৫৯) ॥ আই.এ. (১৯৬১), বি. এ. ইকোন. ওনর্স (১৯৬৩)॥ এম.এ. পোল সাইন্স (১৯৬৫) ॥ *মোরাং কলেজগী* ওজা (১৯৬৬-৬৮) ॥ *ডি. এম. কলেজগী* পোল. সাইন্সকী ওজা (১৯৬৯-২০০১) ॥ থা ৩/৩ গী চেকোও *মতমগী খোঙথাং* গী ইদিতর (১৯৭০-৭৪, ৭৬-৯৫) ॥ চেকোওসীদ নাং, লাইনীং, পুরারীগী য়ারেং ৪০ রোম ইখি ॥ সেমিনার কয়াদ চে পাখি — ১) *মনিপুরী সমাজদ ধর্মগী য়াওল ঃ যৌক্তিক যৌক্তিক ওইরিব কীডম* (২৫।১২।৮৩) ঃ অসীনব— কলচরেল ফোরম, ২) *হিন্দু ধর্ম চত্ননক্লিৱৈ অমসুং চত্নক্লবদ লেল-থুম, লৈত্তাক অমসুং খুন্নাইদ নুপীগী* *থৌদাং* (১।৭।৮৪) ঃ লৈমরোল লমজীং লূপ, ৩) *সনামহী অমসুং সনামহী লাইনীং* *ঈৰৌ* (৩০।১০।৮৮)ঃ য়ুনিভর্সেল লিতরেরী এসোসিয়েসন, ৪) *মীতৈ (সনামহী* *লাইনীং) গী অশিব পোৎলোইবগ মরী লৈনব লাইথৌশিং* (২৬।৫।৯০) ঃ মনিপুর কোকলোর সোসাইতি, ৫) *লৈশেমলোন অমসুং নাওরিয়া ফুলো* (২।৮।৯২)ঃ য়ুনিভর্সেল লিতরেরী এসোসিয়েসন, ৬) *সনামহী লাইনীং ঃ অরিব লাইনীংগী মমিং* (৬।৯।৯২) সনামহী তেম্পল বোর্দ, ৭) *পুরারী, লাইনীং অমসুং য়াওউরোলগী* *মীৎয়েংদ পোইরেতোন খুত্মোকপা* (২৪।১২।৯৫)ঃ মনিপুরী লিতরেরী সোসাইতি, ৮) *যৌক্তিকী নুপী খুন্নাই অমসুং ইমোইনু ঈরাৎপগী য়াথৱোন* (২।১।৯৬) ঃ লৈমরোল লমজীংকোল, ৯) *সনামহী লাইনীং যৌরকপ অমসুং চাউখৎলকপা* (২।৪।২০০০)ঃ সনামহী লাইনীংকোল, ইম্ফাল, ১০) *পত্থোইবী খোঙ্গুল অমসুং মীতৈগী অরিব চৎনবী* *অমসুং থাজনবী* (১৮।৬।২০০০)ঃ সঙ্গীত কলা সঙ্গম, ১১) *মীতৈ নাৎকী শক্তমদ* *হয়াউ কুম্মে* (২৩।১২।২০০০) ঃ মনিপুর স্তেত আর্কাইভস, ১২) *পুর্বাচল লৈমগী* *মায়োক্ত ইরাবত* (১২।৯।০১)ঃ ইরাবত সেলেব্রেসন কমিতি, মনিপুর, ১৩) *অঙনব* *মতমদ চীংমী তম্মী কংলৈচা মনিপুরীশিংগী লাইনীং অমসুং থাজনবীদ মায়ব অমসুং* *অপূনব মশক* (২।১২।০১)ঃ ওল মনিপুর কলম্নিস্তস য়ুনিয়ন, ১৪) *চীংমী তম্মী* *য়েলহৌতৈদগী লৈরকপ নক্লব মরী* (৭।১২।০১)ঃ মনিপুর স্তেত আর্কাইভস অসীনচিংব ॥ মীতৈ/মৈতৈ কুন্নপকী অশেংব পুয়া/লাইরিক (হোলীবুক) থম্নবগী অখণ্ড *অহৈ লূপকী* মীওই অম ওইখি (২৩।৬।৯১) ॥ *লাইরিংথৌ লাইরেম্মাশিংগী য়ারী* *শীংবুল* ইদুন কোঙখি (২।৯।৯১) ॥ *ডি. এম. কলেজ (কমর্স)* কী প্রিন্সিপাল ওইনা গবর্নমেন্ত সার্ভিসতগী পোৎথাখি (২৮।২।২০০১) ॥০॥